পুন্সীগী মরুস্থান

অহানবা ফোঙবা: জনুয়ারি, ১৯৯২



আর বি প্রিন্টিং হাউস, নাগামপাল, ইম্ফালদা নম্লগা
অইবা মশানা ফোঙবা।

মমল: লুপা ২৫.০০

# ১

মেরা থাগী থাবল মুশি মুশি ফবা নুমিদাং অমনি। মহেন্দ্র মপাগা খৎনরক্কুনা ময়ুমদগী থোরকই। মহাক মমা অতোম্বীনা য়োকই; মখোয় অনী খৎনবদগী মপা হল্লক্লগা মমা অতোম্বীনা পাউ তমশিন্দুনা মপানা মাবু অঙাং মচাগুম লূদবা খোলনা চৈ-থাংহনা ঙাঙবদগী মহাক শাউহনা হেক্তা থোরকপনি। মহাক মাগী পন্থুং কদায়দনো হায়বা খঙদে, মঙগা চপ মান্নে। মহাক্কী মখূত্তা স্যুটকেস অমত-মক পায়।

মহাক মতম থরগী মমাঙদা বলদেব কৌবা ইনাক খুনবা মীশক অমগী বাজারদা লৈবা তুকান অমদা একাউন্টেন্ট ওইনা য়াওরম্মী। মখোয়গী ইমুংগী লোনচৎ-শাজৎ, ঋাঙাঙ-শঙাঙ কয়া অহু হৈনরক্তবদগী মহাক ঋা-লান করিমতা হায়রমদনা তূমিন্না তোক্লকখিবনি। ঙসিদি মহাক চঙজফম কনামতা লৈতবদগী পূক্নীংগী পন্নেফম খঙদনা তুকান্দু তম্না চৎলক্লে। মতুদা মাগা তিন্নবা চহী মীয়ায় চন্নবা নিমাই কৌবা সেলসমেন অমা লৈ, মাগী মনাক্তা চৎলিবনি। মতমদু পূং মাপল মথায়মুক তারম্লগনি। বাজারগী তুকান খূদিংমক ঙসায়না ঙন্না লোন্নখ্রে, মী ফনা য়াম্না পাথরক্লে, পোৎয়োনবীশিং থরদি পোদোন্নচিংবা থান্দুনা মরক মরক্তা লন্না লন্না খরা ফম্বা উই। অয়ুক মুংথিন্দা

মেন তাদনা চরাঙনবা নিলখোংবা অমসুং তোকখিদুনা মুমিদাংগী তোপ তোপ্লা শক্তম অমা উরক্লে। মচী মচীদা ইউনিফোর্ম শেৎপা সিফায়-শিংনা নোংমৈ পায়দুনা নীংথিনা ঙাকশেনবা উই।

মহেন্দ্র বলদেবগী দুকান মপা য়ৌরক্লে। মহাক্না থোঙ লোন্দুনা লৈরিবা দুকান অদুগী নাকন্দা লৈবা অথুবা গলি অমদা চঙদুনা দলান কাফম অদুদা কাখৎলক্লে। নোংচুপলোমদগী নোংপোক্লোমদা পরেং ওইনা শন্দোক্নুনা লৈরিবা ভারা থম্বা কা খরগী মনীং ইথং থংবা অপীকপা কা অমদা দুকান শঙবা, অদুগা দুকানগী থবক্তসু য়াওবা নিমাই হায়রিবা মীশক্তু লৈ।

মহেন্দ্রনা নিমাইগী কা অদুদা চেপথদুনা য়েংবদা মহাক ষ্টোভতা করিগুম্বা খরা থোং-থাক্নুনা লৈরি। মহাক মাগী কা মনুংদা তপ্না চঙলক্লে।

মহেন্দ্রনা ইথা থাজদনা মতম চাদনা অদুম্না লাকপা অদুদা নিমাইদু খরা ঙকই, হায়রকই, "হাইমা, মহেন্দ্র, লাক্লিব্রা? ফম্মু, করি থবক্কীনো? চুম্না 'সুম কোয়থোরকপ্রা?"

মহেন্দ্র নিমাইগী অপীকপা অনেম্বা কাংথোল অদুদা ফমথরক্লে। মহাক ৱাহং অদুগী পাউথুম পীরক্তে। মাগী মায়থোঙগী মতো অদুদগী নিমাইনা খঙবা ওম্মী মঙোন্দা করিগুম্বা মুংঙাইতবা থোদোক অমদি থোক্লে।

মহাক মীকুপ অমতং রা ঙাঙদনা মহেন্দ্রগী মতৌ অদু য়েংদুনা লৈ।

মহেন্দ্রনা খুনিং অনী অদু খুকউ অনীদুদা শোরদুনা মখুৎ

অনীত্থু পায়শিন্নত্থুনা মরু লূকথত্থুনা হায়রকই, “তানিমাই, ঐ য়ুমদগী খৎনত্থুনা থোরক্লবনি।”

নিমাই হান্না খঙই মহেন্দ্র ময়ুমদা মমা অতোম্বীগা লৈমিন্নবদা কয়া নুংঙাইতে। খৎনবা অত্থু করিস্থু নত্তবা মরম অমগীস্থু মহৌশাগী মহৌশানি। মানা মহেন্দ্রদা মত্থুগী অকূপ্পা মরম থোইনা হংলক্রে।

“চাক্তি চারক্লব্রা?” নিমাইনা হংলকই।

“চারক্ত্রি।”

নিমাইনা মানা চাক থোংলিবা ষ্টোভ অত্থুদা ওন্সিন্দুনা মত্থু থুনা লোইনবা হোৎনরকই।

মহেন্দ্রদি ফমুংদা মখোঙ য়ান্থত্থুনা মরু লূকথত্থুনা অত্থুম লৈ. ব্রা ইঙাঙ ঙাঙলক্তে।

নিমাইনা ব্রারী খরা অস্থুম মরক মরক্তা শারকই। মহেন্দ্রনা বলদেবগী দুকান্দগী মরোল-মরি অমতা হায়রমদনা তুমিন্না লোকখিবা অত্থুনা দুকান্দুদা মানা অমুক য়াঙবগী ব্রাফম অত্থুদি নিমাইনা থোইনা পল্লক্তে, মরমদি ব্রাফম অত্থুগী মতাংদা বলদেবনা মহেন্দ্রবু শাউত্থুনা লৈরিবনি। অথুবু মতুং তাবা অত্থুদি থোক্লবা অমা লাক্লসনু খন্দুনা মহাক্লা নুংঙাইতনা লাক্লিবা মহেন্দ্রবু পেলহন্নবা হোৎনরে, মাগীদা লৈননবা হায়রে।

চাক লোইরগা মখোয় অনী খরা খরা চামিন্নরে।

অহিং অত্থুমা মহেন্দ্র নিমাইগী ফমুংদা মখোয় অনী হীপমিন্নরে। মহাক মীৎ কক্লা অমতা উইশিনবা য়াদে। কাত্থু পীকই, থাউ-গুম্বা, ষ্টোভতা থোংবগী মনমগুম্বা অমা মত্থুদা নম্মী, স্বর ইফুন

ফুনগৎলি। নিমাইদি নাখোক্তুনা মাগী মনাক্তা ইশি শিনা তূম্লি, মরক মরক্তা লোক অমুক অমুক খূরকই। মহেন্দ্রনা হয়েং নোং-ঙাল্লগা মানা করি তৌগদগে হায়বতুগী মরমদা খল্লকই। মহাক মফম অতু থাদোক্তুনা চৎকদ্রা নভ্রগা তুকান্দা অমুক য়াওজগে হায়গদ্রা ? য়াম্না চমন্নবা রাফম অমনি। মতুগী মরমদা খনবদা মহাক করিমতা মেন তাবা ঙমদে। করিগুম্বা তুকান্দুদা য়াওগে য়ারবদি লৈফমগীদি রানীংঙাই লৈতে, মহাকসু নিমাইনা লৈরিবা অতুগুম্বা অপীকপা কা অমদি ফংগনি। অতুবু অমুক য়াওজগে হায়বতু মহাক কয়াদা ইকাইখ্রবনো !

নোংঙাল্লক্লে। সহরগী ওইবা তোপ তোপ্পা শক্তম অমা উরক্লে— ইচীক চীকপা, হৈনীংদবা মতৌ অমনি, মী খরা তাক্লি তাক্লি রাকিং চৎলি, ধূপনচিংবা থাতুর্না ঙন্না হাংদোরকপা হোটেল অমা অনীদা মী খরা ওম্বা উই, থোং-থাকপগী, অথুম-অহাউ হৌবগী মনন নম্লকই। লম্বীদা পানিরালাশিংনা ঈশিং হাপ্পা দ্রমশিং গাড়ীদা ঈন্দুনা চৎলি, সড়কী নাকল অমদা ম্নুংদাং চাইখায়রম্বা অমোৎ-অকায়শিংতু রাইশীৎপশিংনা শীৎলি।

মহেন্দ্র হৈনীংদনা রাখল অমদা ইতাউ তাউনা নিমাইগী কাতুগী সড়কলোমদা ওন্দুনা পানবা থোঙনাউ অমগী ময়াদা ফমতুনা মপালগী দৃশ্যতু য়েংতুনা লৈ। মহাক মাগী হৌজিক ওইরিবা অরুবা ফীবমতুগী খনবদা চমন্নরকই। মাগী মথূক্তা পৈশা অমতা য়াওদে। বলদেবগী তুকান্দা অমুক য়াওনবা হায়জবতু মহাক হায়নীংঙাই লৈতনা ইকাই, অতুগা মহাক ফীবম অতুদা অতোপ্পা করি তৌগদগে হায়বতুসু

করিমতা খণ্ডবা ঙমদে। নিমাইনদি মাবু তুকান্দা অমুক য়াওনবগী বলদেবদা হায়ননবা হায়রকই। নিমাইনা তকশিল্লক্লবদা মহেন্দ্র ব্রাখল মুন্না খল্লুরগা ইকাইরবস্থু ইকাইনা অমুক্তুং হায়জহুনা য়েংশিরা হায়না খল্লক্লে।

অয়ূক্কী পূং নিপালমুক তারক্লে। বাজারগী লম্বীশিংদা গাড়ীন-চিংবা কয়া চত্তুনা নিলখোংবা হেনগৎলক্লে। বলদেব মাগী ঊৎ মচুগী এমস্বাসেদর কার অমা তোংহুনা, ফৈজোম শেত্তুনা চন্দন থিন্দুনা তুকান কারক্লে, তুকানগী য়োংকী সটর অহুদা লোল্লিবা মখল কয়াগী অচৌবা ব্রাইখুশোশিংহু অমমমতা ওইনা হাংদোক্লরে। নিমাইনা সটর অহু মখোল হৌনা চিংখত্তুনা তুকান মনুংদা মখোয় অনী চঙমিন্নরক্লে। নিমাইনা তুকানগী পোৎ-চৈ—ফেন, টেবল লেম্প, রেফ্রিজরেটর অমদি বলদেবগী ফমফম, ফোন থম্লিবা অশংবা সেমি-কাগী টেবল অসিনচিংবা কয়া অহু মথং মথং ফি অমনা কল্থোকই।

মহাক্লা বলদেবগী মতুংদা লেপ্লগা তাঞ্জা য়েংহুনা হায়রকই, "তাইবুংঙো, ঙরাং নুংদাং মহেন্দ্রহু লাক্তুনা ঐখোয়গী তুকান্দা লেক্লরে।"

"করিগী লাক্লিবনো?"

নিমাই মাগী ব্রাহংতুগী পাউখুম পাক হেক পীফম খঙদে; মহাক্লা ঙহাক্তুং লৎ লৎ তৌনা লৈরুরগা হায়রকই, "মহাক ঐখোয়গী তুকান অসিদা অমুক য়াওনীংলমাল্লে।" (মহাক্লা মহেন্দ্রগী অকোনবা পূক্লীংগী ফীবম অহু খঙলবা মতুংদা ব্রাফম অহু হায়রকপনি।)

বলদেবগী মায়থোঙহু থোইনা অহোংবা লৈত্তে, অচেৎপা মতৌ

অমা উৎলি। মঙোন্দা ব্রা করিস্থু ঙাঙদবগুম তৌই। মহাক্না মাগী মমল য়াম্লবা ফজরবা য়োৎকী চৌকি অদুদা চীংলেম্না ফমথরকই, অদুগা হায়রকই, "মাগী দরকারদি লৈত্রেনা, মহাক মশানা তোক্লীংদুনা তোকখ্রবনি, অদুগা অমুক করিগী ... ... ?"

নিমাই খুম্লক্তে, কিথী-কিরুম তৌনা লৈ। মতা চাদ্রবদি মহাক মদু হায়রুবগী বলদেবনা থীনা চৈরকপস্থু য়াই। মহাক ভূমিন্না লৈরে, মশা মশা থেংনরগা ঙাঙনরসন্থু খন্দুনা মহাক হান্নগুম্না দুকানগী পোৎ-চৈশিং অদু মানা পায়রিবা ফি অদুনা অমুক কম্থোকপা হৌরকই।

ঙহাক্কী মতুংদা মহাক দলানগী মথক্তা অমুক কাখৎখ্রে। মহেন্দ্র হান্নগুম থোঙনাউ ময়াদা অদুম ফমদুনা লৈরম্মী। নিমাইনা মঙোন্দা বলদেব মখোয় অনী ব্রাবী শারকপগী মরমদা তম্লকই, অদুগা হায়রকই, "মহাক নশাগা অমুক্তং হায়নদুনা য়েংউ।"

মহেন্দ্র ব্রাখল থোক্তবগুম ভূমিন্না লূকথদুনা লৈ। "অমুক হায়রুবগী করি কান্নরিবগে?" মহাক্না মপূক্লীংদা খল্লকই। অদুবু ব্রাখল অদুনা মাবু হেন্না হেন্না মেন তাদবা চয়েৎনবা অব্রাবা ফীবম অমদা তাহনবা হৌরকই। মহাক কনাদস্থু চৎফম লৈতে। মহাক্না মরু লূকথদুনা ফনা কুইনা ব্রাখল খন্দুনা লৈরুরবা মতুংদা দলান মথক্কুগী তপ্না তপ্না কূমথরকই।

বলদেব মাগী চৌকিদা অদুম ফম্লদুনা চে-চাং খরা য়েংলি, মরক মরক্তা নিমাইবু কৌদুনা পাখোন শীরকই।

মহেন্দ্র মরু লুক্না তপ্না চঙশিন্দুনা বলদেবগী টেবল ময়াদা লেপ্পরে।

বলদেবনা মাগী অনীংবতু করিমতা খঙদবা শাতুনা চীংলেম্না মমায়দি হনগংলক্তুনা হায়রকই, "মহেন্দ্র, করি থবক্কীনো, করি হায়নীংই ?"

"খুরাইবুংঙো, ঐ তুকানসিদা অমুক ... ... ।"

বলদেবগী পীশূম খজিক্তুং শোঙবা, অশেংবা কারবাররালা অমগী তৌশিন্নবা মানবা মায়থোঙ অতুনা খজিক্তুং কংনা নোক্লতুনা হায়রকই, "মহেন্দ্র, হৌজিক্তি নহাক্কী নহুত্তা মী হাপখ্রে। অহেনবা মীগীস্তু থোইনা দরকার ওইদে। কমদৌসিগে ? খুদোং কয়া চারোইদৌমাল্লে ।"

মহেন্দ্রনা মতম খরগী মমাঙদা মাগী তুকান্দগী তূমিন্না মরোল-মরী অমতা তাক্লমদনা তোকখিবা অতুগীদমক মাগী ৱাঙাঙ-মায়থোঙ অতুদা শাউনীংবগী মমি তাই। মহেন্দ্রস্তু মতু খঙই।

"খুরাইবুংঙো, য়ারবদি উপায় অমতংদি য়েংবীয়ু," মহেন্দ্রনা অতুম ইকাইনা লূকথতুনা হায়রকই, "মতুংদদি ঐ অতুম্না কৈদৌঙৈদস্তু অমুক তৌজররোই।"

বলদেবগী অচেংপা মায়থোঙগী মত্তৌ অতু থোইনা অহোংবা লৈতনা হায়রকই, "ইবুংঙো, উপায় লৈতেনে, ঐগীদি মীবু হেল্লবনি। মখোয় খরদি তোকইল্লসিরা হায়বা ফাওবা খল্লবনি। অস্তুম লৈমিন্ন-রকপগী নুংঙাইতহুনা তৌবা মঙায়রে।"

মহেন্দ্র ৱা মথা তাকম খঙদ্রে, মমায় লূকথতুনা লেপ্তুনা লৈরে। অতুম্না ওহাক লেপ্লম্নগা মহাক বলদেবগী মনাক্তগী থোকখ্রে, অতুগা দলান মথক্তা কাখংখ্রে।

নিমাই মোল্লি মোল্লি বলদেবগী মনাক্তা পোৎ-চৈ কম্থোক্লুনা লৈহৌই। মহাক্লা বলদেবদা কিথী-কিরুম তৌনা হায়রকই, "তাই-বুংঙো, মহাক তশেংনা য়াম্না অরাবা ফীবমদা তারবনি, ময়ুমদগী মপাগা খৎনত্নুা থোরক্লে। মফম অসিদা নত্ত্রবদি মাগী চঙজফম কনাদস্মু লৈত্রে।"

"নঙগী নথৌ করি লৈ?" বলদেবনা শাউরপ্না খোল কল্লা লাউরকই, "নহাক্কী নহূত্তা মহাক তৌহল্লসিরা, নহাক মফম অসিদগী তোকখ্রগেরা?"

নিমাই মমায় ঙাঙলপ্না তূমিন্না লৈখ্রে।

মহাক্লা দলান মথক্তা অমুক কাখৎখিবদা মহেন্দ্র মপোৎ-মচৈ খরা মানা ঙরাং পুরকপা স্যুটকেস অতুগী মনুংদা হাপচিন্দুনা লৈরম্মী। নিমাই ঙহাক তূমিন্না মাগী ফমুংদা মরু লূকথত্নুা ফমত্নুা লৈ, অতুগা মুংঙাইতবা খোনফম অমদা হায়রকই, "হৌজিক মফম কদায়দা চৎপা তারে?"

মহেন্দ্র ঙহাক চমন্নবা মওঙদা মমায় মক্লা লৈ, অতুগা হায়রকই, "অরেপ্পা খঙবা ঙমদে।"

তাঙ্গা অতুদা বলদেবগী নূপী কুমুদিনী তুকান্দা মপুরোইবগী মনাক্তা ব্রা অমা হায়বা লাকই। মহাক মশা নোইতক তৌই, কুচু ঙৌই, মশক ফজে—বলদেবগা য়েংনবদা য়াম্না নত্তা ওইরিবী অমনি। মহাক বলদেবগী নূপী অহল শিখ্রবা মতুংদা লৌবনি। বলদেব মাগী নূপীত্নুা হায়রিমখৈ য়াই।

মহেন্দ্রনা মখোয়গী তুকান্দা অমুক য়াওজগে হায়না লাকই

হায়বত্থু তারবদা মহাক্না মপুরোইবদা হায়রকই, "য়াওজসনু কৈদোই হায়বগে? খুদোং অমা চাদদনা তৌরিবা ওইরিনি, মহৌশাগী অত্থুগুম্না তৌগনু হায়রগা লোইরে। মহাক অতৈ অকায়বা থবক্তি করিমতা তৌরম্বা নত্তেদনা। মহাক থবকসু হৈবদাই, মপূক-চেলসু শেংই। মহাক লৈরিবৈদা মখোয় পাবুং হিসাবকী থবক্তা য়াবা য়াম্না ফরম্মী হায়বদাই?"

কুমুদিনীনা হায়বা অত্থুদা অচুম্বা য়াওরি। মহেন্দ্র লৈরিবৈদা দুকানগী হিসাবগী থবক্তা অরাবা লৈরমদে, হৌজিক্তি মাগী মহূত্তা পুরিবা মী অদুনসু মাগুম্না থবক ফজনা তৌবা হৈতে, অদুনা বলদেবগী কারবারগী খুদোংচাদবা কয়া লৈ। মহেন্দ্রদি হিসাবকী থবক্তা নত্তনা দুকানগী চিঠি চংনবা, চে-চাং ইথোক-ইশিনগী থবক অসিসু নীংথিনা তৌই, মাগী মহূৎ ফজনা শিনবীনীংঙাই মী কনাসু লৈতে, অত্থুগী মথক্তা মহাক পূকচেল শেংই হায়বা অসিমদি শোয়দবনি। কারবারগী থবক্তা অসিগুম্বা মীগী দরকার লৈ হায়বসি বলদেব মুন্না খঙই, অত্থুবু হৌখিবা থৌদোক্না মরী লৈননা মহাক্না মহেন্দ্রবু শাউ-নীংবদগী মহাক্না অমুক য়াংবগী ৱাফম অত্থু য়াদবত্তনি।

কুমুদিনীগী ৱা অত্থু তাবদা বলদেব খরা ৱাখল খন্থরক্লে।

"হৌজিক অহাঙবা কাদি লৈরিবা নত্রা?" কুমুদিনীনা হংলকই।

"লৈ, দলান মথক্কী নোংপোক ইথং থংবা কা অত্থু হাঙলি, মত্থুদা শমককপা হাজাম অমা লৈরম্বত্থু চংখ্রে।"

"অত্থুদি মত্থুদা লৈহল্লবসু য়াইদনা।"

"অত্থুবু মাগী মহূত্তা মী হাপ্লুরিবা অসিদি?"

"মতুদি মখোয় পাবুংনা শীন্দোক-শীঞ্জিন তৌবিরগা লোইরেদা।"

মহেন্দ্র অসি কুমুদিনীগা খরা তোরোৎ খোদানৈ। মহাক্না মহৌশা মাগী মপামগী অঙাং খরস্তু প্রাইভেট তম্বীরম্মী, অতুনা কুমুদিনীনা মাগীদমক য়েংনা ঙাওই। বলদেবদি পূকচেল কস্থা-কলেন্নবা, মীগী মরীদা অফ-ফত্তবগী মরমদা কয়া থোইনা খন্দবা মীওই অমনি।

মাগী নূপীনা হায়রবা অতুদা বলদেব মহেন্দ্রবু লৈহনবগী ৱাফম অতু য়ারে, মাগী মহূক্তা মী হাপখ্রবস্তু থবক্তু শীন্দোক শীঞ্জিন তৌনবা য়েংলগে হায়রে।

কুমুদিনী চৎখ্রবা মতুংদা বলদেব মহেন্দ্রবু অমুক দলানগী মথক্তগী কৌথতুনা মহাক মাগী তুকান্দা য়াওবা য়ারগনি হায়রে। মহেন্দ্রগী থাগী তলব মানা মহৌশা ফংলম্বা লূপা চাতব্লক অতুম ওইগনি, মতুগী মতুংদা তুকানগী কা অমা কনবগী ভারা ওইনা লূপা চামা কক্কনি হায়বনচিংবা অরেপ্পা ৱা অমা ঙাঙনরগা বলদেবনা নিমাইদা মাগী কাগী শো অমা পীতুনা লৈফম অতু মখোয় অনী য়েংনবা হায়রক্লে।

নোংপোক ইথং থংবা কা অতুমক্রি। নিমাইনা চিংতুনা মখোয় অনী থোঙ হাংদোকমিন্নরে। কাতু পীকই, নান্দে, অনাবগী হীদাক মথুম্নচিংবা খরা তারম্মী। ( নিমাইনা হায় হাজাম অতু নাতুনা ময়ুমদা চৎখিবদগী অমুক হল্লক্রবনি। ) মতুদা অপীকপা অমনবা কাংথোল অনখক লৈ। ফক্লাংতু কেলেন্দর অমনবা খরা থেৎলি, ষ্টোভতা থোং-থাকপগী থাউগী মৈথু পারপ্পা চুই, কুইনা থোঙ

লোন্দুনা লৈবগী শুজা মনম খরা নম্মী। থোইনা ফবা কা নত্তে। খা থংবা মায়কৈদা অরাংবা চেক্কী দলানগা তাইনৈ। কাতুগী নোং-পোক থংবা শরূক অতু ইহাও হাওই, থোঙনাউদগী য়েংবদা অশংবা অতিয়া, অরাপ্পদা লৈবা চীং-মানশিং, লম্বীগী নাকন্দা হৌবা উপাল-শিং তশেং তশেংনা উবা ফংই। সংসার অসিদা মাগী লৈফম অমতা লৈরমদবদগী মফম অতু ফংবতু মঙোন্দদি থোইদোক্লা স্বর্গগুম থোকখ্রে।

মহাক্লা কাতু শেংদোক শেংজিন তৌরে। মতু শেংদোকপা লোইবদা পূং তরামুক তারে। শেংদোক্লবা মতুংদা মতু তরু তরুবা কা মচা অমা ওইরে। মহাক্লা চান-থরুবা থৌরাঙ তৌনবা অমদি খরচকিদমক নিমাইদগী লূপা চনীথক পূরে; ঈরূজরগা হোটেলদা চাক চারুরবা মতুংদা তুকানগী থবক-ইশ্বাং ফজনা য়াওবা হৌরে।

নুমিত্তুগী নুংদাংদা চাক চাবা তোক্লবা মতুংদা মহাক মাগী কাদা পো-থাতুনা লৈ। থোঙনাউদগী য়েংবদা অতিয়াদা থানা তরু তরু থোরক্লি। বাজারগী অরাঙবা খরা চীকথরক্লে। খরা অথাপ্পদা হৌবা উপাল-শিংনা থাবলগী মঙান্দা তূমিন তূমিন্না মুশূক মুনা লেপ্লি। মখোয়গী শক্তম অতুনা করিগুম্বা অরোনবা সংসার অমগী মশকপু তূমিন্না তাকপগুম তৌই। মখোয়না হায়বগুম তৌই, “সংসারদা মীওইবনা খঙদবা করিগুম্বা খরা লৈরি।” মহেন্দ্রনা মখোয়বু মীৎ কৃপ্তনা য়েংতুনা লৈ। মহাক্কী পুক্নীংদা তমফম খঙদবা চনৈনবা রাখল কয়া ফাওবা হৌরকই; মীওইবগী পুন্সীগী চনৈনবা, মেন তাদবা অরাঙবা লম্বেল অমদি প্রকৃতিনা তাকপা অচীকপা লম্বী অনীতুগী মরমদা

ব্রাখল খনবা হৌরকই।

মহাক্না অস্নুম্না ফম্লিঙৈদা নিমাই বিড়ি অমা থক্লভুনা মাগী কাদা কোয়থোরক্লে। মহাক নহানমখৈদি পোম্থাফম ইখঙ খঙদে, ঙসিদি মহেন্দ্র লাক্লবত্থদা মাগা ঙহাক ব্রারী শাত্থনা মতম লেম্লবা চঙলকপনি।

মহাক্না থোঙনাউগী মপাদা ফমুংদা ফমত্থনা থাবল য়েংলিবা মহেন্দ্রদা হায়রকই, "করি ব্রাখল খল্লিবনো?"

"করিস্থ খন্দে, তানিমাই, চঙলকউ।"

নিমাই মাগী ফমুংদা ফমত্থনা ব্রারী শাবা হৌরকই, মাগী মোন ময়াদা লৈরিবা ফিলমফিয়ার, পিকচরপোষ্ট, সন্দেনচিংবত্থ ফাক্তুনা য়েংলকই, মরক মরক্তা চোকথবা মঙঙদা খরা শুগত্তুনা মখোঙ নাম্মত্থ শাংনা হেক হেক তিংথোবকই। "ব্রাখ্রে, মহেন্দ্র, ত্থকানগী থবকসি," মহাক্না হায়রকই, "নোংঙানবদগী নুমিং তাবা ফাঙবা ফাজিন্দুনা চথোকপা ফংদবা, লাঙখ্রবা মরক অসিদা ঐখোয়সি ব্রাখল খনবা ঙমদ্রবা জীব অমা ওইরে; নুমিৎ চুপ্পা লেপ্পা লৈতবা থবক, পাখোন কয়ানা ইথক্তা হৈথবা, নত্রনে?"

"চুম্মী, ঐস্থ খাঙবা ঙমদ্রত্থনা তুমিন্না চেল্লুরিবা অত্থনি, অত্থবু করিদি তৌগনি!"

নিমাই ব্রাখল খন্দুনা লৈ।

মখোয় অনী ঙহাক ত্থকানগী, বলদেবখোয়গী ইমুংগী মরমদা ব্রারী শাত্থনা লৈ। অত্থদগী মরনাইগী ব্রারী শানরকপদা মহেন্দ্রনা নিমাইদা খঙহৌদনা হংলকই, "তানিমাই, ইতৈমত্থ খরা কৌবীয়ুদনা।"

( নিমাই নূপী খাইনখিবা কুইরে। )

মহেন্দ্রনা খঙহৌদনা অত্থুন্না হায়রকপা অত্থুদা নিমাই শকফম খজিক্তুং হঙ্জিল্লকই, মাগী নূপীদু খাইনখ্রবা মতুংদা নূপা অমদা ময়ুম পানখিবা কুইরে। মদু মহাক্না মহেন্দ্রদা ফাওবা খঙহনবা ইকাই। মহাক্না হান্নগী শকফম অত্থমক্তা হায়রকই, "হুম, নূপী ! অবেপ্পা লৈত্তবা, মফম খঙদবা, ঐ মখোয়বু কি।"

মাগী অত্থুগুম্বা নূপীগী মরমদা নীংহন্নবা হুন্থনা ঙাওবা অত্থুনা মহেন্দ্রবু ঙকপা পোকহল্লি. হংলকই. "নূপীবু কৈদৌববগে, তানিনাই ?"

"নহাক খঙলকখিনি। নূপী অমনা নূপাবু কয়া কুইনা হুংশিবগে হায়বদু। মদু তেনখ্রবা মতমগী রানি। য়ুম্বানবা মতুং চহী খবা লৈরগা মখোয়গী ঈখোলাংবা, হৈনীংবা খুদিংমক মাঙখ্রগনি, হৌনবীগী ওইবা সেবা খরদমক নূপাদা তৌবক্কনি, নূপাদা পূক্নীং চঙলক্লবোই। মদু ফোঙদোক্লুবা য়াবা মওঙ নত্তে। কবিগুম্বা পেন্দবা ফোঙ-দোক্লুরবদি মখোয়না খুন্নক্কনি, 'ঐখোয়না অদোমগী পেন্দনবা করি তৌখ্রবগে ?' মত্থুনা ঐখোয়বু অমুক হেন্না শাউনীংহল্লি। ঐখোয়না হৌনবীগী ওইবা সেবা ঙাক্তদু পাম্বা নত্তে, লুনা নীংবা মতো অত্থুনি, মদু মখোয়না খঙদে ... ... ...।"

"ইতৈমত্থুদি কবম্না চংখ্রিবনো ?" মহেন্দ্রনা মবক থত্তুনা হংলকই।

"ঙাইখো ঐ হায়খিগে তাখো," নিমাইনা খাম্নত্থুনা হায়বকই, "অম্মুন্না হুংশিরবম্মু হুংশিদ্রবম্মু সেবা খরা তৌবিরিসিদি খবমু ফবি: হুংশিবম্মু হৈত্রবী, সেবাম্মু তৌদ্রবী নূপী কয়া লৈরি। মতম অত্থুদা ঐখোয়না খনগদবা করিনো ? নহা ওইরিবৈগী অমৃতগুম খোয়থুম্নরবা

হুংশিবগী ঈচেল অমসু খংহৌদনা কংখি. মতুগা লোয়ননা স্বর্গগুম হুংঙাই-গনি খন্দুনা শাগংলুবা মগু অহুস্নু খঙহৌদনা কায়খি। পূম্নমক্তু মতম অমগী মায়া ঙাক্তুনি। নখোয়গী নতৈমা অহুস্নু নৌরিঙৈদদি মবুক ফরম্মী, সেবা ফরম্মী, অদুবু কোন্নদি করি হায়রুগনি হুমিং চূপ্পা ঐঙোন্দা খংনবা হৌদুনা ঐবু লৈফম খঙহনখিদে। নোংমদি খংনবা অনদা ঐনা মাবু ফূরুবদগী ঐবু উশিং থওইদনা ঙাওলম্নগা মপামদা চংখি, মদুদগী অদুম লাকখিদে, ঐনসু কৌরুদে। মদুনি ৱারী হায়বনু।"

মহেন্দ্র নিমাইনা নূপীদা য়েংলিবা মীংয়েং অদু অঙকপা পোকই। মহাক্না মপূরুীংদা খল্লকই, "অস্নুম্না মচোই মচোই তাখ্রিবা পুন্সী অমগী দায়িত্ব অদু নূপীদা ঙাক্তা হৈথবসু চুমদে। মী হায়বসিনা মশাবু লুনা তৌ হায়বা ঙাক্তুনি—মশানা ঙাওবনা চুম্মী হায়না খঞ্জবা। তানিমাইগী শাক্সং কয়াদা ইতৈনদুনা পেন্দবা কয়া লৈরম্বসু য়াই।" (মহাক্না খঙবা অমা লৈ, নিমাই অসি নহা ওইরিঙৈদা জুৱার শান্নবা য়াম্না পাম্বা মীওই অমনি, মানা মহৌশা পৈশা কয়া জুৱারদা থাদোকপগী ৱারী মঙোন্দা তমখি।) অদুবু মহেন্দ্র ৱাদি ঙাঙলক্রে।

থোংনাউদগী য়েংবদা মকোয় হাইফেং মান্নরবা থা অদু অতিয়াদা ফনা ৱাংনা হাইগংলক্রে। বাজারগী অরাঙবসু য়াম্না চীকথরক্রে। মৈ থানবা রিক্সো খরদি চংপা উরি। মরক মরক্তা গাড়ী অচৌবা চেনবগী, হোর্ন খোংবগী মখোল অদু হৌনা তাবা হেল্লকই। দলান মখাদা লৈবা ময়াং ধোবী খরদি হৌজিক ফাওবা থবক শূবগী

মখোল ত্তারি। গান্ধী মেমোরিয়েল হোলদগী পূং তরা তাবগী কাংশি য়ৈরক্লে।

মহেন্দ্রদি ঙরাং অহিং তূমদবদগী তূম্নীংলক্লে। মতু উবদা নিমাইনা মাবু নীংথিনা তূমত্নুনা পোথানবা হায়রম্লগা মাগী মনাক্তগী চৎখ্রে।

# ২

নুমিৎ খবনি হৌখ্রে। মহেন্দ্র তুকান্দগী থবক্তগী ওহাক্তা শ্যদে, নোংমাইজিং নুমিত্তদা শংই ; মতুদা নিমাই মখোয় অনী সিনেমা য়েংবা চৎলি, করিগুম্বদা মফম অদৈদা কোয়থোকপা য়াগই। অফা-অপুন্নবা পুন্সীনি, জেল মনুংদা লৈরগা ওহাক ওহাক থাদোকপগা চপ মান্নৈ।

নুমিদাংদা নিমাইনা মাগী মনাক্তা হেক হেক হান্নগুম ৱারী শাতুনা ফম্লে। মতুদা মহাক্তা করিগুম্বদা বলদেবখোয়গী ইমুংব কুপ্পা, লীকপা, পূকচেল কনবা, নাপল তৌবগী মরমদা হুন্দুনা ঙাওই, অতুগা করিগুম্বদা ইমুং-মনুং, য়ুম্বাল-কৈবালগী মরমদা ৱারী শারকই। মহেন্দ্রদি মানা ঙাওবা অয়াম্বা তুমিন্না তাতুনা লৈ। অদুম্না নোংমগী থবক রানা শুরুরগা হৃংদাং মখল মখা কয়াগী ৱারী শাতুনা পোত্থাবা, অতুগা তুম্বা, নোংঙাল্লগা লেপ্তুনা চংথোক্তনা তুকানগী থবক শূবা অসিনি মখোয়গী নুমিৎ খুদিংগী ওইবা থবক।

নোংমদি বলদেবগী অমতা পোকপা মচানুপা বিনোদ অমসুং মাগী নোনা লুহোংলবী নূপী অঞ্জলি বলদেব কারক্তবা নুমিত্তা মাগী মহুং শিন্দুনা কাব তোংতুনা তুকান্দা লাকই। (বিনোদ কুমুদিনীগী মচানি। বলদেবগী নূপী অহল অতুদি মচা অমতা

পোক্লমদে। ) বিনোদকী নূপী অঞ্জলি হায়বিসি মশক-মতৌ য়াম্না ফজবী, মশম তেল্লপ নঙ্গন্দা ককপী, শাড়ি শেৎপী, নুংঙাই য়াইফবা ইমুংদা লৈবগী হৌনবা কেথোক মৌথোক্না লৈরবী নূপী অমনি, লাইরিক্তস্থু এম, এ, নি। মাগী মপুরোইবা বিনোদস্থু ইনাক খুনবগী মতীক ঈরাং অমদা তাউহ্নুনা নুংঙাইথোকপা পাম্বা মীওই অমনি, মাগী সঙ্গ য়াম্না লৈ, কারবার মখল কয়া তৌই, ঠিকা তৌই, চালাক লৈবা মীনি; অহুবু মহাক করিগুম্বদা নেশাদা হেক হেক লূপখিহ্নুনা পুন্সীগী দায়িত্ব পূম্নমক হেক হেক কাউথোকপা মীওইনি।

বিনোদনা মপাগী লূনা থারবা টেবল ময়াগী চৌকিদা ফম্লহ্নুনা মহেন্দ্রদা হায়রকই, "অদোম অমুক য়াওরে তাবদা নুংঙাইজরে। ঐখোয়গী দুকান অসি একাউন্টকী থবক্তা হৈশিংবা কনাস্থু লৈতবা অসিনা ঐখোয় রাহ্নুনা লৈরক্লবনি।" ( মহেন্দ্র অসি বি. কম, নি। ) বিনোদনা মাগী মনাক্তা ফম্লিবী মাগী নূপী অঞ্জলিবুস্থু মহেন্দ্রদা মশক তাক্লকই।

অঞ্জলিবু অহানবা হেক উবদা শুন্দ্বংলোইদবা মী লৈতে। মহাক কুচু ঙৌরোক ঙৌই, পাম্বোম কোৎথোকপী লৈ মচুগী ফুরিৎ অমা লীৎলি, ফুরিৎতুগা মচু মান্নবা শাড়ি অমা শেৎলি, ফীবমহু চুং-ফিরান চানা রাং চাউই, মমায়হু কোইরপ তৌই, মনাভোন অমস্থুং মচীনবান মওঙ অহু য়াম্না ফজে, কাজল তৈববা তরু তরুবা মমীৎ অহু যাহুগী মতৌগুম্না শুন্দ্বংনীংঙাই ওই। রারী শাবদা মাগী মমীতুনা য়েংলকপদা মপা থোক্লুরবদি মীগী থম্মোয়বু মরম খঙদনা লাওতক্লহল্লি। মহাক নুংঙাই য়াইফবা ইমুংগী মৌ অমনি

হায়বদা য়াম্না পকচবী অমনি।

মহেন্দ্রস্তু মহাকপু উবদা থুক লাউবা রাখল অমা ফাওই, মত্থ ফত্তবা রাখলদি নত্তে, শুম্বাৎপী নূপী অমগী মতীক-ময়াই অমদি মশেক-মঙাল অত্থুননি।

অঞ্জলিত্থু মহাকপু থোইনা থোশাবা তৌদনা চুম্না খঙনবা হৌবা ওইনা মঙোন্দা য়েংলগা খজিক্কং নোক্লকই।

নুমিত্তু বিনোদকা মাগী নূপীগস্তু তুকানগী থবক, চে-চাং শূবা, চিঠি ইথোক-ইশিন অসিনচিংবা তৌত্থনা লৈ। চিঠি ইথোক-ইশিনগী থবক্তি অঞ্জলিনা তৌই। মহাক পীক্লিবৈদেগী মিসন স্কুলদা তম্লক্তুনা ইংরাজী ফজনা হৈ। বিনোদতি বি, এ, ফাওবা পাস তৌহৌদে।

নুমিৎ অত্থদগী হৌনা বিনোদ তুকান্দা ফজনা য়াওবা হৌরে। অঞ্জলিনা মরক মরক্তা লাকই। বলদেবদি কারক্লবস্তু দলান মথক্তা সনা বন্ধান লৌবগী থবক তৌত্থনা লৈখ্রে।

মহেন্দ্র নুমিৎ চূপ্পা লাওবা, কারবারগী ঈচেন্দা তাউত্থনা খূৎশেমগী ওইবা পুন্সীগী মরক অত্থদা লেনবত্থ নুংঙাইফম খঙদে। মখোয় খূদিংমক করিগুম্বা য়ুখল অমনা খনজিন্দুনা লৈবগুম তৌই, পুন্সীগী নাকল অমদি পুরা উদ্রবগুম তৌই। মফম অত্থদা অফবা মীগী মরী অমতা লৈতে, অমগা অমগা হেঞ্জিন্নবা য়াদ্রবা মওঙদা লৈনৈ, মেন তাদ্রবা চরাঙনবা নুংশিৎ অমা শীৎলি, স্বর হোনবদা অশাবা নুংশিৎ হোনজিনবগুম তৌই। মহাক্না করিগুম্বদা খল্লকপা য়াওরকই অত্থগুম্বা বাজারগী চরাঙনবা পুন্সীত্থগী মরক্তা কয়া কুইনা

লৈখিগদগে হায়না ; অদুবু রাখল অদু ফল তাদ্রবা অমনি, মহাক্নীদি পূন্নমক অসি খাঙবা তাই, মফম অদুদগী চেন্নীংঙাই অভোপ্পা মফম অমা লৈতে।

মহাক্না করিগুম্বদা, তুকানগী মাঙ্গোল মচীদা লেপ্লদুনা সড়ক্তা চৎলিবা মীয়ামগী ঈচেল অদুদা য়েংলকই। মখোয় ময়ামগী মরক্তা করিগুম্বা লীপুন অমতনা পুন্দবগুম মাগী মপূক্নীংদা ফাওই— মখোয়দুগী মনুংদা কেরবা নহা ওইরিবা নূপা-নূপী, অঙাং, অহল-লমন কয়া য়াওই। মখোয় খূদিংমক হংনা শাবা, চাগনি থক্কনি হায়বদি খঙবা, মশাগী ওইজবা কান্নবা থিবদি হায়নীংঙাই লৈতনা খঙবা অঙকপা মখলগী জীব ঙাক্তা ওইনা মাগী মমীত্তা উরকই। মহাক্না খল্লকই, "করিগীনো মীনা অস্নুক য়াম্না হোংখিবগুম তৌরিবা ? ঙসিদি ঐখোয় কংলবা লৈকংলাগুম্বা জগৎ অমদা হিংলরে। মমল য়াম্লবা অমৃতগী মশক ওইবা নুংশিনবা হায়বদু মশিংগী মরক্তগী মাঙখিবগুম তৌরে। মীনা মচা-মশূবুদি কাহেন্না নুংশিরি, অতৈবুনা মী ওইনা উবা ঙমদবতনি। মখোয় অসিদগী চাকনিবা অমনা করিস্নু ফংলোই, লৈত-লাইরা, অরা-অনাগী তেংথাখোলনা মখোয়গী থম্মোয়বু পেৎহনবা ঙম্লোই। মসি যুগ অসিগী নুংশিৎনা পুরকপা লায়না মখল অমনি। মখোয়গী থম্মোয়দা শান্তি নত্রগা চনীংতাবা হায়বদু লৈতে, নুংঙাইবা লৈতে, নুংঙাইবদি মানবা নুংঙাইবদি নত্তবা করিগুম্বা মওঙ অমনা মখোয়গী থম্মোয়বু খুদুম চল্লি।" অস্নুম্না কবিগুম্বদা মাগী পূক্নীংদা রাখল কয়া থোক্না খল্লুরগা তুকানগী মনুংদা চঙলকই। থবক-ইস্থাংদা পূক্নীং চঙখ্রগা অদুগুম্বা রাখল অদু মহাক

অমুক কাউখি।

মুমিদাংদা থবক অমতা লৈতবা কান্দা মহাক্না মাগী ফমুংদা থোঙনাউ ময়াদা ফমত্নুনা ব্রাখল খন্দুনা লৈ। মত্নুদা মহাক্না অরেম্বদা মী ময়ামগী ব্রাখল অত্নুক য়াম্না করিগী খনবীরুরিবনো হায়না মথন্তা অমুক খল্লকই। মহাক্কী মরনাইগী ওইবা পুন্সীগী ফিরেপ অমা শাগল্লি, ব্রাখলগী চনীংতাবা মওঙ অমতা লৈত্রি। পন্থুংফম খঙদবা ঈচেল অমনা মাবু অস্থুম পুথরিবগুম তৌরি। মহাক পোথাফম ইখঙ খঙদে। নুংদাং অসি নহানমথৈ অয়াম্বা মতমদা নিমাইনা মাগী কাদা ফমত্নুনা মখোয় অনী ব্রারী-ব্রাতাই শাত্নুনা লৈবনি, অত্নুবু হন্দক মরক মুমিং খরনি অসি মাগী লমচত্তা অহোংবা খরা লাকখ্রে; নিমাই নোংমাইজিং মুমিং খূদিংগী মফম খঙদনা মথন্তা কোয়বা, মুমিং খূদিংগীস্মু ত্নুকান থিংলবা মতুংদা মফম খঙদনা কদায়দনো হেক হেক চংখিবা অসিনচিংবা তৌরক্লে। মহাক্না হংলুরগা নিমাইনা বলদেবখোয়গী ইমুংবু পেন্দবা ফোঙদোক্নুনা ঙাঙলকই, "মহেন্দ্র, ঐ মখোয়গী ত্নুকান অসিদা য়াওররোই, ফত্রবা লীকখ্রবা ইমুং অসিগা সঙ্গ তৌরবোই, অত্নুনা মফম অতৈদা চৎনবা য়েংলিবনি।"

নোংমদি মহেন্দ্রনা নুংদাংগী চাক চাবা তোক্লগা মাগী কাদা লৈরিঙৈদা নিমাইনা থোঙদা তক তক থীল্লক্লে। মহাক্না হৌগত্নুনা থোঙ হাংদোকপদা নিমাইত্নু মায়থোঙ মোংহাদনা, মহৌশাগা মান্নদনা ঈংথবা মওঙদা, অরুবা ব্রাফম অমা মন্নুংদা লৈরবগুম তৌনা চঙলকই। মহাক্না মহেন্দ্রগী মনাক্তা লেপ্লত্নুনা তপ্না হায়রকই, "মহেন্দ্র, ঐ ঙসিদি মফম অমদা লৈরুবা তারে।"

"কৈদৌরে তানিমাই, কদায়দা লৈরুগদৌরিবনো ?"

নিমাইত্থু পাক থুম্লক্তে। ওহাক্কী মতু'দা জ্ঞান তানা মমীতু তুকথনা মহাক্না হায়রকই, "মহেন্দ্র, ওসিদি নতৈমা অমা ... .... খওলেদনা ? ছকান অসিদদি থম্নীংদে, মরূপ অমগী য়ুমদা লৈরুবা তারে।"

মত্থু তাবদা মহেন্দ্র ওহাক চওরুনা লৈ। মহাক্না অত্থুম্না লৈরিগুদা নিমাইনা মাগী মরেংবান পায়ত্থুনা অমুক হায়রকই, "ভাইখো অতৈ লায়রি, নহাক্কী পৈশাকা লৈব্রা ? ঐ খজিক্তা পুখিগে।"

"কয়ামুক্লো ?"

"লূপা চহুমমুক্তং।"

মহেন্দ্রনা খওলে নিমাইত্থু মরু ওইনা মওোন্দগী পৈশা লৌবা চওলকপনি, নূপী চেনবগী ভাক্তা ওইরবদি মাগী মনাক্তা অমুক চওলমদ্রবস্থু য়াই। মহাক্না মাগী মোন মখাদা থম্বা বেগতগী লূপা চহুম লৌথোক্লুনা নিমাইদা পীরে।

মহেন্দ্র মতাং অত্থুদা মওোন্দা রা য়াম্না হংবা পামদ্রে। মহাক্না নিমাইগী মতু' ইন্দুনা থোরক্লে। থোওময়াগী মরুম অনদা মকোক খুম্বী, মীয়ায় ওইনা চাউবী নূপী অমা লুকথত্থুনা লেপ্লুনা মাবু ভাইত্থুনা লৈরম্মী।

মীকূপ খরগী মত্নুংদা মখোয় তপ্না তপ্না দলানগী মখাদা কুমথখ্রে। নিমাইগা নূপীত্থুগা লম্বীবোমদা থোকখ্রে। ওহাক্কী মতুংদা মখোয় অনীগী মশক উখিদ্রে।

মহেন্দ্র সড়ক ময়াদা লেপ্লুনা মখোয় চংখিবত্থু ওহাক য়েংলম্লগা

মাগী কাদা অমুক চঙলক্লে। মহেন্দ্র অঙকপনা খম থেংখ্রে, নোংমা নূপীবু কন্না হুন্দুনা ঙাঙখিবা নিমাইনা ঙসিদি নূপী অমা অমুক পুহ্রনা লাক্লবা অহ্নদা।

মথংগী নুমিত্তা বলদেবখোয়স্থু নিমাইনা নূপী চেল্লকপগী ৱাফম অহ্ন তারে। নিমাই নুমিৎ খরনিগী মতুংদা মাগী মপোৎ-মচৈ লৌবা হ্নকান্দা মাগী নূপীহুগা লোয়ননা লাক্লম্মী, অহ্নদগী মাগী থবক্তু তোকপগী ৱাহ্ন ফজনা ঙাঙনরম্লগা হনখ্রে, মহেন্দ্রগী তোনখিবা পৈশা খরা অহ্নস্থু হ্নকানগী থবক য়াঙবা অতোপ্পা মী অমদা মহেন্দ্রদা পীবিয়ু হায়না শিন্নরম্মী। মতম অহ্নদা মহেন্দ্রদি থবক অমা চখোক-খিহ্ননা হ্নকান্দা লৈতে।

নিমাই চংখ্রবা মতুংদা মহেন্দ্র হ্নকান্দা লৈবহ্ন য়াম্না চীকপা, মপূক্লীং নুংশিবা, ইতন তন্থবা হৌরকই। অহ্নবু মহাক্কীদি অহ্নগুম্বা পুন্সী অহ্নদগী নাম্থোকফম খঙদে। হ্নকান মন্নুংদা ফাজিন্দুনা লেনবা ফকচিল্লবা মতৌ অহ্নদগী কোক্লবা মহাক মথন্তা ওইরবস্থু ছুটি নুমিত্তা নত্রগা অশংবা কান্দা হেক হেক চখোকই। মহ্নদা মাগী খজিক্তুং পোথাবা ফংই।

মতম খরা হৌখ্রে। মহেন্দ্র হ্নকানগী থবক্তা ৱারবস্থু বলদেব-খোয়গী পেন্নবা থরায় য়াওনা হোৎনৈ।

নোংমা নোংমাইজিং নুমিৎ অমদা কোয়থোকপদা মহাক্না নিমাইহ্ন বাজারগী লম্বী অমদা থেংনরুরে। নিমাই মশা-মউ খরা নানখৎ-লম্লে, হাইফেৎ হরাউ-হরাউবা মতৌ উৎলহ্ননা নোক্লহ্ননা হায়রকই,

"কমদৌরি, মহেন্দ্র, নুঙাইরিব্রা? নহাক তুকান্দা অতুম লৈরিদনা?"

"উম, তানিমাই, নুংঙাইরি, তুকান্দা অতুম লৈরি। তানিমাইদি কমদৌরি, নুংঙাইরিব্রা?"

নিমাইনা মমীৎনা হাইফেৎ অর্থ লৈনা নোক্লগা হায়রকই, "নুংঙাইরি।"

"য়ুমদা লৈরব্রা? অতোপ্পা ভারাগী য়ুমদা লৈরিব্রা?"

"ভারাগী য়ুমদা লৈতে," মহাক্না হান্নগুম মহেন্দ্রদা নোকফেৎ তৌনা য়েংলদুনা হায়রকই, "নহানগী নতৈমা অতু—অতুগী য়ুমদা ..... খঙলেদনা?"

মহাক্কী মতৌতু উবদা মহেন্দ্রস্তু নোক্লক্লে।

নিমাইনা অমুক হায়রকই, "নহাকস্তু নোংম-ফাদোক কোয়-থোরকউদনা, অমুক্তং য়েংলো লাউ, সহরগী অরাঙবীতু নত্তে, অ। অচীকপা লৱায়দনি—খোঙহামপাওা, চীংগোল ময়াদা অতুম লৈরে, সড়ক্কী ময়াদা, থিবদা লায়না থোক্কনি। নতৈমতুগী মিংদা থিরকউ, থাবল্লে হায়না। ঐবুদি মীনৌনিনা মফমতুদা মীনা খঙবীদে।"

নিমাইনা চৎখ্রগা মহেন্দ্র মাগী মরমদা হাইফেৎ ঙক্না খন্দুনা লৈহৌই, "অঙকপা মী মথল অমনি, মীনা মতৌ পাক হেক তম্বা ঙম্বা মী নত্তে। নূপী অমদগী মানা খুদোংচাবা কয়াদা লৌবা ঙমখ্রবনো!" নোংমা নিমাইনা নূপীগী মরমদা হুন্দুনা ঙাঙখিবতু তৌশিন্নবা ঙাক্তনি হায়না মহাক্না খল্লকই।

ঙহাক উন্নবগী হৌনবী ওইনা মাগী মনাক্তা লাক্কে হায়খ্রবস্তু মহেন্দ্রনা মাগীদা চৎনবা অকক্লনা নীংবদি লৈতে। মানা নিমাইগী

নীংতম্বা পুন্সী অহুবুদি মফম খণ্ডনা কল্লকপগুম ভৌই, অহুবু নূপী ময়ুমদা য়াওঙ ইন্দুনা লৈবহুদি পামদে।

নুমিৎ অহুগী সন্ধ্যাদা মানা মাগী লৈফমদা হল্লকপদা মাগা হন্দক্তা নৌনা তিন্নরকপা ভোলেন কৌবা মরূপ অমগা মাগা লোয়ন-রকপা মশক খণ্ডবা অরাংবা নূপা অমগা। দুকানগী মমাঙদা লেপ্তুনা লৈরম্মী।

ভোলেন্না মাবু উবদা হরাউনা হায়রকই, "হেল্লো মহেন্দ্র, ঐখোয় নঙগী কাদা য়েংলুরবনি, নঙ লৈরমদবা অহুদা থোরকপদা ঙায়রিবনি। ইস, ওস্থোক্লা নুংঙাইরে নঙগা উন্নবা। য়েংউ, ঐখোয় ঙসিদি নঙোন্দা ব্রা অমতা হায়জগে হায়হুনা লাক্লিবনি।" মহাক্লা লং লং তৌনা শমগরকই, "ঐগী মরূপ অসি কনাগুম্বী নূপী অমা চেনবগী ব্রা লেপ্পরয়ে, অহুবু লৈফমগী খুদোংচাবা মফম অমতা লৈত্রে। ঙসিদি নঙগী অসিদা লৈফম অমতা পীদবা য়াদ্রে।"

মহু তাবদা মহেন্দ্র হাইফেৎ মুংশাথীরকই, খজিক্কং লকক তৌনা খুম্ফম খণ্ডনা লৈ।

মাগী মতৌহু উবদা ভোলেন্না নুংশাথীনা মখোল নৌথনা মাগী খুদাং পায়রহুনা হায়রকই, "মহেন্দ্র, নহাক য়াদবা ভৌনু, ঙসিদি ঐখোয় উপায় অমা লৈত্রহুনা তৌবনি!"

মহেন্দ্র গতি লৈতবা মওঙদা মাগী মরূপ্তুনা হায়বহু য়াথোকখ্রে, য়াদ্রবস্থু মঙোন্দা য়াম্না ফজদবা ওইনা থোকদোরে।

মখোয় অনী অমুক লাক্কে হায়রম্লগা মফম অহুদগী হনখ্রে।

মহেন্দ্র রাখল খন্না খন্না মাগী কা তান্না কাখৎলকই; থৌদোক

অহু মাঙান্দা অফবা থোক্রোইদবগুম মপূক্নীংদা মমি-শামি ফাওবা হৌরকই। মফম অহুদা মহাক অহুক য়াম্না নীংতম্বা পামদে, অহুগুম্বা অরুবা ফীবম ওইরকপা য়াবা থবক অহু মহাক্না য়াথোক্লিবা কবিগীনো হায়না খনবা হৌরকই। মহাক খওই মাগী মরূপ ভোলেন অসি কয়া মথোঙচাবা মী নত্তে, নোংমম্ব মী অমা অনীগা য়ু থক্নুনা লাক্লগা মাগী লৈফমদা মহাক্না য়াম্না লাওলৈ। অহুবু হৌজিক্তি মহু খল্লুবগী কান্নবা লৈত্রে, মহেন্দ্র থোক্লগদবা থৌদোক অহু মপূক্নীংদা নুংশাথীনা ওাইহুনা লৈবে।

মহাক চাক চাবা ভোক্লবা মতুংদা সড়ক্নী ময়াদা লেপ্পুনা, অমুকম্ব হঙ্গং-হন্দা চত্নুনা মখোয়বু ওাইহুনা লৈ! মতমতু নুংদাংগী পূং মাপলমুক খবা হেল্লে, লম্বীদা মী চংপা খরা লংলে। নিংথমথা চওলকপগী খবম্ব ঈংই। অম্মম ওাইবদা লাকমল্লক্লবদা মহাক মাগী কাদা অমুক চওখ্রে।

মহাক্না ফমুংদা হীপুনা মপালগী খোঞ্জেল খদিংমক মীং-না শিংনা ভাহুনা লৈ। ইকুই কুইদমা খওহৌদনা মাগী থোওদা তক তক তপ্না থীন্দুনা মাবু কৌবা মখোল ভাবক্লে। মহাক্না থোও হাংদোকপদা ভোলেনগা মাগী মরূপ্পুগা লোয়নবা মী খবা রা তক ভৌবী, কুচু ভৌবী, মমায় কোয়দানবী নূপী অমগা লেপ্পুনা লৈবম্মী। নূপী অহু মাবু উবদা খজিক্তুং ইকাইবা মান্না লূকথরগা লৈথোক্নুনা লৈ।

নিমাইনা লৈরম্বা কা অহু হৌজিক ফাওবা হাওলি, মহুগী শোহু মহেন্দ্রদা লৈ। মহাক্না ইমুংদা অমুক চওহুনা শো অহু

লোথোক্লুরগা অহাঙবা কাগী থোঙতু হাংদোক্লুরে।

মখোয়গী চা-থকপগী মরমদা মহেন্দ্রনা হংবদা তোলেন্না হায়রকই মখোয় ময়ূম ময়ূমদা চারক্লে, মতুগী অমুক শীন্দ্রবসু য়ারগনি। থৌদোক অতু মহেন্দ্রদদি কয়া হৈনবা নত্রে। মানা মখোয়গী মনাক্তা ঙহাক রারী শাদুনা মখোয়গী অরাৎ-অপা হংলম্লগা মাগী কাদা অমুক চঙলক্লে। থৌদোক অতুগী নুংশাথীবগুম্বা, কিবগুম্বা রাখল অমা ফাওবা অতুনা মহাক তূমথবা শূকয়া য়াদ্রে। থৌদোক অতু বলদেব-খোয়গী ইমুংনা খওলক্লগা করি হায়রকদগে হায়না মহাক্লা হন্না হন্না খনবা হৌরকই।

ইখঙ খঙহৌদনা গান্ধী মেমোরিয়েল হোলগী ঘড়িদা পূং তরা-মাথোই ভাবগী পূংজা য়ৈরক্লে। মতম অতুদা মহাক্লা মপান্দা অরুম্বা গাড়ীগী মখোল অমা তারকই; মীকূপ খরগী মনুংদা কনাগুম্বা খরা কূনথরকপা খোঙথাংগী মখোল, মখোয় খরনা করিগুম্বা রা খরা মুরুম মুরুম ঙাঙনবা নাশোল ওইনা তারকই। মহাক তূম্বগা য়াদবগা অহিংদা থোক্লিবা মখোল খূদিংমক অতু য়াম্না শেংনা তারকই। খোঙউপকী মখোলশিং অতু তপ্না তপ্না নকশিল্লকপগুম হৌরকই, দলান কাফম অদোমদা তারকই। ঙহাক্কী মতুংদা থোঙদা চৈগুম্বা অমনা থীনবগী মখোল তারক্লে। মতম অতুদদি মহাক মপূক্নীংদা নুংশাথীবা ফাওরকই, মপান্দা করিগুম্বা থৌদোক অমদি থোক্লে হায়না খল্লকই। মহাক্লা ফমুংদগী হৌগত্তুনা মিংশেল চনবা থোঙনাউগী পর্দা খজিক্তং হাইদোক্তুনা য়েংলকই। মহাক্লা উরে মাগী কাদুগা মায়য়োক্লবা পরেংদা মনীংলোমদা লৈরিবা তোলেনখোয়না

লৈরিবা কাহুগী থোঙ মপাদা পুলিস খরা লৈরে। তুপি খন্থবা উপ্পা মথীক নেম্বা, মশা ফবা পুলিস অমনা মাগী চৈ অহুনা থোঙদা থীল্লি। মহু উবদা মহাক থবাক্কী মিহুলহু খঙহৌদনা চোংবা হৌরক্লে।

মহাক্না হাইদোক্লম্বা পর্দা অহু খুমজিন্দুনা লময়ায়দা তৌফম খঙদনা ঙহাক লেপ্পুনা লৈ। ইকুই কুইদনা থোঙ হাংদোকখিবগী মখোল তারকই, কিহনবা মানবা মওঙদা ব্রা খরা কন্না কন্না ঙাঙবগী মখোলস্মু তারকই। মহাক্না ভাবনা শল্লকই নূপী চেনবগী থৌদোক অহুদা খঙহৌবা মী খরা য়াউহুনা ল'লা-লংজীন থিহুনা মখোয়বু ফাবা লাক্লবনি। মহাক মপাল থোক্কে নীংদ্রে।

"লাক্লো, অমুক ঙাঙনবগী কান্নবা লৈতে," পুলিসকী অকনবা খোঞ্জেল অমা মহাক্না অমুক তারকই।

ঙহাক্কী মন্নুংদা মাগী কাগী থোঙ মপাদা ব্রা খরা মুরুম মুরুম ঙাঙনহুনা মখোয়শিংহু লাকপগী মখোল তারক্লে। ঙসায় তোলেনখোয়না লৈরিবা কাগী থোঙদা থীনখিবা অহুগুম্না মাগী থোঙদস্মু চৈগুম্বা অমনা কাক কাক লাউনা থীল্লকপা মখোল তারক্লে; মহাক কোকচাউবী কারকই, থবাক্কী মিহুল অহু হেন্না কন্না চোংলকই।

মহাক্না হৌগত্তুনা থোঙ হাংদোকপদা মী খরা নেম্বা মশা ফবা পুলিস এস, আই, অহুনা মঙোন্দা অকনবা মীৎয়েং অমনা চাগদবগুম মুন্না য়েংলহুনা হায়রকই, "অদোম ওইরব্রা মহেন্দ্র হায়বসি ?"

"অহোয়, করি ওইরবনো ?"

"অদোম ঙহাক চৎপা তারে, ঋৈসন্দা।"

"মরম অদুত্তংদি ... ....।"

"মরমদি আ য়োরগা খঙবা তাবে," পুলিস অতুনা রা ঙাঙনবা যাদবা মঙদা অকনবা খোলনা হায়বকই।

মহেন্দ্র থোক্লিবা থৌদোক অতুগী মরমদা মখোয়দা লীনবা হোংনবকই, অতুবু মানা ঙাওবা অদু মখোয়না তাদে, মতুগী মহুত্তা মখোয়না চৈ-লাং উতুনা মড়োন্দা হেন্না ধমকা তৌবা হৌরকই।

মহাকপু পুলিসনা ভোলেনখোয়গা লোয়ননা ফাহুনা পুখ্রে।

৩

নোংঙাল্লগা মখোয় ফাখিবগী থৌদোক অদু ব্রা ব্রা লাউরে। মীশিংনা হায়নৈ বলদেবগী ডুকান্দা ফত্তবা মী খরনা ওক্কবী নূপী অমা পুশিন্দুনা লৈমিন্নরম্বদগী মখোয়শিংদু পুলিসনা লোইনা ফাখ্রে। বলদেব-খোয়গী ইমুংগী মীশিংদু য়াম্না শাউনরে। মখোয়না তূমিন্না পুলিসতা চত্তুনা হংবদা অস্নুম্না হায়রকই নূপীদুগী লৈকাইগী নহারোলশিংনা নূপী অদুগী শাজৎ অদু মুন্না খঙদুনা মখোয়গী মতুং ইন্নরগা পুলিসতা পাউ পীরবনি।

বিনোদনা পুলিস ষ্টেসন্দগী হল্লক্লগা ফমফমকাদা ফম্লগা শাউরপ্না হায়রকই, "মহেন্দ্রম্বু ফাদুনা লৈহৌরে, পূন্নমক অসি মানা শীনবা শোয়দনা ওইগনি।"

ইমুংগী মী অতৈনা মহেন্দ্রবু থীনা চৈনবা হৌরকই।

মতম অদুদা বলদেবদি ডুকান্দা চৎখিদুনা য়ূমদা লৈতে।

বিনোদনা ইমুংগী মী অতৈ থোকখ্রগা মাগী নূপী অঞ্জলিদা হায়রকই, "কয়াদা ইকাইখ্রবা থৌদোক্লো! মহাক্না ঐখোয়গী ইজ্জত খূদিংমক মাঙহল্লে--ফত্রবা মী। মহাক ডুকান্দা য়াওহনবা য়াদ্রে, তাম্থোকখ্রগনি। নহানমুকম্বু মুংদাংদা মাগী ফত্তবা মরূপ খরনা ডুকান্দা য়ু থক্কুনা চঙলক্লগা য়াম্না লাওই হায়না রামলালখোয়গী

ইমুংনা তম্লকই।" (রামলাল হায়বা অসি মখোয়গা থংননা তুকান ফম্বাময়াং অমগী মমিংনি।)

"অতুবুদি হৌজিক্তি মহাক কদায়দগী লৈহল্লগদগে? মহাক মতৌ মান্দনা ফত্রবা মথোঙ চাদ্রবা মী অমা ওইরম্লে," অঞ্জলিনা হায়রকই। ঙহাক তূমিন্না লৈরুরগা মানা অমুক শমথরকই, "মী হায়বা জাত্ত অসিনা থাজনীংঙাই ইরৈ হেক লৈতে। মহাকপু মফম খওদনা য়োকখৎলুবদগী থোক্লিবনি।"

বিনোদনা মাগী চাউরবা লৈত্তেং তৌরবা ফমফমকাগী সোকা অত্তুদা শূকথমা মরাইবক্তা মখূৎ শৌদ্রুমা শূকথরগা ফমহুনা লৈ।

অঞ্জলিনা মপুরোইবযু থেমজিনবা মওঙদা হায়রকই, "ফবে, হৌজিক্তি হোৎত্রবমিনা খল্লুহুনা কৈদোগনি? থোক্লবা অমা লাক্লবা হায়বা অত্তুনি, মহাকপু লৈহন্দ্রগা লোইরে। ঐখোয়গী ইমুংগী মীমক্তি মফম অত্তুদা লৈতবনিনা ঐখোয়দি অত্তুক হাক্কা শোক্তবসু য়াই। মখোয়দনি রাজগদবা।"

"অত্তুবু কনানা খঙগনি? ঐখোয়সু ইচেন চেন্নদযদি য়ারোই।"

অঞ্জলিগী ফজরবা মায়থোঙ অত্তুদসু খল্লা অরাযবগী মমি তারকই, স্বরমপী শাংনা হোল্লকই। মহাক চুবা মেত্তুনা মপুরোইবগী মনাক্তা রাথল খন্দুনা ফমহুনা লৈ।

"কারগী শোচু পুথোরকউ," বিনোদনা হায়রকই, "ঐ চুকান্দা চংলুখিগে, পাবুংগা উম্নরগা রা তাম্নরুখিগে।"

মপুরোইবা চংখ্রবা মতুংদা অঞ্জলি থোদোক অত্তুগী মরমদা খন্দুনা ফমফমকাদা ফমহুনা লৈরে; মহাক মহুগী মরমদা ইমুংগী

মী অতৈগা রারী শাবা ফাওবা ইকাইজে। অছুবু মনেম্বোক কুমুদিনীদদি মতুগী মরমদা মাগা রারী শানৈ। মহাক্লা অঙাংলিগী মনাক্তা চঙলক্লগা হায়, "করি কমদৌনা থোক্লিবনো হায়বহু অমুক্তং মুম্না খঙখিসি।"

মুমিং অতুগী সন্ধ্যাদা মহেন্দ্র পুলিসনা জবান লৌরবা মতুংদা থাদোরক্লে। মখোয় অতৈদি থাদোরক্লি।

মহাক্লা লাকপা মতমতু তুকাম থোঙ লোম্ব্রি, বলদেব মশাম্বু লৈ। মাহেন্দ্র অহিং তুম্লক্তবগী মমীৎ ইঙাও ঙাঙই, শকফম শোকই। মহাক্লা মরু লুক্লা তুকান্দা চঙলকপা কান্দা বলদেব চীংলেম্না গদিদা ফমতুনা লৈ, অর্থ লৈবা অথাবা মীৎয়েং অমনা মঙোন্দা মীকুপ খরা য়েংলকই। মহাক মমায় ঙাউলপ তৌই, ইফিং ফিংনা মাহেন্দ্রদা রা পাক ঙাঙলক্তে। মহাক্লা মহেন্দ্রগী শকফম, খোঙদগী তোন ফাওবা হান্নগী মীৎয়েং অতুনা য়েংলতুনা হায়রকই, "মহেন্দ্র, থৌদোক অতু করম্না থোক্লিবনো ঐঙোন্দা তম্মু।"

মহেন্দ্রনা হৌখিবা মুংদাংগী থৌদোক অতু তম্বা হৌরকই। মহাক্লা হায় পুম্নমক অতু মহাক তশেংনা হান্না করিমতা খঙদবনি, কোন্নতা মফম মরাং খঙহৌদনা ফা-পুনবগী থৌদোক অতু থোকখিবনি।

বলদেবগী অচেংপা শকফম অমদি অরুবা মতুং ফাওনা উবা মানবা মীৎয়েং অতুনা অসুন্না হায়বগুম তৌই, "হংকম থোকপগী হংবনি, পুম্নমক অতুদি হায়রুবগী কান্নদে।" মহাক্লা ফোংনা হায়রকই, "মহেন্দ্র, অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু ঐ ভাব পুম্নমক তারে। মহাক ঙসিদগী ঐখোয়গী তুকাম অসি থাদোকপা তারে।"

মহেন্দ্র ইকাইনা লূকথতুনা লৈ। অতুদগী মহাক্না বলদেবদা থৌদোক অতুগী মতাংদা মহাক্কী মরাল লৈতে হায়বনচিংবা অমুক হন্না হায়জতুনা মহাকপু শাউবীদনবা হায়রকই, অতুবু বলদেবনা খঙহৌদনা মমীৎ ঙাঙনা শাউরতুনা লাউরকই, "মহেন্দ্র, ব্রা য়াম্না ঙাঙনবগী কান্নবা লৈতে। চৎখ্রো মফম অসিদগী ঐনা হায়রিবা অসিনি, ঐ নহাকপু অমুক য়াওহনবা ঙম্নরোই।"

বলদেবনা চে মচেৎ অমদা করিগুম্বা খরা খোৎলগা পৈশা খরা মঙোন্দা লাম্থোক্তুনা হায়রকই, "সে লূপা চনীয়াঙখৈ নঙগী থা মখায় অমগী তলব।" (মতু মাগী থা মখায় অমা লৈবগী ভারা ককহৌরগা ফংফম থোকপনি।)

মহেন্দ্র পৈশা অতু লৌরগা মরু লূক্না বলদেবগী মমাঙদগী থোরক্লে, অতুগা মাগী লৈফম কাদা কাখৎখ্রে। মহাক ব্রাখন্না ফুম্বঙননা মাগী ফমুংদা ঙহাক লূকথতুনা ফমতুনা লৈরে। মাগী মকোক্তা ইহান হান্না লাকপা ব্রাখলদি মহাক্না চৎকদবসি কদায়দনো হায়বা অসিনি; জগৎ অসিদা মাগী চঙফম কনাম্তু লৈতে, মহাক অতোপ্পা ভারাগী লৈফম অমা থিবা তাই, অতুবু মতু খূদক্তা থিবা খুদোং চাগদবা মান্দে।

ফনা কুইনা অতুম্না ফমতুনা লৈরুরগা মহেন্দ্র তপ্না হৌগৎ-লক্লে, অতুগা কাঙখল চৈখোক্তগী কাঙখলনচিংবা লৌথোক্লে, মফি-মরোল লোইশিনবা হৌরক্লে। মহাক্না মখোয়দু মাগী স্যুটকেস অতুদা পুল্লপ হাপচিল্লে। মহাক্না মতু পুরগা দলান মখাদা কূমথরক্লে, অতুগা মাগী কাগী শোনচিংবা বলদেবগী টেবল মথক্তা থম্লম্লগা

মহাক তুকান্দগী থোরক্লে। হৌখিবা চহীগী নিংথমথা চঙলকপা মতম অসিমক্তদনি মহাক্না ময়ুমদগী খৎনতুনা তুকান্দা লৈনবা লাকখিবনু। মাগী পুন্সীদু ঙসিদি মরা য়াৎদ্রবা পাম্বী অমগুম তৌরকই, সংসার অসি অহাঙবগুম উই। বাজারদা কেনা মফি-মরোল নান্না, মায়থোঙ মকা লান্না চৎলিবা মী খূদিংমকপু মহাক্না খঙহৌদনা কল্লকপা পোক্লকই। "মখোয় খূদিংমক ঐগুম্না ফীবম চাদ্রবা, লৈফম লৈত্রবা, অরাবা তারবা মী ওইরমদবা য়াই," মহাক্না মপূক্নীংদা খল্লকই। অঈংবা নুংশিৎনা লিরি লিরি শীৎলকই। লৈচিল পারপ্না থাংবা থাবল ফবা নুংদাং অতুনা মঙোন্দা হায়ফম খঙদনা পূক্নীং নুংশিবা রাখল অমা ফাওহল্লকই। সংসারগী মীওই কনানসু মাগীদমক রাবীনীংঙাই লৈতবগুম খল্লকই। বাজারদা থানবা অঙানবা মৈঙাল, তুকান্দগী খোংলকপা ফিলমগী ঈশৈ, গাড়ী মখোল, চৎলিবা মীশিংদুগী থৌশাদবা অকনবা মায়থোঙশিং পূম্নমক অতুনা মঙোন্দা করিগুম্বা মওঙ অমদা অরাবা পীরকই।

নুমিতুগী নুংদাংদু মহাক বাজারগী হোটেল অমদা লেক্লে। মহাক অহিংদু তূম্বা য়াদে, নোংঙাল্লগা করি তৌগদগে হায়বা রাখল অসিনা খন্দুনা লৈ। মহাক্না খঙহৌদনা নীংশিংলকই নিমাইনা মাগা উন্নবদা মাবু নোংম-ফাদোক মাগী মনাক্তা চথোরক্লবা হায়রম্বা অদু। মহাক মাগী মনাক্তা অমুক্তং চৎলুগে হায়না মপূক্নীংদা লেপ্লে।

মথংগী নুমিত্তা মহাক্না চাক ঙন্না চাথোক্লগা বস তোংতুনা খোঙহামপাৎ তান্না হাইথরে। মহাক্না চীংগোল মপাদগী খজিক্তং

হেম্বরগা নিমাইনা তাক্লম্বা মপা অতুদা কুমথরে।

মতমত্থু পুং তরামুক্তা তারি, নিংথমথা চঙলকপগী ন্নুংশা খজিক্তুং মেঙনা শাই। চীং-মান, উপাল-ব্লাপাল, সড়ক্তগী লোইরোইননা লৈখ্রিবা তুরেলগী খোঙবান্দা হৌবা মনা-মশীং, লৌবুক-লম্ঝাঙ পূম্নমক অতুনা মাগী থম্মোয়বু ঈংহল্লি ; মখোয়না মাগী পূক্লীংবু হৌদোকপগুম তৌরকই, অতুবু অরাবা চমন্নবা ব্লাখল অমনা মাবু খূতুম চনবত্থুদি লেপ্লা লৈতে।

সড়ক ময়াদা শান্নরম্বা অঙাং খরদা মহাক্লা থাবল্লেবু হংতুনা মখোয়গী ময়ুমদা চঙলক্লে। মখোয়গী য়ুমত্থু সড়ক অচৌবদগী য়াম্না চঙশিন্দনা লৈবা, পীকতক তৌবা ইনা কূপ্লা য়ুম অমনি। মখা থংবা মায়কৈদা লম্ঝাঙগা তাইনৈ, মমাঙদা চীংগোল লৈ, হিঙ্গোলদা মনা-মশীং মরাং কায়না হৌই, য়েংবদা পূক্লীং হূনীংঙাই ওই।

মহেন্দ্রনা য়ুমত্থুগী মপান্দা কনামতা লৈবা উদে। মহাক্লা চুরিদা লেপ্লগা নিমাইবু কৌরকই। মত্থুদা নূপী অমা থোরক্লে। মহাক মীয়ায় ওইনা চাউই, মমায় কোয়দানৈ, মমীৎ কূৎতক তৌই, মীখোল-নাখোল্লি। মহেন্দ্র মাবু মশক খঙদে ( নোংমা ন্নুংদাংদা মমি-শামি খজিক্তুং উথিবা থাবল্লেগী মশক্তু মহাক্লা অশেংবা লাকশিনবা ঙমদে )। অতুবু মহাক ভাবনা অতুম খঙবা ঙম্মী, নূপী অত্থু থাবল্লে শোয়দনা ওইরমগনি।

মহেন্দ্র মঙোন্দা নিমাইবু হংবদা মহাক তুরেল্লোমদা ঈরুজবা চৎখ্রি হায়না নূপীতুনা খুম্নকই।

মহাকপু ফম্নবা হায়রবস্থু মহেন্দ্র অমুক ফম্নমদনা তুরেল্লোমদা

নিমাইগা উন্নরুরগে হায়না থোরক্লে।

সড়ক্কী নোংপোক্তা থেক্তুনা চেল্লিবা তুরেলগী লোইরোইনবা তোর্ব্বান্দা মনা-মশীং, হঙ্গান্নচিংবা নিংথিনা হৌরিবা মফম অতুদা মহেন্দ্র লাক্লে। ঈশিংগী ময়াদা অপাকপা নুং অমগী মথক্তা ফমতুনা নিমাইনা ঈরুজতুনা লৈরিবতু মহাক্না উরে।

মহেন্দ্রনা মাগী মনাক্তা তপ্না তপ্না চঙলকপা উবদা নিমাইনা ইখং খংনা লাউরকই, "হাইমা, মহেন্দ্র, নহাক্তি মফম অসিদা করম্না ... .... ?"

মহেন্দ্র মোংহাদনা চেল্লিবা তুরেলগী অরুবা ঈশিংগী ঈমায় অতুদা য়েংলতুনা তোর্ব্বানগী অতোপ্পা রাংখৎনা লৈবা নুং অমদা মখোঙ য়াম্ব্ুতুনা ফমথরকই।

মহাক্না ঈংথনা নিমাইদা মঙোন্দা থোকখিবা থৌদোক অতুগী মরমদা তম্লকই, অতুগা হৌজিক ওইরিবা মাগী অরুবা ফীবমগী মরমদা হায়রকই।

"অতুবু নঙগী নরাল্লা ?" নিমাইনা বলদেবগী ইমুংবু মহৌশাগুম চৈতুনা হায়রকই, "মখোয়সি ফত্রবা মী ঙাক্তনি, মপূকচেল কনখ্রবা ! মখোয়না মী কনাগীস্পু য়েংদবনি, ঐদি নহানমখৈদগী হায়রিবা অতুনি।"

"ঙরাংদি হোটেল অমদা লেকই। অতুবু বাজারগী অতুগুম্বা হোটেল অমদা কুইনা লৈবতু ওইথোক্তে। তানিমাইখোয়গী অম্বাই-দা মমল হোঙবা ভারাগী য়ুম অমতং ফংগদ্রা ?"

মতম অতুদা নিমাই ঈরুজবা লোইরক্লে। মহাক্না ফদি শুমদোক্লগা মমায়-মমীৎ, মশাতু তৈথোক তৈথোক্না রাখল থম্বরকই।

মহাক্না মহেন্দ্রবু মানা লৈরিবা য়ুম অদুদা লৈহনবা ফাওবা য়াবনি;
অদুবু মখোয়গী য়ুম অদুদি অদুক্কী মতীক পীকখ্রে মদুদি মাগী
নূপীগা মখোয় অনীত্তা লৈবা ফাওবা চিল্লি ; অদুগীসু মথক্তা নূপীগী
ময়ুমদা মানা অত্তুক হাক্না নীংতম্বসু ওমদে। মহাক্না হায়রকই,
"য়েংবা হায়বদুনি, ঐদি 'স্বাইগী মফমসিগী মরমদদি কয়া খগুদে;
নতৈমগা ব্রারী শাখিসি।"

মখোয় অনী তুরেন্দগী কারক্লে। ময়ুম য়োরগা নিমাইনা
মহেন্দ্রবু থাবল্লেদা মশক তাক্লকই, অদুগা মফম অদুদা মাগী ভারা
লৈফম অমতং থিবা ফংগদ্রা হায়না হংলকই।

থাবল্লে অচম্বী নূপী নত্তে, মচীন-মখা য়াংবী, কৈরোল লৈকাইগী
মী খূদিংমক্কা য়াম্না তোরোৎ খোদানবী, ময়াম্না নুংশিবা মী অমনি।
অম্মুম্না থিবা অদু মঙোন্দা লুন্না থোক্কদবা অমা নত্তে। মহাক্না
কোম্না হায়রকই, "থিবু থিরবদি করিগী ফংদদগে?"

মাগী ব্রাহৈ অদুনা মহেন্দ্রবু পূক্নীং লুমহল্লকই।

নিমাইগা মখোয় অনী ব্রারী শাদুনা ফমহৌরিঙৈদা থাবল্লেনা
ভারাগী য়ুম থিবা চংখ্রে।

নিমাইনা মাগী হৌজিক্কী ওইরিবা পুন্সী, য়ুম্বাল-কৈবালগী
মরমদা ব্রারী শাবদা হায়রকই, "মহেন্দ্র, ঐদি বন্দিদগী কোকপগা
চপ মান্নরে, মফম অসিদা ওস্থোক্না নুংঙাইরে। তুকান্দা লৈরি-
ঙৈদা নুমিৎ চূপ্পা ফাজিন্দুনা মীগী 'মীনাই ওইবা; অদুগী মথক্তা
থবক খজিক্কুং শোয়বা নত্রগা পেন্দবা থরগীসু 'মীবু মী ওইনা
ঙাওদ্রবা! হুম, তূকচৈ নীংশিংলুবগা মখোয়গী লীচৎ-শাজৎ! 'সিদদি

ঐ থবক মবা অমা শূদে, নতৈমনা থাক্লিবনি, মহাক্না ললোনবা চৎলি, ঐনা য়ুম শওই, হিঙ্গোল-শম্বল য়েংশিল্লি, অসি মওায়। নহাকসু মখোয়গী তুকান্দগী তোক্লকপত্থু অমরোমদা য়াম্না ফরে, নীংতম্লবনি। উরেদনা মখোয়গী ইমুংগী নূপী ফাওবনা ঐখোয়বু ন্নারকপগুম ওাওখিবত্থু। অঞ্জলিত্থু মশক্তি ফজে অত্থবু মখোন্দি কল্লি, নত্রা ?"

মহেন্দ্র মানা ওাওবত্থু তূমিন্না তাত্থনা লৈ।

নিমাইনা মাগী অনৌবা য়ুম্বাল-কৈবালগী, লমত্থুগী মীশিংগী, অনৌবা থৌদোক-ন্নাথোক্কী মরমদা কুইনা ওাওত্থনা লৈ।

ফনা কুইনা ন্নারী শাত্থনা কম্লবা মতুংদা থাবল্লে ভান্নাগী য়ুম থিবা চৎখিবত্থু হল্লক্লে। মহাক্না হায়ররে মখোয়গা থোইনা লাপ্লদনা লৈবা কনাগুম্বা নিংথেম কৌবা মী অমগী সড়ক্কী ময়াদা লৈবা য়ুম অমদা মহেন্দ্র লৈবা য়ারগনি।

মহেন্দ্র থাবল্লেগা লোয়ননা মফম অত্থদা চত্থুনা ভান্না লৈবগী ন্নাফমত্থু য়ুম্বুগা ওাওনবা লোইরগা ইম্ফালদা অমুক হল্লে। মথংগী তুমিত্তা মহাক অয়ুক অওনবদা হোটেলগী পৈশানচিংবা পীথোক্লম্লগা খোওহামপাত্তা অমুক লাক্লে। বলদেবনা মওোন্দা পীরকপা তলব মচীৎ লূপা চনী ন্নাওথৈ অত্থু মহাক্কী থরচ ওইনরি, মত্থনা মানা লৈগদৌরিবা য়ুম অত্থুগী মতম থরা ভান্না তুম্লরগনি। মত্থু লোইথ্রগা মফম অত্থদা মহাক্না করি তৌগদগে, করম্না শেল তানগদগে হায়বা অত্থুদি মহাক মশামক করিমত্তা খওবা ওঙ্গন্দ্রি।

নিমাইগা মাগী নূপী থাবল্লেগনা মাবু মাগী ভান্না লৈগদবা

য়ুম অতুদা থিল্লে। মী ফুল্লেনবা মকোক খরা তাঙলপ তৌবা, মমীৎ লংবা, ব্রা ঙাঙবদা চালাক লৈবা, মীয়ায় চল্লবা য়ুম্বু অতুনা মহেন্দ্রবু হরাউ-হরাউ তৌই। নিমাইগা থাবল্লেগতু মানা লৈবগী থৌরাঙ তৌবতু ঙহাক য়াওরম্লগা হনখ্রে। য়ুম অতুদা মহেন্দ্র মথস্তা ঙায়হৌরে। মতু সড়ক্কী ময়াদা লৈবা টেরশিং টিন্না কুপ্পা অপীকপা য়ুম অমনি, মওঙ তানা ভারা থম্লবা শাবা য়ুম নত্তে, চুম্না তুকান মচা অমা ওইনবা শাবা শঙনি। মনীংলোমদা য়ুম্বুগী অপাকপা শুমাঙ, অশংবা মনা-মশীং হৌবা হিঙ্গোল লৈ, মমাঙলোমদা সড়ক, তুরেল, মতুগী ব্রাংমদা লৌবুক-লম্মাঙ লৈ। য়েংবদা চীক্লা উবা, লৈবদা নুংঙাইগদবা মফম মাল্লি।

নুমিৎ অতুদি মহাক অনকপা হোটেল অমদা খেচরি প্লেট অমা চারগা পোখারে।

মথংগী নুমিৎ খরনিতু মহাক থবক অমতা লৈতে, মতম লেনবদা ব্রায়, নুমিৎ চুপ্পা পৈশা থোকপা য়াবা থবক করি তৌশিগে হায়না খন্দুনা লৈ। হোটেলদা চাক চাবা, তুরেন্দা ঈরুজবা চৎপা, সন্ধ্যাগী মতমদা নিমাইগা চীংয়াদা ব্রাকিং চৎমিন্নবা, হল্লক্লগা মখোয়দা মৈ তিকমিন্নতুনা ঙহাক শুমাঙদা ব্রারী শাতুনা ফম্বা অসিনি মাগী নুমিৎ খুদিংগী ওইবা থবক। নিমাই লৈরমদ্রবদি মহাক মফম অতুদা লৈবা ব্রানা থোক্লমগনি। মহাক অয়াম্বা মতমদা মখোয়দা পোখাতুনা ব্রারী শাতুনা লেল্লি। অতুবু লুরিবদি মাগী মখূত্তা পৈশা ইরৈ লৈরক্রে; মতুনা মাবু য়াম্না লাঙতক্লহল্লি।

মতম খরগী মতুংদদি মাগী খুদোংচাদবতু কোক্লবা তাঞ্জা অমা

লাক্লে। মহাক অসি লাইরিক হৈবা মীনি হায়বা খঙলবদা লম অতুগী অহল অমনা নোংমা মঙোন্দা অঙাং অনীখক প্রাইভেট টিউসন তৌবীনবা হায়বা লাকই। মখোয় অনীতু তম্বীবা হৌরবা মতুংদা অঙাং অতৈস্সু মখোয়না হায়নরক্কুনা ছাত্র তরামুক লাইরিক তম্বীবা হৌরে। মতুদগী মঙোন্দা থাগী ওইনা পৈশা খরা লাক্লীং-ঙাই লৈরে; মথস্তা হিংবগীদি কোম্লা থোক্লগনি হায়বগী আশা অমা লাক্লে। মহাক কয়া কুইনা অতুম্না পুন্সী লেনগদগে হায়বদি খঙদে, অতুবু হৌজিক হৌজিক্কী ওইনদি ফীবম খরা ফরে।

মতম খরা হৌখ্রে। নোংমদি মহেন্দ্রনা ইম্ফালদা চৎপদা য়ুম্লোন্নবা মী অমা বাজারদা থেংনৈ। মহাক্লা মহেন্দ্রদা মহাক্কী মপা অতু থা অহুমমুক্কী মমাঙদা লৈখিদ্রে, অতুগা মমা অতোম্বী অতুস্সু নারক্কুনা অপীকপা মচাশিংতু পুতুনা মপামদা লৈরুনবা চৎখ্রে হায়না তম্লকই। মী অতুনা হায় মপা লৈখিদবগী মতাং অতুদা মহাকপু পাউ পীনবা কোয়থি থিবদা থিফম খঙখিদে। মহেন্দ্র শকফম হজ্জিন্না তূমিন্না লৈখি। থৌদোক অতুদা মফম খঙদনা পুক্লীং নুংশিবা অমদি খোয়শাউনবা ৱাখল অমা পোকহল্লকই।

মহাক্লা খোঙহামপাত্তা অমুক মাগী লৈফমদা হল্লক্লগা কুইনা ৱাখল খন্দুনা লৈরে; অতুদগী খঙহৌদনা মহাক ময়ুমদা চৎনবা ৱাখল খল্লকই। মুমিৎ অতুগী নুংথিল অতুমক্তদা মহাক্লা য়ুমগী ভারা-নচিংবা শেংদোক্লরে, নিমাইখোয়দা মাগী অনীংবা ৱাখল অতু ফোঙ-দোক্লুরে; অতুগা থংনবা মুমিত্তা মপোৎ-মচৈ য়োমতুনা ময়ুমদা চৎখ্রে।

মতুগী মতুং থা অঙ্গুম্লোম লৈরগা নোংমা থাশি নুমিংকী অয়ুক অমদা মমা অতোম্বী মালতী নাবা ফরতুনা মচা অনী ( নুপা অমগা নুপী অমগা ) অদু পুন্থুনা মপামদগী অমুক য়ুমতুদা লাক্লে। মহেন্দ্রনা নহানমখৈ য়ুম থাদোক্তুনা চৎলুরগা মপা শিখ্রবা ফনা কুইরবা মতুং অসিদা ইথা থাজদনা ময়ুমদা অমুক লৈরম্বা অদুদা মালতী থরা ওকই। অদুবু মখোয় অনীমক ৱা অমতা ঙাঙনদে। য়ুম অদুদি চাউই, কা মরাং কায়না য়াম্মী। লৈফমগীদি থোইনা খুদোংচাদবা লৈতে, মুংঙাইনদবগী ৱাফম্মা অতোপ্পা অমনি।

মহেন্দ্র মঙোন্দা ৱা ঙাঙবা নত্রগা তাল্লুবগী থৌনা লৈতে।

মালতীসু মঙোন্দা ৱা করিমতা ঙাংদনা মাগী কাদা চঙতুনা মফি-মরোল হোংদোক্তুনা থবক-ইথাং নোম্বা হৌখ্রে।

মহেন্দ্র ৱাখল খন্দুনা মাগী কাদা ফমতুনা লৈ। মহাক হৈনদবনা খম থেংলে, খঙহৌদনা খল্লকই, "য়ুম অসি থাদোক্তুনা খুদক্তা অমুক চৎখ্রসিরা ?" অদুবু মঙোন্দা থোকখিবা খুদোংচাদবা ময়াম অদুগী খল্লুবদা মহাক মতুং ঙমদ্রে।

ফনা কুইনা ফমতুনা লৈরুরগা মহাক মফি মরোল শেতুনা হোটেলদা চাক চাবা চৎলে। মুংদাংদি মহাক্না মথন্তা মহৌশা থোংনরম্বা ষ্টোভ অমদা থোংতুনা চানবা খল্লে। ( মখোয়গী চাকথুম অদু মালতীনা কনশিনখ্রে। )

হোংলক্লিবা পুন্সীগী ফীবম অসিদা মহাকপু করিমতা হৈনীংবা পোকহন্দে, অমগা অমগা থাজমবা য়ারা, মুংশিনবা য়াবা হায়বদু সংসার অসিদা ইরৈমক লৈত্রবগুম খল্লি। মপাদগী মুংশিবা ফংখিদবা,

মীতোপশিংদগী অয়াকপা মীৎয়েং থেংনখিবা পূন্নমক অত্তুনা মাগী পূরক্লীংগী ফীবম্সু কৈদোউঙেদস্সু ফহনবা ঙমদে। চাওখৎপা নত্রগা মুংঙাইখৎলকপগী রাখল খূদিংমক মঙোন্দা লৈতে, সংসার অসি মঙাল য়াওব্রবা অমম্বা মফম অমগুম উই।

নোংমা নীনি হৌখ্রে। মমা অতোম্বী মালতীগা মাগদি অত্তুম কৌনদে, অত্তুবু মপা লৈখিত্রবা মতুং অসিদদি মহাক হান্নগুম তৌত্রে, খরদি ঈংথবগুম তৌখ্রে।

মহেন্দ্র হৌজিক শেল থোকপগী রাখলতমক খল্লি। ময়ুমদস্সু অঙাংনচিংবা লাইরিক তম্বীত্তুনা চানবা শেল খরদি থোকই, অত্তুবু মহু মথস্তা ওইরবস্সু নীংথিনা কোন্নবা ঙমদে।

নোংমদি মহেন্দ্রনা মাগা বলদেবগী ত্তুকান্দা থবক তৌমিন্নরম্বা হরি কৌবা মীশক অমা থেংনৈ। মহাক্না মহেন্দ্রদা তম্মী বলদেব-খোয়গী ইমুংনা মমৈথঙদদি কেসতুগা মরী লৈননা পুলিসকী মচীন্দগী মাগী মরাল লৈতে হায়বা মুন্না খঙলকপদগী মাবু তাম্থোকখিবা অত্তু মুংঙাইরক্রে; হৌজিক বলদেবনা মাবু মাগী ত্তুকান্দা অমুক য়াওহন্নীংলে। মহেন্দ্র মাগী মরাল লৈতবা মতৌত্তু মখোয়না কোন্না খঙলক্লে তাবদা মুংঙাই, অত্তুম ওইনমক মহাক মখোয়গী ত্তুকান্দা অমুক হন্না চঙত্তুনা য়াওবগী রাখল অত্তুদি থাপ্পা থমখ্রে; অত্তুক য়াম্না ইকাইখঙদবা থবক অত্তু মহাক কৈদোউঙেদস্সু তৌবা ঙম্রোই, অত্তুগা মখোয়গী অমোৎপা চরাঙনবা, মীবু হম্থনা য়েংবা জগৎ অত্তুদা মহাক অমুক চঙবস্সু পামদ্রে। বলদেব অমদি মচানুপা বিনোদতা নত্তনা মশক-মতৌ ফজরবী থোংনৌনা উরবী অঙ্গলি

ফাওবনা মঙোন্দা হন্থনা হেক হেক ঙাঙখিবা অদু মহাক হৌজিকস্থু নীংশিংলি।

মহেন্দ্র মযুমদা অয়াম্বা মতমদা রাখল খন্থবা ঙমদনা পূক্নীং লৈতাদনা লেল্লি, পুন্সীগী মুংঙাইবা হায়বদু ইখঙ খঙবা ঙমদে, আদর্শগী ওইবা ফজবা জগৎ অমা কল্পনাদা উবা নত্তনা অকোয়বা সমাজদা উবা ফংদে। ঈরিক চেন্দ্রবা মরুভূমিগী মতৌগুম্না সংসার অসি মুংশিবগী ঈরিক কংখ্রবা মফম ওইনা মহাক্না মমীত্তা উই; মী অয়াম্বনা করিগুম্বা অমদা নত্রগা অমদা তৌশিন্নবা ওইনা খল্লি, মশাগী ওইজবা থাদোকপা, মীগীদমক কথোক্কে খনবা মী অসি ইরৈমক লৈত্রবগুম নীংই। মহাক্না অচৌবা আশা লৈতে, মীয়ামগী লুচিংবা ওইনা চোংথোক্লুনা করিগুম্বা হীরম অমদা অচৌবা থবক তৌবা, মীয়ামগী নত্রগা সমাজগী সেবা তৌবা ঙমগদবস্থু মহাক্তি নত্তে, অদুবু অচম্বা মী অমা ওইনা মাগী পূক্নীংদা অসিমদি ফাওই মী অমনা মশামক হান্না চুমথোকচগদবনি, মদুদি নত্তনা মীঙোন্দতা অফবা পাউতাক পীবদু চুমদে; মী খূদিংমক মশামক শেংদোকচবা, অফবা রাখল খনবা ঙম্লবদি পূম্নমক্কী অফবা হায়বদু মথন্তা শোয়দনা লাক্কনি; মদু ঙমদবদগী সমাজগী অচৌবা সমস্যা কয়া লাক্লিবনি। মহাকস্থু য়ারিবমথৈ মশাবু শেংদোকচনবা হোৎনৈ, অদুবু অফবা রাখল খনবা হায়বসি মশাগী ওইরিবা লৈত-লাইরগী ফীবম অদুগা মরী লৈনবনা মহাক মদু ইঙম ঙমদে। সমাজদা মশাগী মমল অসি নোংম-নোংমগী হন্থরকপগুম তৌবা মতৌ অদুনা মহাকপু ইপঙ পঙশিলহল্লি, নীংবা কায়বগী করিগুম্বা অচৌবা ঈচাউ

অমনা মহাকপু থ্ঙ্কাৎপগুম তৌই।

মমা অতোম্বী মালতীসু নংবনা খম থেংলে, মচা অনীগা মখোয় অছুমত্থ তোয়না চারা হেনবগী ফীবমদা লাক্লে, মাগী মহৌশাগী ঈশৌ অত্থ পৃম্মাও মাওখ্রে, য়েংবদা মুংঙাইতনীংঙাই ওইরে। পৈশা লৈতবনা মহাক্লা মখোয়বু হন্না য়েংলুবা ওমদে।

নোংমদি অয়ুক পুং তরামুক তাবা মতম অত্থাইদা মহেন্দ্র মপূক্লীং ইতাউ তাউনা তুকানগুম্বা অমদা থবক থিবগী ব্রাখন্দা ময়ুমদগী মপাল থোরকই। বাজারদা লৈরম্বনা মহাক মাগা খওনবা অচৌবা ময়াং তুকান্দার খরদি লৈ।

মহাক্লা থোরকপা মতমত্থ মুংশা হাইগৎলক্লে। মুংশাছুনা মাবু চোকথহল্লি, মরেক-মহাউ য়াওদ্রবা ইম্ফাল সহরগী শক্তম অছুনা মাগী পূক্লীংবু খোয়রাও খোয়শাউনহল্লি, শীৎলিবা মুংশিং অত্থদা অশেংবগী মশক অমতা য়াওদে, মহৌশাগী মাগী হৈনখিদবত্থ নীংশিং-লকই। মহাক্কী মমাওদা চৎলিবা মী খূদিংমক অত্থ মহাক্কী মমীত্তা করিমতা অর্থ য়াওদনা হিংবগুম নীংই, মখোয় খূদিংমক পূকচেল কনবা, মীমুংশি য়াওদবা ঙাক্তা ওইনা উই। অফিস কানরক্লিবা, কারদা, স্কুটরদা তোংছুনা কেনা কেনা চৎমিন্নরিবা নূপা-নূপীশিংত্থ মহাক্লা হৈনীংদনা য়েংলকই; মখোয়গী পুন্সী অসিগী মুংঙাইবা মানবা, নূপীশিং অসিনা মপুরোইবদা তশেংনা কখোকপা অমগা লোয়ননা মুংশিবা মানবা, মপালথোংদা অচৌবা মতীক লৈবা শারিবা নূপাশিং—মখোয়শিং অসিগী মরমদা মাগী পূক্লীংদা চিংনবা, থাজদবা মীৎয়েং অমগা লোয়ননা য়েংলকই।

অশুম্না বাজারগী লম্বীদা ব্রাখল অমদা ইতাউ তাউনা চত্তুনা লৈরিবৈদা খঙহৌদনা বাজারগী মায়কৈ অমদা ব্রা-ব্রা লাওনরকই, মী ময়াম মথোঙ খঙদনা চেন্নবা হৌরকই। লান লাকপগুম মিঙুল থক্কৎনা মথরায় হিংনবা পাকথত্নুনা চেন্নবা মীয়ামশিংত্থ অমনা অমবু হন্না উনদে। নোংমৈগী মখোলস্থু অত্থম মরীরক তারকই। মতম অত্থদদি মহেন্দ্রস্থু করি থোক্লিবনো, করি তৌরিবনো হায়বা মফম খঙদনা মীয়াম মরক্তুন্দা পাখৎনা চেনবা হৌরকই। খঙহৌদনা মহাক্কী মনাক্তা চেনবা নূপা অমা চৈনাথোলগা লোয়ননা লাউরম্লগা সড়ক্কী ময়াদা তাখ্রে। ফূরিৎ অঙৌবা লীৎপা নূপা অত্থগী মনঙ্গন্দগী ঈ কামথোরকই। মহাকপু কনানস্থু হন্না য়েংদে। মহেন্দ্রস্থু মফমত্থুদগী নাম্থোরক্লে। মহাক করিমতা খঙবা ঙমদে শোক্লিবা অত্থ মীচম্না নত্ত্রগা মরাল লৈবা মীবা। মহাক্কী মনাক্তা মী খরনা ব্রারী শাবদগী মহাক্না নাশোল ঙইনা তারকই তুকান্দগী পৈশা লাকপা মীওই খরবু পুলিসনা তান্নবদা নোংমৈ কাপ্পনি।

মহাক ময়ুমদা অত্থম হল্লক্লে। ময়ুম য়োরগা মহাক থৌদোক অত্থতা মমীত্তা উত্থনা লৈরে। মীওইবশিংগী মরক্তা থোকখিবা থৌদোক অত্থনা মাগী থম্মোয়বু অকিবা পোকহল্লকই। তোঙান তোঙানবা মীশিংগী মকোক্তা লৈরিবা খেন্নবা তোঙান তোঙানবা কূপ্পবা খঙবা ঙমদ্রবা ব্রাখলশিং অসিগী মরমদা খল্লুরগা মহাক হেন্না হেন্না চমন্নবা পোক্লকই, মাগী মনাক্তা তুত্থনা লৈহৌরিবা মী অত্থ মরাল লৈবা মীশক্না নত্তব্রা মহাক খঙবা ঙমদে। অত্থবু থৌদোক অত্থনদি মাবু য়াম্না নুংঙাইহন্দ্রে। মীশক অত্থ করিগুম্বা

মরাল লৈবা ওইরম্লবদি মহাক্না খল্লম্বা ব্রাখল অত্থুগুম্না মহেন্দ্র কৈদৌঙৈদা খনবা ঙম্লোই, মহাক্না তৌরিবা থবক অত্থুগুম্নস্থু কৈদৌঙৈদা তৌবা ঙম্লোই, অত্থুগা অমরোমদা মাবু কাপ্লিবা মীশক অত্থুবুস্থু মহাক কৈদৌঙৈদস্থু ওইবা ঙম্লোই। মীওইবশিংগী মরমদা খল্লুরগা মহাক হেন্না হেন্না চমম্নবা পোক্লকই। যুগকী য়াওল মখল কয়া লাক্লবস্থু পূক্লীং কনশিনবা, মীগী মরক্তা তমথিনবা লৈবা হায়বা অসিদি অফবা খূদম নত্তে হায়না মহাক্না খল্লকই, ঙানা ঈশিংদা লৈরগা হিংবা ঙম্বগুম মীওইবনা নুংশিনবগী ঈপাক্তা হিংমিন্নবা ঙম্নরিবনি, ঈপাক অত্থু কংখিবা থোক্লবদি সংসার অসিদা মীওইবনা করি ওইবা হৌনবগে?

মহাক ন্থমিত্তু মপাল থোক্তনা লেল্লে। মালতীগী পীক্লিবা মচাশিং অত্থুনা চারা হেনবগী ফীবম লাকপা অত্থুদা মহাক য়েংবা ঙমদত্থুনা মখোয়গী মতেং খরা পাংলবদি খন্দুনা ভাব তাদনা ব্রাখল অমদা হেক্তা থোক্ল্ বনি (হৌজিক মমা অতোম্বী মালতী মঙোন্দা খরা খরা কৌবা হৌরক্লে)।

ন্থমিং অত্থুগী মতুংদা মহাক ফনা কুইনা য়ুমদগী মপাল অমুক থোক্তনা লেল্লে। মতম অত্থুদা মঙোন্দা মপালগী ঈরাং চঙদবগী নুংঙাইবা মখল অমা লাকই।

## ৪

নোংমা সন্ধ্যা য়াচঙবা মতুংনি। কালেন থাগী অতিয়াদু ঙৌরুনবা লৈচিন্না চোইজাইননা লৈ, মরক মরক্তা থাবলগী মঙান্না লৈচিলগী মরক্তগী অমুক অমুক ঙাম্থোরকই। মুমিদাং শীৎপা অতপ্পা নুংশিংনা লৈগী লৈনমশিংবু পুদুনা লাকই। মহেন্দ্র অঙ্গংবা মুংশিং অদু মশাদা য়েহন্দুনা শূমাঙদা হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা লৈ। মতম অদুদা কোম্থোঙদা কনাগুম্বা মী অমা চঙলকপা মখোল তারকই। থাবলগী মঙাল অদুদা ফেজোম শেত্তুনা চঙলক্লিবা ময়াঙ কংলপ তৌবা, মী কয়া ব্রাংদবা ফীবম অদু নিমাইনি হায়বা মহেন্দ্রনা অদুম খঙবা ঙম্মী। মহাক্না অদুম্না থাজদনা লাকপা অদুদা মহেন্দ্রনা ঙক্না হংলকই, "তানিমাই নত্রা? কদোমদগী করম্না?"

"ইম্ফালদা লুহোংবা অমা লাকপনি, থেঙদোকখিদুনা গাড়ী ফংহৌদ্রে," নিমাইনা হায়রকই।

"চঙলকউ ফমসি," মহেন্দ্রনা হায়রকই।

থাবলগী মঙান্দা মাঙ্গোল অদুদা থাবা মোরা অনীথক্তা মখোয় ফম্মিন্নরকই। নিমাইনা মানা থেঙদুনা গাড়ী নংহৌদবগী মরমদু ঙহাক ঙাঙদুনা লৈ। মহেন্দ্র খঙই মহাক্না মখোয়দা লেক্লবা চঙলক্লিবনি।

মহাক্না হরাউ-হরাউনা নিমাইবু মাগীদা মুংদাং অদু চাক চামিন্নদুনা লেরুবা হায়রকই। নিমাইগা মাগা থাবল অদুদা ফম্মিন্নদুনা ইচম চম্বা হৌজিক্কী ওইবা ফীবমগী মরমদা ৱারী-ৱাতাই খন্না শারকই।

নিমাইনা মহেন্দ্রগা মতাং চানা উন্নবা মতমদা হায়গে নীংন্না ৱাফম অমা লৈ। মহুদি অসিনি, মাগী নূপী থাবল্লেগী (অহানবা নূপানা পোকপা) মচানূপী প্রিয়া কৌবী নূপীমচা অমা লৈ; মহাক নহানমখৈদি মপা পোকপা মবোক্না কোল্লম্বনি, হৌজিক্তি মবোক্নু লৈখিদ্রবদা মমাগী মনাক্তা লাকুনা লৈররে। (মপাদি নূপী অমা থিদুনা আউটপোষ্টতা লৈখ্রে। মাগী মপাদু সরকারগী লোয়্নশঙ অমদা কেরানী ওই।) থাবল্লেগী মচানূপীদু মপুং-মরৈ ফাররী, মশক-মতৌ ফজরবী অমনি। থাবল্লেনা মাবু ইম্ফালদা লৈবা নূপা অমদা থাজনীংদুনা নিমাইদা হেক হেক হায়। নিমাইগী থম্মোয়দা অনীংবা অমা লৈ নূপীমচা অদুবু করিগুম্বা মহেন্দ্রদা পীরবদি হায়দুনা; মানা ৱাফম অদুবু নোংমা থাবল্লেদস্থু খঙহনখি। থাবল্লেস্থু মাগী ৱা অদুদা য়ানীংবগুম তৌখি। অদুবু নিমাইনা ৱাফম অদু ঙসি মহেন্দ্রদা হৌদোকপা ঙমদ্রে, ফনা কুইনা লুনা তিন্নরকপা মীশক ওইরবস্থু অদুগুম্বা লনাইগী ওইবা অরুবা ৱাফম অদু হেক্তা হৌদোকপা য়াম্না হঙ্গোইনা থোকই।

মহেন্দ্রদি অমরোমদা মাবু কুইনা উন্নরুদ্রবা মতুংদা উন্নবগী মুংঙাইদুনা হৌখিবা পুন্সীগী ৱারী মখল মথেল কয়া শারকই—বলদেবখোয়গী ইমুংগী ৱারী, মানা খোঙহামপাত্তা লৈরিবৈগী, মখোয়

অনীতা চীংয়াদা ব্লাকিং চৎমিন্নবগী ব্লারী কয়া অসিনচিংবা।

ঙহাক্কী মতুংদা মখোয় অনী ইমুংদা চঙলক্লে।

নিমাইস্নু মফি-মরোল হোংদোক্নুনা মখোয় অনী করিগুম্বা খরা থোং-থাক্নুনা চামিন্ননবা থৌরাঙ তৌখ্রে। মখোয় অনী অস্নুম অতৈ অতৈ ব্লারী শাবদগী নিমাইনা খঙলে মহেন্দ্রদি য়ুম-কৈ পানবগী ব্লাখল করিমতা খন্দবগুম তৌই। মহাক শেল থোক্তবনা ফীবমস্নু য়াম্না চাদনা উই। মরম অদুনা নিমাই মাগী মপুক্লীংদা নীংলিবা ব্লাফম অদু ফোঙদোকপা ঙমদনা তোকখ্রে।

মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্তা মহাক ময়ুমদা চৎখ্রে। বাজারদগী পোৎ খরা লৈরকপগা করিগা মানা ময়ুমদা য়ৌবদু পুং মাপল্লোম তারে। মতমদু থাবল্লে চাকখুমদা চাক থোংদুনা লৈরি। ইম্ফালদা লুহোংবা চৎখ্রগা অঙকপা মওঙ অমদা অহিং হল্লক্তবা অদুদা থাবল্লেনা মঙোন্দা নুংশাথীনা হংবা হৌরকই, অদুবু নিমাইনা মানা গাড়ী নংহৌদবগী, অহিং অদুমা মহেন্দ্রগী ময়ুমদা লেক্লকপগী ব্লাফম অদু শেংনা তম্লক্লবদা থাবল্লেদু ঈংথখ্রে।

মহাক্না মপুরোইবদা খরা অতপ্পা খোঞ্জেন্দা হংলকই, "মহেন্দ্রদি কমদৌরি? নুংঙাইরি হায়ব্রা? মাগী মরমদা তাখিদবা কুইখ্রে।"

ফুঙ্গা ময়াদা থাবা অনেম্বা মোরা অমদা ফম্লগা নিমাইনা শকফম হঞ্জিন্না হায়রকই, "মাগী ফীবমদু থোইনা ফগাত্রি, অরেপ্পা থবক অমা ফংদ্রি, অদুগা লুহোং-কৈহোংবগী ব্লাখলস্নু মঙোন্দা করিমতা লৈতনা উই।"

থাবল্লেদু অঙৈংবা মায়থোঙ অমগা লোয়ননা চীংলেম্না ব্লাখল

খন্দুনা লৈ। মহাক নীংশিংলি নোংমা মপুরোইবনা মচানূপী প্রিয়াবু য়ারবদি মহেন্দ্রদা পীনবা তৌসি হায়না হায়খিবতু। মহাক্না হংলকই, "প্রিয়াগী মরমদদি মওোন্দা করিমতা হায়রমদ্রবা নত্রা ?'

"হায়রমদ্রে।"

থাবল্লৈনা মত্তু ফরে হায়না খল্লকই। মহাক্না তহা তহাবা মওংদা মচানূপীবু শেল থোক্ত্রিবা মী অমদা হেক্তা পীবগী ব্লাখল অত্থু চুমদত্রা নীংলকই।

প্রিয়া হায়বীসি মগুণ লৈবী নূপীমচা অমনি। মহাক চহী তরাতরেৎলোমদা ওায়রি, মী ব্লাং-চাউই, মশক্তু রাশি লৈনা ফজে। থাবল্লৈনা মাগী ময়ুম-মকৈ পানবগীদমক থোইনা ব্লাদে।

নিমাই মাগী খাউদা য়াওবা বাজারদগী লৈরকপা পোৎশিং অত্থু থাবল্লৈদা শিন্নরম্নগা চাকশওদগী থোকখ্রে।

ওহাক্কী মতুংদা প্রিয়াত্থু মপান্দা থবক অমা নোম্লম্বদগী চাকশওদা চওলকই। মাবু উবদা থাবল্লৈ হৌজিক্তা মপুরোইবগা ওাওনরম্বা ব্লাশিং অত্থু নীংশিংলকই ; মশক-মতৌ যজরবী মচানূপী অত্থুবু পামুবা পোক্লকই, মপূক্লীংদা তূমিন্না খল্লকই, "কয়াদা তহা তহাখ্রবা ঐগী ব্লাখলনো ! মহাক্না লৈজনীংলিবমথৈ লৈজবদা করি কায়বগে ? তপখ্রবা হুংশিখ্রবা ইচানি। মহাক লাকপদগী ঐগী কয়াদা পোথাকম ওইরবা !" (প্রিয়াগী মপাগা মাগা খৎনত্থুনা মপামদা লাকপা মতমদা প্রিয়াদি চহী মঙাগুম্বতা ওায়হৌরি। মহাকপু মপানা নমত্থুনা মাগী মনাক্তা থমহৌবনি।)

থাবল্লৈনা থুনা চাক লোইথোক্তুনা মথোয় চাক চামিন্নরে।

মুমিত্তুদি নিমাইনা বাজারদগী লৈরকপা শরেং মচা অমম্মু থোংই, থাবল্লেনা হান্না ইরোম্বগী থৌরাঙ অমা তৌরম্মে।

মুমিত্তুগী নুংথিলদু নুংশা য়াক্লা শাই, অশংবা মনা-মশীং ফাওবা কালেনগী নুংশা অদুনা য়েবদা খরমখৈ খুইথবগুম উই। চীংগী চীংদোন্দা অশংবা অতিয়ানা লূনা লৈ ; চীংয়াদা হৌবা উপালশিং, অশংবা নাপী-শীংবী, হৈজামপেৎ প্রাম্বী পূন্নমক্তু নুংশাগী অরংবা মৈশানা য়েবদা লেঙ-লেঙ চৎনা উই। অসিগুম্বা মতমদা খরা ঈংবসি তুরেলগী মপান্দতনি। অদুবু নোংজুথাগী নাপী-শীংবীনা তোর্ব্বান্দা শোঙজিনখ্রবা, মপূক থন্না অনৈবা ঈশিংনা অকনবা ঈথক-ইরৈ, ইপোমগা লোয়ননা চেনবা তুরেলগী শক্তমদু থোইদোক্লা কিনিংঙাইগী মশক্লি, নিংথমথাগী খোঙ্গং-খূৎকংবা মতমদা উবা ঈং-তপ্পা চীংলেম্বা মতৌ অদুগা য়াম্না খেন্নে।

নিমাই খোইজৈ অশাংবা অমা পায়দুনা তুরেলগী মপান্দা খোই চোপ্পা থোরকই। তোর্ব্বান্দা ঈচীক চীকই, ঈশিং ময়াদা হৌবা পাম্বী মচাশিং অদু অকনবা ইরৈনা চেম্থদুনা পুগদবগুম তৌই। করিগুম্বা মফমদগী ইরৈনা ফুক্তুনা পুরকপা ফনা চাউবা উপাম্বী অমা তুরেলগী ঈমায়দা লৈনা লৈনা তাউবা উরি। অপাকপা তুরেল নত্রবম্মু নোংজু পাম্বাগী মতমদুদা মদুগী শক্তম য়াম্না ঙাওনা উই। নহানমখৈ নোং চুরুবগী মপান্দু চোৎলি অমম্মুং য়াম্না নাল্লি। মপাল অদু অনৈবা ঈশিং, লৈনাংগুম্বা অমদি পথরবা উনা-ব্রানাশিংগী মনম নম্মী। নিমাইনা মফম চাবা অমা য়েংদুনা খোই চোপ্পবা থৌরাঙ তৌখ্রে। মহাক্না খোইদুদা ঙা মচা অমা লেংলে, অদুগা

মন্থু ঈশিংদা লূপহল্লগা অশাংবা খোইজৈ অদু তুরেলগী মপান্দা য়ুংশিল্লে।

মহাক্না মতম খরা ঈথক-ইরৈগা লোয়ননা, মখোল থোক্না ঈমায় ৱাংনা চেল্লিবা তুরেল অদুদা য়েংদুনা লৈ। অদুদগী ইখঙ খঙহৌদনা শীংনাং হৌবা খোইজৈ য়ুংলিবা মফম অদুমক্তদা ঈশিংদা ব্রোঙ ব্রোঙ লাউবা মখোল অমা তারকই। নিমাইনা থুনমক ঈশিং মপান্দা খরা কুমথদুনা খোইদা থুরিবা ঙা অদু লৌথোক্লবা হোৎনরকই। অদুবু ঈশ্বরগী নোংদম অঙকপনি! খঙহৌদনা মহাকপু অচোবা ঈশিংগী ইরৈ অমনা চেন্থদুনা পুখ্রে। ঙহাক্তি মহাক মখূৎ থাঙ্গত্তুনা হোৎপগুম তৌরম্মী, মাগী ফুরিৎ অঙৌবা অদু লৈশিন্দুনা চেনবা ইরৈ মরক্তা উরম্মী, অদুবু মীকুপ খরদংগী মথুংদা মহাক ঈশিংগী ঈরোন্নুংদা লূপখ্রে। মফমদু হান্নগুম ঈচীক চীকই, করিস্থু থোকখিদবগুম তৌই; ইরৈগী মখোল অদু নত্তনা অতৈ করিস্থু তাদে। অদুবু মফমদুদা কয়াদা অকিবা থৌদোক অমা থোকখ্রবনো!

হুমিৎ য়ুংবা মতুংদগী খোই চোপ্পা চৎখ্রগা হুংথিল অথেংবা ফাওবা নিমাইনা হঞ্জিল্লক্রবদা থাবল্লে মাগী ইমুংগী মী অতৈশিংগা লোয়ননা তোর্বান্দা মাবু থিবা লাক্লে। মতমদু তুৱেন্দা হুমিৎকী মঙাল লৈত্রে, তুরেল ৱাংমগী অথাপ্পা লৌবুক্তদি সনামচু মানবা তারমদাই হুমিৎকী মঙান্না শেংফাত্তনা য়ৈরি। মী ঈচীক চীকই। তুরেল অদুতং মখোল থোক্না, কোঙ্গোল য়াওবা ইরৈগা লোয়ননা খরায় পানবগুম চেল্লি।

মখোয়না তুরেল খোঙবানগী মফম খূদিংমক্তা তোরৈ অমদগী তোরৈ অমদা কোয়চৎ চত্তুনা য়েংলকই। মহাকপু মফম কদায়দস্পু থিবা খঙদ্রে। মমৈথংদা মখোয়না হিদেন তাকনগী মথারোমদা খরা চঙশিল্লগা নিমাইনা য়ুংলম্বা খোইজৈ অত্থু শীংনাং মরক্তা পন্দুনা লৈবা থেংনরুরে, খোই অত্থুদা পোরোঙ অমস্থু থুরম্মী। মত্থু উবদা মখোয় চিংনরকই, ওইরম্বা য়াবা ফীবম অত্থ ভাবনা খঙলকই, নিমাইত্থু ঈশিংদা লূপখিরম্বা য়াই হায়না খন্নরকই।

মতমত্থু মমশিল্লক্লে। লৈকাইগী নহারোলশিংনা অঙানবা মৈ থানগত্তুনা ব্রাশাংনচিংবা পায়ত্থুনা তুরেন্দা ঈরোইত্থুনা, লূপ্তুনা থিবা হৌরকই। মুমিদাং য়াম্না থেংবা ফাওবা থিবদা নিমাইবু থিবা ফংদ্রে। মমৈথংদা কান্নরক্রবদা মখোয় ময়ুম ময়ুমদা হন্নখ্রে।

থাবল্লেখোয়গী ইমুংত্থু চাক-ঈশিং অমতা চানদ্রে। মহাক মাঙ্গোন্দা ফমত্থুনা কপ্তুনা লৈখ্রে, করিগুম্বা নিমাইত্থু হেক লাক্কদ্রা খন্দুনা ঙাইত্থুনা লৈ। অতিয়াদা থাবলনা লংনা খোক্লি। অমুবা চীং, অহাঙবা লম্কাঙ, নারক-মোংশোং, হঙোই খোংবগী মখোল, মরক মরক্তা চীংদগী খোংলকপা শা-উচেকশিংগী মখোল পুম্নমক অত্থুনা মঙোন্দা নহানমখৈগা মান্নদবা অকিবা ব্রাখল অমা পোক-হল্লকই। অথেঙবা অহিং অত্থুদা তুরেলগী মখোল অত্থুস্থু হান্নদগী হেন্না হৌনা তারি। অস্থুম্না থাবল্লে থেঙনা মপান্দা লৈরম্লগা ইমুংদা চঙখ্রে। অহিং অত্থু মহাক মীৎ কল্লা অমতা উইশিনবা য়াদ্রে।

খঙহৌদনা নোংঙাল্লক্লে। য়ূমত্থু মহৌশাগা মান্নদবগুম তৌনা

চীকই। করিগুম্বা অমা পূমহাণ্ড হাণ্ডই।

অস্তুম্মা হুমিং নীনি মফম মরাং খণ্ডদনা, মেন তাদনা, লাণ্ডতক্লনা হৌখ্রে।

হুম্নিগুবা হুমিং অতুদদি খবর-কাগজদা ফোঙলক্লে, মমাণ্ডগী হুমিংকী অয়ুক্তা মিন্নুথোং মপাদা মশক খণ্ডদবা, চহী মীয়ায় খরা হেল্লবা মীওই অমগী অশিবা হকচাং অমা তাউথরকপা থেংনরে, পুলিসনা লৌখত্তুনা আর, এম, সি, হোসপিটালগী মোর্গতা থম্লি, মাগী ইমুংগী মীশিংনা মহাকপু মশক য়েংবীরগা পুবীখিবা য়াগনি।

থাবল্লেগা মাগী ইমুংগী মীশিংগা মফম অতুদা চত্তুনা য়েংলুরে। ( নিমাইগী ইমুংগী মীনদি কনানস্থু মাবু য়েংবা লাক্তে। নিমাই অসি মোইরাংদগীনি, হান্নগী নূপী খাইনখ্রগা কুইনা হুকান ফম্বা য়াওরম্লগা অতোপ্পা নূপী অমগী ময়ুমদা য়াওঙ ইন্দুনা লৈখ্রবা মহাকপু মখোয়না কমদৌখ্রবগে হায়বা করিমতা খঙদে, মাবু ইমুংগী মী ওইনা শীংথাদে।) থাবল্লেখোয়না হোসপিটালগী মোর্গতা লৈরিবা অশিবা মশা অতু য়েংবা মতমদা খঙবা ঙম্লে মীশক অতু নিমাইনি। মাগী মশক্তু অকিবগী মতো ওইরম্লে, মমায়-মমীৎ অতু কামখত্তুনা পূমপোম পোমখৎখ্রে, মশাতু পোপথোক্লে, মশক খঙবদা য়ানা থোক্লে, মহাক্না শেংখিবা অঙাঙবনা লাংবা খুদৈ অতুগা অমনবা অঙৌবা খূদাং ককপী ফুরিৎ অতুদগী মাবু মশক খঙবা ঙম্ভায়রে।

হুমিং য়ুংবা কান্দা মাবু ময়ুমদা পুরক্তুনা সংস্কার তৌখ্রে।

মতম খরা হৌখ্রে, নিমাইগী শ্রাদ্ধনাচিংবা লোইখ্রে, হুমিং চুম্মা মী হংবা লাকপগী, লাইরিক তাবগী, পোং-চৈ লৈবগী লাঙবতু

লোইখ্রে। চীরুবা মতমদা থাবল্লেগী সুংঙাইতবদু হেল্লকই, পুন্সীগী অচৌবা অহাঙবা অদু হেন্না হেন্না মপূরীদা ফাওরকই। অদুবু পুন্সী অসিদা অরাবা মপৈনা সমুদ্রগী ঈথকুম্না নল্লরবস্থু পুল্লমক অদুবু খাঙবা রুত্তনা করিন্দি তৌগনি?

নোংমদি খ্বাইরম্মন্দ বাজারগী দুকান মমাঙ অমদা থাবল্লে মহেন্দ্রগা থেংনৈ। মানা পৃমঙৌ ফনেক অমা শেংপা, অদুগা শকফম শেৎরা উবা মতো অদুদা মহেন্দ্রনা হংলকই, "ইতৈমা, কদোমদনো? নারুরত্রা য়াঙগা ইকং কংলে? তানিমাইনা কম-দৌরি?"

মাগী রাতু তাবদা থাবল্লে শকফম খরা হোংনা লৈ। অদুদগী ওৎরাক্কী মতুংদা অঙৈংবা খোনফম অমদা মহাক্কা মহেন্দ্রদা নিমাইগী থোকখিবা থৌদোক অদুগী মরমদা রারী শারকই।

রারী অদু তাবদা মহেন্দ্র খঙহৌদনা মায়থোঙ লাংশিনখ্রে, হায়রকই, "করি রানো, ইতৈমা? ঐখোয়দি করিমতা তাদেনা।"

থাবল্লে খঙই মহেন্দ্রদু মপুরোইবগী শ্রাদ্ধদা বার্তোন তৌহৌদবগী রারোরম্বা য়াই, মহাক লাঙবা মরক অদুদা মী কয়া চিথহৌরে হায়না সুংঙাইতবা ফোঙদোরকই।

মহেন্দ্র মতুগীদমক রারোবা তৌদ্রে, অদুবু নিমাই লৈখিদরবীদি হায়নীংঙাই নৈতনা সুংঙাইতবা ফাওরকই।

থাবল্লেনা মাগী হৌজিক্কী ওইবা ফীবমগী মরমদা রারী খরা শারকই।

চৎলমদাইগী মতমদা মহেন্দ্রনা হায়রকই, "ইতৈমা, ঐস্থু নোংমা

চখোকচরক্কে।"

"উম, ইকুংঙো, নোংম-কাদোক চখোরকউ।"

মখোয় অনী কায়নরে।

মহেন্দ্র তপ্না তপ্না মরু লুকথতুনা বাজারগী লম্বীদা চংলি, নিমাইগা মখোয় অনী হৌখিবা পুন্সীদা লোয়নখিবা, ঙাওন-শরুখিবা ররা কয়া নীংশিংলকই, মহাক্না বলদেবগী ইমুংগী নাপল, ওইদবা পাম্বৈনা শেল তানবা পাম্বা থৌওঙ কয়াবু শাউনা ঙাঙখিবা মতৌ খূদিংমক অদুবুসু নীংশিংলকই। করিগুম্বা কান্দা মহাক্না বলদেব-খোয়গী ইমুংবু কল্লকপা মানবা মওঙদা ঙাঙখিবা য়াঙাঙ খূদিংমক মাগী নাকোঙনা তাবগুম তৌরকই। মুংঙাইথোকপা পাম্বা, থবক শূবা তনবা, অদুবু মবুক মপাউ ফবা, তিল্লবদি মুংঙাইবা নিমাইবু মহাক্না মুংশি, কাউবা ঙমদে। "হৌজিক্তি মহাক্কী, হিংলিঙৈগী অনীংবা, অপাম্বা পূন্নমক অদু মাঙখ্রে," মহেন্দ্রনা চংনা চংনা খল্লকই। য়াখল অদুনা মাবু য়াম্না য়াহল্লকই।

মতম খরগী তুংদা নোংমা নিংথমথাগী অয়ুক অমদা থাবৈল্লে ইথা থাজদনা মাগী ময়ুমদা লাক্লে। থাবৈল্লে মহোৎশা মাগা উন্নবদা শেংপা অদুগুম্না অচম্বা পূমঙৌ কনেক শেংলি, অঙৌবা ফি অমা ইল্লকই, মায়থোঙতু মকা ফোংদে, হান্নগুম ঈংই।

মহেন্দ্র মাবু মাঙোন্দা ফমহল্লগা য়ারী শারকই। থাবৈল্লেনা মাগী মমা অদু নাহুনা শেল-থুমগী অয়াবা ফীবম খরা লৈরে, অদুনা বলদেবগী তুকান্দা চতুনা সনা খরা কায়খিল্লসি হায়না মঙোন্দা

হায়রকই।

মহেন্দ্রত্থ হৌখিবা থৌদোক্তুদগী কলদেবখোয়দা চঙত্রে। মহাক্না থাবল্লেবু পুত্থনা অতোপ্পা সনা য়োনফম ত্থকান অমদা চংমিন্নত্থনা সনা অত্থ কায়মিন্নরে। মত্থ লোইরগা মখোয় অনী কায়নরে। থাবল্লেনা মহৌশাগুম্না হায়রম্মী, "মহেন্দ্র, নহাকস্থ নোংম-ফাদোক্তি চখোরকউদনা, নঙগী তাদা লৈখিদবদগী ঐখোয়বু য়াম্না থাপ্পা থল্লমাল্লে।"

"নত্তে, নত্তে, ইতৈমা ঐ নোংমা শোয়দনা চখোকচরক্কনি।"

থাবল্লেনা বাজারদগী ডাক্তরনা ইবা হীদাক খরা লৈরগা ময়ুমদা হল্লক্লে। মহাক মমাগী মনাক্তা হান্না চঙলকই। মচানূপী প্রিয়ানা মবোকপু সেবা তৌত্থনা লৈরম্মী। মমাত্থ মমায়-মমীৎ খরা শিংনা উরে, মখোয় অনী ৱারী শাত্থনা লৈরম্মী।

থাবল্লেনা হীদাক-লাংথক অত্থ ডাক্তরনা তাকপা মত্তুং ইন্না মমাদা পীজনবা প্রিয়াদা তাক্লম্লগা মফি-মরোল হোংবা থোরক্লে।

ৱারী শাবা অত্থদা মবোক্না প্রিয়াবু কনাগুম্বা মহেন্দ্র কৌবা ইম্ফালদা লৈবা নূপা অমদা মমাগা মাগনা পীগে নীংলি, মত্থ মহাক্না য়াগদবনি হায়না হায়রকই। মত্থ তাবদা প্রিয়া খরা ইকাই-বগুম তৌনা লূকথত্থনা লৈ; মহাক মমাগী অনীংবা অত্থ হাইফেৎ হান্না খঙত্রবনি। মহাক মহেন্দ্রবু খঙদে, কৈদৌঙৈদস্থ উখিত্রি, মহেন্দ্রনা মফমত্থদা লৈরম্লত্থ মহাক লাক্ত্রিঙৈদনি, অত্থবু মখোয়না হৌদোরক্লিবা ৱাফম অত্থনা মাগী পূক্নীংবু য়াম্না খোয়ম্রাওহল্লি, মীশক অত্থ খঙনীংবনা ঈখৌ লাংহল্লি।

মবোক্না লোংনা হীগ্লগা মহেগ্রেগী মরমদা হায়রকই, "মরম মোকখ্রবা নুংশিখ্রবা অভাংনি। নিমাই লৈরিভেদা মহাক মফম অসিদা মতম খরা লৈরম্মী, গ্রথোয়না মাবু মশক মুন্না থওলবমি।" অতুদগী মীকুপ খরগী মতুংদা মহাক্না মমীত্রা পিগী ঈরিক থজিক্কুং পক্না অমুক হায়রকই, "অবোক্না শিত্রিভেদা নহাকিপু অমুক্কুং লুহোংবা উরবদি ওল্লোক্না হুংঙাইখ্রনি।"

"করিগী অতুম্না তাঙগিদবনো? অবোক্তি কুইনা লৈখিগদবনি," প্রিয়ানা মবোক্কী থুইরবা মখুৎ অতুদা মাল্লহুনা হায়রকই।

মবোক্কু প্রিয়াগী মতৌ অতু উবদা মপূক্কীং হুংঙাইবা অমদি অপেনবা পোক্লকই। মহাক হায়বা ইনখ্রবী নোল্লুকপী মপীগচা অমনি, অহল-লমনগী ব্লা খূদিংমক্তা মহাক্না কৈদৌভেদস্থু হীজ্জোকপগী মওঙ তৌদে। সেবা তৌবদস্থু মহাক্কী লাম্বা লৈত্তে। মবোক্না তুমিন্না খল্লকই, "ওল্লোক্না হুংশিখ্রবা ইশূনি, মহাক লাকপদগী গ্রগী পুন্সীগী পোথাফম লৈরবনি। অহলগী মতম অসিদা মহাকসি কয়াদা তাঙখ্রবা লল্লো!"

মবোক্কী সেবা অতু মমানা অমুক শিলহৌরবা মতুংদা প্রিয়া মখোয়গী (মমাঙদা লৈবা) ময়ুম অতুদা লাক্লে। মহাক ঙসিদি মপূক্কীং ইনৌ নৌই, মবোক্না হায়রকপা ব্লা অতুতথু নীংশিংহুনা লৈ।

মহাক ময়ুমগী মাঙৌন্দা মথন্তা ফাল অমদা কমহুনা নৌং-পোক্লোমদা লৈবা লম্বী অমদি অশংবা চীং অতুদা য়েংহুনা লৈ। হুংথিলগী মতমনি। নিংথমথা চঙলকপগী হুংশাহি অতুক হাক্না শাদে,

চীংয়া-তময়া, সড়ক ময়াদা থেক্তুনা চেল্লিবা তুরেলগী মপান্দা হৌবা উপাল, মনা-মশীং খূদিংমক অদু অমেঙবা মুংশান্না য়ৈবদা থোইদোক্লা মীৎ ঈংই। মরক মরক্তা চেনবা গাড়ীগী মখোল নত্তনা অতৈ থোই-দোকপা লাঙবা লৈতে, কালেন থাগী মতমদা ইপোম হৌনা চেল্লম্বা তুরেল ঈচেলগী মখোল অদু হৌজিক্তি তাখিদ্রে। মহৌশা লাইরেম্বীনা ঈং-তপ্লবা শক্তম অমা উৎলক্লে, মুংথিলগী মেঙথরক্লবা মুংশাগী মঙাল্লা য়ৈবদা ঙাঙলৈননা ইপোম হৌনা উরিবা ফৌ পাম্বীশিংদু অনৌবা শক্তম অমা উৎলকপগুম তৌরকই। অসিগুম্বা প্রকৃতিগী শক্তম অসিনা প্রিয়াবু পুন্সিগী মরমদা অনৌবা ৱাখল কয়া খম্থহল্লকই, মহৌশা লাইরেম্বীগী লোইবা নাইদ্রবা করিগুম্বা অরোনবা মুংঙাইবগী অঙকপা লন অমা উরকপগুম তৌরকই। "মীশক অদুবু কনানো? করম্বা মীতানো?" মহাক্লা মথন্তা মপূক্লীংদা হংজরকই। মহাক্লা মহেন্দ্রবু উনীংলকই।

মুমিৎ খরনিগী মতুংদা মবোক্কী অনাবদু তপ্না তপ্না ফরক্লে। থাবল্লে মমা নাবগী নহানমখৈ ময়ুমদা সেবা তৌদুনা লৈরম্বনি, হৌ-জিক্তি মহাক বাজারদা ললোন-ইতীক চৎপা অমুক হৌরক্লে। প্রিয়া মবোক্কী মনাক্তা অয়াম্বা মতমদা মাগা ৱারী শাদুনা, লোয়নদুনা লৈ। মবোক্লা মঙোন্দা রামায়ন, মহাভারতনচিংবা থায়নগী হিন্দুশিংগী ৱারী কয়া লৈবি। মহাক্লা মখোয়বু মপূক্লীং চঙনা তায়; মপুরোইবা নীংবী নূপী কয়াগী ৱারী তারুরগা মহাকম্ল মখোয়গুম্মা মপুরোইবা নীংবী অমা ওইনীংখি, মহাক্কী ওইগদবা কনাগুম্বা মীশক অমগী মূর্ত্তিবু ঈশ্বরগুম্না লাৎনীংখি। অদুবু ৱাখল অদুদি ফোঙদোকপদি

লায়রক্তুনা মবোক্কী মমাঙদা মথন্তা খনবা ফাওবা ইকাইবা পোকই, মহাক অয়াম্বা মতমদা লুকথক্তুনা তুমিন্না তায়। হিন্দুগী অরিবা ব্রারী লাইরিক কয়াদা য়াওরিবা লনগী মশক ওইবা ফিদমনীংঙাই ব্রাখল কয়াহ্‌ হৌজিক্কী মতমদা চৎনদ্রবা, অরেম্বনি হায়না খনবহ্‌ মহাক্না পামদে, অহুম্না খনবা তারবদি মীওইবগী মচং ওইবা মুংঙাইবগী মচাক কয়া মাঙখ্রগনি, সংসার অসি মুংঙাইবগী মফম ওইররোই হায়না মহাক্না খল্লি। চরাঙনবা ইম্ফালগী ইনিল মরক্তা চানদবগুম তৌরবা ব্রাখল মখল অসি য়ুমদগী মপাল থোক্রবী খুঙ্গঙদা লেল্লবী নূপীমচা ওইবী মহাক্না চেৎনা মপূক্নীংদা য়োকখৎলি। মহাক্না ইম্ফালদা লৈরিঙৈদা মী কয়াগী চৎনবী, লীচৎ-শাজৎ কয়াদা পেন্দবা পোকখি, অচুম্বা ফজবা ব্রাখল খন্নবগীদমক্তা করিগুম্বদা অসিগুম্বা মীশিং অসিদগী লাপ্না লৈনীংখি। অস্নুম্না মহাক্না মথন্তগী পূক্নীংদা করিগুম্বা ফিদমগী ব্রাখল খরা শাগৎনবা হোৎনখি। অহুগুম্বা ব্রাখল অহু হৌজিক ওইরিবা সমাজগী ফীবমসিদা কদায় ফাওবা পানশিনবা য়ারিবগে হায়বদি মহাক খঙদে, অহুবু মহাক মসিমদি খঙই পূক্নীং শেংনা লৈবা হায়বা অসিমক্তা মুংঙাইবা অমা লৈ, মহুমক কান্নবা অমনি। অহুবু ইম্ফালদা লৈহৌবা মাগী মমান্নবী, মরী-মতাশিং খরনদি মাবু লাইরিক-লাইস্নু তম্বা তোল্লবী, মাঙলবী নূপীমচা অমনি হায়না খল্লি—মহুগীদমক্তা খল্লুরবদি মহাক পূক্নীং মুংশিবা পোকই। করিগুম্বা কান্দা মহাক লাইরিক অমুক তম্নীংবগী ব্রাখল অমা কন্না মপূক্নীংদা ফাওই।

নোংমদি মহেন্দ্রহ্‌ ইথা থাজদনা মখোয়গী য়ুমদা লাক্লে। মমানা

মাবু ইরাউনা তুরাম তরাল্লা তৌই।

"ইবুংঙো মহেন্দ্র, মুংঙাইরিব্রা কমদৌরি?" নহাক্কা অম্সুন্না লাক্কনি হায়বসি থাবু থাজরুব্রে", থাবল্লেনা মুংঙাইবগী মায়থোঙ অমা উত্তুমা মাঙোন্দা মহেন্দ্রনা ফম্নবা মোরা অমা থারুহুনা হায়রকই।

মখোয় অনী অচম্বা রারী খরা শারকই। মহেন্দ্রনা হায়রকই মহাক মফম অত্থুদা লৈবা মী অমদা পৈশা খরা তোলহৌহুনা থৌবা লাকপনি, হৌজিক পৈশা অত্থু পীরক্লে। মখোয় অনী অতৈ অতৈ ইমুংগী ওইবা রারী খরসু শারকই। থাবল্লেনা মচানুপী প্রিয়াগী মরমদা মহেন্দ্রদা রারী শারকই, অত্থুগা হায়রকই, "মহাকসি লাইরিক তম্বা তোক্নুনা লৈবা অসি ওম্ঠোক্কা মুংঙাইখিব্রে, খুদোং চারবদি মেত্রিক ফাওবদি অমুক্কুং থাদোকহনখিগে হায়না নীংলি।" অত্থুদগী মহাক্কা প্রিয়াবু ইমুংদগী কৌথোক্লহুনা হায়রকই, "ইবেম্মা, থোরকউ রা হায়গে লাউ।"

প্রিয়া ইমুংদগী থোরকই।

থাবল্লেনা মচানুপীবু মহেন্দ্রগা মশক খঙননবা, মাগী লাইরিক-লাইস্সু তমথনীংবগী মরমদা মঙোন্দা রারী শানবা হায়রকই।

প্রিয়াগী অচম্বা, অঙ্গ্বা মতৌ, ফীবম-মূর্ত্তি, কুচুগী ফজবা, ইকাইথীবা মানবা মায়থোঙগী ফজবা অত্থু মহেন্দ্রনা উরকই। থাবল্লেগী অত্থুগুম্বী মচানুপী অমা লৈ হায়বসি মহাক খঙদে, নোংমতা মহাক্কা মচানুপীগী মরমদা রারী শাখিদে। অত্থুবু মহেন্দ্র মাগী ফজরবা মশক অত্থুনা শুম্মাংপগুম তৌরবস্থু মাবু চুম্মগী চহী নৌরিবী

নূপীমচা অমগুম চম্না উই।

মহেন্দ্রনা থোইনা কোইবা তৌদনা প্রিয়াদা মহাক্কী লাইরিক-লাইস্থ তম্বগী মরমদা ৱারী শাবা হৌরকই। প্রিয়া মীনৌ অমগা অহানবা শকখঙনবা অতুদা ইকাইবগুম তৌনা লূকথত্নুনা ৱা খরা খরদমক খুম্নকই। মহাক্কী খোম্থোক অতু অতুক্কী মতীক মেওই মতুদি মহেন্দ্রনা অস্নুক নুংশিবা নূপী অমগী খোঞ্জেল কৈদৌঙৈদস্থ তাখিদ্রি।

মহেন্দ্রনা মাবু অনকপা স্কুল অমদা মিং চন্নবা হায়রকই।

মহুদা থাবল্লৈনা হায়রকই, "ইবুংঙো, মহাক মফম অসিদা লাকপদগী মপাল থোকউ হায়বা ফাওবা য়াদে, স্কুল কাবদি হায়রুন্থু।"

"কাদ্রবস্থ মিংদি চন্নগা, য়ুমদা হোৎনবা য়াই।"

"অহুদি, ইবুংঙো, করম্না ওইথোক্কনি? নহাক্না মফম অসিদা নক্না লৈরম্বা থোক্লবদি নুংঙাইরমগদবনি, খজিক্কুং ওইরবস্থ য়েংশিন-বীরম্বা য়াবনি," থাবল্লৈনা হায়রকই।

থাবল্লৈনা মাগা য়াম্না নকশিন্ননীংবগী মওঙ অতু মহেন্দ্রগী মপূক্নীংদা ফাওরকই, অতুবু মহাক্না ইচম চম্না হায়রকই, "উম, ইতৈমা, নক্না লৈরম্লবদি করিগুম্বা মতেং খরা পাংলম্বা য়াবনি। অতুবু খঙদে লাপ্না লৈবসিদা............।"

"অতুবু, ইবুংঙো, মরক মরক্তা অমুক অমুক্তি লাক্লুনা য়েংশিন-বীয়ু হায়ববু য়াম্না খুদোং চাররোইদ্রা?"

মহেন্দ্রতু মাগী ৱাহুদা পাক হেক হীক্তোকপা ঙমদ্রে; মহাক ৱাফম অতু মতা য়েংখিগে হায়রকই।

মহাক মখোয়গা ওহাক ব্রারী শারগা মখোয়গী ময়ুমদগী থোরক্লে।

মহেন্দ্র ময়ুমদা হল্লকপদা গাড়ী মন্নুংদা ফম্না ফম্না থোকখিবা থৌদোক খূদিংমক অদু মপূক্লীংদা নীংশিংলকই। থাবল্লেগী মপূক্লীংদা লৈরিবা ব্রাফম অদু মানা ইরায় লায়না খণ্ডবগুম তৌরকই, অদুগুম্বা থৌদোক অদুগী ইকোই কোইবা, মরিং মরাংবা মওঙ অদু মপূক্লীংদা ফাওবা হৌরকই। প্রিয়া মশক-মতৌ ফজবী, ব্রাণাও নুংশিবী, মগুণ লৈবী নূপীমচা অমনি। অদুবু থৌরাঙ অদুদা মাগী মপূক্লীংদা হঙ্গোইবা, ইকাইবা পোকই। "চুম্মী, নূপীমচা অদুবু মী ওইনবা করিগুম্বা খরা মতেং পাংবীবা য়াই, অদুবু লৌন-লৈননবগী মওঙদা শীনবা মানবা মতৌ অদুমক্তি পামদে," মহাক্না খল্লকই। প্রিয়াবু উবমক্তদা নুংশিখিবা, মাগী নুংশিবা মখোম্না শুদ্ধাংখিবা অদু মহাক্না নীংশিংলকই, মাগী মায়থোঙ অদু হন্না হন্না মমীত্তা উরকই; অদুবু থৌরাঙ অদুবুদি মপূক্লীংদা অম্নুম য়ানীংদবা পোক্লকই।

ময়ুম য়ৌরবা ফাওবা মহেন্দ্র থোকখিবা থৌদোক অদুগী মরমদা ব্রাখল কুইনা খন্দুনা লৈ। থাবল্লেনা মাবু থাজবা মওঙদা মচানূপী লৈশাবী অদুবু মঙোন্দা শিন্ননীংবগী মওঙদা ঙাঙলকপা অদু মহাক হন্না হন্না নীংশিংলকই। মহাক অমরোমদা থবক ফংদ্রবা, মতমগী ইরৈদা ঈরাক্লরবা, মঙলাক্লরবা মীওই অমনি; অদুবু মদু খঙনা খঙনা করিগীদমক্তা মাবু মমল লৈবা মীগুম্না লৌরিবনো? মসিগীদমক মহাক চমম্নবা পোক্লকই। মহাক মশা ফাওবা মশাবু থাজবা, মমল লৈনা লৌবা ঙমজদ্রবা মীওই অমনি হায়না খল্লি। মহাক্না

থাবল্লৈখোয়দা অমুক চংপগী রাফম অহু য়াম্না খঞ্জানরকই।

অস্নুম্না মহাক খনবমখৈ খল্লুরগা মখোয়দা চংপগী রাখল অহু থাদোকখ্রে।

৫

মতম ফনা কুইনা হৌখ্রে। মহেন্দ্র লাক্রুবস্তু প্রিয়াগী পরীক্ষা অদুদি মথন্তা হোংনদুনা থাখ্রে, মহাক পাসম্লু তৌখ্রে। অদুবু মহাক মথাদি অমুক তমথবা ঙমদ্রে। হৌজিক থাবল্লৈগী মহেন্দ্রদা থাজবা অদু থরা মাঙখ্রে, মহাক্না মখোয়গী ইমুংদা থোইনা পুক্নীং চঙবা পামদ্রমাল্লে হায়না খল্লে, মচানুপী প্রিয়াবু মঙোন্দা পীনীংবগী ৱাখলদু ওইথোক্লোইদবা ওইনা খল্লে। মহাক্না খল্লকই মহেন্দ্র অসি মরনাইগী ওইবা তোঙানবা ৱাখল লৈবা, নীংতম্বা পাম্বা মীতা অমনি, মাগী শাজৎ ৱাঙাঙ খুদিংমক্তা অরেপ্পা মতৌ অমা লৈতে। অদুবু অঙকপা অমদি মচানুপী প্রিয়াদি নহানমুক মহেন্দ্রগা উন্নখিবা মুমিং অদুদগী মঙোন্দা পুক্নীং চঙনা উই, নোংমা মহাক্না মাগী কাদা তূমিন্না মহেন্দ্রগী ফোটো য়েংদুনা লৈরম্বা উখ্রে। (মখোয়দা নিমাইগা মহেন্দ্রগা নন্মীন্নবা ফোটো অমগা, মহেন্দ্র মথন্তগী ফোটো অমগা এলবমদা য়াওরি। মদু নিমাইগা মহেন্দ্রগা তিন্নরিঙৈদা বলদেবগী দুকান্দা নন্মীন্নবদগী নিমাইনা পুরকখিবনি।) থাবল্লৈনা নোংমস্তু মচানুপী প্রিয়াগা মাগী নক্সা লৈমিন্নবী মমান্নবী অমগা মহেন্দ্রগী মরমদা তূমিন্না ৱারী শারম্বা তাখ্রে। মপাল থোক্রুবী নুপীমচা অমা ওইবনা প্রিয়া মাগী অনীংবা ৱাখল অমদা চপ য়ুংনা লেপ্পুনা লৈ। অদুবু মাগী

ব্রাখল খূদিংমক অতুদি করিস্নু ওইথোক্কদবা নত্তে হায়না থাবল্লেনা খল্লকই। "ইম্ফালগী চরাঙনবা মরক্তা লেল্লবা মীগী ব্রাখন্না অতুক চম্বা ওইথোক্তে," মহাক্না মহেন্দ্রগী মরমদা চিংননা অমদি ব্রারৌনা খল্লকই। থাবল্লে হুমিৎ খূদিংগী বাজারদা তারিবা মী অমনি, ইম্ফালগী মীশিংগী পূক্নীংগী ইহুল মহাক মূন্না খঙই, মথোয়গী পূক্নীংদা অমগা অমগা থাজনবা, চংশিননা লৈমিন্নবা হায়বসি ইরৈমক লৈতব-গুম্লবনি, মশা মশাগী ইমুং-মন্নুং কপ্পনবা হোৎনবা, মশাগী করিগুম্বা খরা শোয়দনবা হোৎনবা অসিনা হেন্না মরু ওইনা খন্নরবনি হায়বসি মহাক খঙই। মহাক্না খল্লি তাঞ্জা চাবা নুমিৎ অমদা মহাক্না মচানূপীদা ব্রাফম অদু ময়েক শেংনা জ্ঞান তানবা তাক্কনি।

পোইন্নু থানি। নিংথমথাগী অঙৈবনা মীশিংবু অফা-অপুন্ননা থম্বগুম তৌরবস্নু, চীংলেম্লবা মতম অসিগীস্নু শুন্দাংপা শক্তম অমা লৈতবদি নত্তে; নোংজ্রথাগী হৈনীংদবা তুফক-তুফাই চনবা মতম লোইখিত্নুনা খোঙ্গং-খূৎকংবা মতম অসিদা মহৌশা লাইরেম্বীগী অশেংবা, অরূবা শক্তম অমা খঙহৌদনা উংলকই; মীওইবগী পূক্নীংদা মহাক্না নকশিন্ননীংবগী ব্রাখল অমা ফাওহল্লি। মহৌশা লাইরেম্বীগী অরোনবা শুন্দাংনীংঙাই ওইরবা শক্তম অমা নহানমখৈ লোত্নুনা থম্নরগা খঙহৌদনা উংথোরকপগুম তৌরকই, মীওইববু মাগী শুন্দাংপা শক্তম অদু উহন্নবা মখূৎ হত্নুনা কৌবগুম তৌই। মহেন্দ্রস্নু খঙহৌদনা থাবল্লেখোয়দা চংনীংবগী ব্রাখল অমা পোক্লকই, মানা লৈরম্বা অচৌকপা মফম অদু নীংশিংলকই অমদি থাবল্লেখোয়গা উন্ননীংবনা ঈখৌ

লাংলকই। মহাক্না মতম অমদা থাবল্লেদা মাগী মচানূপী প্রিয়াবু পরীক্ষা থাবা ওম্নবগীদমক্তা মরক মরক্তা লাইরিক তম্বীগনি হায়খ্রগা মখোয়দা নোংমা ফাওবা চৎলুদবা অহু অস্নুম অস্নুম নীংশিংলুরগা মপূক্লীংদা য়াম্না নুংঙাইতবা ফাওরকই। মহাক মখোয়দা অচৌবা নমথাক অমা তৌরবগুম, করিগুম্বা মরাল অমা লওখ্রবগুম নীংলকই। হন্দক মরক্তি মাগী থম্মোয়দু ইনৌ নৌথরকই, নহানমখৈদি মাগী থম্মোয়দু ইকন কনশিল্লুরে। মানা মখোয়দা চৎলুদবদু অচৌবা অরানবা অমনি হায়না খল্লকই।

মহাক নোংমদি নীংঙম্লক্তবদগী থাবল্লেখোয়দা চৎনবা থোরক্লে। মহাক মরাল লৈরবা মীগুম মংক্লীংদা নিংকোক নিংকোক তৌই। চহী অহুম্লোমগী মতুংনি। মহেন্দ্র মরু লূক্লা থাবল্লেখোয়গী শূমাঙদা চঙলকই। মাঙ্গোন্দা প্রিয়া ফি শাদুনা লৈরম্মী। মহাক লাকপা উবদা প্রিয়া কোন্দগী কূমথরগা ইমুংদা চঙখ্রে।

মহেন্দ্র মাঙ্গোন্দা লৈরম্বা মোরা অমদা তূমিন্না ফমদুনা লৈ। মহাক ওহাক হিঙ্গোলগী মনা-মশীং, সড়ক, তুরেল মপাল, চীংয়াগী ফজবদু য়েংলকই। হৌখ্রবা পুন্সীগী থৌদোক কয়াদু নীংশিংলকই; মতুনা মাবু করিগুম্বা মওঙ অমদা নুংনাংবা ফাওহল্লকই।

প্রিয়ানা ইমুংদা চঙখ্রগা মনীংগী য়ুমদা লৈবা মবোক্তু কৌথোক্লম্লগা মহাক্তি ইকাইদুনা মপাল থোরক্রে। মখাঙ কোল্লবী থাবল্লেগী মমা হন্নুবী অহু চৈশু অমা শুরদুনা ইমুংদগী মাঙ্গোন্দা থোরকই। মহাক্না মমীৎ শুক্কতুনা মহেন্দ্রবু কৌরদুনা হায়রকই, "ইবুংঙো মহেন্দ্র, নহাকপু করি থবক্কীনো?"

"ইতৈমা থাবল্লৈগা অমুক্তং উন্নজনীংদুনা লাকচবনি।"

"থাবল্লৈদু ইস্ফালদা চৎখিবনিনে," হন্নুবী অদুনা হায়রকই। অদুদগী মানা ইমুংদা লৈরিবী মশূনুপী প্রিয়াবু কৌথোক্লদুনা অমুক হায়রকই, "ইবেম্মা, থোরকউ, ৱা হংগে। নমাবু কয়াম থেঙনা লাক্কনি হায়রম্বগে?"

প্রিয়া লূকথদুনা থোরকই, অদুগা ফি শাবগী কোন ময়াদা লেপ্লদুনা তপ্না হায়রকই, "অবোক, ঐঙোন্দদি অরেপ্পা মতম হায়রমদে।"

প্রিয়াগী অচম্বা, মরাল লৈতবা মানবা মায়থোঙ অদু উবদা মহেন্দ্র মথন্তা ইকাইবা পোক্লকই। মাযথোঙ অদুদা ৱারৌবা, নুংঙাইতবগী মমিদি করিমতা তাদে, অদুবু হৌখিবা থৌদোক্কী মরমদা নীংশিংলুবদা মহাক ইকাইদবা ঙমদে। মহাক মপূক্লীংদদি প্রিয়াদা মাগী ফীবমগী মরমদা ৱা কয়া হংনীংলকই।

"ইবুংঙো, নহাক্না থাবল্লৈদা হায়নীংবা ৱাদু ঐখোয়দা হায়রম্বা য়ারোইদ্রা?" ময়া হোরবী হন্নুবী অদুনা স্বর চৎনা হায়রকই।

মহেন্দ্রনা লৎ লৎ তৌনা খুম্নকই, "অবোক, করিসু থোইনা হায়গদবা নত্তেদা, 'সুম কুইনা উন্নরুদ্রবা অদুদা করম তৌরিবগে হায়দুনা ৱারী শানীংদুনা তৌবনি।"

"এ, ফৈ ফৈ। অদুদি ইবেম্মা নঙ চাগা খরা লোল্লকউদনা," হন্নুবী অদুনা প্রিয়াদা ওন্সিন্দুনা হায়রকই।

মবোক্কী ৱাদু তাবদা প্রিয়া ইমুংদা চঙখ্রে।

মুমিত্তু চীংদোন্দগী ফনা ৱাংনা কাখৎলক্রে। প্রিয়াগী মবোক্না

মখোয়গী ইমুং-মন্নুংগী ৱারী কয়া মহেন্দ্রদা শাবা হৌরকই। মহাক মতম অমদা মশূনূপী প্রিয়াবু মহেন্দ্রদা পীনবগী ৱা থাবল্লেগ। তান্নখিবতু নীংশিংলি। অদুবু মহাক্না ফনা কুইখ্রবা অসিগী মতুংদা ৱাফম অদুগী মরমদা করিমতা হৌদোরক্রে; মহাক খঙই করিগুম্বা নাতৈ চাদনা ৱা ঙাংলুরগা থাবল্লেনা খঙলক্লগা মঙোন্দা শাউবা য়াই।

মহেন্দ্র ঙহাক ফম্নগা প্রিয়ানা লোল্লকপা চাদু থক্লগা ময়ূমদা হল্লক্লে। মহাক প্রিয়াগী মবোক্কী মমাঙদা মঙোন্দা ৱা ঙাঙবা হঙ্গোইদুনা মাগা ৱারী ইশা শারক্রে, অদুবু মহাক্না প্রিয়াদা হংদুনা মসিমদি খঙলকই মহাক মথন্তা হোৎনজদুনা পরীক্ষাদু থাখি, অদুগা পাসস্থ তৌখ্রে। মহেন্দ্রনা মহাক লাকখিদবগী মুংঙাইতবদু প্রিয়াদা ফোঙদোক্লম্মী।

মহাক চৎখ্রগা নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা থাবল্লেদু ময়ূমদা হল্লকই। মমানা মঙোন্দা মহেন্দ্র লাক্লম্বগী ৱা অদু তম্লকই।

“হুম, মহাক করিগী অমুক লাক্লিবনো?” থাবল্লেনা খরা ৱারোবা মওঙদা হায়রকই, “মতুং মনাউদি মঙোন্দা করিস্থ হায়-ররোই, মীতোপ হায়বসিদি মীতোপ্নি। লোইনা খঙলে।”

মমানা অস্থুম্না ঙাঙবা অদুদা প্রিয়াদি শকফম হঞ্জিন্না মরু লূকথদুনা তূমিন্না লৈ। মহাক মমাগী মনাক্তগী থোকখ্রগা য়েনথাদা কোন খরা ফেঙবা হৌরকই। মহাক ৱাখল অমদা উংবগুম তৌই। থোকখ্রিবা থৌদোক অদুদা মমাগী ৱাঙাঙ অদুনা মঙোন্দা ইন্নুং মুংঙাইহন্দবগুম তৌই। অদুবু পূম্নমক অসিদা মাগী করি হায়নীংঙাই লৈ? মহাক তূমিন্না লৈবা নত্তনা করিমতা ঙাঙবা পামদে।

মুমিত্তুগী মুমিদাং অত্তুদি প্রিয়া ফমুংদা হীপ্পা হীপ্পা মহেন্দ্রগী রাখল খনবা হৌরকই। মহাক্কা মী অতৈদু মপালথোংদা অফবা শাবা, মপূকচেল শেংবা ওমদ্রবা ওইনা উরকই, অত্তুগা মহেন্দ্রবুনা মখোয় পূন্নমক্তুগী হেনবগুম্না খল্লকই, মবোক্কা লীবিবা রারী কয়াদা য়াওবা ফিদমনীংঙাই ওইবা নূপা কয়াগী ফজবা লীচং, অরাবা থম্মোয়গী ফীবমশিং অত্তু মহেন্দ্রগী লৈ হায়না মাগী ভাবনা শারকই। অঙকপা মুংঙাইবা রাখল অমা মাগী থম্মোয়দা চঙলকই, খঙহৌদনা মমীত্তা পিগী ঈরা চেল্লকই। ঙসিদি মহাক নহানমখৈ খল্লুদবা রাখল কয়া খনবা হৌরকই, মহেন্দ্রবু অহানবা উথিবা মুমিং অত্তুদগী ঙসি লাক্লম্বা অত্তু ফাওবদা মহাক্কী মশক-মতৌ, রাঙাঙ খূদিংমক অত্তু নীংশিংবা হৌরকই।

মুমিদাংত্তু থেঙজিনখিবা খঙহৌদে। মপান্দা চীকপা হেনগৎ-লকই, অহিংগী মুংশিংনা তপ্পা তপ্পা উনারক্তা শীৎপগী মখোল, শেংফাত্তনা তাবা তুরেল ঈচেলগী মখোল, অহিংগী উচেক অমা অনীনা মরক মরক্তা খোংলকপগী মখোল নত্তনা অতৈ তাখিদ্রে। য়ুমগী ভেন্টিলেসন্দা নিংথমথাগী থৌশাবীদ্রবা থাবলগী মঙাল চঙলকই। কুইনা রাখল খন্দুনা লৈরম্লগা মহাক তুমথখ্রে।

মতম খরা হৌখ্রে। পুন্সীদবু অকরুবা নিয়ম করি লৈবগে? মী কয়াগী অরোনবা অনীংবা, অপাম্বা, নীংবা থুংদবা, পেন্দবা কয়া মতমনা করিস্তু থৌশাবীদনা চৎখি, মী পূন্নমক্কী ফজবা পরীং চুম্বা রারী কৈদৌঙৈদস্তু মতমনা লেংত্তুনা থম্বীদে। মীওইবনা

চুন্নতা মশা মশাগী অফবা, ওইরকপা য়াই থাজবা ব্লারীগী তাঙ্ককশিং অদু ঈখৌ লাংনা ঙাইজবতনি। প্রিয়াগীস্মু চুন্না মহেন্দ্রবু থম্মোয়ন্নুংদা নীংজরবস্মু মদু ফোংদোক্লবগী করিগুম্বা তাঞ্জা অমতা লাক্তে, মাগুম্বী নুপীমচা অমনা থোইদোক্লা ইচঙথৌনা মদু পাক হেক ঙমগদবস্মু মান্দে। অস্মুন্না অনীংবা অদু থম্মোয়ন্নুংদা মথস্তা য়োকচবা নত্তনা মাগী উপায় অতৈ লৈতে।

# ৬

মহেন্দ্র নোংমদি বাজারদা প্রবীণ কৌবা মাগা মহৌশা খঙনখিবা মমান্নবা অমগা থেংনদুনা হোটেল অমদা চা থক্কুনা ফম্মিন্নে। মখোয় অনী অস্তুম ৱারী শারকপদা মহেন্দ্রগী থবক-ইশ্বাং তৌদ্রিবগী মরমদা হৌদোক্লরকই।

মমায় চাউরপ তৌবা, মরাইবক শাংবা, ৱা ঙাঙবদা য়াম্না চালাক লৈবা, মমীৎ-মনা য়াওনা তুথদুনা ঙাঙবস্থু হৈবা মাগী মমান্নবা প্রবীণ হায়বসি অচম্বা মীওই নত্তে, অচৌবা কারবারৱালা অমনি। প্রবীণনা মোমোন নোক্কুনা হায়রকই, "মহেন্দ্র, নহাকসি গুস্থোক্লা মতমগী নত্রবা মীশক অমা ওইরে, হৌজিক্কী মতমদবু সাধুদৌনা তূমিন তূমিন পুন্সী লেনবদি কদায়দগী য়াগদগে? মীৎ-না শিংবা তাই, কান্নবা থিবা হৈবা তাই। অদু ওইরবদি থবক্কী থবক ঙাক্কনি।"

মানা কোম্না ঙাঙবা অদুদা মহেন্দ্রনা ঙকলপ্না হায়রকই, "করম্না? হৌজিক থবক ফংবা অদুক য়াম্না ৱারবা মতম অসিদা?"

প্রবীণ মহেন্দ্রনা অদুম্না ঙাঙলকপা অদুদা অপঙবনি হায়বগী মওঙদা অর্থ লৈনা নোক্লদুনা হায়রকই, "হুম, নঙনা হায়রিবদু ঐ খঙই, সরকারগী থবক্কী ৱা ওইরিনি। মী অয়াম্বনা অদুম্না খনবা

অদুদা ঐ নোক্লীংই, মখোয়না খল্লি সরকারগী থবক ফংদ্রগা হেক্তা চারা হেন্দুনা শিরগদবগুম ; মদু অপঙবা ৱানি। য়েংউ, ইনাক খুনবা মী কয়াসি সরকারগী কর্মচারী অমতা ওইব্রা ? চুম্মী, মখোয় খরদি শেঞ্জা-থুমজা তৌজদুনা ময়ুম্ম-মকৈ খরা লংলগা, গাড়ী অমা তোংলগা ইনাক খুনবা মীনি হায়না নাপল তৌজে ; অদুবু তশেংবদি মখোয়সি ইনাক খুনবা মীশিংগী মরক্তা শীংথানবা য়াবা জাত নত্তে।” মহাক্না মখোয়বু উশিত্তবা মওঙদা পীশূম শূক্তুনা ঙহাক্কী মতুংদা অমুক শমথরকই, “মখোয়না তৌরিবা নাপলদু অরেম্বনি। চুম্মী, সঙ্গ-পঙ্গ. অচৌ-অশাংগী ওইবা মতীক অমদি মখোয়না হেল্লম্বা য়াই, অদুবু পৈশা পায়বগী লমলোমদদি মখোয়না কৈদৌরুনি ? মখোয়গী চহী অমগী তলব অদুদি ঐখোয়না নুমিৎ খরনিদা ... ... ।” ৱাফম অদু হায়রগা মহাক্না লেম্না খজিক্কং নোক্লকই।

মহেন্দ্র মাগী নাপল তৌবা ৱাঙাঙ অদু তাবদা হৈনরক্রে। মহাক মখোয়গুম্বা মীওই কয়াগী হেঞ্জিনবা ৱাঙাঙ, নাপল কয়া হান্না খঙই, মতম কুইনা বলদেবগী দুকান্দা য়াওরমদুনা কারবার তৌবা মীওই কয়াগী হৈনদবা ৱাঙাঙ কয়া তারক্লবনি, মখোয়না তৌবা অরোনবা কারবার কয়া খঙলক্লবনি। প্রবীণস্থু মখোয়গুম্বা মীশিংগী মরক্তা অমনি।

“ঐ কারবারদি কৈদৌঙৈদস্থ তৌবা পামদে। মখোয়গুম্না ইনাক খুনবস্থু পামদে,” মহেন্দ্রনা হায়রকই।

“করিগী ?”

“কারবারদা পূকচেল শেংদবা, ফত্তবা, করাম্বা, মীবু লৌনম

তৌবগী ব্রাখল অমা য়াওরি, মতুনি ঐনা খ্বাইদগী পামদ্রিবা।"

প্রবীণনা অর্থ লৈনা খজিক্কুং কংনা নোক্লতুনা চাগী গ্লাস অতু টেবলদা থম্লগা হায়রকই, "ইস, নহাকসি ওন্থোকপা মীনি, মহেন্দ্র! অতুগুম্বা ব্রাখল অতু খল্লবদি য়াররোই। হৌজিক্কী মতমদবু পৃকচেল শেংবা, অফবা কদায়দগী লৌরুগদগে? মী খূদিংমক তৌশিন্নবা ঙাক্তনি, করিগুম্বা মওঙ অমদা নত্রগা অমদা মশাগী ওইজবা থিবা, মতুদা হৈশিংবা উৎপা অতুনি মখোয়না তৌরিবা। মখোয়তুগী মরক্তা হিংবা তারবদি ইশোন শোন্না হিংবদি য়াররোই। অকনবা থম্মোয়চেনবা মীশিংগী মরক্তদি অকনবা থম্মোয় অমগা লোয়ননা হিংবা মশানা তাবনি।"

প্রবীণগী হৈশিংবা পাউতাক পীবা মানবা, পূম্নমক ইখঙ খঙবা শাবা ব্রাঙাঙ অতু তাবদা মহেন্দ্র য়াম্না হৈনদ্রে। মহাক্না মপূক্নীংদা খল্লকই, "মতমগী চপ চাবা মী অমা ওইরিবা অদোমগী থম্মোয়দা নত্ত-নত্তবা ব্রাখল ঙাক্তা পীক থন্না লৈরিবতুদি ওন্থোক্না হঙ্গোইনীংঙাই-নি।" মহাক ব্রাদি ঙাঙলক্রে।

প্রবীণগী মথূক্তা তাঙলবা ডাইমণ্ড থিনবা খূদোপ অমা শি, মহাক্না শেৎলি-চারিবা ফিজোল—লেডরগী জেকেট, খোঙ্গ্রাউ, তোংলিবা খোঙউপ খূদিংমক মমল য়াম্না অতাঙবা ঙাক্তনি। মহেন্দ্র খঙই মহাকসি নহা ওইরিবা মীশিংগী মরক্তা পৈশা ফজনা পায়খৎ-লক্নুনা মমিং চৎখৎলক্লবা মী অমনি। মানা ঙাঙব-শকপা খূদিংমক্তা চীংলেম্মী, ইনাক খুনবা মী অমগী মতৌ খূদ্দিংমক লৈ।

মতমতু সন্ধ্যা ওইরক্লে।

মখোয় অনী হোটেলদগী থোরক্লে। ঙহাক্কী মনুংদা মখোয় বাজারগী অচিনবা শরুক অদু লাম্থোরক্লে। থাবল মুশি মুশি ফৈ, নিংথমথাগী নুংশিৎ অদু ঈংই। প্রবীণনা মথূৎ অনীমক ফুরিৎ-খাউদা হুমজিল্লগা মহেন্দ্রদা অমুক ঙাঙবা হৌরকই, "অওইবনি, মহেন্দ্র, উপায় অমা তৌতুনা পৈশা থোক্লবা তৌবা ফৈ, নহাক্তি হীরম খূদিংমক্তা ফিলোসোফরগী মওঙদা ৱাখল খন্দুনা লৈরমাল্লে; অদুনদি পুন্সীদা ওইবা য়াবা নত্তে, পুন্সী হায়বসিদা মতম পূম্বদা ফিদমগী ৱাখল ঙাক্তা পানশিনবা য়াদে, মসিদা অকক্লবা নিয়ম করিসু লৈতে। লানফমদা অচুম-অরানগী নিয়ম করি লৈ? মায়-পাক্লগা লোইরে। অকনবা, অশিংবশিং অদু অচুম্বনি; মখোয়না পূম্নমকপু জয় তৌবনি। ঐখোয়সু ঐখোয়গী হৈশিংবা, থৌনানা পুন্সীগী লানফমদা মায়পাক্লবা হোৎনবা চুম্মী, নহাক্না মীগীদমক্তা অসুম খন্দুনা, অচুম-অরানগী বিচার তৌতুনা করিগী লৈবীয়ু হায়বগে? নহাক্কীদমক্তা মী কনানা অসুম্না খনবীরমগনি? চুম্মী, মতুগীসু মতম লৈ, অদুবু ঐখোয়না ঐখোয়গী ফিরেপফমদি হান্না শেম্বা তাই।"

মতুগী মতুংদা মহাক ঙহাক অমুক তুমিন্না লৈখ্রে। অদুদগী মহাক্না ভোট লেপ্লম্বা, মীঙোন্দা দান তৌথোকখিবা, মীনা মঙোন্দগী লৌথোকখিবা পূম্নমক অদুগী মরমদা ঙাঙবা হৌরকই। মহাক্না হায়রকই, "ঐনা ভোট লেপ্পা মতমদা ঐগী য়ুমদা তিনখিবা মীয়াম অদুনা ঐঙোন্দগী মশীং নাইদনা শেল লৌখি। মদুদগী হেন্দোক-খিদুনা ইমুং-মনুংগী পোৎ-চৈ ফাওবা লোইনা পুদুনা চৎখি। করি অমুক হায়গনি? চানবা পৈবা ভিলহৌ, আলু ফাওবা খাঙবা

ঙমদে, বোরাদগী তূমিন্না পুখিবদা। মখোয়না ইন্নবা ফি লৌখি, খোঙউপ লৌখি, হায়দোকপদবু ইকাইনীংঙাইনি ঐগী নুপীগী হৱাই সেন্দল ফাওবা পুখি। ভোটকী মতমদা শেল হৈথহুনা য়েনখি, অহুবু ভোটতি কাখিদে, ঐ খঙই মখোয় অয়াম্বনা ঐগী হোৎনবীবদি লায়রহুনা ভোট ফাওবা থাদবীখিদে। মসিনি মীওইবা! মসিদবু ঐখোয়না মখোয়গী খন্নীংঙাই করি লৈবগে? ফরে, মসিগী ৱাসি তোল্লসি, নহাক্কী থবক অমতংদি য়েংউ। ঐগীদা য়াওগেরা? ঐগী সিনেমা হোল, দুকান, ফার্ম লৈ—মখোয়শিং অসিগী মন্নুংদা নহাক্না অপাম্বা অমদা হেক্তা য়াও। নত্রগা ঠিকা তৌবদা য়াওগেরা? মহু নঙগী ৱাখলনি।”

মহেন্দ্র পাক খুম্লক্তে। প্রবীণনা হায়রিবা অহু মাগীদমক য়েংহুনা হায়বনি, অহুবু মহাক মহুদা ৱাখল খন্থদনা হাথু হাথুনা পাউখুম হেক্তা পীবা পামদে, মরমদি মহাক মতম কুইনা ইনাক খুনবা বলদেবগা সঙ্গ তৌরক্লে, মখোয় অসিগুম্বা মীগী মগুণ মহাক মুন্না খঙই।

মখোয় অনী কায়নবগী মতাং য়ৌরক্লে।

মহেন্দ্রনা মাগী ৱাদা খঞ্জানবা অহু উবদা প্রবীণনা হায়রকই, “খনখো, খনখো, পূক্লীংদা লেপ্লবা মতমদা ঐঙোন্দা খঙহল্লকউ।” মহাক্না কায়নরমদাইদা মহেন্দ্রদা মাগী বাজার মন্নুংদা লৈবা হেড অফিস অহু তাক্লম্মী।

মহেন্দ্র মথন্তা ৱাখল খন্না খন্না ময়ুমদা হল্লকই। মীশিংনা খল্লিবা ৱাখল মখল কয়া অসিগী মরমদা মহাক অঙকপা পোক্লকই।

"ঈশ্বর হায়ববু মসিদা লৈরে," মহাক্না চৎনা চৎনা খল্লকই, "মীশিংনা খল্লিবা তোঙান তোঙানবা অফ-ফত্তা ৱাখল কয়াশিং অসি ঈশ্বর অমমম্না ঈনশিল্লকপনি, মখোয়শিং অসিদগী জগত্তা অফ-ফত্তা থৌ-দোক কয়া থোরক্লি।" মহাক প্রবীণগী খল্লিবা ৱাখল মখল— অঙকপা ফংনা ওইজবা থিবা, মীগী খন্দবা, উপায় অমনা হেক্তা খুদোংচাবা লৌবগী মওঙ, অতুগা অমুকস্থু অঙকপা ফংনা থৌনা লৈবা অমস্থুং মীওইবগী মরমদা উশিনবা ঙম্বা লৌশিংতুগী মরমদা ঙক্না খল্লকই।

ঋুংদাং অতুমদি মহেন্দ্র ময়ুমদা ফমুংদা হীপ্না হীপ্না প্রবীণনা হায়রকপা ৱা অতুগী মরমদা খন্দুনা লৈ; মহাক প্রবীণগুম্বা মীশক অমগা নকশিন্ননীংদে। অতুবু ঋুমিত্তুদা ঋুংঙাইত্রবা থৌদোক অমা থোক্লে। ঋুংদাং অতুদা মাগী মমা অতোম্বী মালতীগী ইমুংতু চারা হেল্লে, মাগী পীক্লিবা মচা অনীতুগী মতৌতু উবদা মহাক থম্মোয় শোকখ্রে। মহাক মখোয়বু মতেং পাংনীংবগী ৱাখল খল্লকই। মথংগী ঋুমিত্তা মহাক প্রবীণগা উন্নরগা মাগী থবক্কী মরমদা ৱারী অমুক্তং শারগে হায়না মপৃক্লীংদা লেপ্লে।

নোংঙাল্লগা মহেন্দ্র প্রবীণগী বাজারদা লৈবা হেড অফিসতু তান্না চৎলে।

প্রবীণ মাগী অফিসকী লৈতেং তৌরবা নাল্লবা কা অমদা লেম্না ফমতুনা লৈরম্মী। মহেন্দ্রবু উবদা মহাক্না ঙরাংগুম্না অর্থ লৈনা মোমোন নোক্লতুনা হায়রকই, "করি খল্লে, থবক য়াঙরগে নীংতুনা লাক্লবা নত্রা?"

মহেন্দ্র মাগী টেবল মমাঙদা থাবা য়োংকী চৌকি অমদা ফমথরকই ; মাগী শকফমদু ইহা হাদে, পাউথুমস্থু হাথু হাথু পীরক্কে। মহাক্না অতপ্পা খোনফমদা হায়রকই, "উম, প্রবীণ, ঐ য়াওরগে নীংতুনা লাক্লবনি।"

"করম্বা থবক পাম্মী?"

"মহাক্কী অহাঙবা অমদা হেক্তা ... ... ।"

"ফরে, ফরে, মদু ঐ শীনগে, অদুবু হৌজিক্কী ওইনদি অথুবা থবক খরা লৈ, মদু নহাক খরা তৌবিবা তারে। অরেপ্পা থবক অমগীদি কোন্না থন্নসি।"

মহেন্দ্রনা হংবদা প্রবীণনা মমীৎ-মনা, মখুৎ-মশা য়াওনা য়াম্না হৈশিংনা ফজনা হায়রকই মদুদি মহাক্না মাগী তুকানগী পোৎ-চৈ খরা লৌথোক্লবগীদমক কলিকাতাদা মী থাগদবা লৈ, মদুদা মহেন্দ্রগা মাগী মনাউনুপা মণিবাবু হায়বা অমগা লোয়নদুনা চৎমিন্নগদবনি হায়না।

মহেন্দ্র হায়রিবা রাফম অদু য়ারে। চৎপগী ভারা অমদি চান-থক্লবগী চঙগদবা শেলগী মথক্তা মহাক্কী শেনফম ফজনা পীগনি, মথংগী নুমিত্তা মাগী অফিসতা অমুক লাকুনা মাগী মনাউনুপাগা শকখঙনরো হায়না প্রবীণনা মঙোন্দা হায়রকই।

নোংঙাল্লগা মহেন্দ্র মাগী অফিসতা চতুনা প্রবীণগী মনাউনুপা মণিবাবুগা শকখঙনরুরে। মণিবাবু মরেপ রাংবা, মশম খোইবা, রা ঙাঙবদা মমীৎ-মনা য়াওবা, ময়াম্বদগী হেন্না চালাক লৈবা মানবা মীশক অমনি, মাগা রারী শাবদা মহেন্দ্র মশামক ইপঙ

পওশিল্লি। অহানবা শকখঙনবা ওইরবস্মু মহাক্না মহেন্দ্রবু থোইনা কোইদনা মীখোন-নাখোন্না রারী শারকই।

প্রবীণনা হায়বা মতুং ইন্না মখোয় অনী চৎনবা নুমিৎ লেপ্পরে।

চৎকদবা নুমিৎ অতুদা প্রবীণগী অশংবা কনটেসা কার অমদা মখোয় অনীবু এয়ারপোর্ট তান্না থিল্লি। মণিবাবু মুরৈনবা স্যুট অমা শেৎলি, অপাকপা অরাংবা তাই অমা পুল্লি, ফজরবা স্যুট-কেস অমতমক পুরকই, হীরম খূদিংমক্তা য়াম্না চেকশিন্না উই, মশাতু ইতপ তপথনা উই। মহেন্দ্রস্মু পোৎ-চৈ অতৈ থোইদোকপা য়াওরক্তে, এয়ারবেগ অমতমক পুরকই। এয়ারপোর্টতা চেকনচিংবা তৌবা লোইরবা মতুংদা মখোয় অনী প্লেন্দা তোংখৎলে। ডম ডম এয়ারপোর্টতা থুংলবা মতুংদা মখোয় অনী সিটি অফিস তান্না টেক্সিনা লাক্লগা মতুদগী পঙলাপ লাপ্তবা অরাংবা হোটেল অমদা থুংলে। মহেন্দ্রদি মণিপুরগী ব্রাংমদা অমুক্তা চৎলি, মণিবাবুনা শীনবা থোরাঙ খূদিংমক মহাক্না মতুং ইল্লি।

মখোয় অনীনা লৈরিবতু হোটেলগী মথোল মঙাশুবা দলানগী কা অমনি। মতুদা ফমুং অনীতা থাই, ফমুংশিং অতুদা অথাবা ফোম-রবরগী মোম্পাক অমমম লৈ, মথক্তা মঞ্জুনবা অওৌবা মোম্পাক ফিদক অনীখক থাই; নাকন্দা ড্রেশিং টেবল মচা অমমম লৈ। ঙসায়মখৈ লাকপগী চোকথবগী কা অতুদা ঙহাক্তং ঈংনা পোত্থাবা ফংবগুম মণিবাবুনা কাগী থোঙ অতু থিংজিল্লগা ফমুংদা ফজনা শাংদোকুনা লোংনা হীপ্লগা চুরুট মচৈ অমা চিংলকই। মহাক করিস্মু থোইনা থৌশাদবগুম তৌই; মহাক কলিকাতাগী

মফম অয়াম্বা ফজনা খঙই।

নুংদাংগী মতমদা কাগী থোঙনাউ অত্থদগী য়েংথবদা পাক্লবা সড়ক অত্থদা মখল কয়াগী গাড়ীশিং—টেক্সি, বস, ত্রাম, মোটোর-কার কয়া য়াঙনা য়াঙনা চীৎ থকপমথৈ লংলবা মঙালশিংগা লোয়ননা কূংনা চেল্লি, মখোয়গী হোর্নগী মখোলনা কা অত্থদা য়াক্লা তারি। পুম্নমক অত্থনা মহেন্দ্রদা থক্কৎপা অমা পোকহল্লি, কলিকাতা সহরবু অহানবা উবদা মপূক্লীংদা অমগী ওইরবস্থ অমগী ওইরবস্থ লাওতক্লবা অমা ফাওদবা ঙমদে। অচৌবা সহরগী ওইবা অঙকপা মতৌ অমা লৈ। মহেন্দ্র থোঙনাউদগী সহরত্থগী নুংদাংগী শক্তম অত্থ য়েংত্থনা অস্থম লৈ।

মণিবাবুদি জরনেল অমা পারত্থনা ফমুংদা হীপ্তুনা লৈ ; মহেন্দ্রনা মঙোন্দা কলিকাতাগী মরমদা হংবদা মহাক্না চীংলেম্না নোক্লত্থনা হায়রকই, "ঐ কলিকাতাদা চহী মরি লাইরিক তমত্থনা লৈরম্লে, মফমসিগী মরমদা লোইনা খঙই।"

মহাক্না হায়রিবত্থ মহেন্দ্র থাজে মরমদি মহাক চুম্না মফমত্থগী মরমদা মুম্না খঙবতা নত্তনা বাঙ্গালা লোল ফাওবা ফজনা ঙাঙই, মফমত্থগী মীশিংগা ব্লারী শাবদা লোল অত্থনা ফজনা ঙাঙনৈ। অত্থবু মহাক্না মফম অত্থদা চহী মরি লাইরিক তমত্থনা লৈরকপা অত্থ করম্বা পরীক্ষা পাস তৌরক্লবগে হায়বদি মহেন্দ্রনা খঙদে, হংস্থ হংদে। মাগী পূক্লীংদা ফাওবদি মণিবাবুনা মফম অত্থদা লাইরিক তম্বগী মিংদা পঙলে লৈরমগনি হায়বা অসিনি। (তশেং-নমকস্থ অচুম্বনি মণিবাবু ডিগ্রি অমতা পায়দে।)

মহেন্দ্রস্ন থোঙনাউগী মপাদগী চঙলক্নুনা ফমুংদা ফম্লে, অহুগা মখোয় অনীনা কলিকাতাদা তৌগদবা থবক্কী মরমদা মণিবাবুদা হংলকই। মহুদা মণিবাবুনা হায়রকই, "তৌগদবা য়াম্না য়াম্মী।" অহুদগী মহাক্না অঙৈংবা খোনফমদা লেম্না হায়রকই, "অরোনবা পোৎ-চৈ খরা পুরক্লিবসি য়োল্লমগদৌরিবনি, খঙদ্রা?"

মাগী রাহৈ অহু তাবদা মহেন্দ্র পাখৎপা পোক্লকই, খঙহৌদনা নিংদোল চোংবা হৌরকই। মহাক্না মণিবাবুবু তমথিবা, মাগী মাঙনবা শীনবা মী অমগুম উরকই।

মণিবাবু মাগী শকফম ওনবা মতৌ অহু উরগা থোইনা থৌশাদনা হায়রকই, "অদোম কিরমাল্লে। হৌজিক কিনিংঙাই থোইনা লৈত্রে, মহুগী তাঞ্জা অহু লাম্হোরক্লে।" সিকিউরিতিগী মীওইশিংনা চেক তৌবদা খঙহন্দনা পুরকপা অহুগী নাপল অমগা লোয়ননা মহাক্না রাফম অহু হায়রকই।

মহেন্দ্রদি মানা হায়বা অহু থোইনা তারুদে, য়াম্না খোয়রাঙ খোয়শাউনরকই; মহাক্না পেন্দবা মওঙদা শাউনা হায়রকই, "মহু ঐঙোন্দা হান্না হায়দ্রিবা করিগীনো? প্রবীণনদি ঐঙোন্দা হুকানগী পোৎ-চৈ খরা লৌথোক্কদবনি হায়।"

"পোৎ-চৈ খরা লৌথোক্কদবস্নু লৈ, অহুবু মরু ওইনা মসিগীদমকস্নু লাকপনি। ঐদি হান্না খঙবোই নীংই, ঐখোয়গী তামোনা হান্না হায়দ্রা? মহাক্না অদোমদা শেল য়াম্না পীগনিদি হায়রকপা নত্রা?" অহুদগী মানা থবক অহু মহেন্দ্রনা খুদোংথীবা করিস্নু লৌরক্নুনা পাওথোরক্লে হায়বগী মওঙদা অমুক হায়রকই, "অহুবু

খঙলবস্থ খঙদ্রবস্থ কৈদৌনি? করিগুম্বা ফারবস্থ অদোমগী অত্থক য়াম্না খুদোংথীবা থোক্লীংঙাই ওইদে, পোৎ অত্থু ঐগা লোয়নরকপনি।"

মাগী রাঙাঙ অত্থনা মহেন্দ্রবু হেন্না খোয়শাউনহল্লকই।

"মসিদা নুংঙাইতনীংঙাই থোইনা লৈতে," মণিবাবুনা অমুক হায়রকই, "অদোম্না অহানবা ওইনা থেংনবা অসিদা নুংশাথীবতনি।"

মহেন্দ্র তশেংনা মঙোন্দা মখা তানা ৱারী ফাওবা শানীংবা পোক্লে।

মণিবাবুনা মানা পুরক্লিবা অরোনপোৎশিংথু করিনো হায়বা খঙহন্নীংবা মওঙদা মঙোন্দা পুথোক্তুনা উৎলকই। (মখোয়থু প্লাষ্টিক পেকেটতা চেকশিন্না হাপ্লবা হেরোইন পাউদর গ্রাম চনীমুক্কা, অতাঙবা মখলগী ডাইমণ্ড খরগনি।)

"ঐ মখোয়থু য়েংবা পামদে," মহেন্দ্রনা খরা শাউরপ্না হায়রকই, "ঐ মখোয়থুগা মরী লৈনবা থবক অমতা য়াওরোই।"

মণিবাবু শাউবগী মহূক্তা মোমোন নোক্লদুনা হায়রকই, "য়াই করিস্থ কায়দে, অত্থবু ঐদি মখোয়শিং অসি য়োম্হোক্লম্নবা শীনগদৌরিবনি।"

মহেন্দ্র তুমিন্না লৈখ্রে।

মণিবাবুনা মহেন্দ্রগী নুংঙাইতবথু কোরুবা হায়রকই, "মখোয়গা মরী লৈনবা থবক্তা য়াওদ্রবস্থ অস্থম কোয়থোক-চথোকমিন্নবা, থবক অতৈগী মরমদা য়াঙবদি য়াইদনা।"

মণিবাবুগী ঈংথবা, পুক্লীং ফাথবা মতৌ অত্থনা মাবু অপঙবা তাহল্লে। মহাক থম্মোয়দা হুংঙাইত্রবস্থ মপালথোংদা অকনবা ৱা

ঙাঙবা ইঙম ঙমদ্রে, লংফৈ অদুদা মখোয় অনী খংন-চৈনবা থো-রকপস্সু মহাক পামদে।

মদুগী মতুং নুমিৎ খরনিদু মহেন্দ্র মখোয়না লৈরিবা হোটেল অদুদগী কয়া চথোক্তে, অদুবু মণিবাবুদি মথন্তা কদায় কদায়দনো পঙচত্তা চৎলি, করিগুম্বা নুমিত্তা নুংদাং থেঙনা হল্লকই। মহাক্না চৎলিবা অদুগী ৱারী মহেন্দ্রদা করিমতা শাদে, মহাক খঙই মহেন্দ্রনা মদুদা খঙনীংবগী খোৌরাংবা অমতা পোক্তে।

অয়ুক অমা মহেন্দ্রনা মণিবাবুদা হংলকই, "ঐখোয় কয়াম কুইনা মফম অসিদা লৈখিগদগে ?"

"নোংমা নানিগী মনুংদা হনবা য়ারে, থবক অয়াম্বা লোইরে," মণিবাবুনা খুম্লকই, "মী অমা অনীতা মঙায়রে উন্নগদবা।" অদুদগী মহাক্না মীকুপ অমতং তুমিন্না লৈরুরগা মহেন্দ্রগীদমক ৱাবীবা মওঙ অমদা অমুক হায়বকই, "অদোমদি কলিকাতাগী মফম অমা ফাওবা য়েংদনা হল্লগদ্রা ?"

মহেন্দ্রদু খুম্লক্ত্রে।

মণিবাবু তুমিন্না অমুক লৈখ্রে। মানা তৌরিবা থবক খূদিংমক অদু মহেন্দ্রনা য়ানীংদবা অদু উবদা মহাক মঙোন্দা ৱা য়াম্না ঙাঙলক্ত্রে।

অদুবু মথংগী নুমিত্তা মহাক্না মহেন্দ্রদা অমুক হায়রকই, "ঙসিদি কলিকাতাগী মফম খরা য়েংলুসিদনা, ঐগী পোৎ খূদিংমক য়োনবা লোইরে, অদোমগী খুদোংথীনিংঙাই করিমতা লৈত্রে।"

মহেন্দ্র মণিবাবুবু ফনা য়ানীংদ্রবস্সু কলিকাতাগী মফম খরা

য়েংনীংবদগী মখোয় অনী হোটেলদগী মফি-মরোল শেংলগা থোরক্লে। অরাংবা দলান কয়াগী মখাদা অপাকপা সড়ক্তা চেল্লিবা অকুংবা গাড়ীশিং অতুগী মরক্তা মখোয় অনী মফম খরদা টেক্সি নত্রগা বস তোংতুনা, মফম খরদা খোঙনা চত্তুনা কোয়য়েং য়েংলকই। মণিবাবুনা মহেন্দ্রবু কলিকাতাগী এডেন গার্ডেন, ভিক্তোরিয়া মেমোরিয়েল, মিউজিয়ম, নিউ মার্কেট অসিনচিংবা মফম কয়া য়েংহল্লকই। অকোনবদা মখোয়না মখোঙনা চৎপদা লম্বী অমদা চৎলকই। য়ুমগী থোঙদা কেরবী, মচীনবান শঙলবী, কাজল থারবী, খৃজিনাচি ফজনা শিরবী নহা ওইরিবী নূপীশিং খরনা থোঙদা মখূৎ পায়তুনা লেপ্পা উই। কনাগুম্বী খবনা মখোয়দা য়েংতুনা মোমোন নোক্লকই।

মণিবাবুনা চৎনা চৎনা মফম অতুবু মশক তাক্লকই। মহেন্দ্র হঙ্গোইবনা স্বর ফুনগৎলকই, মফম অতুগী মুংশিৎ অতু ফাওবা শেংদবগুম হৈনদবা মওঙ উৎলকই।

মণিবাবুনা মাগী মতৌ অতু উবদা নোক্লকই অতুগা হংলকই, “কৈদোরে ?”

মহেন্দ্র মাগী রাহং অতুগী পাউখুম খুল্লক্তে, খোঙথাং খরা থুনা চৎপা হৌরকই।

মখোয় অনীনা হোটেলগী কাদা য়ৌরকপতু সন্ধ্যা ওইরে, মুমিৎ চূপ্পতুমা মখোয় অনী কলিকাতাগী মফম কয়া য়েংলুরে, মণিবাবুদি পোৎ-চৈ, ফিরোল ফনা য়াম্না লৈরকই, মহেন্দ্রদি করিমতা লৈদে।

মহেন্দ্র ফমুংদা হীপ্লতুনা তূমিন্না পোত্থারকই। মহাক ঙসায়

থোঙজীন্ পায়ত্নুা মখোয়দা য়েংলগা মোমোন নোকহৌবী নুপী খরত্নু নীংশিংলকই। "অঙকপনি মখোয়গী রাখল, মখোয়গী পুন্সী, ঙকপগী মপাল নাইদে," মহাক্না খল্লকই, "মখোয়শিং অত্নুদবু ফিদমগী রাখল লৈরমগদ্রা ? লাইরিক ইবা কয়ানা মখোয়গী মরমদা শাগংপা ফিদমগী রাখল খুদিংমক ভাবকী জগত্তগী শেম্বা ঙাক্কনি, অশেংবা পুন্সীদদি ওইথোক্কে। মখোয়শিং অসি মী নত্তে, চুম্নগী জীব অমনি। ফত্তবা লমচত্তু শাগংপদা চঙখ্রিবা রাখলশিং অত্নু অচম্বা নত্তে, মখোয়ত্নু শাগংপদা মতম শাংনা য়োকখংলবা পূক্নীংগী পাঙ্গল অমা য়াওখ্রবনি ; মত্নুগুম্বা পূক্নীংগী থাক অমা য়োনা কাখংখ্রবা মীশিংত্নুগী শিংলিদা কোকঙমদ্রবা লায়না অমা লৈ।"

মথংগী ত্নুমিত্তা মখোয় অনী টেন্ন তোংত্নুনা ময়ূম মায়কৈ পাংলক্লে। অচৌবা সহরগী মীশিংগী ইনিল, রেলরে ষ্টেসনগী মেন তাদবা চরাঙনবা খোঞ্জেল, লায়রবা মীশিংগী ফীবম চাদবা শক্তমশিং, থবক চিনবা মেছিন মাল্লবা মীশিংগী মীন্নুংশি য়াওদ্রবা অচেংপা মায়থোঙশিং, অমনা অমবু উনদ্রবা মতৌ—পূম্নমক অত্নুনা মহেন্দ্রবু পুন্সীগী মরমদা অনৌবা রাখল কয়া খন্থহল্লকই। অকিবা শক্তম পুরবা অচৌবা তুরেলশিং, অরাংবা চীংশিং, অপাকপা লম্নাঙ-তুহাঙ অমদি অশূকপা উমংশিং পূম্নমক অত্নু উরগা মাগী পূক্নীংদা মফম খঙদনা ঈশ্বরবু নীংশিংহল্লকই ; ঙনখৈ লৈত্রবা, মীগী রাখল্লা লাম্বা ফংদ্রবা মাগী থৌরাঙ কয়াত্নুগী মরমদা খল্লুরগা মশা মথন্তা মপূক্নীং অস্নুন অস্নুম ন্নুংশিবা ফাওরকই, খঙহৌদনা মশামক ঈশ্বরগী ভক্ত অমগুম্না খল্লরকই, ঈশ্বরগী মফমদা খঙহৌদনা পূক্নীং ন্নুপশিনখিবগুম

তৌবকই। টেন্দা তূম্বা চাবা খঙদনা অচিনবা মীবক্তা তোংবগী মশা অদু চোকথববস্থু মহেন্দ্র পূম্নমক অতুনা মাব্ নুংঙাইহল্লি, পুন্সীগী মরমদা ব্রাখল কয়া শন্থহল্লকই।

নুমিৎ খরনিগী মন্নুংদা মখোয় ময়ূমদা থুংলে।

ময়ূমদা থুংবা হেক নোংঙাল্লগা মহেন্দ্র প্রবীণগী মনাক্তা চৎলে। মহাক মঙোন্দা চুন্না মাগী পেন্দবা কয়া কোঙদোক্লীংতুনা চংপনি।

প্রবীণ লেম্না মাগী অফিসকী চৌকিদা ফম্লতুনা করিগুম্বা চে-চাং খরা শূতুনা লৈরম্মী।

মহেন্দ্র তপ্না মাগী কাদা চঙলক্লগা মাগী টেবল মমাঙদা থাবা চৌকি অমদা ফমথরকই। প্রবীণ হান্ননা মনাউনূপাগা ব্রারী শাবদগী তৌরুরিবা থবক্তুগা মরী লৈননা মহেন্দ্রগী পূক্নীংগী ফীবমতু খঙলবগুম তৌনা উই।

"প্রবীণ," মহেন্দ্রনা ব্রারী শাবা হৌবকই, "হন্দক্কী থবক অসিগী মরমদা ঐঙোন্দা হান্না করিমত্তা খঙহন্দ্রিবা করিগীনো?"

প্রবীণগী মায়থোঙদা থোইনা অহোংবা লৈতে, ব্রাহং অতুগী পাউখুম খুন্বা থোইনা দরকার লৈতে হায়বা মওঙদা ওহাক তূমিন্না লৈ, অতুদগী মীকূপ খরগী মতুংদা চীংলেম্না হায়বকই, "মহেন্দ্র, মতু খঙলগা কৈদোগনি? ঐগী ইনাউনূপা মণিবাবুনা মতুগী অচৌবা দায়িত্ব লৌখ্রে, মহাক্না চুন্না মী অমা লোয়নবা পাম্বদগী নহাকপু লোয়নখিবতনি, ঐগী কাববাবগী অবোনবা খূদিংমক ঐগী থবক তৌরিবা মী খূদিংমক্তা লোইনা খঙহনবা য়াদে। ঐগী ইনাউনা হৈশিংবদগী হন্দক লূপা লাখ কয়াগী পোৎ য়োল্লক্রে,

মতুদা নহাক্কীসু চংলুবগী ফংফম লৈ। মসিদা নওগী করি হায়-নীংঙাই লৈবগে ?"

মহেন্দ্র প্রবীণগী উশিত্তবা রাঙাও অতুদা শাউনীংলকই, হায়রকই, "ঐ অসিগুম্বা থবক তৌদুনা পৈশা অমা ফাওবা ফংবা পামদে।"

"য়াম্না পূকচেল শেংবগী রানিনে," প্রবীণনা ক্লরেম্মবা মওংদা নোক্‌ফেং তৌদুনা হায়রকই, "অদুবু মতুং তৌদ্রবসু হন্দক চংলুবগী খরদি লৌফম থোকহৈদনা। ঐগীদি হায়ফম থোকপা রা অদু হায়বতনি। মতুদা নহাক্না য়াদ্রবদি করিনো তৌগদবা ?"

মাগী রাহৈ অদুদগী থৈদোক্তুনা মহেন্দ্রনা শাউনা হায়রকই, "মতুম্না শীনবা অদু ঐ ইথম্বু মাঙনবা নত্তে, জাতিগী মাঙনবা শীনবনি, মদুগুম্বা থবক্তু তৌদবা ফে।"

প্রবীণ ঙসায়মখৈ থরা ফাথতুনা ঙাওলম্মী অদুবু মহেন্দ্রগী হন্দক্কী রাহৈ অসি তারদদি খওহৌদনা খিংবা ঙমদনা শাউগংলকই ; মহাক্না মনায় ঙাওনা টেবল মথক্তা খুত্তুম্না হুন্না হন্না কুন্না শুরদুনা লাউরকই, "মহেন্দ্র, চুম্না চুম্না ঙাওউ, মদু হায়বগী নহাক্কী অধিকার লৈতে। নহাক লৈবাক্কী কনানো, লৈরাক্কী কুরি থবক তৌরে ? অদুক্তু য়াম্না রা ঙাঙবগী দরকার লৈত্তে। ঐগীদা য়াওরা পামদ্রগা তুনিন্না চংথো। ঐ নহাকুম্বা মী অমগী দরকার লৈত্তে।"

মহেন্দ্রসু নহানমখৈ অমুক্তা শাউখিদ্রিবা মওংদা য়ৌনা শাউ-নীংলক্লে, মহাক্না খোঞ্জেল কন্না হায়রকই, "চংলনি, ঐসু নঙগুম্বা স্মগলর অমগী মথাদা থবক তৌবা পামদ্রে।" -

রাহৈ অদু তাবদা প্রবীণনা খওহৌদনা লেপথংলক্তুনা মহেন্দ্র

তম্না হোংচিল্লকই, অতুগা মাগী ফুরিংকী ওকশমতু পায়রকই। মহেন্দ্রস্না মাগী মখূৎ অনীতু কন্থোক্লুনা মখোয় অনী খূৎ থোরুররক্রে। অফিসকী চৌকি, রেক, পোৎ-চৈ খূদিংমক পূমচাই চাইরে। কা অতুদা কনাস্ব লৈতে, মনুংতু মখোয় অনীতগী অচৌবা লাঙ্গাউ অমা ওইরে। মখোয় অনী নম্নবদা প্রবীণগী মকোক অতু টেবল মপান্দা শুজিন্দুনা থম্না কায়রে। টেবল্ল ময়া অতু ঙ্কনা পূমঙাও ঙাওনা চেন্থররক্রে, মতুগী মরক অতুদা প্রবীণ জ্ঞান মাঙতুনা রান্থতুনা তাখ্রে। তাঙ্গা অতুদা মণিরাবু লাকপা মপা চারুতুনা অফিসকী কা অতুদা চঙলকই। দৃশ্য অতু উবদা মহাক পাখৎপনা লরাইগী শম চপ চপ য়ুংখ্রে, অকিবগা লোয়ননা ময়াম্বগী অশোকপা হকচাং অতুগী ময়াদা থুনা চঙশিন্দুনা য়েংলকই। খূদক অতুদা মাগী তুং-লোমদা মহেন্দ্রদি নাম্থোক্লুনা চেনখ্রে, মাবু ফাবা নংহৌদ্রে। মণিবাবুনা থুনা অমুক মপান্দা গোবকপা মতমদদি মহেন্দ্র কদোনদা লৈশিন্দুনা চেনখ্রবনো থিবা খঙখিদ্রে। মফম অতুদা মী ময়াম হোংচিন্নরকই। মণিরাবুনা থুনা য়াঙনা পুলিসতা থোদোক অতুগী মরমদা ফোন তৌখ্রে।

ওহাক্কী মনুংদা পুলিসকী গাড়ী পাইরকই। পুলিস খরনা গাড়ীদগী চোংথতুনা থোদোক থোক্লিবা মফম অতুদা য়েংতুনা হৌনবী মতুং ইন্না চে-চাং পুথোক্লুনা খোদোক অতুগী মরমদা অকুপ্পা নরোল কয়া লৌবা হৌরকই। মণিবাবুনা মখোয়দা চেনখ্রিবা মীশুক অতুগী মমিং, লৈফম্নচিংবা শেংনা তাক্লকই।

প্রবীণগী অশোকপা হকচাং অতু হোস্পিতালদা পুখ্রে।

# ৭

মহেন্দ্র ফূনরুবা মফম অতুদগী থোরক্লগা কদায়দা চৎকদগে চমমৈ, মশাদা জ্ঞান করিমতা য়াওদবগুম তৌই, মমাওদা চৎলিবা মী খূদিংমকপু উদে। মহাক্কী মেন তাদ্রবা পূক্নীং অতুনা অসিমদি খওলকপগুম তৌবকই হৌজিক ময়ূমদা হনবগী কান্নবা লৈতে, মহাকপু শোয়দনা পুলিসনা ফাবা লাক্কনি, মতুম তৌগদবগী শক্লক পুলিসতা মশামক্লা চওবনা হেন্না ফে; অতুবু মতুম্ম মহাক খূদক অতুদদি অকিবা পোক্লকই মবমদি মখোয়না মাবু নাতৈ চাদবা মওডদা থীনা ওৎ-নৈবা য়াই। মহাক মেন তাদনা পওচত্তা চৎপা হৌরকই। খরা চৎলবা মতুংদা মহাক্লা খওলকই মাগী জরসিগী য়েৎথংবা খূদাংদু ঈ খরা তৈরে। মতু মানা লৌথোক্লুনা চৎপা হৌবকই। মাগী পূক্নীংদা খওহৌদনা অকিবা রাখল অমা চওলকই, "কবিগুম্বা প্রবীণ অতু শিরম্লবদি?" মতু খল্লুবদা মহাক্কী থবাক অতু ফুনগৎলকই। অচীকপা মফম অমদা লোৎপগী রাখল খল্লকপদা মানা থাবল্লৈবু খওনীং নীংশিংলকই।

মহাক্লা খোওহামপাৎ তান্না চৎনবা বসতা তোংখৎলে। বস মন্নুংদা তোংলিবা মীয়ামশিং অতুনা মাবুত্তবু য়েংলিবোই নীংলকই, মখোয়গী অচম্বা মীৎয়েং খূদিংমক অতু মহাক অকিবা পোক্লকই।

মখোয়গী ইচম চম্বা হারী খূদিংমক অতুনা মাবু করিগুম্বা মওঙ অমদা ঙৎপগুম তৌরকই। মাগী নিংদোলদু অতুম চোংতুনা লৈ।

খোঙহামপাংকী চীংগোল খজিক্কং হেন্দোক্লগা মহাক বসন্তগী কূমথহৌরে। মহাক থাবল্লেখোয়দা চঙগদবদু খঙহৌদনা হঙ্গোইরক্লে; রাখল ঙহাক খল্লুরগা মহাক্না মহৌশা ভারা লৈরম্বা য়ুমদুগী য়ূম্ব নিংথেমগী ময়ুমদা চঙলক্লে। নিংথেমদু হীদাকফু অমা থক্লদুনা মাঙ্গোন্দা মচাশিংগা ফমদুনা লৈরম্মী। কুইনা উখিদ্রবা মহেন্দ্রনা হাথু হাথুনা খরা থক্কৎপা মওঙদা চঙলকপা অদু উবদা মহাক্না চিংনরপ তৌনা, অদুবু মত্ন ফোঙদি ফোঙদোক্তনা হায়বকই, "করি থবক্কীনো, ইবুংঙো মহেন্দ্র? কুইরেদা উখিদবা।"

মহেন্দ্র পাক খুম্লক্তে।

নিংথেমনা মাঙ্গোন্দা মাগী ফম্লবা মোবা অমা থাবকই। মহেন্দ্র মদুদা জ্ঞান তানা ফমথরকই, অদুগা স্বর খজিক্কং হোন্থবকই। নিংথেম অদুম খঙই মহেন্দ্রদা করিগুম্বা থৌদোক অমা থোক্লে; মানা হাইকেৎ চিংননা মহেন্দ্রদা য়েংলকই।

"খুবাগী মহৌশা ভাবা থম্বা কাদু হৌজিক হাঙলিব্রা?" মহেন্দ্রনা খরা ঈংথবা মওঙদা হংলকই।

"হাঙদ্রে, ইবুংঙো, হৌজিক্তি মদু মীনা কনশিন্দুনা লৈখ্রে," নিংথেমনা খুম্লকই। মহাক্না মহেন্দ্রগী মমায়দা অখাম্বা দাগ খরা উরকই, মাঙোন্দা অদুম চিংননা য়েংলদুনা হংলকই, "নহাকপু কৈ-দৌবরগে? কনাগুম্বগা খংন-চৈনবা য়াওরকপ্রা?"

মহেন্দ্রনা মঙোন্দা মাগী থোকখিবা থৌদোক খরদু ইশেং

শেংনা হায়দোরক্লে।

নিংথেমগী শকক্‌ম অদু খঙহৌদনা হঞ্জিনখি; মহাক ঙহাক্তং মরু লুকথদুনা ৱাখল মুন্না খল্লকই। মহাকসি নহা ওইরিঙৈদা লাক্ল-ফানবা ঙমদবা, মীনা লাকচবা য়াদবা, ফুন-চৈনগনবা, মবীল লৈবা মীনি। মহাক্না অরুম্বা খোনফম অমদা হায়রকই, "ফৈ, করিমতা নুংশাথীরুনু নহাক্কী লৈফম ঐনা শোয়দনা পীগনি।"

মহেন্দ্র পূক্নীং খরা লুম্লকই।

নোংঙাল্লগা নিংথেমখোয়গী ইমুংগী নূপীশিংনা তূমিন্না থাবল্লেদা মহেন্দ্রনা মখোয়গী ইমুংদা লোত্তুনা লৈবগী ৱা অদু তমথোরক্লে। চাক থোংনা থোংনা থাবল্লেনা মচানূপী প্রিয়াদা মতুগী মরমদা হায়রকই, "ঐখোয়দা মহৌশা লাক্লম্বা মহেন্দ্র হায়বদু পুলিসনা ফাগদবগী তান্নদুনা তানিংথেমখোয়দা লোৎলি হায়।"

ফুঙ্গা ময়াদা ফম্লিবী প্রিয়ানা খরা ইকাইরপ তৌনা মমাদা হংলকই, "করিগীনো অদুদি?"

"কনানা খঙজরুনি?" থাবল্লেনা খরা শূক্লোক্লুনা হায়রকই, "করিগুম্বা অকায়বা থবক অমা তৌরুরিনি, নত্রবদবু করিগী পুলিসনা ফানবা তান্নগদগে?"

প্রিয়াদি মতুগী মরমদা ৱারী শাবদু ইকাইবগুম তৌনা তূমিন্না লৈখ্রে, ৱা নখা তারকখিদ্রে।

মহাক মপাল্লোমদা হিঙ্গোলদগী মরোয় হেকপা থোকখ্রে। মহেন্দ্রগী ৱাফম অদু মঙোন্দা অঙকপা ওইনা থোকই; মহাক

মহেন্দ্রনা অচোবা অরানবা তৌবমগনি হায়বসি কৈদৌঙৈদস্থু থাজদে, করম্বা থৌদোক্তগী মাবু পুলিসনা ফানবা তান্নরিবনো হায়না লাঙ-তক্লবা অমা মাগী পুক্নীংদা ফাওরকই। অতুবু মহাক্না মহেন্দ্রনা লোৎলিবা য়ুম অদুদা করম্না মাগী মরমদা হংলুগনি? মহাক মতুগী থৌনা লৈতে। অতুগীম্থ মথক্তা মহাক্না মহেন্দ্রবু তূমিন্না থম্মোয়নুংদা নীংজরবস্থু মখোয় অনীগী মরক্তা নুংশি-নুংঙনগী ওইবা থোইদোকপা নক্লবা মরীদি লৈনবা নত্ত্রি: মহাক মীৎতাপ অমনি।

নুমিৎ খরনি হৌখ্রে, নোংমা সন্ধ্যা য়াচঙবা মতুংনি। থাবল্লৈ ইমুংদা চাক থোংগদবগী থৌরাঙ তৌরি, প্রিয়ানা মপান্দা ধূপ থারুরগা ইমুংদা চঙলকপদা ঙায়রি। মপান্দা থোঙ থীনবগী মখোল অমা তাবকই। থাবল্লৈনা থোঙ হাংদোক্লুবদা মহেন্দ্রদু থোঙজীন ময়াদা লেপ্তুনা লৈরম্লে।

"করি থবক্কীনো, ইবুংঙো মহেন্দ্র?" থাবল্লৈনা মাগী ওইরিবা ফীবমগী মরমদা করিমতা খঙদবা শাতুনা হংলকই।

"অম্বুন চখোকচরকপনি," মহেন্দ্রনা খুম্লকই।

থাবল্লৈনা মাগী ফম্নবা মোরা অমা থাংদোরকই। মহাক থজিক্তং নুংশাথীবগুম তৌনা উই, অসিতনক হায়রকই, "ফম্মু, ফম্মু।"

মপান্দু মৈ থান্দে, থাবলগী মুশি মুশিবা মঙালদি লৈ, থাবল্লৈনা মৈ থানগৎলগা ব্রারী শাবা ফাওবা নুংশাথীদুনা থানগত্তে, মরনদি মহেন্দ্র অসি মরাল লৈববা পুলিসনা ফাগদবগী তান্নরিবা মীশক অননি, কনাগুম্বনা নাবু উখ্রবদি হায়না ইকি কি।

মহেন্দ্র থাবল্লৈনা থারিবা মোরা অদুদা ফমথরকই। মহাক্কী শকফমদু থীনা শোক্লে, অদুবু অমম্বা অদুদদি থাবল্লৈনা মদু শেংনা উদে। মহেন্দ্র নিংথেমখোয়গী ইমুংদা কুইনা লৈথবদু নুংঙাইতদুনা থোরক্লবনি, মখূত্তা পৈশা পায়রক্রে, মাগী ভারা হুনবা ঙম্লক্রে। য়ারবদি মহাক থাবল্লৈখোয়দা চঙজফম নিগে হায়দুনা চঙলকপনি। অদুবু উন্নরবা কান্দদি মহাক্কা মঙোন্দা ৱাফমদু পাক হেক হায়বা ঙমদ্রে। মহাক্কা অতপ্পা খোনফমদা মাগী থোকখিবা থৌদোক, হৌজিক্কী অৱাবা ফীবমগী মরমদা ৱারী খবা শাবকই; অদুগা অকোনবদা য়াম্না হঙ্গোইনা থাবল্লৈদা মাগী চঙজফম পীবিনবা হায়রকই।

থাবল্লৈদু থৌদোক অদুগীদমক্তা নুংঙাইতবা ফোঙদোবকই, অদুবু মহেন্দ্রবু চঙজফম পীবগী ৱাফম অদুদি মহাক্না য়ানীংদবা উৎলক্লে। মদুদা মাগী অকিবা লৈ।

মহেন্দ্র খোঙথাং তপ্পা তপ্পা থাংলদুনা অহাংবা সড়ক্লোমদা থোরক্লে। মহাক খঙই থাবল্লৈনা মাবু লোৎহনবদু কিং; ঙসি করিগুম্বা নিমাইনা হিংলম্বা থোক্লবদি মহাক কোম্না চঙজফম ফংলম-গদবনি। ঈংলবা, থাবলগী মঙাল্লা মুশি মুশি ঙানবা নিংথমখোগী নুংদাং অদুদা মহেন্দ্র মরু লূক্না চীংগোল ময়াগী লম্বীদা তপ্পা তপ্পা চৎলকই। ঙসি অহিং অসি মহাক কদায়দা লৈগনি? মাবু লৈহন্নী-লক্লবা নিংথেমগী ময়ুমদদি মহাক চঙলরোই হায়না মপূক্লীংদা চপ য়ুংনা খল্লদুনা থোরক্লবনি। অমুবা চীং, অমুবা লম্খাঙ, কৌজেঙ-হারৌগী খোংঙেল, তুবেল ঈচেলগী মখোল—পূম্নমক অদুনা মাবু হেন্না হেন্না অৱাবা পীবগুম তৌরকই।

মহাক চৎনা চৎনা রাখল কয়া থোক্না খল্লকই। অচৌবা অরানবা তৌরবা মী অমগী মায়য়োক্তা লৈরুবগীদমক মহাক্না করিগীদমক্তা অতুক কিনা পূক্নীং হম্থনা লোত্তুনা লৈগদৌবিবনো হায়না মথন্তা খল্লকই। থৌদোক অতুদা মহাক তশেংনা লানখিবা নত্তে, প্রবীণনা হান্না মঙোন্দা খূৎ থাবকখিবনি। খঙহৌদনা মঙোন্দা থৌনা অমা লাক্লে, মহাক্না পুলিসতা চঙজত্থনা অশেংবা রায়ম খূদিংমক অতু লোইনা হায়দোকপগী রাখল খনবা হৌরকই। "অতুবু করিগুম্বা প্রবীণতু শিরম্বা থোক্লবদি?" মহাক্না খল্লকই। মতু হেক খল্লুবদা মহাক কোকচাউবী কায়, মশাতু তু চুংলকই। অতুবু থংনবা মীকুপ্তা মহাক্না অমুক খল্লকই, "অতুগুম্বা লাইবক থীবা থৌদোক অতু থোক্লম্লবদি চেন্দুনা লোংপগী করি অর্থ লৈবগে? নোংমদি ঐবু শোয়দনা ফারক্কনি।" মহাক রাখল খনবমখৈ খল্লুবগা পুলিসতা চঙজনবগীদমক চীংগোল ময়াগী লম্বী অতুদা মখোঙ তপ্না তপ্না থাংলত্থনা ইম্ফাল তান্না চৎখ্রে।

ঙসি নুমিদাংগী থৌদোক অতুদগী প্রিয়ানা মহেন্দ্রগী মরমদা হেন্না খনবা হৌরকই। মমাগা মহেন্দ্রগা মপান্দা রাবী শাবিহৈদা মহাক থোঙজীন মরুমদা লেপ্তুনা রাবীতু তাত্থনা লৈ, অমম্বা অতুদা মহেন্দ্রগী শোক্লবা শকফম অতু মুন্না উদ্রবসু মাগী থরায় রাবা মানবা খোনফম অতুদি মুন্না তাহৌবে। মতুনা মাগী থম্মোয়বু অরাবা পীবকই। মাগী রাখলদা মহেন্দ্র অসি অচুম্বা চংপা মীওই অমনি হায়না খল্লি, মানা অবানবা ভৌবমগনি হায়বসি মহাক

কৈদৌঙৈদসু থাজবা ঙমদে। ঙসিদি মাগী থম্মোয়দা মহেন্দ্রবু নুংশিবগী মৈচাক অমা কন্না ফাওবা হৌরকই। মহাক ঙসায়দি মহেন্দ্রগা মমাগা ৱারী শারিঙৈদা ইকাইহুনা মপাল ফাওবা থোরকখিদে, অতুবু মতুংদদি কয়াদা নীংঙয়্রকখিদ্রবা, কয়াদা পেনখিদ্রবা !

নুংদাংহু প্রিয়া নুংঙাইহনা ফমুংদা চঙখ্রে। "মহাক্তু কদায়দা চৎলমগনি? কনাদা চঙজফম লৌরমগনি?" মহাক্কী পূক্নীংদা হন্না হন্না খনবা হৌরকই। ঙসায় তাখিবা মহেন্দ্রগী অশোকপা খোনকম অদু মাগী নাকোঙনা হন্না হন্না তাবা হৌরকই। মাগী চনীং তাদ্রবা পুন্সী অতুগীদমক প্রিয়ানা নুংনাংবা হৌবকই। মহাক খঙই মহেন্দ্রগী পুন্সীদা জ্ঞান তানা ৱা খন্নবা য়াবা মী কনাসু লৈতে, মহাক্কীনি হায়বা মী কনাসু লৈতে; মহাক্কীদমক্তা মফম খঙদনা অৱাবা পোক্লকুনা মাগী মমীত্তা মপি শিন্থরকই, মহেন্দ্রগী অৱাবা কয়াদা শরূক য়ানীংলকই, পূক্নীংদা ৱাখল মঙল মঙল কয়া খনবা হৌরকই। ঙসিগী অসিগুম্না মাগী পূক্নীংদা অমুক্তা খনখিদ্রি।

৮

মহেন্দ্র পুলিসতা চঙজখ্রবা মতু, নুমিং খবনি লৈরগা জামিনদা থাদোরক্লে। মহাক্না লাইবক ফবদি প্রবীণদু খরা থীনা শোক্লবস্তু শিবমক্তি শিরমদে। মানা নুংঙাইতবদি পুলিসনা মানা হায়বা অচুম্বা রাফম কয়া থাজবীদনা থোইনতুম প্রবীণখোয়গীদমক শোগতুনা মাবু ওৎ-নৈখি।

মহাক ময়ুম য়োরগা থোঙ হাংদোক্লগা ফমুংদা অতুম হীপ্লে, মশা অদু পুমথীং থীৎখ্রে, লেঙবা ফাওবা নীংথিনা ঙমদে। মহাক মমায়দু ঊপশিল্লগা মখুৎ নামা মোনগী রাংমদা থম্লগা তুমিন্না লৈখ্রে। ইমুংগী নক্লবা মীশিং—মখুরা, মন্দোলনচিংবা মনাক্তা চংল-ক্লুনা হংলরে, ঈশিংনচিংবা লুমতুনা অশোকপা মফমশিংদা হীগা য়ৈরে।

মখোয় থোকখ্রগা মহাক মথন্তা হীপ্তুনা অমুক লৈহৌরে। মতমদু সন্ধ্যা ওইশিল্লক্লে, কাগী মৈদু ইমুংগী মীশিংদুনা কাপ্লম্মী। মহাক ফমুংদা লোংখাক লোংনা হীপ্লগা থোকখিবা থোদোক অদুগী মরমদা মপূক্লীংদা মেন তাদনা খনবা হৌরকই। মতমসিগী মীওইশিংগী তমথিরবা পূকচেল, লীচৎ-শাজৎশিংগী মরমদা খল্লুবদা মহাক অকি-তুজুংবা পোক্লকই, মশাগী মমল, তৌবা ঙম্বগী শক্তি পুন্নমক অদু

মখোয়গী মরক্তা মাঙখ্রে। মীওইবা অমনা খনবা ঙমগদবা, খনকম থোকপা রাখল কয়া ফাওবা মঙোন্দগী লোইনা মাঙখিব-গুম তৌরে। মহাক চুন্নগী কোলুনা চপখায়রবা মহী-মচুম য়াওদ্রবা পোংশক অমগা চপ মান্নরে। মহাক মমীং উইশিন্দুনা ঈশ্বরবু নীংশিংলকই, ঙমখৈ লৈতনা রারবা, নীংবা কায়রবা মতমদা মহৌশাস্থু অস্থুম্না ঈশ্বরবু হেক হেক নীংশিংলবতদা মাগী পূক্লীংগী পোত্থাফম ফংই। ঙসিস্থু মহাক্না ঈশ্বরবু নীংশিংহুনা পুঙম থাংঙমদ্রবা অরাবা রাখল অহুদগী কোক্লবা হোংনরকই।

মহাক্নী মশাহুস্থু হৌজিক্না হেন্না চৈনা পানবগুম তৌরকই। মহাক ফমুংদগী অহুম হৌগত্রে। অস্থুম্না থেঙনা য়াওন তোয়না ফমুংদা হীপ্লম্বদগী মহাক খঙহৌদনা তুমখখ্রে।

মহুগী মতুং নুমিৎ খবনিহু মহাক ময়ুমদগী মপাল থোক্লে, অয়াম্বা মতমদা ফমুংদা লেপ্লে। পূক্লীং শোন্থবা রাখল কয়ানা মহাক্কী মকোক্তা পীক থন্না লৈ। অস্থুম্না নুমিৎ খরনি লৈরবা মতুংদা মাগী মশা অহু তপ্না তপ্না ফগংলক্লে। হন্দক্তি মহাক পুন্সীগী খোঙথাং খুদিংমক্তা য়াম্না চেকশিন্না থাংনবা রাখল খল্লকই, পুন্সীগী অরুবা শক্তম, মীশিংগী অকপ্পা লীচৎ, মপালথোংদা উনরিবা অপোৌবা পুন্সী অমদি চৎনবী কয়াদগী হেন্না মন্নুং হুঞ্জিন্না লৈখ্রবা কূপখ্রবা ফীবম কয়াগীদমক্তা খনবা হৌবকই।

মহাক্না প্রিয়াগী মরমদা মবক মরক্তা খল্লকই। মহাক্তু চম্লবী, নুংশিরবী, ইকাইথীবী, মঙোন্দা রা ইঙাও ঙাঙবা ঙমজদবী অমনি; অহুবু মাগী শুঙ্কাংনীংঙাই ওইবা মগুণ কয়া লৈরবস্থু মহেন্দ্র মপূক্লীংদা

মাবু মুংশিবগী রাখল য়োকখৎলুবদি তৌদে, মরমদি পুন্সীদা মহাক্কী তোপ-তোপ্পা অনীংবা রাখল কয়া লৈ।

মুমিৎ কুইনা মপাল থোক্তনা লেনবা অতুদা মহাক নীংহন্নবা রাখল কয়া থন্দুনা লৈ; মখোয়তু সংসারদা চৎনবা য়াত্রা য়াদত্রা হায়বদি খণ্ডদে, অতুবু সংসারগী চৎনবী, মীওইবগী লীচৎ-শাজৎ, রাখল মথল কয়াগী মরমদা মরনাইগী ওইবা পেন্দবা কয়া অমদি মাগী থম্মোয়নুংদা থম্না লৈরে।

বলদেবগী তুকান্দু হৌজিক অঞ্জলিনা মপৃং ওইনা পুরে। বলদেব মখোও পণ্ডথবা হৌতুনা ময়ুমদগী মপাল থোকপা ঙমদ্রে, অতুগা মাগী অমতা পোকপা মচানূপা বিনোদনা নেশাদা তাউবা হেঞ্জিল্লক্রে; মশাগী মুংঙাইবা থিবা মওও অমদা পুন্সী লেনবা হৌরক্রে। অতুনা হৌজিক তুকানগী অরাম্বা ভার অতু য়াদতুনা অঞ্জলিগী মথক্তা তারে। মহাক থবক পুবগী রাবা, পোত্থাক্রম খণ্ডদবা নোংমা নোংমগী হেল্লকই। মখোয়গী তুকান্দা থবক তৌবিবা মী অয়াম্বা (হরি নত্তনা) মহৌশা মহেন্দ্রনা তৌবগুম্না থাজবা য়াবা য়াওদে; অতুনা হীরম খূদিংমক্তা মানা কন্না পান্নবা চঙই। মহাক্না মহেন্দ্রবু মখোয়গী তুকান্দা অমুক য়াওনবা হায়রগে হায়না কন্না খল্লক্রে। মহাক মশামক্না মখোয়গী তুকানগী হৌজিক ওইরিবা খুদোং-চাদবা খূদিংমক অতু মহেন্দ্রদা অমুক্তং ফজনা হায়নীংলকই।

নোংমদি অঞ্জলি মাগী অঙাঙবা মারুতি কার অতু তোংতুনা মহেন্দ্রখোয়দা চৎলে। মহাক্না মাগী কার অতু সড়ক্তা থারম্লগা

মহেন্দ্রখোয়গী কোম্থোঙদা চওলক্লে।

অঞ্জলি শংলৈনবা শাড়ি অমা শেংলি, লাইবক্তা অঙাঙবা অশাকপা বিন্দী অমা নম্মী, মহৌশানা মমীং-মনা শিংবা মায়থোঙ অতু য়েংবদা হায়নীংঙাই লৈতনা শুম্মাংনীংঙাই ওই, ঙৌরবা ফজরবা কুচুগী মঙাল অমা শেংলিবা ফিজোল অতুদগী থক্তোরকই।

মতম অতুদা মহেন্দ্র মাঙ্গোন্দা ফমতুনা লাইরিক অমা পারি। অঞ্জলিনা অতুম্না ইথা থাজদনা কোম্থোঙদগী চওলকপা উবদা মহেন্দ্র ফম্নবদগী হৌগতুনা মহাকপু ব্যবহার তৌনা তরাম্না কৌশিল্লকই।

মাবু উবদা অঞ্জলিনা হরাউ-হরাউনা হায়রকই, "নুংঙাইবেদা, মহেন্দ্র, নহাক লৈরম্বা, ঐ নহাক্তা ৱারী অমতা শানীংতুনা লাকপনি।"

মহেন্দ্রনা মানা ফম্লম্বা মোরা অতু পীতুনা অঞ্জলিবু মাঙ্গোন্দা ফমহল্লে, মহাক্তি হৌগতুনা উখোঙ ময়াদা লেপ্তুনা লৈ।

"কমদোরিবগে হৌজিকপু, নুংঙাইরিব্রা?" অঞ্জলিনা মহৌ-শাগুম্না থোইনা কোইবা তৌদনা হংলকই।

মহেন্দ্র ৱাহং অতুগী পাউথুম পীফম খঙদে; মহাক্না হাইফেং নোক্তুনা অসিতমক খুম্লকই, "নুংঙাইজরি।"

অঞ্জলিনা ঙহাক তূমিন্না ৱাখল থল্লগা হায়রকই, "ঐনা ঙসি লাক্লিবা অসি, মহেন্দ্র, নহাক ঐখোয়গী চুকান্দা অমুক য়াওবীরো হায়জগে হায়তুনা লাক্লিবনি, করিগুম্বা থবক অতৈ লৈত্রবদি ...।"

মহেন্দ্র পাক হেক খুম্ফম খঙদনা তূমিন্না লৈ।

অঞ্জলিনা মকুবোক নাবগী, মপুরোইবনা চুকান্দা পুক্নীং চঙদবগী, মখোয়গী চুকানগী ওইরিবা অরুবা ফীবম কয়াগী মরমদা শুগায়না

মহেন্দ্রদা ৱারী লীবা হৌরকই।

মহেন্দ্রগী নীংজিং মাংজিংনবা মতৌ অদু উবদা অঞ্জলিনা হায়রকই, "ঐ খঙই হৌখিবা থৌদোক খূদিংমক অদুগী মরমদা খল্লুরবদি য়াওবীনীংলম্লোই ; অদুবু ঐখোয়গী ইমুংগী মী খূদিংমক্না খঙখ্রবনি থোকখিবা থৌদোক অদুগী মরমদা নহাক্কী নরাল করিস্থু লৈতে হায়বা। হৌজিক্তি থৌদোক খূদিংমক অদু কাউথোকপিরো. ঐখোয়গী চুকান্দা অমুক য়াওবীরো। থাজবা য়াবা মী অমতংগী য়াম্না দরকার ওইরদুনা লাকচরিবনি।"

মহেন্দ্র মপূক্নীংদা খল্লকই, "করিগীদমক্তা ঐবু অদুক য়াম্না থাজবীরিবনো ?" মহাক্না ফোংনা হায়রকই, "ঐগী হকচাংসি মুংঙাইতবনা মতম খবদি য়াওবা ঙমজখিরোইদৌরি, ৱারৌবিবা য়াদে।" ( হৌখিবা খৎন-চৈনবা, পুলিসনা ফারুবগী থৌদোক্তা মহাক্কী হকচাং শোকখিবদু ইফ ফগৎপা ঙমদ্রি। অদুবু মদু মহাক্না অঞ্জলিদদি তমথোরক্রে। )

"কৈদৌরে, নারুরব্রা ?"

"তশেংনা নাবদি নত্তে, অদুবু হকচাং খরা মুংঙাইতবদগী ডাক্তরনা মতম খরা পোত্থানবা হায়," মহেন্দ্রনা থৈদোক্তুনা খুম্লকই।

"অদুবু মতম খরা লৈরগদি য়াবা নব্রা ?"

মহেন্দ্র তুমিন্না লৈ, য়ূমদা লাক্তুনা হায়রবা অদুদা মদুগী মরমদা খুম্ফম খঙদে ; অদুবু মহাক্না মখোয়গী চুকান্দা অমুক য়াওবগী ৱাফমদুদি ওইথোক্তবনি।

অঞ্জলিনা মাগী অনীংবা অদুদি খঙদে। মহাক করিগুম্বা

কান্দা খোল কন্না ঙাঙগনবা অদুগা অমুকস্সু করিগুম্বা উপায়না মীখোল নাখোন্দুনা ঙাওবা হৈবা মীওইনি। মহাক থবক শূবদা মীনা মতুং ইনবা ঙমদবা, মমীৎ-মনা শিংবা, মরৈ কনবা, পীথোবকপা জ্ঞান লৈবা মী অমা ওইবত্তা নত্তনা করিগুম্বদা নূপী ওইবীগী অথোৎপা থম্মোয় খূদিংমক উত্তুনা মীঙোন্দা মীনুংশি উৎপা, পূকচেল চাউথোকপা ঙম্বা মীওই অমনি। ( মহাক্কী ওন্ন-তৈনবা গুণ খরসিদি মহেন্দ্রনা তশেংনা ঙক্কবা ঙমখিদে, মাবু কি-তূক্কচ ওইনা লোয়নখি। ) ঙসিস্সু অঞ্জলিনা খঙহৌদনা অমেঙবা নুংশিবা থোনফম অমদা থাজদনা হায়রকই, "মহেন্দ্র, ঐনা হায়জরিবসিনি নহাক শোয়দনা য়াঙদবা য়াদে, ঐখোয় নহাক্কী দরকার ওইরবনি, ঐখোয়গী ইতেং খরা পাংউ; করিগুম্বা মতাং চাবা কান্দা ঐখোয়না নহাক্কী নতেং অমুক পাংগনি।"

ব্রাহৈ অদু তাবদা মহেন্দ্র থুক লাউরকই, মীগী মতেং ইফং ফংলক্রবা, কনাগুম্বা অমনা থোইনা থৌজানবীবক্কনি হায়বদু থাজরুবা ঙমদবা মহেন্দ্রনা মহাক্কী ব্রাহৈদুদা থরায় হুংঙাইবা পোক্লকই। মহাক ঙহাক মরু লূকখত্নুনা তূমিন্না লৈ। অদুবু অঞ্জলিনা হায়বা অদুদি মহাক য়াবা ঙম্লোইদৌরে।

অঞ্জলিনা হরাউ-হবাউবা মায়থোঙ উত্তুনা অমুক হায়রকই, "হন্দক্কী ফেব্রুয়ারি তারিখ অমা অম্বায়দা ঙমগদ্রা ?"

"ব্রারৌবীবা য়াদে, ঐ মত্তমদি ঙমজরোইদৌরে," মহেন্দ্রনা তুবং ওইনা খুল্লকই, "ঐবু ঙাকপিয়ু।"

অঞ্জলিনা মহাকপু হম্না হম্না থেম্লবদস্সু মহেন্দ্রনা য়াব্রবা অদুদা

অঞ্জলি মাগী মঙ্গমদগী হনখ্রে। মহাক তুকান্দগী ওহাক হাইদোরকপনি, থবক য়াম্না চিন্না উই, মপূং ওইবা রাফম খরা হায়রম্বা নত্তনা অতৈ রারী থোইদোকপা শারমদে।

মহাক চংখ্রগা মহেন্দ্রনা মাঙ্গোন্দা তূমিন্না ফম্লগা খল্লকই, "অওকপা মখলগী নূপী অমনি, অসিগুম্বা মীশক অসি কিনিংঙাইনি। মখোয়না ওমদবা লৈতে।" মহাক খওই মাগী মপুরোইবা বিনোদনা দ্রগ চাহ্না তরও অমদা লৈখ্রবসু অদুক চাউবা তুকান অদু মানা ইরায় লায়না পুরিবা অদু মাগী থোইদোকপা শক্তি অদুননি।

মহাক রাখল অসুম খল্লু খল্লুরগা মখোয়গী ইমুংবু হেম্না। হেন্না শাউ-নীংলকই, মখোয়না মাবু তুকান্দগী তান্থোকুনা অম্রাবা তাহনখিবা থোদোকশিং অদু মহাক কাউবা ওমদে। অঞ্জলি মপালথোংগী শক্তম অমদি ফীবম মূর্তিদমক শুঙ্কাংনীংঙাই ওইবী, অদুবু থম্মোয়দি কনবী মীশিংবু হম্বনা য়েংবী অমনি হায়বসি মহাক মুন্না খওখ্রবনি। মখোয়গী মখাদা থবক তৌরগা চাং নাইনা শেল থোক্কদবা লৈরগসু মহাক মখোয়গী রাঙাও-শঙাও, লীচং-শাজং পূম্নমক অদুগী মরক্তা য়াওন্নদুনা লৈবা শূকপাম পামদ্রে, মদুগী ফক্রবা ইথিল অমা মশাদা চওলক্কনি হায়না মহাক্না খল্লি।

প্রিয়ানা মহেন্দ্রবু তূমিন্না নীংজরবসু মহেন্দ্রদি মখোয়গী লাকখিদ্রে। থাবল্লৈদি মপূং ফারক্রবী মচানূপীবু কনাগুম্বা অমদা থাজনীংবগী রাখল মরক মরক্তা খল্লকই। মসিগুম্বগী মরমদা মমাগা মাগা করিগুম্বা কান্দা রারী শাবা য়াওই। প্রিয়াগী মবোক্না হায়,

"ইশূনা য়ানীংদবা মীদদি কৈদৌঙৈদস্থু থাজ-য়োঙ্গবগী থবক তৌরোই। হয়েং ফত্ত-সুংদা থোক্লবদি কমদৌনি? মাগী পুক্নীংগী ফীবম হান্না মুন্না খঙথিগদবনি।"

থাবল্লেস্থু মমাগী ৱাকমতু চুম্মী হায়না খল্লি, অদুবু অঙাংগী ৱাখল হায়বা অসিদি অফ-ফত্তা থোইনা খঙদনা করিগুম্বা অমদস্থু চপ য়ুংনা মতুতা খন্দুনা লৈবা য়াওই, মতুগুম্বগী মতাংদদি মচানুপীবু মানা ভাব তানবা খরা তাকপিবা দরকার ওই, পুন্সীগী য়ুম্বানবগী মরমদা পাকথোকপা মীংয়েং অমনা য়েংনবা মচানুপীবু পাউতাক খরা পীগে হায়না মহাক্না খল্লি।

নোংমা থাবল্লেনা মচানুপীগী পুক্নীং খঙনবা মাগা তিন্নবা মমান্নবী অমদা হংবদা মহাক্না খঙলে প্রিয়ানা সুমিৎ চুপ্পা মহেন্দ্রগী ৱাখলদা লুপ্তুনা লৈ, মঙোন্দা মী কয়া হায়জরবস্থু মহাক্না মখোয়বু থোশারুবা তৌদে। মতু তাবদা থাবল্লে মচানুপীগীদমক ৱাখল খনবা হৌরক্লে, মহেন্দ্রবু মতম অমদা মহাক্না মচানুপীগীদমক্তা আশা তৌরম্লবস্থু মাবু থাজনীংঙাই ওইদে হায়না খনখিবা, ফত্তবা ৱাথোক্তা চেন্নখিবা, অতুগা হৌজিক্না শেল-থুমগী ফীবম ফতবা অতুনা মরম ওইদুনা মহাক্না মঙোন্দা মচানুপী প্রিয়াবু পীবগী ৱাখল খনখিদ্রবনি। নোংমা মহাক্না প্রিয়াদা ৱারক ৱাতেমদুনা মতুগী মরমদা মাগী অনীংবা ৱাখলদু ফোঙদোক্লুনা ঙাঙবা হৌরকই, মহেন্দ্রগুম্বা মীশক অমদা কৈদৌঙৈদস্থু ময়ুম পানবা য়ারোই হায়না ঙাঙবা হৌরকই।

প্রিয়া তুমিন্না লুকথদুনা লৈ। মমানা মহেন্দ্রগী লীচৎ, শেল-থুমগী ফীবম ফত্তবগী মরমদা ঙাক্তা ঙাঙবদু মহাক পেন্দে। অদুবু

মতুগুম্বগী মরমদা মহাক্কা মমাদা করিমতা হঙ্গৎনা খুম্বা ঙম্বদি ওইথোক্কে। মাগী পুক্কীংদা তূমিন্না য়োক্লিবা মরনাইগী ওইবা ৱাখল কয়াশিং অদুদি মমানা কৈদৌঙৈদস্থ মুন্না খণবা ঙম্নরোই। মঙোন্দা মবোক্কা লৌবিখিবা সতীশিংগী ৱারীদা থেংনখিবা কথোকপা, সেবা, মশাগী য়েংদনা মুংশিবা মখল অদুনি মহাক্কা পামজরিবা; মদু মহেন্দ্রদা নত্তনা অতৈ কনামতদা উংপা পামদে মরমদি মাগা অমুক অনীরক ৱারী শাখিবদগী মী অতৈদা থেংনদবা হায়ফম খণদ্রবা থোইদোকপা চিংশিন্নীংঙাই ওইবা গুণ খরা মঙোন্দা উখ্রে, মখোয়দুনা মাগী থম্মোয়বু মতম পুম্বগী ওইনা খুদুম চনখি। মাগী পুক্কীংদা তূমিন্না য়োক্লিবা, মতমসিগদি চুনদ্রবা ৱাখল মখল অদু নোংমদি ঈশ্বরনা মপুংফানা ফোঙদোকপগী তাঞ্জা পীবিরকনি হায়না মহাক্কা ঈখৌলাংনা ঙাইদুনা লৈরি। অদুবু অসিগুম্বা মঙলানগী তাইবঙদা তৌবগুম্না মহাক্কা য়োকখৎলুরিবা ৱাখল অসিগা পুন্সীগী অওইবা মশক্কা লাপত্নুনা লৈ। নুমিৎ খুদিংগী কংলবা মহী-ময়াই য়াওদ্রবা থৌদোক, তম্থরবা অয়ুক মুংদাংগী থবক, হোংবা নাইদ্রবা নুমিৎ থাগী খোঙচৎকী শক্তম পুম্ননক অসিনা মাবু নোংমা নোংগগী আশাগী মায়কৈরোমদগী থাপ্না পুথোকপগুম তৌরকই।

অস্থুন্না মতম ফনা কুইনা হোখ্রে।

নোংমদি লমদা থাগী মুংথিল অমদা প্রিয়ানা মমান্নবী অমগা ইম্ফালদা ফি অমা লৈবা চৎপদা মহেন্দ্রদু খঙহৌদনা দুকান অমগী মমাঙদা থেংনরুরে। মহাক মহেন্দ্রবু উবদা থুক লাউরকই, মতম কুইনা থম্মোয়দা নীংজদুনা লাক্লিবা মী অদু হেক উরুবদা মহাক

তৌফম খঙদবা ৱাখল অমা খঙহৌদনা থম্মোয়দা ফাওরকই।

মহেন্দ্র চম্না খঙনবা মীদা কৌবগুম মঙোন্দা মোমোন নোক্লা কৌরগা হায়রকই, "প্রিয়া, কদায়দা চৎলিবনো?"

প্রিয়ানা মমায় ঙাওলপ্না লূকথত্বনা খুম্লকই, "তুকান্দগী ফি অমতং লৈরুবনি।"

"কমদৌরি, মুংঙাইরিব্রা? ইতৈমা থাবল্লৈত্ব না-য়েক্তেদনা?"

"উম, মুংঙাইরি, থোইদোকপা না-য়েক্তে।"

প্রিয়া হাইফেৎ ইকাইবা পোক্লকই; মহেন্দ্র অসি নোংমা মাগী খুদোংথীবা, অরাবা তাববা মতমদা মমানা চঙজফম পীখিদে, অত্বু মানদি মত্বুগুম্বা থৌদোক অত্বগী মরমদা করিস্থু থোইনা খন্দবা মান্না ইচম চম্না মঙোন্দা মাগী হৌজিক ওইরিবা ফীবম, ইমুং-মন্নুংগী মরমদা হংত্বনা ৱারী শারকই।

মহেন্দ্র মশা-মউ তনান তনাল্লি, মায়থোঙত্ব য়াম্না চীংলেম্মী।

মখোয় অচম্বা ৱারী ঙহাক শারগা কায়নরে।

প্রিয়াদি মপূক্নীংদা মওল মওল খন্দুনা ময়ুমদা হল্লকই। মহাক্কী ৱাখল খুদিংমক্তু মাগা চৎমিন্নরিবী মমান্নবী অত্বুদা করিমতা ফোঙ-দোক্তে; মহাক মথন্তা মহাক্না খঞ্জরিবা ৱাখল অত্বগীদমক ইকাইজবা পোক্লকই। মহেন্দ্রগী মায়থোঙগী মতৌদা মাবু মুংশিবগী ইঙ্গিৎ উখিদে, মহাক অত্বক্কী মতীক চমথোক্না উই মত্বুদি প্রিয়া মত্বুগী-দমক থম্মোয়নুংদা মুংনাংবা ফাওরকই।

ঙসিগী মহেন্দ্রগী মতৌ অত্বুদগী মহাক খঙই মহাক্না কৈদৌ-ঙৈদস্থু মঙোন্দা মুংশিবগী ৱা অমতা ফোঙদোরক্লরোই। অত্বু মীশক

অসিগী রাখলবু মহাক কৈদৌঙৈদসু থাদোকপদি ওয়ুবোই। নুমিতুগী নুমিদাংদা মহাক থাবলদা মাঙ্গোন্দা ফমদুনা ওসায় থোকখিবা থৌ-দোক অদুবু নীংশিংদুনা মপূরুীংদা মওল মওল রাখল কয়া খল্লকই। বসন্তগী নুমিদাংদা ইপোম হৌদনা লিরি শীৎপা নুংশিং মরক্তা লৈগী লৈনম অমদি অহাঙবা লমজাউগী লম্মৈ থাবগী মৈথুগী মনম ফাওবকই : মহৌশা হেক হেক তাবা তুবেল ঈচেলগী মখোল অদু য়াম্না তপ্পা শোন্থাংনবা তারি, মদুগী মখোল অদুনা অচীকপা অহাঙবা লমজাউ অমদি অতিয়াদা তিনখিবগুম তৌই। নোংপোক থংবা অতিয়াদা থোক্লিবা থা অদু লম্মৈগী মৈথুনা খুমদুনা মমি শায়া ওাঙলৈননা উই। বসন্ত ঋতুগী নুমিদাংগী থোইদোকপা অনৌবা শক্তম অদুনা মাবু য়ায়া পূরুীং নুংঙলহল্লি, অদুবু অমরোমদা পূম্নমক অদুগী মনুংদা কবিগুন্না অরাৎপা, নুংনাংবা, পেন্দবগী ইথিল অমদি মপূরুীংদা ফাওবি।

মহাক রাখল অমদা লুপ্তুনা লৈ। অতিয়াদা থোকপা থা অদু চীংগী মথান্দগী রাংনা কাখৎলক্লে, লোয়নবা মচু শেংবা হৌল্লকই। প্রিয়াগী মায়থোংদুদা থাগী মঙান্না তরু তরু য়ৈবকই। তপ-ঈংলবী প্রকৃতি লাইবেম্বীগী শক্তম অদুনা মাবু কবিগুম্বা নুংঙাইবা সংসাব অমদা পুবগুম তৌরকই। কবিগীনো ওসিদি মাগী থম্মোয়দু অদুক্কী মতীক নৌথোকখ্রে মদুদি সংসার অসি শুদ্ধৎয়াইনা থল্লবা মফম অমা ওইনা উবকই।

খওঙহৌদনা মমানা মাবু চাক চানবা কৌশিল্লকই, মতম অদুতদা মহাক জ্ঞান খংতা তারকই।

অঞ্জলিনা মাগী মপুরোইবা বিনোদকা লৈমিন্নবসি হেন্না হেন্না অরাবা ওইরক্লে, নুমিৎ চুপ্পা নেশা চাহুনা নুংঙাইবদা তাউহুনা, মরা ইরৈ লৌবা য়াদনা লৈখ্রবা মপুরোইববু শেন্নবসি অঙাং মচা অমা শেন্নবগুম ৱারে। বিনোদসি কুচু-কুমেন, মশক-মতৌ, ফীবম-মূর্ত্তি ফজবা মীশক অমনি অহুবু হৌজিক্তি শকফম অমা পূমঙন ওনখ্রে, মাগী কুচুহু মুশূক মুশিনখ্রে, ময়াঙ কংশিল্লে, চুবা চপশিল্লে, মমীং কূংশিনখ্রে, য়েংবদা মকোক ঙাত্তা ওইনা উরে। মহাক অঞ্জলিদা করিমত্তা শুক্নাংনীংঙাই ওইবা মী অমা ওইনা থোক্রে। দুকানগী থবক পুনবা হোৎনবগা মানা মঙোন্দা য়েংশিনবা ইঙম ঙমদ্রে, চুম্না মপুরোইবা অমনি হায়হুনা লৈবতা মঙায়বে।

মহাক্না মহেন্দ্রবু দুকান্দা অমুক য়াঙনবা হায়রুবদা য়ারক্তবা অহুদা মহাক মথরায়স্থ ইন্নুং নুংঙাইত্রে। থবক চিনবা ৱাখলগী পোথাফম খঙদবগা মশা অহু লায়না অমা ওইরে। ডাক্তরদা য়েংবদা মহাক মতম খরদং পোথাবগী দরকার ওই হায়না পাউতাক পীরক্লে। অহুবু মঙোন্দা পোথাবগী মতম ফংদে। অস্নুম্না নমহাহুনা হীদারুচিংবা চাহুনা দুকানগী অরুবা হিসাবনচিংবগী ভার অহু অহুম পুবদগী মহাক্কী হকচাং অহু হেন্না হেন্না শোকচিল্লক্লে।

নোংমদি অঞ্জলিনা মাবু য়েংবা ডাক্তর অহু দুকান্দা ফোন তৌহুনা কৌই। ডাক্তর অহু মশক-মতৌ ফজবা নহা অমনি, মমিং ইন্দ্রমণি কৌই। মহাক মশা খীংবা, চীংলেম্বা, মশাবু থোই-দোক্না থাজবা মীওই অমনি; মহাক্না থাক মান্নবা নত্রগা অহেনবা মীদি মহাক্না ব্যবহার ফজনা তৌই, মখোয়হু নত্তবা মীশিংদদি

মহাক্না হন্থনা য়েংই ( মহাক্না থবক তৌরিবা হোসপিতালদস্থু মঙোন্দা পৈশা পীবা মীওইশিংত্তবু মানা চেকশিন্না য়েংই )। মহাক্না অঞ্জলি-খোয়গী ইমুংবু শেল পায়বগীদমক ব্যবহার তৌই, কিনা খল্লি, শেলগী মতীক ময়াই অদুনা নাবু শুক্নাৎলি। মহাক্না অঞ্জলিগী মপুরোইবা বিনোদপুস্থু ড্রগ চাবগীদমক নহানমথৈ লায়য়েংলকই। মহাক্না য়েংবদা বিনোদত্তি লায়য়েংবগী কান্নফম খঙদে, নোংমা নীনি নেশা চাবা লেপ্তুনা লায়য়েংগনি, অদুদগী অমুক চাশিনগনি। মদুগী মরমদা অঞ্জলিনা পেন্দবা মঙওদা নীংবা কায়না হেক হেক হায়, "করিনো, ডাক্তর, উপায় লৈতে, হায়বনা য়াদ্রবদা কবিনো তৌগদবা ?" অস্থুন্না ডাক্তর ইন্দ্রমণি নখোয়গী ইমুংগা খরা লোন্দিন্নরবা মীনি।

মহাক্না বেগ অমা পায়বগা তুকান্দা চঙলকপা মতমদা অঞ্জলিনা হরাউ-হরাউ ফম্ফমদগী হৌগত্তুনা ব্যবহার তৌনা কৌশিল্লি, "লেঙ-শিনবীবকউ, ডাক্তর, ফম্বীয়ু।"

ডাক্তর ইন্দ্রমণিনা মখুত্তা য়াল্লকপা বেগ অদু অঞ্জলিগী অনানবা টেবল মথক অদুদা থম্লদুনা মাগা মায়য়োক্লনা ফয়গা চীংলেম্না মোমোন নোক্লদুনা হায়রকই, "ঐদি হাথু হাথু ফোন তৌরকপা অদুদা য়াম্না কন্না ঙমদ্রবোই নীংলুরে, হোবে হোবে চেঞ্জরকপনি, অদুগা অদোমদি নারমদেদনা।"

"কদায়দগীনো, ডাক্তর," অঞ্জলিনা' খুম্লকই, "হকচাংসি চনীং তানা স্বর হোনবা ঙমদে, কোকসি ঙাওবনা ঙকই, কৈদৌরক্কদগে থন্দুনা কিত্তুনা কৌথ্রিবনি।" মহাক্নী হঙ্জিল্লবা, অদুবু য়েংবদদি শুক্নাৎনীংঙাই ওইবা মমীৎ অদুনা ডাক্তর ইন্দ্রমণিদা খরা তুকথনা

য়েংলকই ।

"অদুবু খরা পোথাদ্‌বদি কমদোনা ফরক্কনি ? ঐনা হায়জ-বদুনি, তেনসন খরা লৈদুনা তৌরিবনি, য়ূমদা মতম খরদি পো-থাবগী দবকার ওই ।"

অঞ্জলি রাখল খনবদোনা লূকথবগা মায়থোঙ মরু হায়রকই, "অদুবু খঙদেনে ডাক্তর, তৌরিবসে । দুকানগী থবকসিনা ... ।"

ইন্দ্রমণিনা খঙই দুকানগী থবক অদু থাদোকপা য়াদবা, শেল-থুমগী থবক অদু মীতোন্দা শিন্নথোকপা য়াদবা অদুননি অঞ্জলিনা অদুক রাবিবা, রা হাযকম খঙদ্রিবা অদু । মহাক্না ঈংনা খন্নবা মওঙ অমদা অঞ্জলিদা হায়বকই, "হকচাংদগী শেলনা হেন্না মরু ওইব্রা ? নুমিং খরনিদি দুকান থোঙ লোল্লবস্তু য়াইদনা ।"

অঙ্গলিদু অর্থ লৈনা মোমোন নোক্লকই । মদুগী অর্থদি অসিনি কাববাবগী লমদদি মদুস্থু হেক য়াবা নত্তে ।

ডাক্তর ইন্দ্রমণিনা মদুগী মরমদা মখা অমুক তারক্কনা হকচাংগী মরমদা হংলকই, "হান্নগী হীদাকশিংদু চাবগা হকচাং নুংঙাইত্রবা খরদি ফত্তব্রা ?"

"খরবুদি ফৈ, অদুবু হকচাংসি তুম্নীংবগা, চোকথবগা খাওবা ওমদে, কোকস্থু খরা ঙাওই ।"

রাবী শানা শানা পোৎ লৈবা লাকপা মীশিংনা পীরম্বা পৈশাশিং অদু দুকানগী পোৎ য়োনবা য়াওবা মী অনীনা মরক মরক্তা অঞ্জলিদা পীশিল্লকই, অঞ্জলিগী মতোন ঙাংতক তৌবা অপীকপা খুৎশাশিং অদুনা হন্দোকফম থোকপা পৈশাশিং অদু হন্দোকখি ।

মখোয় অনীগী মরক্তা খরা নহা ওইবা অতুদা অঞ্জলিনা হায়রকই,
"অঙোবা, নঙ চা খরা লৌরু।"

অঞ্জলিগী কুচুদু হান্না ৎৌবগী মথক্তা তাইবগা হেন্না ঙৌরোক ঙৌখ্রে, হঙ্জিনখ্রবা মীংফম অতুনা উইথরপ তৌনা মোমোন নোক্লকপা অতুদা নাতুনা হীদাক চাবগী হৈনীংদবা মতৌ অমা উংলি ; অতুবু মাগী মায়থোঙ, চূং-ফিরান চাবা ফীবম, শেৎলিবা শংবান্নবা মচুগী শাড়ি—পূম্নমক অতুদি য়েংবদা হায়নীংঙাই নৈতনা শুঙ্কৎনীংঙাই ওই।

ডাক্তর ইন্দ্রমণি অসি পাখংনি, অতুবু চহীদি মাগা লেঙ্গা ওইনা তৌই। মপুরোইবতু মঙোন্দা লায়য়েংবা হৌখিবদগী অঞ্জলিনা মাগা ব্রারী শাবা, নকশিন্নবা হৌখি ; অতুদগী মাস্থ মশা মুংঙাইরক্ত-তুনা লায়য়েংবদগী মখোয় অনী হেন্না নকশিন্নবকখি। অঞ্জলিনা অয়াম্বা মতমদা মাগা ( থোইনা হকচাং মুংঙাইতবগী ঙাক্তা নত্রবস্থ ) ব্রারী শাবা, লোয়নবা পান্নকখি। ঙসিস্থ মহাক হকচাং খরা মুংঙাইত্রবস্থ য়াম্না কন্না ঙমদবদি নত্তে, ডাক্তর ইন্দ্রমণিবু উন্ননীংবদগী অয়াম্বা কৌখিবনি।

"অতুদি থোইনা কন্না হকচাং মুংঙাইতবা নত্রবদি অমুক য়েংলুতুনা কৈদৌগনি?" ডাক্তর ইন্দ্রমণিনা হায়রকই, "হান্নগী হীদাক অতু চাংনাইনা অতুম চাতুনা য়েংবীখো।"

তাঞ্জা অতুদা চা পুশিল্লকই। মখোয় অনী চা থকমিন্নতুনা ব্রারী অতৈ অতৈ শারকই—ইমুং-মনুং, শেল-থুমগী মরমদা। অঞ্জলিনা কারবারব্রালা অমগী মীৎয়েংদগী হায়রকই, "ডাক্তর, অদোম্নদি হায়বীরি

শেল-থুমগী মরমদা খন্দবা হায়বসি ওইথোক্তে, পুন্সী অসিদা পৈশা য়াওদনা করি তৌবা য়াবগে? হৌজিক্কী সমাজ অসিদা লমজেন তাম্নবগুম তান্নহুনা হিংলিবা অসিদা তন্দে মান্দেনা অপঙবদৌনা অফংবা খরনা ওক্লে হায়দুনা হিংবহু করম্না য়াগদগে?"

ডাক্তর ইন্দ্রমণিস্সু চুম্না অনাবদা ফনবা পাউতাক পীবতনি; মহাক মশামক্তি শেলদা, অরংবা পোৎ-চৈদা, মশাগী ওইজবা থিবদা ঙাওরিবা মীশক অমনি।

"ফৈ, অহুবু হকচাংদি ফহনবা তাই, হকচাংগা ওন্নবা য়াবদি সংসার অসিদা করিস্সু লৈতে," ডাক্তর ইন্দ্রমণিনা জ্ঞান তাবা মান্না হায়রকই।

"চুম্মী, অহুবু ঐদি শিদ্রিবা ফাওবা পোত্থাবদি হৈনররোই।"

অঞ্জলিগী থৌনা, নোম্বা কনবা অমদি হৈশিংবা মতৌ অহু ডাক্তর ইন্দ্রমণিনা মপূক্লীংদা য়াম্না থাগৎলি, মহাক্না ডাক্তর অমা ওইনা হায়কম থোকপা রা খরা হায়বতনি।

মখোয় অনী ফনা কুইনা রারী অতৈ অতৈস্সু শারবা মতুংদা ডাক্তর ইন্দ্রমণি মাগী মনাক্তগী থোকখ্রে।

অঞ্জলিনা মঙোন্দা থোইদোক্না পূক্নীং চঙবা মওঙ উতুনা মোমোন নোক্তুনা য়েংহুনা লৈহৌই। পাখং ওইরিবা ডাক্তর ইন্দ্রমণিনা মঙোন্দা করি ওইনা খনবগে হায়বা অহুদি মুন্না খঙদে, অহুমকপু মসিমদি অচুম্বনি অঞ্জলিনা নীংলিবা রাখল মওঙ অহু খঙহুনা মানা মঙোন্দগী খুদোংচাবা কয়া লৌই, পৈশা কয়া পূথোক-পূশিন তৌই। মহাক খঙই মখূত্তা পৈশা মশীং নাইদনা পায়রবী অঞ্জলিগা

সঙ্গ ভৌবগী কান্নবা লৈ। মরম অতুননি মহাক অঞ্জলিনা হেক কৌবন্দা মনাক্তা চেল্লক্লিবতু।

তুকান্দা য়াওরিবা মী অতৈশিংনা মখোয় অনীগী মবীদা মতম অতূফাওবদি থোইনা ফত্তবা রাখল খল্লুদে। মখোয়না খনবা হায়ববু ডাক্তর ইন্দ্রমণি হায়বা অসি অঞ্জলিগী প্রাইভেট ডাক্তরগুম্বা মখল অমনি, মহাক্কী দরকার ওইরবা মতমদা মাবু লায়য়েংনবা কৌই, মতুগী পৈশা য়াম্না থাই অসিতনি।

# ৯

প্রিয়া মহেন্দ্রগা হৌখিবা উন্নবা অতুদা মচীন্না থোংনা হায়বা ঙমহৌদবা রাফম খরা লৈ ; মখোয়দু মহাক্না চিঠিগী থোঙদা ইনীং-লকই। নৃপীমচা ওইবী অমনা অতুম্না তৌবদু মহাক য়াম্না ইকাইজৈ, অতুবু মহাক্না ফোঙদোক্লীংবা রাফম অতুদি থম্মোয়দা অমুক য়োক্নুনা থম্বা ঙম্লক্রে। নোংমদি মহাক্না চিঠি অতু ইবে। মতুদা মহাক্না মহেন্দ্রবু নোংমা মমানা চঙজফম পীখিদবা অতুগী নুংঙাইতবা ফোঙ-দোকই, অতুগা মহাক্না নৃপী ওইবীগী পোৎনৌবা নীংঙমদবগী রাখল খরস্তু ফোঙদোকই ; অতুদগী মহাক্না মহেন্দ্রদা হৌখিবা থৌদোক অতুনা মবন ওইতুনা মানা মখোয়দা লাকখিদবা ওইরবদি মখোয়বু ঙাকপিনবা হায়জরকই। চিঠি অতু ইবা লোইরগা মহাক্না ডাকতা থাখ্রে।

মহেন্দ্র চিঠি অতু ফংবদা থুক লাউরকই। তশেংবদি মানা থাবল্লৈবু হৌখিবা থৌদোক্তুগা মরী লৈননা থোইদোক্না শাউনীংবদি লৈতে ; থাবল্লৈনা নৃপী ওইবীগী হৌনবা চুন্নতা কিতুনা মাবু চঙজফম পীখিদবনি হায়না লৌই। নৃপীমচা ওইবী অমনা মাবু নীংশিংবীতুনা অতুম্না রাফম খরা ফোঙদোবকপতু মহেন্দ্র য়াম্না পেনখ্রে, মরোল অতুনা মাবু থম্মোয় নৌথহল্লকই। "সংসারসিদা ঐবু থম্মোয়শেংনা নুংশিবা

মী অমতং লৈবমগদ্রা ?" মহাক্না খল্লকই, "মতুনা করিগুম্বা প্রিয়া ওইবমল্লবদি ..। অদু ওইরবদি মহাক্তু কয়াদা মমল য়ামখ্রবা মীশক্লো !" মাগী থম্মোয়দা লৈরম্বা থাজদবা, নুংঙাইতবা, নুংনাংবা রাখল কয়া অদু খূদক্তা মাঙখিবগুম তৌরকই, নুংঙাইরবা তাইবঙ অমদা মঙফাওন-বগুম তৌবকই। মহাক খঙহৌদনা প্রিয়াবু উন্ননীংবা রাখল অমা মপূক্লীংদা ফাওরকই। মখোয়দা চৎপগী রাখলদু মঙোন্দা থোইনা কোইনা থোক্কে, মরমদি মখোয়গা মহৌশাদগী লোয়নরকপা অতুনা মখোয়বু মরী-মতাদৌনা খল্লি।

নুমিৎ থরনি লৈরগা নোংমা মহেন্দ্র খোঙহামপাৎ তান্না হাইথরে। মহাক্না সড়ক্কুগী য়েংবদা উরে মখোয়গী য়ুম অদু থোঙ লোন্দুনা লৈ। মহাক খবা হঙ্গোইরপ তৌনা নীংজিং-মাঙজিংননা মখোয়গী কোম্হোঙ তম্না চঙলক্লে। মতম অদুদা থাবল্লৈগী মমা অহল অদু থাঙজো অমা পায়রতুনা হিঙ্গোল শূতুনা লৈরম্বী, মহেন্দ্র চঙলকপা উবদা মমীৎ শৃক্কতুনা মাবু মশক খঙবদা হাইফেং রাবা মঙদ য়েংলকই, অদুদগী ওহাক্নী মতুদা মাবু মশক খঙলকপগুম হৌগৎলতুনা চঙলক্লগা হায়রকই, "ইবুংঙো মহেন্দ্র নত্রা ? কবি থবক্নীনো ?"

মহাক্না মাঙ্গোন্দগী মোরা অমা লৌরগা শূমাঙ মচীদা থারগা অমুক হায়রকই, "ফম্মু, ফম্মু, 'সিদা ফম্মু।"

মহাক্নী রাহং অদুদা মহেন্দ্রনা খুম্লকই, "ইতৈমা থাবল্লৈখোয়গা কুইনা উন্নদ্রবা অদুদা উন্ননীংদুনা চুম্না কোয়থোরকপনি।"

হন্নবী অদুনা লৈবাক্তা জ্ঞান তানা ফমথরতুনা হায়রকই,

"অদুবু মখোয়দি কনামত্তা লৈতে, থাবল্লৈনা বাজারদা চৎখি, অদুগা প্রিয়ানা ঙরাংদা মপানা মখোয়দা লৈহনগনি হায়দুনা পুখ্রে।"

রাহু তাবদা মহেন্দ্রনা খরা ঙক্লা হংলকই, "কমদৌনা প্রিয়াদি মপানা পুখ্রিবনো?"

"খঙদে, মপানা লাক্লগা মচানুপীবু মতম খরা মাগী মনাক্তা থমখ্রে হায়দুনা নমদুনা পুবিখ্রিবনি," অসি হায়রগা হনুবী অদু হুংঙাইতবা উৎলকই। (প্রিয়াগী মপা অদু চীংদা আউটপোষ্টতা লৈরম্বদগী হৌজিক ইম্ফালদা ট্রান্সফর তৌরক্লে।)

মহেন্দ্র থরায় খরা হুংঙাইতনা রাখল খল্লকই, মদুদা মাগী করিস্মু হায়রুনীংঙাই লৈতে, অদুবু থৌদোক অদুনা মাবু য়াম্না নুংনাংহল্লকই। "কুইনা খাইনথ্রবী মমাগী মনাক্তা লাক্লুনা লৈরবী প্রিয়াবু মাগী মপানা করিগী অমুক পুখ্রিবনো?" মহাক্না খল্লকই। অদুবু মহাক তূমিন্না লৈরে, মদুগী মরমদ্না হংবদু ইকাইবা পোকই।

মহাক কুইনা ফম্লমদনা থোরক্লে।

হুমিং অদুগী মতুংদা মহাক্না প্রিয়াবু মতম কুইনা উখিদ্রে, মহাক ইম্ফালগী করম্বা মফমদা লৈবনো, মপানা কনানো হায়বনচিংবা করিমত্তা খঙবা ঙমদে।

অঞ্জলিগা ডাক্তর ইন্দ্রমণিগা দুকান্দা তোয়না উন্নবা, নক্না লোয়নবা অসি দুকানগী মীশিংদা মমীৎ নাবা অমা ওইরে। মখোয়না অঞ্জলিগী মমাঙদদি মাবু কিদুনা ব্যবহার তৌশিন্নরবসু মতুংদদি মাগী মরমদ্না ফত্তবা রা তূমিন্না শন্দোকপা হৌরক্লে। মখোয়না

মসিমস্থু খঙই অঞ্জলিনা ডাক্তর পাখং অতুদা লূপা কয়া থংদোকুনা তুকানগী ফীবম অতু নোংমা নোংমগী ফৎচিল্লক্রে।

অসিগুম্বা ব্লাফম অসি মাগী ইমুং-মনুং খঙদনা কয়া কুইনা লৈবা য়াগনি? মতু খঙলকপা মীকুপ্তুগী অঞ্জলিগী অচৌবা দশা অমা তাবা হৌরে। মাগী ইমুং-মমুংগী মনেম-মকুনা মঙোন্দা কন্না মীৎয়েং চঙবা হৌরক্লে। (মতম অতুদা বিনোদতি দ্রগ চাবা অমস্থুং য়োনবগীদমক ফাতুনা জেলদা লৈরি, জেল মনুংদা লায়য়েংবগী থবক চত্থরি।)

বলদেব থব্রায় য়াম্না নুংঙাইতবা হৌরক্লে, মতম অমদা মানা মশা ফরিভৈদা কূপ্না শেন্নজরম্না লন-থুম অতু অস্থুম নোংমা নোংমগী মফম খঙদনা মাঙথরকপা, কাংখোং চাইরকপগী ফীবম উরকপদা মহাক মমীত্তা মপি তাবা হৌরে। মতুনা মাগী থম্মোয়বু হায়-নীংঙাই লৈতনা লৈতাহন্দবা হৌরক্লে।

নোংমা মহাক্না মাগী নূপী কুমুদিনীগা ইমুং-মনুংগী মরমদা ব্লারী শারকই। মখোয়না মখোয়গী হৌজিক ওইরিবা তুকানগী ফীবম, ইমুংগী ফৎলক্তবা ফীবম অমদি অঞ্জলিগী চিংননীংঙাই ওইবা শাজংকী মরমদা কূপ্না খন্নবা হৌরকই।

বলদেবনা মাঙ্গোন্দা শূকথনা ফম্নগা অঞ্জলিগী মরমদা হায়রকই, "মাগী মওঙ-মতৌসি ঐদি শূকপাম পামদ্রে, অস্থুম্না ইমুংগী ইজ্জত, মিংচৎ মাঙহন্নবা হোৎনব্রিবা অসি য়েংগদবগী শরুকপুদি মহাকপু ন্নপামদা চৎহনখিবনা ফত্রা?"

কুমুদিনীনা মপুম থীংনা শাউনীংতুনা লৈরবী মমৌনূপী অঞ্জলিগী

মরমদা মপুরোইবনা অস্নুন্না হৌদোরকপা অতুদা পেনবগুম তৌনা হায়রকই, "ঐদি নহানমথৈ হায়জবতুনি অসিগুম্বী ইমুংগী মাঙনবা ওইরবী নূপী অসিবু অমুক য়ুমসিদা থন্নুবগী করি কান্নরি? ঐ হেক্তা মহায়গে মহাক ইমুং অসিদা অমুক লৈবা শূকয়া য়াররোই, চৎখ্রো হায়না।"

"অতুবু তুকান অসিদি কনানা পুবিগনি?" বলদেবনা হায়রকই। অতুদগী মহাক্লা মীকূপ অমতং তূমিন্না লৈরগা পেন্দ্রবা মওঙদা অমুক শমথরকই, "পূন্নমক অসি নচানূপানা ফত্তবদগী থোক্লিবা ঙাক্তনি, মহাক্লা জ্ঞান খজিক্তং তানা লৈরম্নবদি ঐখোয়গী করি রানীংঙাই লৈবগে?"

কুমুদিনীনা মথরায় প্রোক প্রোক চাক্লা মমীত্তা পিরাং চেন্না হায়রকই, "চুম্মী অতুবুদি, মানা থোকহনবা ঙাক্তনি, কনাদবু তাইনফম লৈবগে? মানা ঐখোয়বু রাহনবনি, ঐখোয়গী ইরাইবক অসি ওন্থোকপনি।"

বলদেবনা পঙথতুনা লৈরবা মখোঙ অতু রানা তিংথোক্লতুনা হায়রকই, "ঐদি শিরমদাইদা নুংঙাইতনা শিয়ু হায়না তমখ্রমাল্লে!"

কুমুদিনীসু থরায় নুংঙাইতনা লূকথতুনা লৈখ্রে।

নুমিৎ অতুগী মতুংদা কুমুদিনীনা অঞ্জলিদা অর্থ লৈবা রাঙাঙরাতা কয়া শীজিন্নতুনা চৈ-থাংবা হৌরক্লে, করিগুম্বা নুমিত্তা মহাকপু য়ুম অতু থাদোক্তুনা মপামদা চৎখিনবা ফাওবা ঙাঙবা অমদি ওৎ-নৈবা হৌরক্লে। অঞ্জলি মচাসু পোক্তে, মবন অতুনা ইমুংগী মীশিংনা করিগুম্বদা মাবু য়াম্না য়াংনা লৌই।

মতম অদু অঞ্জলিগী য়াম্না নীংবা কায়বা মতমনি। মহাক্না ডাক্তর ইন্দ্রমণিগী লমচত্তা য়াম্না পেন্দবা হৌরক্লে, মতোন্দা থং-দোকখিবা মশীং নাইদ্রবা পৈশা, সনা-লুপা পুম্নমক অদুগী হৌনবা মতীক চাবা মুংশিবা অমদি হৌনখৎবগী মওঙ অমত্তা মতোন্দগী ফংবা ঙমদে। নোংমদি মহাক্না অসিমম্তু তারক্লে ডাক্তর ইন্দ্রমণি নুপী অমগা লুহোংগদৌরে। মহাক্না মাগী ইজ্জত-সনমান, পৈশা মাঙনবা মবম খুদিংমক ওইহল্লয়্লে। অঞ্জলি তশেংনা মমীত্তগী মপি তানা লেপ্লে। মহাক অপঙবী নুপী অমা নত্তে, নোংমদি অম্তুন্না থোক্লরগনি হায়বসি মহাক খঙলিবনি, অদুবু মহাক মাগী মপুক্নীংদু রারকপা ঙমদে, কল্লক-খনবন চাউবা রাখল্লা মাগী থম্মোয়দুংদা পীক থন্না লৈ, অদুগা অমুক মতোন্দগী নমথাক তৌদুনা পৈশা কয়া লৌথোকখিবা অদুগী শাউনীংবা, রারোবা রাখল অমম্তু মৈরিগী মতৌগুম্না মাগী থম্মোয়দুংদা চাক্তুনা লৈ।

মহাক্না ডাক্তর ইন্দ্রমণিবু উন্নবা ফোন কয়াবক তৌই, অদুবু মহাক নোংমত্তা মাগী মনাক্তা লাকখিদ্রে: মহাক অঞ্জলিবু উন্নবা তশেংনা কিবগুম তৌখ্রে। মতুংদা মাগী ফোন তৌবগী অর্থ করিম্তু লৈখিদ্রে, পাউখুম ফাওবা ফংখিদে। অদুগুম্না মীকুপ্তা অঞ্জলি মমায় ডাঙনা শাউনা অওাওবা ফোনগী পায়কম অদু পায়দুনা করি-গুম্বদা শোল্লকই, "হুম, অপঙবা, ফত্তবা, ভাংতৈবা! নহাক্না ঐগী মাঙনবগী মরমনি!"

নোংমা অম্তুন্না ফোন তৌরুরগা পাউখুম ফংদবা মমিত্তা অঞ্জলি মকোক ডাওবগুম তৌনা মাগী দুকান মনুংদা লৈবা খরা চীকপা

পোখাফম কা অমদা চঙখ্রে। মহাক্না অচৌবা সোফা অমগী পান্বোমদা পোখাফম খঙদবগুম তৌনা মকোক অচু শৌতুনা মমীং উইশিল্লগা ঙহাক হীপ্তুনা লৈ। অতুদগী খঙহৌদনা মহাক্না তপ্না হৌগতুনা ষ্টিলগী অলমারী অমা হাংদোক্লগা অচম্বা য়ুগী লীক্রী অমা পুথোরক্লগা সেন্টর টেবলদা থম্লে, অতুগা গ্লাস লৌখোক্তুনা অঙাঙবা য়ুচু তংখায়মুক হৈরগা থকপা হৌরকই। (অসুম্না পোখা-ফম খঙদবা মীকুপশিংদা মরক মবক্তা য়ু থক্তুনা লেনবগী হৈনবী অসি মহাক্না মতম খরগী মমাঙদগী লৈরক্লে।) মহাক ঙহাক সোফাগী পান্বোমদা খ্নী না শৌরতুনা লূকথতুনা ফমতুনা লৈরম্লগা মশাচু খরা হাইরং-তুরং তৌনা দলান মথক্তা লৈবা মাগী পোখাফম কাদা হীপ্লনবা কাখৎখ্রে।

মহাক ময়ূমদা হন্দবা কুইরে। য়ুমগী মীশিংনা মাগী লমচৎ-শাজত্তা শাউবা, তুকানগী হিসাব অমদি শেল-থুমগী ফীবমদা মোৎপা, কাংখোং চাইবা অসিনচিংবনা মরম ওইতুনা মহাক মখোয়গা খৎন-বদগী ময়ূমদা হন্দ্রবনি।

মতম খরা লৈরগা ডাক্তর ইন্দ্রমণি লুহোংখ্রে, মাগী সনা-লূপা অমদি শেল চাউনা হাৎলগা মহাক অতুম উখিদ্রে। মহাক্না মাগী মারুতি কার অমা লৈনবা অমদি থবক রেগুলরাইজ তৌনবা হোৎনবদা অঞ্জলিদগী শেল অমদি সনাশিং অচু লৌখিবনি। অঞ্জলি হৌজিক শাথিনা নীংবা কায়রে।

মহাক ঙহাক্তুং ফাওবা মপূক্রীং পোখাফম খঙদ্রতুনা য়ু থক্তুনা মতম লেল্লি। অসুম্না চৎপা শাজৎ অসি কয়া কুইনা মাগী ইমুংগী

মীনা ঙাকপিবা ঙমগনি ? নোংমা মনেম্বোক কুমুদিনী দুকান্দা লাক্লুনা লাঙ্গাউ অমা তৌররে। মুমিৎ অদুমক্তদা অঞ্জলি মাগা থীনা খৎনবম্নগা মপামদা চৎখ্রে।

অঞ্জলিগী মপাম অদুস্তু ইনাক-কৈবাক য়াম্না খুনবা কারবাবগী ইমুংনি। বলদেবগা মাগী লৈখিদ্রবা মপাবুং ব্রজেনগা দুকান্দার মশেল ওইবগী নক্লা তিন্নবম্বদগী মহাক বিনোদতা হায়ন-শীংনদুনা লুহোংখিবনি। হৌজিক মখোয়গী বাজারদা দুকান অহুম লৈ। দুকান অমনা মাগী মিংদা লৈ ; অতোপ্পা অনী অমনা মবুং অনীগী মিংদা তোঙান তোঙান্না লৈ। মখোয়গী মমাস্তু লৈখিদ্রে। মমা-মপা লৈখিদ্রবা মতুংদা মখোয় অমগা অমগা য়াম্না তোঙান তোঙান তান্নখ্রে, মানা মানা থোকপা তৌনখ্রে। মাগা থংনবা মবুং অমনা কোহিমাদা চীংনী নূপী অমা লোতুনা লৈখ্রে, মরক মরক্তা দুকানগী ভাবা থৌবত্তমক লাকই ; মবুং অহল অদুনা সরকারগী সেক্রেটেরিএট লোয়শঙ-দা অন্দর সেক্রেটেরি ওই, মহাক য়াম্না লীকই, পূকচেল পীকই, মাগী ইমুং মনুংদগী হেন্দোক্লা অতৈ থোইনা খনবা ঙমদে। মবুং অনী অদুনা অঞ্জলিনা মপামদা লাকপা অদু খরমখৈ চৈ-থাংবা তৌরবস্তু অদুক হাক্লা মঙোন্দা পুক্নীং চঙবা উংলক্তে, মাগীদমক্তা থোইনা খনবীদবগুম তৌই। অঞ্জলিস্তু নূপী অমত্তা ঙাইবগী হৌনবা অঙাং ওইবিদৈদগী হৌনা নীংতম্না, তৌনীংবতা তৌদুনা হৌরকই, মহাক্লা মখোয়গী মতৌ অদুদা থোইনা থৌশারুবা তৌদে। মহাক য়ুম অসিদা হৌজিকস্তু য়াম্না নীংতম্বগী মওঙদা লৈ। মাগী দুকান শরুক্তুগী লাকপা থাগী ভারা লূপা লীশিং মঙা হেন্না মহাক্লা শীজিন্নৈ।

মাগী থবক নোম্বীনবা নুংশিতোম্বী কোৗবী মনে অমা লৈ। মনেত্নগী ইমুংগী চাবা থকপগী খরচসু মানা অয়াম্বা তৌই, অদুগা অরেম্বা পৈশাদু মহাক্না নেশা চাদুনা লোইথোকই।

হৌজিক মহাক পুন্সীগী আশা, নুংঙাইব-নুংঙাইত্তবগী মরমদা করিমতা খন্দে, চুপ্না অসুম হিংবা, মতম মতমগী ওইবা অরাবা, পোত্থাফম খঙদবা কোক্নবা নেশা শীজিন্নদুনা লেনবা অসিনি মাগী পুন্সী থংলেন। অমম্বা লম্বীদা চৎপগুম চংলবা পুন্সী খোঙচৎ অসিদা অচুম-অরান, অফ-ফত্তগী বিচার মঙোন্দা করিমতা লৈতে। মীনা মঙোন্দা ফজবা লীচৎ, অচুম্বা চৎপগী মরমদা ৱাবী শারকপদা মহাক্না মোমোন নোক্লগা খুম্মী, "হৌজিক্কী মতমদা অদুগুম্না খনবগী অর্থ অমুক লৈরিব্রা?" মাগী লমচৎ-শাজৎ, মওঙ-মতৌ অসিনা মরম ওইরদুনা মবুং অহলগী নূপী অদুনসু মঙোন্দা ৱা ঙাঙবা হঙ্গোইদুনা ঙাঙদে। মহাক মাগী মরনাইগী ওইবা তোঙানবা পুন্সী অমা লেনদুনা নুংঙাইবগী ময়াই অমদা তাউদুনা লৈ। মনম্মনা মখোয়গী মচাশিং কনামতা মাগী মনাক্তা চঙহন্নীদে, মরমদি মাগী মতৌ তমদুনা অঙাংশিং ফাওবা মাঙলকপা য়াই খন্দুনা অকিবা পোকই।

মতম খরগী মতুংদদি মহাক্কী ঙাঙতক শৌনা ফজরম্বা কুচু অদু তাইফেং তাইশিনখ্রে, ঈ থাংদবনা শৌরোক ঙৌথোকখ্রে, ময়াঙ ইকং কংশিনখ্রে। মাগী শাংতক তৌববা ফজরবা খুংশা অমদি পাম্বোম অদু পীকশিনখ্রে. মমায়দুসু ময়েং তাখ্রে, মমীৎ কুৎশিনখ্রে, অদুবু অপূনবা মায়থোঙগী ফজবা মতৌ অদুদি থোইনা

মাঙদনা লৈরি। কনাগুম্বনা মাগী ফীবম-মূর্ত্তি অমদি শক্তমগী ফজবদু উববদি শুক্ষাৎনীংঙাই ওইরি, অদুবু লমচৎকী মায়কৈরোমদা য়েংলগদি মাবু হঙ্গোইনীংঙাই ওইরে।

মাবু উবা মীশক অদুনা অস্তুম্না খনবা য়াই, "মমল য়াম্লবা মীশক অমা অবেম্বদা মাঙলে, য়েংবদা থম্মোয় শোক্লীংঙাইনি!" অদুবু অঞ্জলিনা কনাগুম্বা মী অমতগী রাখল, মীৎয়েংবু কবিস্নু থোশাবীরুবা ত্তৌদে।

মতম খবগী মতুংদা মহাক্না মকুবোকখোয়গী তুকান্দা য়াওবা মীশিং উন্নবদগী তারক্লে মাগী মপুরোইবা বিনোদ জেল মনুংদা লায়য়েংলবা মতুংদা থাদোরক্লে, নেশা চাবা ত্তোক্লে। অদুবু নেশা চাবা ত্তোকপগী রা অদু কদায় ফাওবা চুম্লিবনো মহাক থাজবদি ঙমদে। মতুদা মহাক শকফম খজিক্তুং হঞ্জিন্না নোক্লদুনা হায়বকই, "ফবেনে, মহাক্না জ্ঞান খজিক্তুং তাখ্রবদি।" মহাক খঙই মপুরোইবনা জেলদগী থাদোরক্লগা নোংমা ফাওবা মাগী মনাক্তা লাক্লিবগী মরম— মাগী মরমদা ইমুংগী মীশিংনা মপুরোইবদা নীত্তম্না ফত্তবা রা কয়া কয়া তম্লম্লগনি।

মহাক মরক মরক্তদি নুংঙাইত্তবা রাখল্লা খুদুম চম্লকই, মাগী পুন্সীদু লৈখা তানা মাঙলে হায়বা খঙলকই। অসিগুম্বা অমম্বা লৈচিলগুম্লবা রাখল মবক অসিদা নোংথাঙগী মশক ওইবা আশাগী মঙাল অনতা ফাওবক্তে। মহাক্না করিগুম্বদা খল্লকই মহেন্দ্রনা তুকান্দা য়াওরম্লবদি মাগী হৌখিবা ফত্তবা থোদোক খুদিংমক্তু থোক্লম-দবা য়াই; মরমদি মহেন্দ্রসি রাখল লৈবা মীনি, মানা মঙোন্দগী

ফজবা অচুম্বা উনবগীদমক ময়াম্না লেন্নরিবা পুন্সী মখল অসিদগী খরা লাপথোক্তুনা অমুক্তং য়েংবা, ধ্যান তৌবা চঙই। অদুবু মাগী নুংগী ওইবা রাখল, মীংয়েং খুদিংমক অসিদি কনানা খঙবীরুগনি ? ময়ামগী মীৎয়েংদদি মহাক মাঙলবা, থবক তৌফম খঙদ্রবা, শেল থোক্রবা মীশক অমনি। মশাগী পূরক্লীংদদি মহাক ময়াম্না মাগী-দমক খনবীবা রাখল অদু কন্না শীংনৈ, মাগী রাখল অদুগী মমল খরা শোয়দনা লৈ হায়না খল্লি।

নোংমদি মহেন্দ্র মাগা তুকান্দা থবক তৌমিন্নরম্বা হরিদু বাজারদা থেংনৈ। (হরিবসি অঞ্জলিগা য়ুম্লোন্নবা লৈবনি, মানা তুকান্দা পুশিনবীখিবনি। হৌজিক্তি মহাকস্ম তুকান্দু তোক্লে, অঞ্জলি-গী পাথোন শীদোক-শীজিন তৌদুনা লৈ।) মহেন্দ্রগা মথোয় অনী রারী শাবদা হরিনা মঙোন্দা অঞ্জলিগী থোকখিবা থৌদোক অমদি হৌজিক ওইরিবা ফীবমগী মরমদা তম্লকই। মদু তাবদা মহেন্দ্র য়াম্না নুংঙাইতবা পোক্লকই। অঞ্জলি মঙোন্দগী হেন্না লাইরিক হৈরবা, চালাক লৈনবা, শীংলবী নূপী অমনি, অদুবু করম্বা পূরক্লীংগী থৌইনশিন অমনা মাবু ফত্তবা মায়কৈ অদোমদা পুবাখ্রিবনো খনবদা ঙকই। মহাক্না তুকান য়াওনিংদৌদা অঞ্জলি অদুগুম্বা নেশা য়ুনচিংবা থকপা অমদি ফত্তবা লীচৎকীদমক পাউথোকখিবা করিস্থু লৈতে। মপুরোইবগী লীচত্তা নীংবা কায়বদগী মহাক ফীবম অসিদা তাখিবা ওইবদ্ধা য়াই হায়না মাগী ভাবনা খল্লকই। অদুবু মী অমগী লমচৎ, গোরকপা থবক্কী বিচার হায়বসি মতৌ করম্না পাক হেক খঙবা ঙমগনি ? মহাক মদুগীদমক খল্লুবদা চময়ে।

"ইস !" মহাক্না তূমিন্না স্বরমপী হোল্লগা শোল্লকই, "মুংঙাই-খিদ্রেদা, ঈশ্বরনা মহাকপু অফবা ব্রাখলদা অমুক লমজিংবীরকপা ওইসনু !" মহাক্না শোনবদু হরিস্থু তায়। মহাক মশামক্তি অতুকী মতীক শোন্থংখ্রে মতুদি মহাক্না অঞ্জলিদা ব্রা ওইনদি করিস্থু হায়বা ঙম্বগী আশা লৈতে।

হরিনা ময়ুমদা হল্লক্লগা অঞ্জলিগী মনাক্তা চঙলকই। মতমমু মুমিং য়ুংবা মতমনি। অঞ্জলি কমফমকাগী সোফাদা ফম্লগা ঙাথতুনা মমীক্তু উইরুম উইরুম তৌতুনা লৈরম্মী, মথুক্তস্থু লাইরিক অমা পায়রম্মী। হরিনা খঙই মাগী ফীবমতু নেশা চারগা লৈবা মওঙনি।

মাবু উবদা অঞ্জলিনা মমীক্তু পাঙবোই পাঙদবোই তৌনা হায়রকই, "হরি, কদায়দা চৎলুই ? ঙসায়দগী মশক উদে, ব্রা অমতা হেক হায়ফম লৈতে। ইনেস্থু কদায়দনো চথোকখ্রে।"

"ইচেম্মা, ঐ বাজারদা পোৎ অমতা লৈবা চৎচরুবনি, তামো মহেন্দ্রগা থেংনরক্তুনা ব্রারী ঙহাক শারকপদগী খরা কুইথোকখ্রে।"

"করি হায়বা মহেন্দ্রগা থেংনরকই হায়বা ?" অঞ্জলিনা মমীক্তু খজিক্তুং হনগৎনা পাঙথোক্তুনা য়েংখৎলক্লগা হায়রকই, "মহাক্তি কমদৌরি হায়বগে, মুংঙাইরি হায়ব্রা ? কুইরে উখিদবা।"

"উম, ইচেম্মা, মুংঙাইরি হায়। অতুবু থবক্তি অমতা পায়দ্রি-মাল্লে, ময়ুমদগী অয়াম্বা মতমদা মপাল থোক্তুনা লেল্লি হায়।"

অঞ্জলিনা থৌশাদনা হায়রকই, "উম, মহাক নোংমা নোংমগী পঙশিল্লক্লগনি। ঐনা নোংমা তুকান্দা য়াওনবা হায়রুবদস্থু মহাক য়াখিদ্রবনি।" অতুদগী মীকুপ খরগী মতুংদা মহাক্না ঙাওলপ তৌবা

মমীং অদু হরিদা অর্থ লৈনা য়েংলগা মোমোন নোক্লুনা অমুক হায়রকই, "মহাক ঐগী মরমদা করিমতা হংলক্ত্রা ?"

হরিনা খুম্ফম খণ্ডদনা কিথী-কিরুন তৌনা খুমককই, "হংলকই, ইচেম্মা। ঐনা ইচেম্মগী মরমদা মঙোন্দা ৱারী খরা শাদোক্লম্রে।" মতু হায়বদা হরি নিংদোল অদু তীং তীং চোংলকই, নাতৈ চাত্রবদি অঞ্জলিনা মঙোন্দা মদুগীদমক তথি তথি চৈরকপা য়াই; অদুবু অওকপা অমদি অঞ্জলিগী শকফমদা করিগুম্বা অহোংবা করিমতা লৈতে, হান্নগুম মোমোন নোক্লদুনা, অঙৌবা খুদাংদু সোফাগী পাম্বোম দা থাঙংলগা, অঙাঙবা মমীতু অদুম উইথরপ তৌনা মঙোন্দা য়েংলগা হায়রকই, "মহাক্লা করি করি হায়রকই ?"

"করিমতা হায়রক্তে, ইচেম্মা, মহাক্লা হায়রকপা হায়ববু ঈশ্বরনা ইচেম্মবু অফবা রাখলদা অমুক লমজিংবীরকপা ওইসনু অসিনি।"

মতু তাবদা অঞ্জলিনা খঙহৌদনা নোক্লককই, অদুগা হায়রকই, "নত্তে, মাবু তৌফম খঙদ্রদুনা লাইগা অমুক নীংলব্রা হায়বা ? মহাক করিস্থু তৌদনা অরেম্বদা মতম পূম্নমক মাঙহল্লে, ঈশ্বরনা মঙোন্দা কৈদৌবীরবগে ? অদুগা ঐগী মরমদস্থু মহাক্লা অদুম্মা হায়রিব্রা ? হুম, ওস্থোক্লা নোক্লীংখ্রে ... ... ।"

মহাক্লা নেশা চারুবগী হৌনবা মরী-মখোওদি কয়া শম্লদনা পঙঙাঙদা ভাঙথবা হৌরকই। হরিদু নুংশাথীদুনা মঙোন্দগী ৱানা নাম্থোক্লবা হোৎনদুনা কাদুদগী থোকখ্রে।

অঞ্জলি মথক্তা লূকথদুনা মোমোন নোক্লুনা ভাঙদুনা লৈহৌই, "মহাক্তু নুংদি নুংশিবা, অচম্বা পূকচেল শেংবা মী অমনি, মাগী

পীকখ্রবা জগৎ অমদগীদি হেন্দোকপা ঙমদ্রবা, মীগা তিন্নদ্রবা, সমাজগা শন্নদ্রবা। মাগী ব্লাখল মখল খূদিংমক্তু ঐদি ওম্থোক্লা নোক্লীংই—মতমগা ওম্থোক্লা চূনদ্রবা মীনি।" মহাক্লা মীকূপ অমতং তরঙদা ব্লাখল খনবগুম তৌরগা অমুক মরী কয়া শন্নদনা শমথরকই, "অদুবু মঙোন্দা শুক্ষৎপা মগুন অমদি য়াওরি, মদু ঐনা মহৌশাস্থ খঙখ্রবনি, অদুবু মতুনা কৈদৌনি, মতুনা কৈদৌনি? হুম, অরেম্বা করিমতা কান্নদ্রবা! পুন্সীদা চন্নবা য়াদ্রবা মী! মহাক্লা ঈশ্বরবু থাজরিবা, ঐবুস্থ ফহন্নীংলিবা! হুম, নোক্লীংখ্রে।"

অতুদগী মাগী মশাদু হেন্না ইমুন মুস্থরকপগুম তৌনা মমীতু হম্থনা পাঙলগা ব্লাখল খন্দুনা লৈ, সংসারগী করিগুম্বা অব্লাবা ব্লাখল অমতা চঙদবগুম উই। "হুম, মহাক্লা ঐগীদমক্তা ব্লাবীবগুম ঙাঙলিবা, ওম্থোক্লা নোক্লীংখ্রে," মহাক্লা মহেন্দ্রগী ব্লাফম অদুগী মরমদা নীংশিংলগা মোমোন নোক্লা মুরুম মুরুম হন্না হন্না শোল্লকই।

অঞ্জলি য়ুমদুদা মানা পুরা নীংতম্মী, মাগা লৈমিন্নবা মনে অদুনা মঙোন্দা করিমতা ঙাঙবা ঙমদে, মবুংনস্থ মঙোন্দা শাউবদগী করিমতা ঙাঙদে। হল্লক্তুনা লৈবী মনে অদুগী মচা অহুম্নি, মখোয়দুগী শেল-থুমগী মরমদা মানা লোইনমক য়েংই। মখোয়না মাবু শেলগী য়েংদুনা য়াম্না মরু ওইবা মী অমনি হায়না লৌই। মহাক লাকপদগী মখোয় শেল থুমগী ব্লারম্বা পূম্নমক কোকখ্রে। অঞ্জলিগী মনেদু হান্নদি ফিশা-লোনশা তৌদুনা পৈশা তাল্লম্বনি, অদুবু মহাক লাকপদগী মদু তোকখ্রে।

অঞ্জলি হুমিতুদি মহেন্দ্রগী ব্লাহৈ অদু নীংশিংদুনা লৈ; মদু

অহানবদা মশাদা নেশা য়াম্না পাল্লিখৈদা তাবদদি করিস্থ অর্থ লৈত্তবগুম তৌনা লৌরুরবস্থু মশাত্থু জ্ঞান খরা খরা তারক্লবা মতমদদি মত্থুগী অর্থ অমদি মমলত্থু য়াম্না লৈবগুম মপূক্লীংদা ত্থপা ফাওবা হৌরকই।

মুমিত্তুগী মুংদাংত্থু মহাক ওসায়গী মহেন্দ্রনা হরিদা হায়রকপা রাফম অত্থু নীংশিংত্থুনা তূমখি। মরম অত্থুমক্লা মহাক্লা মহেন্দ্রবু মমঙদা উরে। অঙকপনি অচীকপা কা অমদা মখোয় অনীতা ফম্লগা মহেন্দ্রনা ঈংলবা চীংলেম্লবা শকফম অমদা মঙোন্দা হায়রকই, "অদোম পূক্লীংগী পোত্থাবা অমুক্তং তম্বীয়ু, নত্তবা রাখল খূদিংমক থাদোকপিত্থুনা শেংলবা পুন্সী অমা লেম্লবা অমুক্তং হোৎনবীয়ু।"

মতম অত্থুদা অঞ্জলি মীকপ খংথোক থোরকই, মশাদা তুজুংবা ফাওরকই। পাপকী সংসারদা লৈরুরবা মহাক্লা করি রাখল খল্লুরবনো খঙহৌদনা মমীত্তা পি শিম্থরকই। মহাক্লা মমীৎ পাঙথোক্তুনা লোংনা হীপ্লগা রাখল খন্দুনা লৈ। কা অত্থু ঙানফাত্তবা ইলেক্ত্রিক্কী মঙাম্না চীক্লা তরু তরু ঙাল্লি। অহিংগী অচীকপনা মফম খূদিংমক্তা শন্দোকখ্রে, মপান্দা মীগী মীচীক মীরাউখোল অমতা তাখিদ্রে। অঞ্জলি তূমথবা শূকয়া য়াদ্রে, নহালমথৈ অমুক্তা খল্লুদবা রাখল কয়া খন্দুনা লৈরে। মহেন্দ্র মহাক্কী কনাস্থু নত্তে, মাগী মখাদা চুকান্দা থবক তৌখিবা চুম্নগী অচম্বা মীওই অমনি, অত্থুবু অঙকপদি হৌজিক অত্থুগুম্বা মীশক অত্থুনা তাইবঙদস্থু মঙদস্থু মাগী পুন্সীগী য়াইফনবা, অফবা লম্বৈন্দা চৎনবা ত্থুংশিবা মওঙদা হায়রক্লি; মত্থু লনাইগী মুংশি-মুংওনগা মরী লৈনবা রা নত্তে, চুম্নগী মী অমগী

শোকথরক্লবা লৈখা তাথরক্লবা ফীবমগী মরমদা তাবদা নুংঙাইতদুনা পাউথাও য়ৈনা হায়বকপতনি। অঞ্জলি মীকপ থোক্লুনা লৈবা অতুদগী অমুক তূমথবা য়াদ্রে। কালেনগী মতমনি, খঙহৌদনা নোংঙাল্লমদাইগী উচেক খোংবা মখোল তারক্লে, ভেন্টিলেসন্দা অমম-অঙাল শিন্নবগী মশক উরক্লে।

অঞ্জলিগী মমীত্তা ঙসিগী অয়ুক্কী মঙাল অতুদা নহানমখৈগা মান্নদবা মঙাল অমা উবগুম তৌরকই। মহেন্দ্রনা মঙোন্দা অপান্ননা করিমতা হায়বা নক্রবসু মাগী ৱাহৈ খরতুদি নোংঙাল্লবা ফাওবা নীংশিংদুনা লৈ। মহাক মমীৎ খরা পাঙবগুম তৌরকই, সংসারদা থপ্লুনা লৈবা করিগুম্বা ফজবা পোৎ খরগী মশক্তু মাগী ভাবনা উবগুম তৌরকই। মহেন্দ্রবু মহাক্না মখা থাবা মী ওইনা অতুম উরি, মাবু লনাই ওইনা নুংশিবগী ৱাফমসু থোইদোকপা লৈতে; অতুবু মাবু অঙকপা মী অমা ওইনা উবা অমদি ব্যবহার তৌনীংবগী ৱাখলদি মাগী থম্মোয়দা ফাওবা হৌরকই।

নুমিত্তু মহাক য়াহৌরবা মতুংদা ফমফমকাগী সোফাদা তূমিন্না ফমদুনা মাগী পুন্সীগী মরমদা অস্লম ৱাখল থন্থবা হৌরকই। হৌজিক মহাক্না মাগী মপুরোইবা বিনোদকী মরমদা পাউ অমুক তাখ্রে, মপুরোইবদু জেলদগী থাদোবক্লগা মতম খরা নেশা চাবা লেপ্লুরগা অমুক চাবা হৌরে, মাগী ফীবমদু নোংমা নোংমগী ফংচিল্লক্রে। মহাক মপুরোইবগী মনাক্তা চৎপগী ৱাখলদি থাপ্না থমখ্রে; মপুরোইবনা নোংমা ফাওবা লাক্লুনা মাগী মরমদা করিমতা হংবগী ৱা লৈতে, মানা মখোঙনা থোংনা মাগী মনাক্তা চৎপসু ওইথোক্কবনি;

মরাল লৈবা মরমনা মহাক মপুরোইবগী য়ুমদা অমুক চৎপগী নরমদা কৈদৌঙৈদস্নু খনবা ঙমদে ।

## ১১

প্রিয়ানা মপাগী মনাক্তা ইম্ফালদা লৈবত্নু য়াম্না নুংঙাইত্রে। অফিসকী থবক কাবী মমা অতোম্বীগী য়ুমগী থবক-ইশ্বাং খুদিংমক মাগী মথক্তা তারে। মপানা মাবু নমহাঙ্গনা পুরকখিবা অদু য়ুমগী থবক-ইশ্বাং খুদিংমক্তুগীদমক মাবু য়াম্না দরকার ওইদুনা তৌবনি হায়বদু মহাক্না হৌজিক্তা খঙলক্লে। মপাদি মমা অতোম্বীগী খুদোম্বীদা লৈ, মাগীদমক ফনবা থোইদোক্লা পূক্লীং চঙবা, য়েংশিনবগী মওঙ লৈতে। মহাক্লা মপূক্লীং নুংশিনা খল্লক্লে মীওইবনা মচা-মশুবু নুংশিবগী চাং হায়বা অসি ফীবম, মতম অমদি মরীগী মওঙ অদুগী মথা য়াম্না পোল্লি। কুইনা থাপ্লনা লৈরুরবা অদুগা অমুকস্থু মনাগস্থু মরী য়াম্না থাপ্তোক্লখ্রবা মপা অদুনা মাবু নক্লা খনবা ঙমদে হায়বসি মহাক্কী মপূক্লীংদা চপ চানা ফাওই। মপাগী ৱাখল মতা অদুনা প্রিয়ানস্থু মাবু নুংশিনা খনবা ঙমদে। নুমিৎ চুপ্পা মমা অতোম্বী অমদি মাগী মচাশিংগী মরমদা মানা মরু ওইনা লৌবা মাম্না ঙাওই, মাবুদি চুম্না থবক নোম্নবা থম্বা মীতোপ অমগুম হেক হেক মখোয়না তৌরকপদা মহাক খাঙবা ঙমদে।

নোংমদি মহাক মপাগী মনাক্তুগী শাউদুনা তুমিন্না লাক্লে। থাবল্লৈনা হংবদা মহাক অহানবদা পাক খুম্লক্তে, অদুবু মমৈথঙদা

মথল্লায় মুংঙাইতনা মায়থোঙ লূক্না মমীত্তা পিগী ঈরা চেন্না হায়রকই, "ঐ মখোয়দা কৈদৌঙৈদম্ভু চৎচরম্লোইদবনি !"

"কৈদৌরবগে ?"

"করিস্তু তৌদে, মখোয়গী থবক-ইশ্বাং নোম্নবগীদমক ঐবু ... ।"

মাগী ল্লাহৈ খরা অতুদা থাবল্লৈ ভাব ফজনা তারকই, ঙহাক মচানুপীগী মায়থোঙদা মুংশিনা তৌফম খঙদনা য়েংলকই, অতুগা হায়বকই, "ঐ খঙই মতুগীদমক্তনি মহাক্না নঙবু নমহাতুনা পুবীরিবা।" মহাক্না মচানুপীগী থম্মোয়মুংদা লৈরিবা মুংঙাইতবা ল্লাখল অতু মুন্না খঙলকই ।

অতুদগী প্রিয়ানা মমাদা মপাগী মযুমদা লৈরিঙৈদা থেংনরকপা মুংঙাইতবা থৌদোক কয়া, মাবু মীনাইগুম্না শীজিন্নবা মওঙ কয়াতুগী মরমদা মুংঙাইতনা তম্লকই । থাবল্লৈনা মায়থোঙ লাংশিন্না হায়রকই, "মতুদি মীওইবগী চৌনশানি, নহাক্তি অঙাংনিনা খঙত্রি পুন্সীগী অওইবা মশক কয়া, মীওইবগী ভমথিবা লীচৎ, ফত্তবা পূকচেলগী মরমদা । নখোয় অঙাংনা খল্লি মমা-মপা অমনা মচা অমবু হেক্তা মুংশি, মচা অমনা মমা-মপাবু হেক্তা মুংশি হায়না, অতুবু মতু মতম পূম্বদা পূমচুম হেক চুম্বদি নত্রে ।"

প্রিয়ানা হকথেংননা থেংনরকপা থৌদোক্তগী মপূক্নীংদা ফাওথ্রবা ল্লাফম অতু মনানা তমুক হায়বকপা অতুদা মহাক পুন্সীগী অচুম্বা ল্লাফম খরা হেন্না ময়েক শেংনা খঙলকই । মহাক মপূক্নীংদা থাজরকই অওইবনক নহা অমনা পুন্সী অসিদা খঙদবা কয়া লৈরি— অহলগী কূপ্পবা লুরবা মীৎয়েং, ল্লাখল খূদিংমক অসি নহাগী

অপোবা মপূং ফাম্রিবা মীৎয়েং অমনা হেক্তা চাং ওনবা জন্না ওইথোক্তে ; অঙাংগী অচম্বা অপঙবা মতৌ অতুগী খুদোংচাবা লৌতুনা মখোয়না অঙাংগী পাঙ্গল, থৌনা খূদিংমক শীজিন্নথোকপা, ওৎ-নৈবা নত্রগা মখোয়গী অচান-মীরায় কয়াগী নুংঙাইত্রবা মীৎয়েং কয়াবু খাঙহনবা কয়ানি। মহাক্তা মপূক্সীং নুংশিনা নীংশিংই, মঙোন্দগী থাপ্তোক্লা লৈরুরবা মপাতুনা মাগী হান্না লৈমিন্নরিবা মচাশিং অতুগা মাগা চপ মান্নবা মীৎয়েং অমনা য়েংবা কৈদৌঙৈদস্তু ঙমদে, মাবু মখোয়গুম্না নুংশিবা ঙমদে। কূপ্লবা মীওইবগী পূক্লীংগী ফীবম অসি কয়াদা ঙকখ্রবনো !

মথংগী মুগিত্তা প্রিয়াগী মপানা মী থারক্কুনা মাবু ময়ুমদা খিরক্কুনা কৌইল্লে, অতুবু মহাক্তা শাউনা হায়খ্রে মহাক কৈদো-ঙৈদস্তু য়ুমতুদা অমুক লাক্লবোই হায়না।

নোংমা নোংমা হৌখ্রে।

হৌজিক প্রিয়াগী চহী কুনহুমদোই শুবক্লে। থাবল্লৈগী থম্মোয়-নুংদা তূমিন্না মচানূপীগী ময়ুম-মকৈ পানবগী মরমদা ব্রাখল খন্দবা ঙমদে। মহাক্লা প্রিয়াগী পূক্লীংগী ফীবম মুন্না খঙলতুনা মচানূপীবু মহেন্দ্রগী মফমদা থোকখ্রবস্তু ফরে হায়না খল্লে ; অতুবু মহেন্দ্রদি নোংমগী চঙজফম পীখিদবগী থৌদোক অতুগী মতুংদা মখোয়দগী হেন্না লাপথোকখিবগুম তৌখ্রে হায়না মহাক্লা খল্লি ; মহাক মতুগীদমক হৌজিক্তি নুংঙাইরক্রে। মরক মরক্তদি মহাক্লা বাজারদা মহেন্দ্র-খোয়গী লৈকাইগী খঙনবা কৈথেল কারকপা মীদা মাগী মরমদা তূমিন্না হংবা য়াওই। মখোয়না হায় মহাক ময়ুমদগী মপাল ইথোক

থোক্কে। থাবল্লেনা মপূক্লীংগী ব্রা অত্থুদি মখোয়দা হায়দোকপা ইকাইত্থনা করিমতা হায়দোক্কে। মহাক্না মখোয়দা তূমিন্না হংই, "মহাক লুহোংদ্রিবা নত্রা ?"

"কদায়দগী লুহোংগদগে, মাগী মতৌত্থবু ... ...।"

"কৈদৌরবগে ?"

"য়ুমদগী মপালস্থু থোক্কে, থবক অমস্থু পায়দে, ময়ামগা মান্নদে, কনাগী নূপীনো মঙোন্দা পামগদবা ?"

থাবল্লে ব্রা মখা তানা হংদ্রে। মহাক চমন্নবা পোকই, মত্থুগী মরমদা ব্রাখল করিমতা খন্তবা ঙমদে। করিগীদমক্তা মচানূপীনা অসিগুম্বা মীশক অসিবু নীংলুরিবনো হায়বসিস্থু খঙবা ঙমদে। মহাক ময়ুমদদি মহাক্না মহেন্দ্রগী মরমদা হংলুরিবা অসিনচিংবগী মরমদা কনাদস্থু হায়দে। মত্থু মঙোন্দা পূক্লীং থৌগৎনীংঙাই ওইদে।

## ১২

অঞ্জলিগী ৱাখলদা অহোংবা খরা লাক্লে, মহাক্কী হৌখিবা মাওল্লুরবা পুন্সী অতুগী মরমদা অনুতাপ তৌবা হৌরকই, নুমিৎ খরনি মহাক য়ু থকপা লেপ্লে। মিংশেল য়েংবদা মাগী হোংলম্লিবা শকফম অতুগীদমক মথন্তা খনবদা অকিবা পোকই, মমীৎ য়াম্না কুৎশিল্লম্লে, চুবা ময়েং য়াম্না তারম্লে; নহাননথৈ অয়াম্বা মতমদা য়ু ঙাওতুনা মশাগী শকফম, ফীবমগী মরমদা নোংমতম্মু করিনতা খল্লুবা লৈতে। মহাক হৌজিক্তি খঙলে মহাক্না নেশা অস্তুম হেন্না শীজিন্নববদি মাগী মশা অতু থুনা মাঙখ্রগনি, হৌজিক মশাস্তু নুংঙাইতবনা পীক থল্লে, লিভরনচিংবদস্তু অনাবা ফাওই।

নোংমদি মহাক্না হরিবু কৌশিন্দুনা হায়রকই, "হরি, ইবানি ডাক্তর অমদা হকচাংসি অমুক্তং লায়য়েংবা চৎমিন্নরুসি।"

হরিনা হাইফেং ঙক্না হায়রকই, "ইচেম্মা, কৌরগা য়েংবদি করি তৌবগে?"

"হুম, মত্রগী দরকার লৈতে, ইবানি ঐগী গাড়ীদা অতুম চৎমিন্নগদবনি।"

হরিত্তু নুমিৎ খরনিগী মঙুংদা হোংলক্লিবা অঞ্জলিগী লীচৎ অমদি ৱাখল মতাতুগী মরমদা খরা ঙক্তুনা লৈরিবনি। মহাক

মপামদা লাকপদগী অমুক্তা জ্ঞান তানা ব্লারী ফজনা শাবা য়াদনা লৈরিবনি ; মুমিৎ অত্নদা মঙোন্দা জ্ঞান তানা ফজনা ঙাঙলকপা অত্নদা হরি মুংঙাইবা পোকই। মহাক্না মরু লূক্না, সোফাদা ফমত্নুনা লৈরিবা অঞ্জলিগী মনাক্তা লেপ্লত্নুনা হংলকই, "করি ওইনা ঙস্থীদবগে ?"

"অসিনি হায়ফম খঙদে হকচাংসি য়াম্না শোল্লি. মুংঙাইতে, অমুক্তং য়েংথোক্তবা য়াদে," অঞ্জলিনা ঈং-তপ্না হায়রকই।

"উম, ইচেম্মনা চংসি হায়বা মতমদা হেক্তা হায়বীরকউ।"

- "ঙসিমক চংকদবনি।"

হরিত্নু মাগী কাদগী মাগা চংমিন্নবা থৌরাঙ তৌবা থোকখ্রে।

অঞ্জলিনা মাগী মশাদা মুংঙাইতবশিং অত্নদি মঙোন্দা তশেংনা কুপ্না হায়দোক্রে, মুমিৎ খরনি নেশা হেনবা অত্নদা মঙোন্দা অব্লাবা চৈনাস্নু য়াম্না ফাওই, হকচাং শোম্থবা, কোক ঙাওবনচিংবা তৌই, লায়য়েংবগী দরকার য়াম্না কন্না লৈ।

মুমিৎ অত্নমক্তদা মখোয় অনী চংমিন্নত্নুনা ডাক্তরনচিংবা য়েংলুরে। অঞ্জলি হীদাক-লাংথক চাত্নুনা ফমুংদা পোত্থাত্নুনা লৈরে। নেশা শীজিন্নদবত্নু মতম খরা মহাক য়াম্না ব্লানা উই, অত্নদগী মহাক্কী মশাত্নু খরা মুংঙাইনা উরে।

মহাক্না মনে থাত্নুনা বাজারদগী অফবা মনা-মশীং, উহৈ-ব্লাহৈ কয়া লৈহল্লে, অফবা চীঙাক ঙাত্তা চাত্নুনা মশা ফগৎনবা কন্না হোৎনরে। অস্নুন্না মুমিৎ খরনিগী মতুংদা মশাদা অহোংবা খরদি লাক্লে, মাগী তাই-ফেৎ তাইরুরবা কুচু অত্নু ঈ খজিক্তং থংনা উরে, মশা খজিক্তং ফগৎলে।

নেশা থাদোক্লুনা মশা খজিক্কুং মুংওাইরবা মতুংদা মহাক হৌজিক মাগী অরেপ্পা থবক অমতং প্রায়থংনবগী মরমদা অমুক খনবা হৌরকই। থবক করিমতা তৌদনা লেনবা অসিম্বু রাখলগী মুংওাইফমদি খওদে, মতম য়াম্না শংবা অসিস্থ অরাবা অমা ওই। মহাক্না হৌজিক শেল-থুম্ তান্নবা রাখল খনরা হৌরকই। মহাক্না মাগী দুকানগী কা অমদা ভারা থম্বা তৌক্লুনা মশামক্কা চোং-থোক্লুনা ফমবা থৌরাঙ তৌগে হায়না খল্লক্লে। মহাক মতু তৌবদা রানা থোক্কদবা নত্রে, মতুগী জ্ঞান খুদিংমক মওোন্দা লৈ, মীগী দরকার খজিক্কুং ওইবতনি। অতুবু মানা হৌজিক খনবা হায়ববু হান্নগী অতুগুম্না পোত্থাফম খওদবা মওঙদা থবক চিন্না লেনবতু নত্তে, পোত্থাবা মওঙ অমদা রাদনা থবক খজিক্কুং শুতুনা লেনবগী রাখলনি, মপুরোইবগী ময়ুমগী অচৌবা, মখল কয়াগী কারবার তৌবা দুকান মখলতু নত্তবা অপীকপা কোসমেটিক্সকী পোৎ-চৈশুম্বা খরা য়োন্নবা দুকান মচা অমা হাংদোক্লবগী রাখলনি। মহাক্না থুনমক মতুগী থৌরাঙ তৌতুনা মাগী মরনাইগী দুকান অমা বাজারদা হাংলে।

নোংমদি থাবক্লেনা বাজারগী দুকান্দা পোৎ-চৈ খরা লৈনবা চৎপদা অঞ্জলিন্ কেনা মাগী দুকান্দুদা ফমতুনা লৈবা থেংনকরে। (মানা অঞ্জলিবু মশক খঙ্খিবা অসি মপুরোইবা নিমাইনা হিংল্লি-ইওদা মখোয় অনী নোংমা বলদেবগী দুকান্দা নিমাইগী লৈহৌবা মপোৎ-মচৈ লৌবা চৎমিন্নরদা খেংনতুনা খঙন্নখিবনি।) অঞ্জলিনা ফম্লিবা দুকান অতু অচৌবা নত্রে। মতু শীকতক তৌবা অরংবা,

ফজবা কোসমেটিক্সকী পোৎশিংনা পীক থন্না পৈরবা তুকাননি, মখোয়দু য়েংবদা মীৎ থকপমখৈ ফজনা পূমগান ঙান্না উই। কা মচীদা অঞ্জলিগী কেরবা ফজরবা মায়থোঙদু ঙাল্লি।

থাবল্লৈ মাবু থাপ্লপ উবা অতুদা খংলেপ লেপ্পী, তুকান্দুদা চঙসিরা হায়না হাইফেৎ খঞ্জাননা লৈ, নোংমতং উন্নতুনা ৱারী শাখিবা মীশক অতুনা মাবু মশক খঙলমগদ্রা হায়না চিংনৈ; অতুবু থংনবা মীকূপ্তা মহাক দূকান অতুদা চূমদ্রীং চঙলক্লে।

মানা চঙলকপা উবা অতুদা অঞ্জলি য়েংখৎলকই, মাবু হাইফেৎ ঙকচাননা ঙহাক য়েংলগা খঙলকপগুম তৌনা মোমোন নোক্লতুনা হায়রকই, "ইচে থাবল্লৈ নত্রা? চঙবীরকউ, করি থবক্কী লেঙবী-রকপনো?"

"ঐদি ইঙক ঙক্লুরে, ইবেম্মা, নহাক্না অস্মুন্না তুকান ফমতুনা লৈরম্বা উবদা," থাবল্লেনা মাগী ৱাহংতুগী পাউখুম পীদনা হায়রকই।

"উম," অঞ্জলিনা হান্নগুম অতুন নোক্লুনা হায়রকই।

অঞ্জলিগী মরনাইগী ওইনা উবা তুকান অতু করম্না হাংলম্লিবনো হায়বনচিংবগী মবমদদি মহাক হংবা হঙ্গোইতুনা কবিমতা হংদে।

অঞ্জলিনা মহাকপু কৌশিন্দুনা স্তুল অমদা ফমহল্লে।

"কমদৌরি, ইচে? চা থকখিসি ফমখো," অঞ্জলিনা হায়রকই। অতুদগী মহাক্না থংনবা তুকান্দা য়াওবা অঙাং অমা থাতুনা অনকপা হোটেল অমদগী চা কৌহল্লকই। নোংমতং উন্নতুনা খঙনখিবা ওইরবস্সু অঞ্জলিনা মাবু হরাউ-হরাউ তৌই। মখোয় অনী ৱারী শাবদা থাবল্লেনা মঙোন্দা নিমাই লৈখিদবগী পাউ তম্লকই; মতুদা অঞ্জলি

খঙহৌদনা মায়থোঙ লাংশিন্না নুংঙাইতবা ফোঙদোরকই।

"হৌজিক্তি, ইবেম্মা, অস্থুম হিংনবা লৈরিবা হায়বত্থনি," থাবল্লৈনা হায়রকই, "লাইরবা ঐখোয়দি হিংনবা হোৎনবদস্থু ব্রাথ্রবা পোৎনি, শূবা লেপ্পা য়াবা নত্তে, হৌজিকস্থু অস্থুম বাজারগী নূপী ওইত্থনা লল্লোনবা কোয়চৎ চৎলিবনি।"

"অঙাংগা অচৌবা লৈতব্রনে ?" অঞ্জলিনা হংলকই। (মহাক থাবল্লৈগী মচাগী মরমদদি মুন্না খঙদে।)

"লৈ ইবেম্মা, অত্থবু ঐগীদি ইচানূপীনি, মহাক মথস্তনি, মহাকস্থু শূফম চাফম কয়া খঙবা জাত নত্তে। ফি খরা শাবা অত্থনা কৈদৌনি ?"

অঞ্জলিনা খঙই নিমাই মখোয় অনী লৌন-লৈনখিবদি চহী পঙকুই কুইখিদ্রি, মহাক্কী মচা অচৌবা হায়বসি অহানবা নূপাগী মচা ওইরম্বা য়াই, অত্থবু মহাক মত্থগী মরমদদি হংলক্রে।

অঞ্জলি মীকূপ অমতং ব্রাথল খজিক্কুং খল্লগা হায়রকই, "মহাক লাইরিক্তি তমহৌব্রা ?"

"মেট্রিক ফাওবদি পাস তৌহৌই।"

"পৈশাগীদি করি ব্রানীংঙাই লৈবগে, মহাক ঐগী ত্থকান্দা য়াও হায়বা য়াগদ্রা ? য়ারবদি মাগী তলব ঐনা ফজনা পীগনি।" (অঞ্জলিনা ময়ুমগী পাখোন শীদোক-শীজিন অমদি ত্থকানগী পোং লৌথোক-লৌশিন খরা তৌনবা হরিবু থম্মী, অত্থবু ত্থকান্দদি মহাক মপূং ওইনা য়াওদে।)

থাবল্লৈ মপূক্কীংদা হরাউবগুম, খজিক্কুং ঙকপগুম তৌনা অঞ্জলিগী

ফজরবা মায়থোঙ অতুদা য়েংলকই, মীহুংশি উৎলক্লিরা পুক্তিংনীং-ঙাই ওইরবা শক্তম অতুগী অরোনরা মগুণ খরা মানা উবগুম তৌরকই, মুল্লা তিন্নক্লিবা অমুক্তং খঙনখিবদা ঙায়রিবা গী অমনা অতুম। হায়দোরকনি হায়বতু থাবল্লে থাজরুদে। মহাক্কা হরাউবগা লোয়ননা হায়রকই, "অতুম তৌবীরবদি লাইবক ফবনি, মহাক্কা করিগী য়ারোইদগে ?"

"ফরে, ইচে, অতুদি মহাকপু নোংমা ঐগী ইনাক্কা পুবিরক্লো।"

অঞ্জলিগী চীংলেম্বা, মগুণ লৈবা মতৌ অতুদা থাবল্লে হঙোইনা, কিথী-কিক্কম তৌনা উই, মপূক্রীংদা ফাওই, "অশেংবা মশক-মতৌ ফজরবী, ইনাক খুল্লবী নূপীনি—শেল-থুমগা য়াওন্নরবা, রাৎপা লৈজ্রবা— মখোয়না গী কয়াবুম্ব শেঙ্গীবা ঙম্মী।"

থাবল্লে নোল্লুক্রা ফোংনা হায়রকই, "অতুদি, ইবেম্মা, মহাকপু নোংমা পুত্থনা লাকচরগে।"

অঞ্জলিনা মখোয়গী ময়ুম লাপ্পা, খুদোং চাদবগী রাত্থ খঙই; মহাক্কা মতুগী মরমদা হায়বকই, "নুমিৎ খূদিংগী মহাক্কা য়ুমদগী লাক্কে হায়রবস্থ য়াই. খুদোং চারোইদবা লৈরগা ঐগী নাক্তা লৈগে হায়রবস্থ য়াই।"

থাবল্লে অঙ্গলিগী মনাক্তগী পূক্লীং নুংঙাইনা থোক্লকই, প্রিয়ানা মাগী তুকান্দা য়াওরবদি চাংনাইনা তলব ফংলগনি, য়ুমগী শেল-থুমগী অরাবা খরদি কোক্লগনি।

ময়ুম য়োরগা মহাক্কা অঞ্জলিগা ঙাওনরকপা রাফম অত্থ মচা-নূপীদা তম্মকই। প্রিয়া রা অতু তাবদা মপূক্রীংদা মওল মওল

খল্লকই, তমকম খওদবা মুংঙাইবা রাখল অমা ফাওরকই। মমানা মাগীদমক্তা শেল থোক্লবা থবক অমা শীনবীরে, অতুবু থবক্কী অকুপ্পা মওঙ, অঞ্জলিগী মরমদা মুন্না খওদবগী লাওতক্লবা অমদি মশাদা লৈ। মহাক্না মমাদা অঞ্জলিগী মরমদা হংলকপদা থাবল্লেনা খুম্লকই, "নকশিন্নবদা কান্নগদবা মীনি, শেল-থুমগী রাংপা লৈত্রবা, মুংঙাই য়াইফরবা ইমুংগী মীনি, মহাক্না নওবু শোয়দনা নীংথিনা য়েংশিন-বীগনি।"

নোংমা অয়ুক অমনি। থাবল্লেনা মচানূপী প্রিয়াবু অঞ্জলিগী মনাক্তা পুহুনা চৎনবা থৌরাঙ তৌরে।

প্রিয়াদি মপূক্লীংতু থোইনা রাখল লুনা খল্লুবা ইওম ঙমদে: মহাক মসিমদি মমি-শামি ওইনা খল্লি মুমিৎ অতুদগী মাগী পুন্সী অতু অনৌবা মওঙ অমা হোংলগনি, পৈশা চাংনাইনা থোক্লগনি, শেংনীং-চানীংবা খরা নীংবা থুংলগনি, মমাগী মতেং ফজনা পাংবা ঙম্লগনি। অতুবু অমুকস্তু মতুগী মুংঙাইবা লৈরবস্তু, থবক মওঙ অতু করি ওইরমগদগে হায়না খওনীংবগী লাওতক্লবা অমদি মপূক্লীংদা অতুমক লৈ।

থাবল্লেগা প্রিয়াগা অওনবা বস তোংতুনা ইম্ফাল য়োরকপতু ফনা য়াম্না ঙল্লি, বাজারগী দুকান থোঙ ইহাং হাংলমদ্রি, অঞ্জলিগী দুকান অতুস্তু হাংলমদ্রি। মাগী দুকানগা থংনবা দুকান অমা অনীদি হাংলম্লে। থাবল্লেগা মখোয় অনী মাগী দুকান মমাঙদা ঙহাক লেপ্তুনা লৈরে, অতুদগী দুকান ফম্লিবা নূপী অমদা অঞ্জলিগী মরমদা হংলকই। মীশক অতুনা অঞ্জলিগী মপামগী ময়ুম অতু তাক্লবা মতুংদা হায়রকই, "ঙসি নোংমা নীনি অসিদি মাগী দুকান্দু

হাংদে, উন্নবীনীংলবদি ময়ুমদা চৎপীয়ু।" নূপী অতুগী মচীন্দগী থাবল্লৈনা খঙলকই অঞ্জলি অসি খাইনদুনা মপামদা লৈরবী অমনি হায়বতু।

মথোয় অনী মীশক অতুনা তাক্লকপা মতুং ইন্না অঞ্জলিগী ময়ুম তান্না লাক্লে। অঞ্জলিখোয়নী ময়ুম অতু চেক্লা দলান ওইনা চাউনা শারবা য়ুম অমনি, শূমাঙ অমদি হিঙ্গোল অকোয়বদা উ-ব্রা, হৈকোল-লৈকোল ফজনা লৈ, য়েংবদা ঈংনা চীক্লা উই, থোইদোক্লা নীংথিজৈ, মুংঙাই য়াইফবা হায়বতুনা মূর্ত্তি ওইনা চোং-থোক্লুনা লৈরবগুম তৌই।

থাবল্লৈগা প্রিয়াগা চঙলকপা মতমদা অঞ্জলিদু তুকান চৎকদবগী মফি-মরোল শেৎপা লোইরদুনা মাঙ্গোন্দা লেপ্তুনা লৈরম্মী। মহাক শংবান্নবা শাড়ি অমা শেৎলি, লাইবক্তা ভাঙলৈনবা বিন্দী অমা নম্মী, মথৃক্তা বেগ অমা য়াল্লি। অঞ্জলিগী শক্তম, ফীবম মূর্ত্তি চুং-ফিরান চাবগী ফজবা অতু উবদা প্রিয়াবু শুন্নৎলি।

থাবল্লৈনা মঙোন্দা য়েংলগা নোল্লুক্লা হায়রকই, "ইবেম্মা, ঐখোয় তুকান্দা হান্না চৎচরুরে, থোঙ হাংলমদবা অতুদা য়ুমদা হেক্তা লাকচরবনি। থংনবা তুকানগী মীনা ইবেম্মা লাক্তবা য়াইস্তু হায়রকই।"

"উম, ইচে, ঐ হকচাং ওম্মুদদুনা মুনিং খরনি তুকান হাংলুদ্রে অতুননি। ঙসিদি চৎকনি," অঞ্জলিনা হায়রকই, অতুদগী মহাক্লা প্রিয়াবু য়েংলগা কৌশিল্লদুনা অমুক হায়রকই, "চঙলকউ, মেমা, হেক্তা কাখৎলকউ চা থকখিসি।"

চুরিদা খোঙউপ থম্লগা থাবল্লৈগা মথোয় অনী মাঙ্গোন্দা

কাখৎলকই।

মখোয় অহুম ফম্মিন্নহ্না চা থকমিন্নরগা ব্রারী শারকই। মহুদা অঞ্জলিনা প্রিয়াদা মাগী থবক্কী পীগদবা পৈশা অমদি হুকানগী থবক থোরমগী মরমদা পৌরপ্না খরা হায়রকই। মহাক্না প্রিয়াগী নীংথিজবা শক্তম, ফীবম-মূর্ত্তি, ইতিং তিংবা নোল্লুকপা মতৌ অহুদা পেনবগুম তৌনা মুংশিনা য়েংলকই।

"খঙদে, ইবেম্মনা খঙ-হৈনবা তাকপীয়ু, মহাক্তি করিমতা খঙবপোৎ নত্তে," থাবৈল্লনা হায়রকই।

ঙহাক্কী মতুংদা মখোয় অঞ্জলিগী মারুতি কারদা থোরক্লে। থাবৈল্লনা কৈথেন্দা কুমথহৌরে, মখোয় অনীনা হুকান তান্না হাইগৎলক্লে।

মুমিৎ অহু অঞ্জলিনা প্রিয়াবু মাগী তৌগদবা থবক, পোৎ য়োনবগী মওঙ, পোৎশিংগী মমল অসিনচিংবগী মরমদা ফজনা তাক্লে। অস্নুম্না প্রিয়া হুকানগী থবক্তু পূক্নীং চঙনা তৌবা হৌরে।

মুমিৎ খরনিগী মন্নুংদা প্রিয়া থবক্তু খরা হৈরে। অঞ্জলিনা মহাকপু লুনা তৌই, মঙোন্দা মরু ওইবা থবক কয়া শিন্নে। মহাক মুমিৎ খুদিংগী ময়ুমদগী ঙন্না লাকই অহুগা মুংথিল হেক হেক হনখি।

অস্নুম্না মতম খরা হৌখ্রে। প্রিয়াহু হুকান ফম্বা য়াওরবা মতুংদা কেবা ফজনা হৈরে, মাগী তোপ তোপ্না ফজবা মগুণ হেম্না চোংথোরক্লে। নোংম-ফাদোক অঞ্জলিনা মঙোন্দা লক্সহ্না হায়-রকই, "ইনাউদি নোংমা নোংমগী ফজবা হেনগৎলক্লে।" অহুদগী

মানা প্রিয়াদা পুন্সীগী য়ুম্বানবগী, হৌন-লোনচৎকী, থবক-ইস্কাংগী, চৎনবীগী মরমদা ৱারী কয়া শাহ্নুনা পাউতাক কয়া পীরকই। অঞ্জলিনা জ্ঞান তাবা শাহ্নুনা অহুম্না হায়বা অহুদা প্রিয়া মপূক্লীংদা নোক্লীংলকই, মহাক ৱাদি ঙাঙলক্তে। মহাক অঞ্জলিগী হৌখিবা পুন্সীগী মরমদা অঞ্জলিনা হুকান্দা লৈত্রিঙৈদা থংনবা হুকান ফম্বী নূপী অহুনা তম্বদগী লোইনা খঙলে। মহাক্না খল্লি অঞ্জলিসি নীংতম্বা, তৌনীংবতা তৌবা পাম্বী, করিগুম্বদা পূক্লীংগী ইহুল অমনা হুমহুনা পুগনবী মী মখল অমনি; মহুনা মাবু মাঙহনখিবনি, মহু নংলমদ্রবদি মহাক অসি খ্বায়দগী হেন্না মগুণ লৈরবী নূপীশিংগী মনুংদা অমা ওইরমগদবনি। য়াম্না কুইনা তিন্নদ্রিবনা মহাক্না অঞ্জলিবু মুম্না খঙদ্রবসু মহাক মসিমদি খঙই অঞ্জলি অসি পূকচেল চাউবী নূপী অমনি, মীঙোন্দা পীথোকপগী হলেংবা লৈতে; মরম অহুমক্নি মাগী মরল-মথুম কয়া মীনা মাঙহনখ্রিবহু। অমরোমদা মাগী হৌখিবা ৱারীহু তারুবগা প্রিয়া মাবু অকিবা অমসু পোকই, মহাকসি তৌবা ঙমখ্রবী অমনি হায়না মপূক্লীংদা ফাওই, করিগুম্বদা মপূক্লীং-দা খল্লি মহাকসিবু তশেংনা জ্ঞান তারবী অমরা হায়না; অহুবু অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু অঞ্জলি অসি মঙোন্দদি অফবা মী অমনি, মাবু লুনা চান্না তৌবী, মাগী অফ-ফত্তা খূদিংমক য়েং-শিনবীবিবী অমনি।

মরক মরক্তা অঞ্জলি মহেন্দ্রবু নীংশিংলকই, নোংম-ফাদোক মাগা ৱারী-ৱাতাই শানীংলকই, মাগী মম্রগুম্বা ৱাহৈ খরদংননি মাগী

পুন্সীদা অহোংবা কয়া লাকহনখিবা, মীকপ থোকহনখিবা, মতু করম্না থোকখ্রিবনো হান্নবতু মহাক মশামক ফাওবা খঙবা ঙমদে, ঙক্না থোকই ; অদুবু অঙকপা অদুদি থোকখ্রে। পুন্সী অসিদা অঙকপা থৌদোক কয়াসু করম্না থোক্লোই হায়রিগে ? মহাক্না মহেন্দ্রবু লনাইগী ওইবা মুংশিবগী ব্রা নত্রবসু মাগা ব্রারী-ব্রাতাই শারগা কান্নবা ফংখিগনি হায়বা ব্রাখল অমা মশাদা কন্না ফাওই। অঞ্জলিগা প্রিয়াগসি পোৎ শীজ্ঞবা মতমদা তুকান্দা মখল মথা কয়াগী ব্রারী-ব্রাতাই শাতুনা মতম লেপ্লি। অঞ্জলিমা মাগী হৌখিবা পুন্সীগী অমদি মশাগী ওইরিবা ফীবমগী মরমদা মতম কনা কুইরবা অসিগী মনুংদা ব্রারী অমুক ফাওবা শারকখিদে, অদুবু মোংমদি কালেনগী তুংশা শাবা মুনিৎ অমদা মখোয় অনী ব্রারী শাবদা মহাক্না খঙহৌদনা মশাগী হৌখিবা পুন্সীগী, মাঙলুরবা লমচৎ অমদি নেশা চাতুনা লেনখিবা মতমতুগী মরমদা প্রিয়াদা হায়দোরক্লে ; ব্রারী অতু শাবদা মহাক মগীন্তা পিরাং চেল্লি, থম্মোয় য়াম্না শোক্লা উই। অদুদগী মহাক্না মতৌ করম্না অদুগুম্বা ফত্রবা কীবম অদুদগী মীকপ থোরকপগে হায়না ব্রারী লীরকপদা মহেন্দ্রগী মরমদা তম্লকই, অদুগা মামা মঙোন্দা হায়রকখিবা ব্রাহৈ খরতুগী মমলতু পল্লকই। অঞ্জলিনা হায়রকই, "প্রিয়া, ঐ তশেংনমক কখোল্লবী লাইনীংবী অমমক্তি নত্তে, অদুবু ঈশ্বরবু নীংশিংবা মীকূপ অদুদা পুন্সীদা কয়া য়াম্না নুংঙাইখিবা, কয়া য়াম্না অৱাবা ব্রাখল কাউখিবা, পুন্সীদা অফবা ব্রাখলগী মঙাল অমা লাকখিবা, কয়া য়াম্না অফবা তৌনীংলকখিবা হায়বতু হায়রুবগী কান্নবা লৈতে। ব্রাখল অতু

মহাক্না পোকহনখিবনি।"

রাহৈশিংচু হায়রগা অঞ্জলি মমায় মক্না তুমিন্না লৈ। প্রিয়াচু ওক্না থোকই, অঞ্জলিনা নোংমা ফাওবা অসিগুম্বা নুংঙাইতবা অমু-তাপকী শক্তম উৎখিত্রি। মহাক ওসিতা খঙই অঞ্জলিগী থম্মোয় অদু অচুক য়াম্না থোংলম্মী হায়বচু।

মহেন্দ্রগী মরমদা রারী শারকপা অদুদা প্রিয়াম্মু নহাকপু খঙই, মহাক অচম্বা মীনি হায়রকই।

"নহাকস্মু মহাকপু খঙব্রা?" অঞ্জলিনা হায়রকই।

"উম, খঙই, ইচেম্মা।"

প্রিয়ানা মাগা অহানবা উন্নখিবা, মমানা মখোয় অনী খঙনহন-খিবা থৌদোক অদুগী মরমদা রারী শারকই।

অঞ্জলিচু মাগী রারী শাবা অদুদা নুংঙাইবগুম তৌনা মায়থোঙ মকা অমুক লাম্নকই, হায়রকই, "নহাক অঙকপা মী অমা নত্রদো?"

"করম্নেো, ইচেম্মা?"

"শেল তানবা, য়ুম কৈ পানবা, মশাগী ওইজবা থিবগী রাখল অমতা খন্দনা ময়ামগা মান্নদবা মওঙদা মরনাইগী ওইবা রাখল অমদা তাউদুনা লৈবা অসিবু অঙকপা নত্রা?"

মহাক্নী রাহৈ অদুদা প্রিয়া য়ানীংবা পোকই, অশেংনমক মহেন্দ্র মচুগুম্বা মখলগী মী অমনি।

অঞ্জলিনা ওহাক্তং তুমিন্না লৈরগা অমুক হায়রকই, "মাগী রাহৈ খরতনা ঐবু ভাব তাহল্লকখিবা, ঈশ্বর নীংবগী রাখল পোকহন-খিবা অদু ঐ কাউবা ওমদে। মতম অদুদতা ঐ অচুম্বা, অশেংবা,

মুংশিবগী মগুণ খওলকখি, মুংঙাইবগী মঙাল অমা ঐঙোন্দা লাকখি। মপালগী পুন্সীগী অমোংপা মওঙ, চৎনবী অমনা খূতুম চল্লম্বদু কোকখি। ঐ হৌজিক্তি খওলে, মসিগী কান্নবা লৈ, পুন্সী অসিদা মুমিং চূপ্পা থবক চিনবা, পোত্থাফম খওদবা, অচুম-অরান খওদবা, চনীং তাদবা, পোৎকী মুংঙাইবা খিবা মগুঙ অমদা লেনবদু করিস্থু কান্নরমদে, মদু হকচাং মাঙনবনি।"

মতমদু মুংশা কনবা মতম ওইবনা তুকান্দা পোৎ লৈবা মী ইচগু চঙলক্তে। অবংবা মুংশাগী মঙান্না য়ৈরবা সড়ক্তা মীদি লক্তনা চৎলি। ঙহাক্কী মতুংদা অঙ্গলিদু মখূৎ খদাঙদা শৌরদুনা করিগুম্বা ম্রাখল অমদা লূপ্তুনা সড়াক্লোমদা য়েংদুনা তূমিন্না লৈখ্রে। মহাক মাগী পুন্সীগী চৈনা কয়াবু নীংশিংলকই। মহাক্না খল্লকই, "হিংবগী অর্থবু করিনো? লূ-তোংনা শাবা হকচাং—মুমিৎ চূপ্পা অরা-অনাগী চৈনাখোল খাওদুনা লৈরিবা, পুন্সীগী মৈশাবু অয়াম্বা মতমদা কাউথোকপা ঙম্নগা মুংঙাইবনি খন্নরিবা। অঙকপনি সংসার! মদুবু কাউবা ঙমদবা মীগী মফমদদি করি ওইগনি?"

মহাক্না তূমিন্না লৈখ্রবদা প্রিয়াদি হৌগত্তুনা ফি অমা পায়রগা তুকানগী পোৎ-চৈ কল্থোকপা হৌরকই।

অম্মুন্না মখোয় অনী মখল মথা কয়াগী রারী শাদুনা মতম লেল্লি। নোংমদি অঙ্গলিনা প্রিয়াদা হায়রকই, "প্রিয়া, নহাক ঐগী ইনাক্তা লৈরসিদনা, হঙ্গৎ-হন্দা অম্মুক শাংনা মুমিৎ খূদিংগী চৎকদবগী শন্নকপুদি, ঐগী মুমদু চীকখ্রবজাতনি। ঐগীদা লৈরবদি মুংঙাইনি।"

প্রিয়া ঙহাক্তং রাখল খল্লগা হায়রকই, "ইচেম্মা, য়াম্নদি লৈনীংই

অত্থবু ইমা মথন্তা য়ুমদা লৈবসিদা খনবগী রানি। মতম থরা এৈনা ইন্ফালদা অমুক লৈরুবদা মহাক য়াম্না নুংঙাইখিদে।”

“নখোয়গী অবোকখোয়দি মাগা লৈমিন্নদ্রা ?”

“লৈমিন্নদে, মখোয়দি মনীংগী য়ুমদা লৈ।”

“অত্থবু ইচে থাবল্লৈদা অমুক্তংদি হংলকউ।”

হুমিং অত্থ হুকান্দগী ময়ুমদা হনবদা প্রিয়া অঞ্জলিনা মাবু মাগী মনাক্তা লৈনবা হায়রকপা রা অত্থগী মরমদা খন্দুনা লাকই; অঞ্জলিগী মনাক্তা লৈরবদি চংথোক-চংশিনগী খূদোং চাদবা কোক্কনি, অত্থবু অমুকন্থ মহাক খন্থদবা ঙমদে, অঞ্জলি অসি মাগী হৌখিবা পুন্সীগী মরমদা খল্লুরবদি নয়াই কল্লবী নূপী অমনি। মাগী মনাক্তা লৈরগা করি থোক্লবা য়াবগে ? মহাক রাখল য়াম্না খন্থরকই।

ময়ুম য়ৌরগা প্রিয়ানা মমাদা অঞ্জলিনা মাগীদা লৈনবা হায়রকপা রাত্থ তম্লকই। থাবল্লৈনা রাখল খল্লগা হায়রকই, “মত্থ খুদোং চারোইদা, ইবেম্মা, মীগী ময়ুমদা লৈববু নুংঙাইগদ্রা ?”

“অত্থবু, ইমা, চংথোক-চংশিনগী খুদোং চাদবা অত্থ উবত্থদা ইচেম্মনা হায়রিবনি। মানা হায়বদা হেক য়াদবত্থ নুংঙাইগদ্রা খঙদেনে।”

“অত্থবু খল্লু, নহাক্না করিগুম্বা নুংঙাইগদবা লৈরবদি ?” থাবল্লৈনা রাখল অমুক খন্থরগা হায়রকই। মহাক খঙই অঞ্জলিনা মচানূপীবু লুনা ভৌবী, মহাক্না মাবু মাগী হুকান্দা পুশিনবীত্থনা শেল থোকহল্লে, ইমুংগী অরাবা ফীবমদগী ফনা য়াম্না কোকহল্লে, মতুংদস্থ অঞ্জলিনা মচানূপীগী ফনবা কয়া ভৌবীরকপা য়াই।

খুদোং চাবা মতুং ইন্না অফবা মুমিং অমদা প্রিয়ানা অঞ্জলিগী মমাঙ্গা লৈখিবগী য়াকম অদু খাবল্লেনা য়ারে। অদুবু মনি মচা-মুপীদা চেকশিন্নবা হায় অঞ্জলি হায়বী অসি অচম্বী অমদি মত্তে, ময়াই কল্লবী নুপী অমমি, মশক-মতৌ ফজরবী, ইনাক খুল্লবী, তৌবা ওম্বী অমনি, মাগা লৈমিন্নবদা য়াম্না শিংনা লৈগদবনি হায়না। মহাক্কা মচানুপীবু করিগুম্বা মওঙ অমদা শেমদোকখিগদ্রা হায়বগী মুংশাখীবস্থ পোক্তবা ওমদে। অদুবু প্রিয়ানদি অতুগুম্বগী মরমদদি অদুক হাক্না লুনা লৌদে।

নোংঙাল্লগা প্রিয়ামা চুকান চৎপদা অঞ্জলিদা মমানা মাবু মাগী মনাক্তা লৈবগী য়াকম অদু য়ারে হায়না তম্নকই। মদু তাবদা অঞ্জলি হরাউরে। মহাক খওই প্রিয়া অসি হায়বা ইনবী নুপী-মচামি, মাগা লৈমিন্নবা শোয়দনা মুংঙাইগনি। ময়ুমদা মহাক্না করিগুম্বা নাব-য়েকপা মতমদা মনেখোয়নদি সেবা তৌই হায়ববু মদু মানা পেন্দে, মখোয়না মাবু লুনা তৌবসি মাগী শেল-থুমগী মায়কৈদগী অয়াম্বা য়েংহনা তৌই। প্রিয়াগুম্বী হায়বা ইমবী নুপী-মচা অমগী সেবা য়াম্না দরকার ওই। মহাক্না মী ফনা য়াম্না থেংনরকপগী মনুংদা মাগুম্না মুংশিবা কনাস্থ য়াওদ্রি।

মথং চয়োলগী অফবা মুমিং অমদা প্রিয়া (মখোয় অনী হায়নবা মতুং ইন্না) ময়ুমদগী স্যুটকেস অমদা মাগী পোৎ-চৈ, মফি-মরোল হাপ্তুনা চুকান্দা পুরক্লে। সন্ধ্যাদা চুকান থোঙ লোল্লগা মখোয় অনী কার তোংহনা অঞ্জলিগী ময়ুমদা লাক্লে।

অঞ্জলিনা মাবু মাগী ময়ুমগী কাশিং, চাকশঙনচিংবা পুন্নমক

চঙত্নুনা য়েংহল্লি। হাইফেং চাউরবা মথক মখা চেল্লা শাবা য়ুম অত্নুগী কা খুদিংমক লৈতেং ফজনা ত্তৌই, লৈমাম্নদা ফজরবা মচু মচুগী মোজাইক টাইলশিং থাই, মমল তাঙলবা মতমগী ওইরা পোৎশিং—কলর তেলিভিজন, রেফ্রিজরেটর, ষ্টিলগী অলমারী, এয়র কুলর, সোফা সেট অসিনচিংবা পূম্নমক শুনা লৈ। অকোনবদা অঞ্জলিনা মাবু দলান মথক্কী পীকতক তৌবা ফজরবা কা অমদা পুশিন্দুনা মত্নু মাগী লৈনবা কানি হায়না তাক্লকই। মত্নুদা তরু তরুবা অঙৌবা সেমিকাগী কাংথোল অমা থাই, মনাক্তা ড্রেশিং টেবল মচা অমা থিল্লি, ইলেক্ট্রিক্কী মঙান্দা কা অত্নুদা থেংলিবা লাইশিং অত্নু য়েংবদা ফজবা লৈতেং অমা ওই। ( অঞ্জলিনা কা অত্নু মহাক্না ওসি লাকনি হায়নবত্নুদা হান্না থোরাঙ তৌত্নুনা শেম্নবনি। ) প্রিয়াদি কা অত্নু উবদা থক্কংলি, মহাক মত্নুদা লৈবদা মতীক চাবী অমা নত্তে হায়না খল্লি। অঞ্জলিনা লুনা তৌবীবদগী মত্নু ফংলুবতনি।

অঞ্জলিগী মনে মুংশিতোম্বীনা থোঙদা হাইফেং চেপথত্নুনা প্রিয়াবু য়েংলত্নুনা হায়রকই, "ইবেম্মসিরা 'সিদা লৈহনগনি হায়বদো ?"

"উম." অঞ্জলিনা খুম্মী।

মরেপ রাংবী, অঞ্জলিগী মনে অত্নুনা খরা রারৌবা মান্না হায়রকই, "ফরে, ফরে।" মহাক্না অঞ্জলিগী থবক-ইথাং নোম্নম্বগীদমক ফংলম্বা খুদোং চাবা—মচাশিংগী পৈশা-মুংশা লৌবা, ফিরোল থোলহনবা অসিনচিংবা পূম্নমক অসি মাঙখ্রগনি খল্লুবদা মহাক মুংঙাইতনা উই। মহাক কা অত্নুদা ফাওবা চঙলমদনা থোঙ মচীদগী হনখ্রে।

অঞ্জলি মাগী পূন্সীংগী ফীবম অদু খঙই, অদুবু মহাক করি-মতদি হায়রক্রে। মহাক্না খলহৌই, "ওন্থোকপনি মীওইবগী ব্রাখল হায়বসি !"

মুমিত্তুগী মুংদাংদু অঞ্জলিগী মনে মুংশিতোম্বী চাক থোংবা চঙলক্রে। মুমিং খূদিংগীদি মানা অঞ্জলিগী চাক থোংবা, য়ুমগী থবক-ইঙ্খাং নোম্বা অসিনচিংবা খূদিংমক তৌবনি। অঞ্জলি খঙই প্রিয়া লাক্লবদুদা মহাক্না মখোয়দু তৌবা তোকখ্রবনি। মুমিং খরনিগী মমাংদা মানা মনেদা প্রিয়াবু য়ুমদুদা থম্বগী ব্রারী শারুবদা মনেনা য়ানীঃদবা ফোঙদোক্লুনা হায়খি, "মীগী মচান্‌পী লৈশাবী অমবু য়ুমদা থম্বা হায়বসি ফত্রা ? মাগী অফ-ফত্তগী দায়িত্ব খূদিংমক নহাক পুবা ঙমগদ্রা ?" অঞ্জলি মাগী ব্রাহৈশিংদু নীংশিংলি।

অঞ্জলিস্থ মানা নীংলকপা থবক অমদা মীনা য়েৎপসি য়াগন্দবা মীনি। মাগী অপাম্বদা মনেনা খূৎ থিংজিন্দুনা হক লৈনা ঙাঙ-লকপদু মহাক পামদে। মহাক খঙই মনেনা প্রিয়াবু থম্বগী মরমদা নাকল অমরোমদা পুথোক্লুনা লুনা ঙাঙলবস্থ মনুংদদি মদু চুম্নগী খনবনবা মখল অমনি।

মুংদাং অদু প্রিয়া মখোয় অনী চাকশঙদা চঙদুনা চাক থোং-মিন্নরে। অঞ্জলিনা মঙোন্দা গ্যাস ষ্টোভ থাগৎপগী মওঙদু তম্বী, অদুগা চাকশঙদা লৈরিবা থোংবদা চংগদবা পোৎ-চৈ খূদিংমক্কী লৈফম তাক্লকই।

চাক চাবা তোক্লগা মখোয় অনী দলানগী মাঙ্গোন্দা ফম্মিন্ন-দুনা থোরকপদা ঙায়রিবা ফজরবা থাবলগী অরূবা মঙান্দা কুইনা

হ্মারী শান্থনা লৈ। অসুম্না প্রিয়া হুমিত্তুদগী অঞ্জলিগী মনাক্তা লৈছনা হুংঙাইবা অনৌবা পুন্সী অমা লেমবা হৌরে।

১৩

মীওইবদা কনাস্থ খঙদ-উদ্রবা মতমদা উৎলকপা শাগী ওইবা লীচৎ কয়া লৈ, মীনা খঙদে উদে হায়তুনা মতু মপূং ফানা ফুদোক্তুনা কনাগুম্বনা অরানবা কয়া তৌই, অতুগা মীগী মমাঙদনা অফবা শাতুনা লৈ। অসিগুম্বা লীচৎ অসি মহেন্দ্রনা তূক্কচৈ। অরানবা লীচৎ অতুমক অরোনবদা মথস্তা থাদোকপা ওম্বা অতুনি মানা পাম্লিবা। মোৎলবা সমাজগী মরক্তা য়াওন্নরবা, ফত্তবা সঙ্গ তৌরবা, মশাদা ধর্ম্মগী ব্রাখল করিমতা চেল্লবা, অফবা লাইরিক পাদ্রবা মীশিংগা মহাক নকশিন্নবা পামদে। মরম অতুনা মহাক সমাজদগী নাইতোম তানা লেল্লি।

অঞ্জলিদি মাগী ব্রাখল মওঙ অসি খঙই। মরম অতুননি মাগী পূক্লীংতু মহেন্দ্রগী মফমদা মফম খঙদনা চিংশিল্লিবা অসি। অসিগুম্বা মখলগী মরী অসি কনানস্থ পাক হেক মশক তাকপা ঙম্মোই, সাধুগুম্বা মীশক অমদা লনাইগী ওইবা নত্তবা ব্রাখল করিস্থ খল্লুদনা চুম্না ব্যবহার তৌনীংবা, মগুণগীদমক শুঙ্কাংপা পোকপা, পূক্লীং চিংশিনবা মতৌ অতুনি।

মরক মরক্তা অঞ্জলিনা প্রিয়াদা মহেন্দ্রগী মরমদা ব্রারী হেক হেক শাই। প্রিয়াস্থ পূক্লীংগী অরোনবা ব্রাফমদি হায়দোক্তুনা মাগী

ৱাহু ভাহুনা লৈ। নোংমদি অঞ্জলিনা হুকান ফম্না ফম্না প্রিয়াদা হায়রকই, "ইবানি নোংমতা মহেন্দ্রখোয়গী ময়ুমদা চৎমিন্নকসিদনা ?"

"করি থবক্কীনো, ইচেম্মা ?" প্রিয়ানা হংলকই। অঞ্জলিনা নুপা অমগী ময়ুমদা চৎপগী ৱাফম অহুদা করিস্সু থোইনা খনবা মান্দনা হায়রক্লবস্সু প্রিয়াদি মহু খরা হঙ্গোইনা খল্লি।

"থোইদোকপা মরম করিস্সু লৈতে, মাগা চুম্না উন্নহুনা ৱারী খরা অস্সুম শানীংবগী ৱানি," অঞ্জলিনা ইকোম কোম্না হায়রকই। অহুদগী মোমোন নোক্লহুনা মানা অমুক শমথরকই, "নহাকপু চৎপা ইকাইব্রনে ?"

প্রিয়া খুম্ফম খঙদনা ঙহাক চঙক্লনা তুমিন্না লৈ।

মাগী মায়থোঙগী মতৌহু উরগা অঞ্জলিনা মাগী পূক্নীংগী ফীবমহু খঙবগুম তৌনা অহুম মোমোন নোক্লহুনা হায়রকই, "ফৈ, নহাক চৎপা ইকাইববস্সু ঐ নোংমা মাগী মনাক্তা চৎলুগে, নহাক হুকান শঙলম্মু।"

মহুগী মতুং মুমিৎ খরনি লৈবগা নোংমা অম্নুক মুংশা খরা হাইগৎলকপা মতমদা অঞ্জলি মাগী মারুপ্তি কার অহু তোংহুনা মহেন্দ্রগী ময়ুমদা মাগা উন্নবা চৎখ্রে। প্রিয়া মথন্তা হুকান্দা লৈহৌরে।

অঞ্জলিনা মহেন্দ্রগী ময়ুম য়ৌবা মতমদা মহাক মমান্নবা অনীথক থিন্দোকপা কোম্থোঙদা থোরকই। অঞ্জলিনা অতিয়া মচুগী শাড়ি অমা শেৎলগা কেনা মাগী মারুতি কার অহুদগী কুমথরকপহু উরবদা মহেন্দ্রহু ঙক্না থোকখ্রে।

মমান্নবা অনী অদু চৎখ্রবা মতুংদা মহাক্না অঞ্জলিদা ওন্সিন্দুনা ব্যবহার তৌমা হায়রকই, "কদোমদা লেঙবীরুরিবনো ?"

অঞ্জলিনা কারগী থোঙ থিংজিন্দুনা শো পায়রগা হায়রকই, "অদোম উন্নবা লাকপনি।"

মহৌশা অঞ্জলিনা 'অদোম' হায়বা ৱাহৈ অসি মহেন্দ্রদা অমুক্তা শীজিন্নখিদে। ঙসিদি মানা ৱাহৈ অদু অহানবা ওইনা শীজিন্নদুনা মহেন্দ্রবু ব্যবহার তৌবা উংলকই। মহেন্দ্র খূদক অদুদদি মহাক্না লাকপগী মরম থোইদোকপা হংলক্তনা মখোয় অনী মাগী ময়ুম তম্না চঙলকই।

মহেন্দ্রনা অঞ্জলিগী ফম্নবা মাঙ্গোন্দা মোরা অমা থারকই।

"কমদোরি খরা থুংঙাইবীরিব্রা ?" অঞ্জলিনা হায়রকই।

"থুংঙাইজরি।"

অঞ্জলি জ্ঞান তানা মোরা অদুদা ফম্নগা মমায়দা পকপা হুমাং মরীক অদু অথ্প্পা লৈরোং হৎপা রুমাল অমনা তপ্পা তপ্পা নপথোক্লকই। হুমাং মরীক্না লংখৎলবসু মাগী মমায় অদু অঙকপা ফংনা ফজরি, কলাকার অমনা ঙমজবা পাম্বৈনা মচু মমেন তৈদুনা য়েক্লবা ফাওবদা মাগী শক্তমগী ফজবদু য়ৌবা ঙমগনি থাজদে। মাগী কুচু অদু মহৌশাদগী খরা তাইরে, অদুবু ঙৌরবা কুচু অদু অতিয়া মচুগী ফিজোল অদুগা পূল্লগা ফজরবা মওাল অমা থাক্লো-রকই। হেন্দবেগকী মরী পায়রিবা মওঙ তারবা শাংলপ তৌবা খূৎশা, মচু শঙলবা খূজিল, খূদাং অমদি ঙকশনগী ফজবদু হায়-নীংঙাই লৈতে। মহেন্দ্র মপূক্নীংদা থক্কৎপা পোকই। মহাক্না

অঞ্জলিবু মহৌশাগুম্না অতুম কিনা খল্লি, পৈশা পায়রবী, তৌবা ওস্বী, মশক-মতৌ ফজরবী অঞ্জলিগী শুক্কৎপা ওস্বা ময়াই অতু মহাক ফজনা খঙই।

"করি থবক্কী লেঙবীরকপনো? করি ব্রা হায়বীগদবা লৈবগে?" মহেন্দ্রনা হংলকই।

"করিস্থ হায়নীংঙাই লৈতে, চুম্না অস্তুম চংথোকচরকপনি।"

মহেন্দ্র মপূক্নীংদা খরা ওকপা পোক্লকই, মতম ফনা কুইরবগী মমাঙদদি নোংমা অঞ্জলিনা মহাকপু তুকান্দা য়াওনবা হায়বা লাকখি, অতুবু ওসিদি করিস্থ মরম লৈতনা মহাক্না মাগী মনাক্তা লাকপা অতুদা। অস্তুম্না লাকপতুদা কনাগুম্বনা উখিবা থোক্লবদি মাবু করি ওইনা খনখিগদগে? অতুবু অতুগুম্বা ব্রাফম অতুদি মহাক্না মঙোন্দা করয়স্থ ফোংনা হায়গনি? মহাক ব্রা ঙাঙফম খঙদনা ওহাক তূমিন্না লৈরে।

অঞ্জলিনা মঙোন্দা মাগী তুকান অমা হাংবগী ব্রারী শারকই অতুগা হায়রকই, "তুকান্দা য়াওবা নত্রবস্থ মরক মরক্তা চংথোক-পীরকউ। ব্রারী-ব্রাত্তাই ওহাক অস্তুম শাবা য়াই।"

মহেন্দ্র খরা ওক্লা লৈ। করিগীদমক্তা অঞ্জলিনা মাগা অস্তুক নকশিন্নবা পাস্বা মওঙদা ঙাঙলিবনো? মহাক মপূক্নীংদা তত্তনা নীংশিংই অঞ্জলিগী থোকখিবা থৌদোক খূদিংমক। মহাক্না চমন্নবা মওঙদা অঞ্জলিগী মায়থোঙদা য়েংলকই, অতুবু মাগী মায়-থোঙতুদি য়াম্না চেকশিনবা, পূক্নীং চঙবা, চীংলেস্বা মতৌ অমগী মমি তাই।

অঞ্জলিনা অমুক মখা তারকই, "অদোম্নদি খঙবীরমদবা য়াই, অদোম্না হায়রকপা ব্লাহৈ খরদগী ঐহাক পুন্সীগী অমম্বা লম্বেল অমদগী খোঙ থাংদোরকপা ঙমখি।"

মহেন্দ্র মঙোন্দা খরা চঙক্লনা য়েংহ্নুনা লৈ। মহাক অঞ্জলিনা হায়রিবা ব্লা অত্নু ভাব তাবা ঙমদনা হায়রকই, "ঐদি অদোমদা করি হায়খিবনো নীংশিংবা ঙমজদ্রে।"

"অদোম্না নোংমা ঐখোয়গী য়ুম্লোম্ননা লৈবা হরিদা হায়রকখি ঈশ্বরনা ঐবু অফবা ব্লাখন্দা অমুক লমজিংবীরকসনু হায়না। ব্লাহৈ অত্নু তাবদা ঐ অহানবদা নোক্লীংলম্মী অত্নুবু কোন্নদি মত্নুগী মমল অত্নু ঐ খঙলকখি, মত্নু শিদহীদাকুম কান্নরকখি, মত্নুনা ঐবু মাঙলবা পুন্সী অমদগী কনবীখি।"

মহেন্দ্রস্মু ভাব তারক্লে, থৌদোক অত্নুনা মাবু ইঙক ঙক্লা থোকহল্লে। পীক্লবা থৌদোক অমখক্তনা মী অমগী পুন্সীদা কয়া য়াম্না হোংহনখ্রবনো! মহাক্লা মপূক্লীং হুংঙাইনা চীংলেম্না মোমোন নোক্লহুনা হায়রকই, "মত্নুদি য়াম্না ফরবা ব্লানি।"

"হুমিৎ অত্নুদগী ঐ অদোমগী ব্লা খরতবু তানীংহ্নুনা লৈরবনি।"

"অত্নুবু ঐদি কনাস্মু নত্তে, চুম্নগী অচম্বা মী অমনি," মহেন্দ্রনা মহৌশাগুম মাগী মথকথোংবা মী অমদা হায়বগুম হায়রকই।

"মহেন্দ্র," অঞ্জলিনা পূক্লীং চঙনা হায়রকই, "অমবু ওইরবস্মু অমবু ওইরবস্মু, মতম অত্নুদগী ঐনা থাজখ্রে ঈশ্বর নীংবা হায়বসিদা মীওইবগী হুংঙাইবা, শান্তি, হিংবগী মরু ওইবা হৌনলোনচংকী জ্ঞান খূদিংমক তূংহুনা লৈ। কনাগুম্বা মীশিংনা ঈশ্বর লৈ হায়বসি থাজদে,

ঐস্মু থাজরমদে, অতুবু হৌজিক্তি ঐ থাজরে সংসার অসিদা মশক উদবা আত্মাগী লিলা অমদি লৈরি। মতুগী মপু ওইরিবতু ঈশ্বরনি। মহাকপু ঈশ্বর হায়দ্রবস্মু ঐখোয়বু ঙাকশেনবীবা মশক উদবা শক্তি অমনি হায়বস্মু য়াই। অতুবু হায়নীংবা অমা হায়রবস্মু ঐ হৌজিক্তি থাজরে মহাকপু নীংতুনা পূরক্লীংগী পোত্থাবা ফংই হায়বসিদা।"

মহেন্দ্র অঞ্জলিগী ব্রাহৈশিংতু তুমিন্না তাতুনা লৈ, মহাক মপূরক্লীংদা অঙকপা মওঙদা খল্লকই অঞ্জলি অতু মহৌশাগী অঞ্জলি—ঈশো কনবী, রাঙাঙ ঙম্বী, মাবু ফাওবা চৈখিবা মীশক অতুদি নত্রে, নেশা খুদিংমক থাদোক্লবী জ্ঞান তারবী, ঈশ্বব নীংলবী অমনি। মহাক্না ফোংনা হায়রকই, "ঐ অদোমগী ব্রাহৈশিং অসি তাবদা য়াম্না নুংঙাইজখ্রে।"

অঞ্জলিনা মায়থোঙ মকা লাম্না হরাউনা মোমোন নোক্লতুনা হায়রকই, "অওইবা নুংঙাইব্রা? অদোমস্মু ঐঙোন্দা ব্রা খরদি হায়বীয়ু। অসি নত্তবা পুন্সীদা নুংঙাইনা লেনবা য়াবা লম্বী অতৈ করি লৈরিবগে?"

অঞ্জলিনা মঙোন্দগী পাউতাক লৌবা মানবা মওঙদা লাকপা অতুদা মহেন্দ্র হেন্না চমম্নবা পোক্লকই; মহাক্না লূকথতুনা হায়রকই, "ঐনা হায়জখিবতুনি ঐহাক্তি ইচম চম্বা মীনি, ঐনা করম্না মতু হায়বা ঙমগদগে?" তশেংনমক মহাক্না অঞ্জলিদা করিস্মু হায়ফন থঙদে: মহাক্কী মেন তাদ্রবা লনাইগী পুন্সীদা থেংনরকপা জ্ঞান অতুদগী মহাক্না মীঙোন্দা করিমতা ময়েক শেংনা ব্রাকম অমা ফাওবা হায়বা ঙমদে।

অঞ্জলিদু করি রাখল খনবনো খঙদে ঙহাক অমুক তূমিন্না লৈখ্রে। মহেন্দ্রসু তুমিন্না লৈখ্রে। অসুম্না ঙহাক তূমিন্না লৈনরবা মতুংদা মহেন্দ্রনা অতোপ্পা রারী অমা তৌদোক্লহুনা হায়রকই, "দুকানদি মহৌশাগী অতুগুম্না চাউনা তৌবীব্রা ?"

"চাউনা কমদেদা, অসুম পোথাবা মতম লেন্নবা ওইনা কমথনি। হৌজিক্তি হকচাংনা হেন্না মরু ওইনা খল্লে। ইচে থাবল্লেগী মচানুপী অমসু য়াওই, মহাক্না ঐগী মতেং য়াম্না পাংই। মহাক পূকচেল শেংবা য়াম্না নুংশিধা অঙাংনি।"

"প্রিয়া নত্রা ?"

"উম।"

"মহাক্তু অকবা মীনি," মহেন্দ্রনা প্রিয়াবু চম্না থাগৎলদুনা হায়রকই।

"মানসু অদোম্বু খঙই।"

"উম।"

অঞ্জলিনা মহেন্দ্রগা চম্না রারী খরা শারগা, মাবু মরক মরক্তা মাগী দুকান্দা চখোরক্লবা হায়রম্লগা হনখ্রে। মহাক্না মহেন্দ্রগী মফমদগী করিগুম্বা কান্নবা রা অমা ফাওবা তাবা ফংখিদে, অদুবু মহাক মাগা রারী শাবগী নুংঙাইবা অমদি ফংই।

মহাক চৎখ্রবা মতুংদা মহেন্দ্র মপূক্রীংদা লাওতক্লনা রাখল খন্দুনা লৈহৌই, অঞ্জলিনা অতুম্না লাকপা অদু মফম খঙদনা নুংশাথীবা পোকই। মহাক অঞ্জলিগী হোংলক্লিবা লীচৎ, রাঙাও-শঙাও পুন্সী মরেল অদুগীদমক্তা মপূক্রীংদা থাগৎনীংই ; অদুবু হৌখিবা

থৌদোকশিংগীদমক্তা খল্লুরগদি মাবু অকিবা পোকই, অদুগা অমুকস্তু মহাকসি শক্তমদা শুন্দ্মংনীংঙাই ওইরবী অমনি। মহাক কয়া য়াম্না মাগা চন্না লোয়নবা ঙমগনি? মদু খল্লুবদা মহাক হেন্না হেন্না নুংশাথীবা পোক্লকই। অদুদগী মহাক্না অঞ্জলিগী তুকান্দা য়াওরিবী প্রিয়াগী মরমদা অমুক খল্লকই, "মহাক্তু অঞ্জলিগা তিন্নরগা করি ওইরক্কনি?"

নুমিৎ খরনি হৌখ্রে। অঞ্জলিনা মাগী তুকান্দা মরক মরক্তা লাক্লবা হায়রম্লবস্তু মহেন্দ্র মাগী মনাক্তা নোংমতা চৎলুদে।

নোংমদি মহেন্দ্র বাজারগী লম্বী অমদা প্রিয়াগা থেংনরুরে। প্রিয়াদু চন্না শেং-চাববস্তু মাগী শক্তম অমদি ফীবম-মূর্ত্তিগী ফজবনা মাগী পূরক্লীংবু খঙহৌদনা চিংশিল্লি। ফজরবস্তু অঞ্জলিগী মায়-থোঙদি খরা তথক তথকই, মাগী মায়থোঙনা য়াম্না ঈংই।

মহেন্দ্রবু উবদা প্রিয়া ইকাইনা উই। মখোয় অনী উন্নখিদবা চহী অনীরোম শুরে।

মহেন্দ্রনা মনাক্তা লেপ্লুনা লৈরিবী প্রিয়াদা হংলকই, "কমদৌরি, প্রিয়া, ইতৈমা থাবল্লেনা কমদৌরি? না-য়েক্তেদনা?"

"নুংঙাইজরি, থোইদোকপা না-য়েক্তে," প্রিয়ানা মানা তুপ্লিবা অঙাঙবা ছাটিন অমগী মরুমদা মমায়দু খজিক্তং লূকথরগা থুম্লকই।

"হৌজিক অঞ্জলিগী তুকান্দা য়াওরে হায়, চুম্রা? মহাক্না নোংমা ঐখোয়দা লাকপদা হায়রম্মী।"

"উম, চুম্মী, ঐ হৌজিক মাগী মনাক্তা লৈরে।"

"মহাক্তি কমদৌরি? নোংমা ঐখোয়দা লাকপদদি মহাক

য়াম্না জ্ঞান তানা ঙাওলম্মী," মহেন্দ্রনা অঞ্জলি মশানা মঙোন্দা হায়রম্বা ব্রা খূদিংমক্তু চুম্ব্রা হায়না খঙনীংবগুম তৌনা প্রিয়াদা হংলকই।

"ইচেম্মস্থ মুংঙাইরি, মহাক য়াম্না ফরে। মাগী মতেংনা ঐখোয় হৌজিক কোম্না হিংলিবনি," প্রিয়ানা অঞ্জলিবু থাগৎলহুনা হায়রকই।

মহেন্দ্র অহানবদা প্রিয়াত্থ অঞ্জলিগী থুকান্দা য়াওরে হায়বা তাবত্থদা খজিক্কং মুংশাথীবগুম তৌনা মঙোন্দা মাগা তিন্নবদা খরা চেকশিন্নবা ব্রা হায়গে হায়না হাইফেৎ নীংলুই, অত্থবু থংনবা মীকুপ্তা প্রিয়ানা মাবু থাগতুনা ঙাওলকপা অত্থদা মহাক মত্থগী মরমদা করিমতা হায়রক্রে। মহাক প্রিয়াগী ব্রাহৈত্থদগী থাজরে অঞ্জলিত্থ হৌজিক তশেংনমক জ্ঞান তারবী অমা ওইরম্নগনি।

মখোয় অনী কায়নরে।

ঙসিদি মহেন্দ্র চৎনা চৎনা অঞ্জলিগী মরমদা অঙকপা ব্রাখল অমা খল্লকই। মহাক্না মাবু কয়া থাজরুদবত্থ মাগী দোষ অমনি হায়না নীংলকই। কনাগুম্বা অফবা ব্রাখল খল্লকপা, মশাবু শেং-দোকচরগে খনবা মীশিংদি তশেংনা থাগৎনীংঙাইনি। অত্থবু মহেন্দ্র মসিমদি খল্লি মহাক অঞ্জলিগা লোয়নবদা চেকশিনগদবনি মরমদি মহাক্তু মগুণ লৈবী অমনি, মহাকস্থ মাগী মগুণত্থগী লাংদা থুখিবা য়াই।

নোংমা অঞ্জলিনা মাগী মাঙোন্দা কম্নগা শুক্মাৎনীংঙাই ওইরবা ফিজোল অমদি শক্তমগা লোয়ননা ঙাওলম্বা ব্রাওাঙ-শঙাঙ পূম্নমক অত্থ মহাক্না নীংশিংলকই। কয়া য়াম্না মাবু চম্না মরূপকুম্না লোয়নবা

ঙমগদগে ? নূপা-নূপী লোয়নবদা মরূপকুম্না লোয়নবনি হায়রবস্মু, মচন-মবুংগুম্না লোয়নবনি হায়রবস্ম নত্রগা হেন্না চন্বা মওঙ অমদা হায়রবস্ম অনীতুগী মরক্তা অমনা অমবু শুস্নাংনবগী অওকপা প্রক্কৃতিগী থৌইনশিন অমা য়াওরি। মতুবুনি মহেন্দ্রনা কিরিবত্তু।

অঞ্জলিগী রাখল মওঙতু অকবনি হায়বা খঙলবদা মহাক্না মাবু মমল য়ান্না থনবা হৌরকই। অস্নুন্না মাগী মরমদা রাখল থন্না থন্না লাকপনা মহেন্দ্র ময়ুম য়ৌখিবা খঙহৌদ্রে।

# ১৪

মহেন্দ্রনা অঞ্জলিগী মনাক্তা অমুক্তা চৎলুদে। নোংমদি ইথা থাজদনা মহাক মঙোন্দগী চিঠি অমা ফংলে। মরোলদি মখাগী অসিনি ঃ

"মহেন্দ্র, ঐগী ইনাক্তা নোংমতা লাক্লিবা করিগীনো? ঐ অদোমগা ৱারী শানীংবা খরা লৈ। অতুবু পূন্নমক্তু ঙসিদি ঐনা চিঠিগী থোঙদা ওইনা খঙহনখ্রবনি।

"ঐনা অদোমগী চম্না লেনবা পুন্সী অতু থাগৎনীংই. চম্না অপাম্বা কয়া থাদোক্তুনা লেনবা পুন্সীদগী হেন্না নুংঙাইবা অতৈ অমা লৈতে। অতুবু চম্না লেম্লবসু ইতোমতা পুন্সী লেনবা অসিদি করম্না নুংঙাইবনি হায়গনি? অদোম করিগীদমক্তা হৌজিক ফাওবা লুহোংবগী ৱাখল খল্লিবনো? মতাং অসিদা ঐনা ৱাফম অমতং হৌদোক্লীংই। ঐগী ইনাক্তা লৈবী প্রিয়া অসি ওন্থোক্লা নুংশিখ্রবী নূপীমচা অমনি। মহাক্না অদোম্বু নীংজরকপা কুইরে। মসি ঐখোয় অনী নোংমা ৱারী শাবদগী খঙবনি। করিগুম্বা অদোম্না য়ানীংদবা লৈত্রবদি মহাক্কী নীংজবা ৱাখল অসি থুংহল্লু। ঐ তশেংনা হায়বা ঙম্মী মহাক নূপী অয়াম্বগা খেন্নরবী নূপীমচা অননি—য়াম্না চম্বী, মীগীদমক থংখোকপা ঙম্বী, সেবা কবী, হায়বা ইনবী অমনি।

হৌজিক্কী মতমদা মাগুম্বী নূপীমচাসি অতাঙবনি।

"মাগী লুহোংবগী থৌরাঙ খূদিংমক ঐনা করিমতা রাত্তুনা তৌগনি। ঐনা হায়নীংবা অমতংদি অদোম্না করিগুম্বা রাফম অসিদা য়াতুনা লুহোংবা থোক্লবদি মহাকপু ঐগী তুকান্দা অতুম য়াওহনবীয়ু, মহাক ঐঙোন্দগী লাপথোকপদি পামদে, মরমদি ঐগী কনাস্থু লৈতে, মাগী মতেং খরদংদি দরকার ওই।

"ঐনা হায়রিবা রাফম অসি মুন্না অমুক্তং খনবীয়ু অতুগা ঐগা অমুক উন্নসি।

"অদোমগী,

"অঞ্জলি।"

চিঠি অসি পারগা মহেন্দ্র অঙকপা পোক্লকই, মায়থোঙদা অরাবগুম্বগী মনি অমা তারকই। মহাক প্রিয়াগী থম্মোয়নুংগী ওইবা রাখলশিং অতুগী মরমদা অরেপ্পা অমা খঙখিদে, নোংমা মঙোন্দগী চিঠি অমা ফংখ্রবস্থু মানা প্রিয়াগী থম্মোয়নুংগী ওইবা নুংশিবগী রাফমদি তাবা ফংখিদ্রি। রাফম অতু হৌদোরকপদা মাগী থম্মোয় অতু ইনৌ নৌথোরকই। চম্লবী, নুংশিনীংঙাই ওইরবী নূপীমচা অমনা মাবু থম্মোয়শেংনা নুংশিনা নীংই হায়বতু তাবদা মাগী পূক্লীংদা কয়াদা তমফম খঙদবা নুংঙাইবা রাখল অমা ফাওখ্রবনো! অতুবু মহাক লুহোংবগী রাখলতুদি খল্লুবা ঙমদে। মহাক পুন্সীদা লুহোংলোই হায়না খনখি, পুন্সীগী য়ুম্বানবগী ভার খূদিংমক থাদোকপা পামখি। য়ুম্বানবগী লম্বীদা চঙবগী মহাক্লা

অকিংবা কয়া লৈ।

মহাক নুমিৎ ফনা কুইনা রাখল খল্লুরবা মতুংদা নোংমা নুংথিল অমা অঞ্জলিগী তুকান তান্না চৎলে। অঞ্জলি লৈমচুগী শাড়ি অমা শেৎলহুনা কেনা চীংলেম্না ফমহুনা লৈরম্মী। মাবু উবদা অঞ্জলিনা মোমোন নোক্লহুনা কৌশিল্লকই, মীনোক অহুনা নহানমখৈগা মান্নদবা অর্থ লৈবা মতৌ উৎপগুম তৌই।

মহাক্না মহেন্দ্রবু স্তুল অমা থাহুনা ফমহল্লে।

"অসুক কুইনা চথোরক্লিবা করিগীনো?" অঞ্জলিনা অহুম মোমোন নোক্লহুনা হায়রকই।

মহেন্দ্র পাউখুম পাক পীবক্তে, রাখলগী মনি তাবা মায়থোঙ অমগা লোয়ননা ওহাক তুমিন্না লৈ।

অঞ্জলিনা মাগী চমন্নবা মতৌ অহু ইরায় লায়না উবা ওম্মী। মহাক্না ওহাক মহেন্দ্রগী ফীবম অহু য়েংলগা হৌদোরকই, "ঐনা নহানমুক চিঠিদা ইখিবা রাফম অহুগী মরমদা করি খল্লবগে?"

মহেন্দ্র মপূক্রীংদা খঙাননা লৈ। মাগী চিংনবা মতৌ অহু উবদা অঞ্জলিনা অমুক হায়রকই, "মহাক হৌজিক তুকান্দা লৈতে, ময়ুন্দা মমানা কৌরক্তুনা চৎখি।"

মাগী রাহু থোইনা তাবা মান্দনা মহেন্দ্র রাখল অহুম খন্না হায়রকই, "নহাকপু কনাগুম্বা অতোপ্পা অমদা লুহোংনবা শীনবীদ্রিবা করিগীনো?"

মহেন্দ্রগী পাউখুম অহুদা অঞ্জলি মওোন্দা খরা ওকপগুম তৌনা য়েংলকই।

"মাবু য়ানীংদবা, মুংশিদবগী ৱাদি নত্তে,'' মহেন্দ্রনা অমুক হায়রকই. "মহাক য়াম্না চম্বা, মুংশিবা নুপীমচা অমনি, অদুবু লুহোংবগী ৱাফম অদুমদি ... ... ।"

"কৈদৌরবগে ?"

"অতৈ করিগীসু নত্তে, লুহোংবা হায়বদুমক ঐ পামদে।"

"মহাক নত্রবসু কনাগুম্বী অমতবু লুহোংলরোই অসিরা ?" অঞ্জলিনা মহেন্দ্রদা ঙক্লা অদুম য়েংলদুনা হায়রকই।

মহেন্দ্র ৱাহং অদু হংলকপদা খজিক্কুং হৈনীংদনা নোক্লদুনা হায়রকই, "য়াম্না লনাইগী ওইবা ৱাদু হায়রুদুনা করি কাম্নগদগে ?"

অঞ্জলিনা তকশিল্লক্লবদা মহেন্দ্রনা শকফম হুঞ্জিন্না ৱাখল খল্লগা হায়রকই, "ঐ মসিগুম্বা ৱাফম অসিদি পুন্সীদা কনাদসু হায়-দোকখিদ্রি অদুগা হায়দোক্কেসু নীংদবনি, অসিগুম্বা ৱাখল অসি কনাগুম্বনা খ্বায়দগী পওবা নত্রগা অভাওবা ৱাখলনি হায়গনি।"

"হায়য়ু, হায়য়ু, য়াম্না তানীংই," অঞ্জলিনা খঙনীংনা তকশিল্লকই। মহাক মহেন্দ্রগী মতো অদুদা হেন্না পুক্নীং চঙশিল্লকপগুম তৌরকই।

মহেন্দ্র চেকশিনবা মায়থোঙ অমগা লোয়ননা খজিক্কুং অতপ্পা খোনফমদা হায়রকই, "ঐনা পুন্সীবু মুংঙাইবনি হায়না খন্দে, সংসার অসি অৱাবগী মফম অমনি হায়না লৌই। ঐনা মসিবু মওঙ অমদা থাদোকপা পাম্মী। লুহোংবনা ইশা ইথত্তা নত্তনা নীওই কয়াবুসু সংসারগী অৱা-ঈপাক্তা চুম্থগনি ... ...।" অদুদগী মহাক ঙহাক তূনিন্না লৈ।

অঞ্জলি মঙোন্দা ঙক্লা অদুম য়েংদুনা লৈ।

মহেন্দ্রনা মখা তারকই, "ঐগী ৱাফম অসিদা মীপূম খূদিংমক্না য়ানীংলোই, অদুগা মখোয় কনানসু অদুম্না খনবসু ঐনা পামদে, মসি চুম্না লনাইগী ওইবা অপাম্বা অমনি।"

অঞ্জলি মহেন্দ্রগী ৱাখল মওঙ অদুদা ঙকপগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। মাগী পুন্সীদা কনাগুম্বা মী অমতনা ৱারী শাবদা অম্মুম্না হায়বা মহাক তাখিদ্রি, পুন্সীগী মুংঙাইবদা ময়াই কাবা, চৎনবী ইরাং-ফলাং, শেল-থুম, রাজনীতি অমদি মশাগী ওইজবা থিবদা ঙাওবা, মশানা অশিংবা, অফবা শাবা মীওই ঙাক্তা থেংনখি। ঙসিদি মহেন্দ্র মঙোন্দা হেন্না অঙকপা মী মখল অমা ওইনা থোকখ্রে। মহাক মশামকসু খঙজদে পুন্সীদা অদুক য়াম্না নীংবা কায়বা মীৎয়েংনা য়েংবা মহেন্দ্রগী ৱাহৈ অদুনা করিগীদমক মাবু হায়ফম খঙদনা অঙকপা মওঙ অমদা শুম্বগুম তৌরিবনো।

অঞ্জলি লুহোংবগী ৱাফম অদুগী মরমদা মঙোন্দা মখা তানা অমুক হৌদোরকখিদ্রে।

মাগী চীংলেম্বা মায়থোঙ অদু মহেন্দ্রদা ওন্সিন্দুনা মমীৎনা খজিক্কুং মোমোন নোক্লদুনা হায়রকই, "ফরে, অদুদি অদোম্না অম্মুম্না পুক্নীংদা লেপ্লবনিনা, পুন্সীদা করি তৌদুনা লেনগনি?"

"মদু হায়বা ঙমদে," মহেন্দ্রনা ৱাহং অদুদা খজিক্কুং হৈনদবগুম তৌনা খুম্লকই, "ঐনা হায়খিবদুনি মসি য়াম্না লনাইগী ওইবা ৱাফম অমনি। ঐগী অরেপ্পা পান্দম লৈতে, চাংয়েং মখল অমনি হায়বসু য়াই অদুগা কনানসু ঐগী ইতৌ তম্বা পামদে অমদি ঐনা কনাদসু শোয়দনা অচুম্বনি হায়বা ঙমদে। মী কয়ানা মসি

চাওখৎপগী লম্বী মত্তে, মাঙলবা লম্বী অমনি হায়গনি। অদুবু ঐ মতুগী থোইনা কিক্লদে। থবক তৌরবসু তৌদ্রবসু জ্ঞানগী লম্বী অমা থিবা হায়বসি কান্নবা অমনি। ভারতকী মুনি-ঋষিশিং অসিবু করি থবক তৌরম্বগে? মখোয় অয়াম্বনা মীয়ামগী চংনবী পুন্সী মরেলদগী থাপ্পা লৈখ্রবা ঙাক্তনি, অদুবু মখোয়না তাকপিবা ধর্ম্ম অমদি জ্ঞানগী পাউত্তাকশিং অদুদি ঙসিগী সমাজদা মীওইবনা মমল লৈনা লৌনরি, মতুং ইন্দুনা চৎনরি। অদুদি মখোয়বু করম্না মীরেম্নি হায়গনি? ঐখোয়না মখোয়গী মতৌ তম্বদি হেক্তা ওইথোক্কে, অদুবু মখোয়না তাকপিবা থরদি ঙম্বমথৈ মতুং ইন্দুনা চৎচবা য়াই।"

মহেন্দ্র তূমিন্না অমুক লৈখ্রে; মহাক স্বরমপী হোল্লকই, করিগীদমক অদুম্না ঙাঙলুরিবনো মহাক খঙহৌদে। অঞ্জলিনা মাগী পুন্সীগী পান্দমগী মরমদা হংলকপা অদুদা খঙহৌদনা খোয়শাউনবগুম তৌনা পূম্নমক অদু হায়খ্রিবনি।

মাগী ৱাঙাও অদুনা অঞ্জলিবু ইশুম শুস্কৎপগুম তৌখ্রে, মহাক লাইবিক-লাইস্থ হৈরবী অমনি অদুবু হায়বিবা ৱাখল মওঙ অসিগুম্না নোংমতা খন্থরুবদি লৈখিদে। মহাক মহেন্দ্রদগী ৱা য়াম্না তানীংলি, অদুবু তাঞ্জা অদুদা তুকান্দা মী পোং লৈবা মথং মথং লাক্তুনা অকায়বা ওইরে, মখোয় অনীগী ৱারীতু মতাং অদুৱাইদা লোইশিনখ্রে।

মহেন্দ্র হনখ্রগা তুকান্দা মী লাক্রুবা মতমদা অঞ্জলি মথন্তা ৱাখল খন্দুনা ফমতুনা লৈ। মহেন্দ্রনা হায়খিবা ৱাশিংতু মহাক য়াম্না অচুম্বনি হায়নীংই; অদুবু মহাক্না হায়নীংবা অমতংদি লৈ। নূপা অমনা নূপী অমগী সেবাবু করিগী দরকার ওইরোইদগে?

মতু মহাক্না মহেন্দ্রদা ফোংনা হায়বদি ঙমখিদে। মহেন্দ্রগী রাখল মওঙ অতুদা কাহেন্না নীংবা কায়বা মানবা, পুন্সীদা নুংঙাইবগী মীৎয়েং অমনা য়েংবা ঙমদ্রবা মতৌ অমা য়াওরি, অতুগা অমুকস্থু মহেন্দ্রনা ঙাওলিবা অতুদা মানা উশিনবা ঙমদ্রবা অঙকপা মনুং হুঞ্জিন্না উশিনবা ঙম্বা অচুম্বা খরস্থু য়াওরি—মরম অসিননি মহেন্দ্র অসি মঙোন্দা অঙকপা মী অমা ওইনা থোক্লিবা।

নুংশা শাবা নুংথিলগী মতমনি। অঞ্জলি মাগী তুকান্দা রাখল অমদা উতুনা ফম্লি। ফেন মচা অমা লাপতক্না হুম্লি। মহাক রাখলদা লূপখিতুনা মাগী অকোয়বদা লৈবা পোৎ, সড়ক্তা চৎলিবা মীশিং থোইনা উরুদবগুম তৌই। মহেন্দ্রনা অহোবদা হায়খিবা রাতু হাইফেৎ নীংশিংলগা মহাক্না খল্লকই, "চুম্মী, পুন্সী অসিদবু নুংঙাইনীংঙাই করি লৈবগে?" অতুদগী মহাক্না মাগী পুন্সীগী হৌখিবা থোদোক কয়া নীংশিংলগা অমুক খল্লকই, "পুন্সীদা মীনা নুংঙাইবনি খনবা য়াবা নুংঙাইবা কয়া ফংখ্রে, অতুবু মতুগী ঙমখৈদি লৈতে, অরাবনতুম হেনখি—অসুম্না লেমহৌবিবা পুন্সীদস্থু অতু মওায়— অসুম্না অসুম লোইখিগনি।" ঙসিদি মহাক নহানমখৈগা মান্নদবা রাখল কয়া খল্লুবগা মপুক্নীং নুংশিনা টেবলদা পাকথতুনা কপ্পুনা লৈখ্রে। মহৌশা মাগী হৌখিবা পুন্সীদা নুংঙাইবনি খন্দুনা লম্মাংনরবা মায়াগী লাম্বেল অমদা মপাল নাইদ্রবা পোৎ অমা পিতুনা লৈরুই, হৌজিক্তি মহাক খঙলে পোৎ অতু থিরুদ্রবস্থু মনাক্তা লৈরে; পুন্সীগী অশেংবা মশক খঙলে। মবম অতুননি মহাকপু মনীঙ্তা মপি তাহল্লিবা।

নুমিং খরনি হৌখ্রে, প্রিয়া মবোক নাবগী চৎখিবনি, অতুবু

হৌজিক ফাওবা অঞ্জলিগী মনাক্তা লাক্লে। নোংমা মানা হরি থাহ্নুা ময়ুমদা হংহল্লুবদা মবোক্তু থাদোকপা য়াদত্নুা তৌবনি, নাবা খজিক্তুং ফরক্লবদি থুনা শোয়দনা লাক্লগনি হায়রকই। অতুবু মহাক ইরাক মরাক্রুবদা অঞ্জলি নোংমতং অনাবা হংবা ওইনা মখোয়গী ময়ুমদা চৎনীংলকই।

নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ুক অমনি। মহাক্না মাগী মারুতি কার অতু তোংত্নুা প্রিয়াখোয়গী ময়ুম তন্না চৎনবা থোরক্লে। ইঙা থানি। নহানমথৈ নোং চুত্নুা খোংবান-লুক্লাং অয়াম্বা ঈশিংনা পাথোক্তুনা লৈ, অতুবু নুমিত্তুদি নোং হাংই, অতিয়াহু তরু তরুই, নুংশা য়াক্লা শাই। অঞ্জলি ঈশিংনা ইরং লংনা উরবা লৌবুক-লম্মাঙ, চীংয়া অসিনচিংবতু য়েংনা য়েংনা কারতু থোরকই। কুইরে মহাক অস্মুমা চখোক্তুবা, প্রকৃতিগী অসিগুম্বা অঈংবা, নুংশিবা শক্রমশিং অসি উবা ফংলক্তুবা। খোঙহামপাৎ য়োরমদাইগী চীংগোল, সড়ক ময়াদা চেনবা তুরেল, অতুদগী লোইরোয় লোইরোয় পাক্লা লৈবা তোর্ব্বান্দা হোবা মনা-মশীং পুম্নমক্তু য়েংবদা শুক্কাৎনীংঙাই ওই। মখোয়তু উবদা মাগী থম্মোয়দা নুংঙাইবগী ঈথক অমা হৌরকই।

খোঙহামপাৎ য়োরগা অঞ্জলি মকম অতুরাইগী মী খরদা প্রিয়া-খোয়গী ময়ুম হংলগা কারতু মখোয়গী থোঙ্গান্দা থারে।

মাগী অঙাওবা কার অতু উবদা প্রিয়া শুমাঙদা লৈরম্বদগী কোম্মোঙলোনদা থুনা থোরকই। কাবদগী কুমথরক্লিবী অঞ্জলিগী মনাক্তা লেপ্লত্নুা মহাক্লা হরাউনা হায়রকই, "করিনো, ইচেম্মা,

ঐদি ওম্থোক্না থাজরুদ্রে, কদোমদগীনো ?"

"নহাক উম্ননীংহুনা লাক্লিবনি।"

মখোয় অনী চঙমিন্নরক্লে।

অঞ্জলিনা কেনা শাড়ি শেত্তুনা লাকপা অহুদা অকোয়বদা লৈবা মীশিং অহুনা মঙোন্দা মুন্না মুন্না য়েংলকই। মাগী ফজরবা শক্তম, কুচু-কুমেন, ফীবমগী ফজবা অহু উবদা মখোয় তঙক তঙকই।

প্রিয়াগা মখোয় অনী মাঙ্গোলগী ফাল অশাংবা অমদা কপ্পিন্নরে।

"ইচেম্মনা লেঙলকপা অসিদি করিনা সেবা তৌগনি ?" প্রিয়ানা হরাউবা মচেৎ অমগা লোয়ননা হায়রকই।

"হেরা নহাক্না ওাওবা অমা, করি তৌগদগে ? নহাক্না উম্ননীং-মন্দুনা লাকপনি, নহাক্কী য়ুমস্তু খঙনীংবা।"

থাবল্লৈস্ত মনীংলোমদা লৈরম্বদগী থোরক্তুনা অঞ্জলিগী মনাক্তা লাক্লে। ইনাক খুনবী, মচীক ময়াই লৈখ্রবী অঞ্জলিনা মচাগা নুংশিননা তিন্নহুনা অম্তুন্না কোয়থোরকপা অহুদা নহাকস্তু ইওক ওকখ্রে, মপূক্কীংদা হরাউ নথোই কাবকই। মতম অমদা মহাক্না কিনা, হঙ্গোইনা খনখিবা অঞ্জলি অহু ওসিদি মখোয়গী মরূপ ওইরবে।

থাবল্লৈনা অঞ্জলিকী হরাউনা কৌহুনা ওহাক ৱারী শারম্নগা মাগী চা লোনবা অমুক চঙখ্রে।

"অবোক্তি কয়া কন্না ওনদ্রবগে ? মনাক্তা অমুক্তং চঙলুসিদনা, ঐ মাগা অমুক্তং মশক খঙননীংই," অঞ্জলিনা হায়রকই।

"মতম ওাইহুনা লৈরবজাতনি, ফরকদবা নান্দ্রে।"

মখোয় অনী অনাবা অহনহুনা লৈরিবা মনীংগী য়ুন অহুদা

লাক্লগা মানা হীপ্লিবা কা অতুদা চওলক্লে।

ফমুং ময়াদা মোরা অমখক থারগা প্রিয়ানা অঞ্জলিবু ফমহল্লে।

চেপ্পা হীগুনা লৈরিবী মমীং কুৎশিনখ্রবী, খুইরবী, শরূদা উনশাতনা কুপখ্রবী মবোক অতুদা প্রিয়ানা তপ্পা কৌরতুনা হায়রকই, "অবোক, য়েংউ ইচেম্মা অঞ্জলিনা নহাক্কা নশক খওননীংই হায়তুনা লাক্লিবসি।"

মবোক্কী কুৎশিনখ্রবা মমীং অতুনা মনাক্তা ফম্লিবা অঞ্জলিদা য়েংখৎলকই। মহাক্লা খোঞ্জেল তপ্পা হায়রকই, "নুংশিদা, ইবেম্মা, ইশূনা নহাক্কী মরমদা হেক হেক রারী শাই। নহাক্কী ননাক্তা লৈবদা মহাক কয়াদা নুংঙাইজখ্রবনো! ইশূগী মরাইবক অসি নহাক্লা শেম্বীরবনি ... ...।" খওহৌদনা অহল অতুগী মমীত্তা পিগী ঈরা চেল্লকই, রা ঙাওবদা মরোল ফাইরকই।

নখোয় ওহাক তুমিন্না লৈনখ্রে, অতুদগী ইমুং-মনুংগী অমদি অনাবগী মরমদা রারী শারকই। অহল অতুনা মপুক্লীং নুংশিনা হায়বকই, "ইবেম্মা, ইশূশিং নখোয়বু উবা ফংলরোইদাকো!" রাহৈ-শিং অসি হায়রগা ফিগী মচীনা মপি তৈথোক্তুনা কপ্পা হৌরকই। অতুদগী ওহাক্কী মতুংদা মহাক্লা অমুক শমথরকই, "ঐনা হিংলিবৈদা প্রিয়াবু অমুক্তং লুহোংবা উজরবদি কয়াদা নুংঙাইখ্রগদবনো!"

অহল ওইরবী, ফমশেন্নরবী নুপী অতুগী রাঙাও খুদিংমক অতুদা পুন্সীগী অর্থ য়াওরক্তবা, মঙোন্দা সংসার পুম্নমক্কী মমল করিস্মু লৈরক্ত্রবা, মতুদা মাগী শরূক করিস্মু য়ানীংঙাই য়াওরক্ত্রবা মওঙ অমা উৎলকই। মহাক্কী মপুক্লীংদু অতুক্কী মতৌক নৌথনা উই

মতুদি মহাক মশূগীদমক্তা পেলহৌদবা মওঙদা পঙকপ্তা কপ্পি।

প্রিয়াগী লুহোংবগী রাকম হৌদোরকপদা অঞ্জলিনা মহেন্দ্র মখোয় অনী শাখিবা রারী অদু নীংশিংলকই, থম্মোয়দা নুংঙাইতবা ফাওরকই।

অঞ্জলিনা মাগী বেগতগী লূপা চামচৎপী নোট অনীখক লৌথোক্কু-না অনাবগী হীদাক-লাংথক লৈনবা অমদি চানীংবা চানবা পীবকই।

অহল অদুগী কংলবা মখূৎ অদুনা মদু লৌরগা অঞ্জলিদা হায়বকই, "ইবেম্মা, নুংঙাই য়াইফবতা নশরূক ওইয়ু।" মাগী মীত্তা নৌহৌনা পিরাং অমুক চেন্থরকই।

থাবল্লৈনা চা পুশিল্লকুনা মখোয় অনী থকমিন্নরে। অঞ্জলিগা প্রিয়াগা ঙহাক কা অদুদা ফম্লম্লগা মখোয়না হান্না ফম্লম্বা মাঙ্গোল অদুদা অমুক থোরক্লে। থাবল্লৈদি মমাগী মনাক্তা সেবা তৌদুনা লৈহৌরে।

মখোয় অনী মাঙ্গোন্দা ফম্লগা রারী শাবকপদা অঞ্জলিনা মহেন্দ্রগী মরমদা হৌদোকুনা হায়বকই, "প্রিয়া, মহেন্দ্রদ্ নোংমা ঐখোয়গী দুকান্দা লাক্লম্মী।"

"অওইব্রা ইচেম্মা, মহাক দুকান্দা য়াওগে হায়দুনা লাক্লিব্রা ?"

"নত্তে, চম্না চথোরকপনি।"

অঞ্জলিনা মহেন্দ্রদা প্রিয়াগী নীংজবা রাখলগা মবী লৈননা ইখিবা চিঠি অদুগী মরমদা প্রিয়াবুদি খঙহনখিদে। নুমিং অদুদদি মহাক মদু প্রিয়াদা খঙহল্লকই।

"মহাক্তা করি হায়বম্বগে, ইচেম্মা ?" প্রিয়ানা হাইফেং ইকাইনা

খঙনীংনা হংলকই।

অঞ্জলি শকফম খরা হজিন্না লৈ, মখোয় অনী ব্লারী শাখিবা অতুগী মরমদা প্রিয়াদা পাক হেক ময়েক শেংনা ফজনা হায়দোকপা ঙমদ্রে। মহাক্না অশেংবা ব্লাফমতু খরমখে থ্ৎপ্লতুনা হায়রকই, "প্রিয়া, মাসি অঙকপা মী মখল অমনি, মাগী মরমদা খঙবসি য়াম্না লুই।"

মহাক খঙই লুহোংবগী মরমদা মহেন্দ্রনা হায়বম্বা ব্লাশিংতু প্রিয়ানা খঙলবদি য়াম্না নুংঙাইরবোই।

"ইচেম্মা, মহাক্না কবি হায়রম্বগে?" প্রিয়ানা হান্নগুম্না অমুক খঙনীংনা তকশিন্দুনা হংলকই।

অঞ্জলিনা অমুক লোৎপা তৌদ্রে, হন্দক্তি অশেংবা ব্লাফম অতু হায়দোরক্লে, "প্রিয়া, ব্লাফম হায়ববু অতৈ কবিস্তু নত্তে, মহাক কৈদৌঙৈদস্মু লুহোংলরোই হায়বা অসিনি!"

প্রিয়াগী শকফমতু খঙহৌদনা খবা মকশিনখ্রে, মহাক নুংগী মূর্ত্তিগুম্না ঙহাক ব্লা করিমতা ঙাঙদনা লৈ, থম্মোয়নুংদদি ইকাইবা, পৃক্লীং নুংশিবগী মৈচাক্লা লম্মৈগুম্না চাক্লকই।

অঞ্জলিস্মু নুংঙাইত্রে, ব্লাফম অতু প্রিয়াদা মতাং চাদনা খঙহল্লু-রত্রা হায়না খল্লকই, অতুবু থংনবা মীকুপ্তা অমুকস্মু খল্লকই ব্লাফম অতু নোংমদি প্রিয়াগী মফমদা খঙহনগদবা লৈরে।

প্রিয়া ইকাই নুংশি য়ান্নতুনা মতুগী মরমদা নপৃক্লীংগী ওইবা ব্লা অমতা ফোঙদোরক্রে, মহেন্দ্রগী মরমদা মখা তানা ব্লারী শারক্রে। মখোয় অনী ইমুং-মনুংগী, তুকানগী মরমদা ব্লারী ঙহাক শারগা

অঞ্জলি মাগী মনাক্তগী হনগ্রে।

নুংশা ফনা য়াম্না কনখৎলক্রে, অঞ্জলিবু কোন্থোও ফাওবা থিন্দোক্লুরগা প্রিয়া লূকখত্নুনা তপ্না চঙলক্রে। মহাক ফমুংদা চঙহুনা রাখল খন্দুনা লৈখ্রে।

# ১৫

নোংমা নোংমা হৌখ্রে। প্রিয়াগী মবোক্তু নাবা ফগৎলক্রে, ফম-শেন্নহুনা অহুম লৈরে। মহাক অঞ্জলিগী মনাক্তা অহুম চক্রে।

অঞ্জলি নোংমদি হুকান্দা মথন্তা লৈরিভৈদা মহৌশাগী মশা মুংঙাইতবা অহু হৌরকই। মহাক মকোক কন্না ঙাওরকই, সড়ক্তা চৎপা মীশিং অহু মশেন-মরান উরকই। মহাক্না থংনবদা হুকান ফম্বী নূপী অহু কৌশিল্লকই, অহুবু তাঞ্জা অহুদা মহাক খঙহৌ-দনা জ্ঞান তাখিদ্রে।

মহাক্না জ্ঞান তারকপা মতমদদি মহাক হোসপিতালগী ফমুং অমদা হীপ্পুনা লৈরম্লে. মনেনা মাগী ফমুং ময়াদা লেপ্পুনা লৈবম্মী। মাগী মশম, লৱাই অহু ঈশিংনা পূমচোৎ চোংলম্মী। অহল এইরপ ভৌবা মশা নোয়বা ডাক্তর অমনা মানা জ্ঞান তারকপা অহু চেকশিন্না য়েংবগুম তৌনা লৈরম্মী। মাগী খূদাংদা গ্লুকোজ কাপ্পগী মরী অমা শমহুনা লৈরম্মী। মাগী মবুং অহলমু মনাক্তা লেপ্পুনা মাব য়েংহুনা লৈরম্মী।

মানা মমীং তপ্পা পাঙথোরকপা অহুদা মনেনা নাবু কৌরগা হংলকই, "ইবেম্মা, খরা ফুংঙাইরব্রা?"

"উম।"

ডাক্তর অতুনা মবুংগা ব্লারী শারগা থংনবা কা অমদা চঙখ্রগা মাগী চানবা হীদাক্লচিংবা ইরকই। ঙহাক্কী মতুংদা ডাক্তরগী পাউতাক মতুং ইন্না মহাকপু হোসপিতালদগী ময়ুমদা পুথরক্লে।

ময়ুমদা মনে নুংশিত্তোম্বীনা মাগী সেবা তৌতুনা লৈ। প্রিয়া চংখ্রবা মতুংদা মানা অঞ্জলিগী থবক-ইথ্যাং পূম্নমক অমুক নোমতুনা লৈরে। মানা অঞ্জলিগী ফমুং মচীদা ফম্লতুনা হায়রকই, "ইবেম্মা, য়ুমদা খরা পোত্থাখো, নঙগী নশাসি মপূং ফানা ইফং ফত্রি।"

নুংশিত্তোম্বীনা খঙই অঞ্জলি অসি মহৌশাদগী থবক চিনবগা, ফত্তবা নেশা চাবগী মশা শোকপগা হৌজিক মশাগী ফীবমতু ফত্রি, কুচু শেংদ্রি।

অঞ্জলি মশাশু খঙজে মাগী মশাতু অমুক্তং ফজনা লায়য়েং-থোকপা দরকার ওইরি।

নুমিং অতুগী সন্ধ্যাদা মহাক হৌগত্তুনা চংপা খরা ওয়ে, অতুবু মশা অতু ব্লদ প্রেসর লৈবগী নুংঙাইতবা, কোক ঙাংবা, চোকথবা অতুদি লৈরি।

মতুগী মতুং নুমিং খরনিতু মহাক তুকান হাংদ্রে, য়ুমদগী মপাল থোক্ত্রে।

অঞ্জলি রাখল মুন্না খল্লুবগা মশাতু লংফৈদা চত্তুনা অমুক্তং লায়য়েংথোক্লগে হায়না মপূক্লীংদা চপ য়ুংনা লেপ্লে। নোংমদি মহাক্না মনেদা হায়রকই, "ইনে, ঐগী হকচাং অসি লংফৈদা অমুক্তং চত্তুনা য়েংথোক্কে খল্লি।"

"ফৈনে, অমুক্তং য়েংথোকপশু ফৈ, অতুবু কনাগা করম্না

চংকনি ?" মনেনা হায়রকই।

মনে মুংশিতোম্বীনা খঙই অঞ্জলিগী মবুংশিং অদুনা মাগী থবক থৌরমশিংদা থোইনা পুক্নীং চঙদে। অঞ্জলিসি কনামতা লৈতবদৌনা তৌই।

অঞ্জলিনা লূকথদুনা রাখল খল্লগা হায়রকই, "ঐ মহেন্দ্রদা অমুক্তং হায়সিরা হায়না খল্লিবনি, হরিদা হায়বদি য়াই অদুবু নহাক খজিক্তং নৌমল্লি, খরা জ্ঞান তাবা মীগা লোয়নবা পাম্মী।"

মাগী রাহু তাবদা মনেনা মঙোন্দা থাজদনা খরা ঙকপগুম তৌনা য়েংলকই অদুগা হায়রকই, "করি রানো মীতোপ অদুগা করম্না চংমিন্নগদৌরিবা ? নবুংশিংনা য়ারকদ্রা ? মীনা নঙবু করি ঙইনা ঙাঙনগনি ? করিনো নঙবু রাখল অমতা খন্দ্রব্রা ?"

অঞ্জলিনা খজিক্তং ঘোর হন্দুনা মচীনবান কংনা নোক্লকই অদুগা হায়রকই, "ঐ য়াম্না মুন্না খল্লগা হায়রিবনি। মখোয়না য়ারকপা নত্রগা য়ারক্তবা করি খেন্নবা লৈবগে ?"

মনে অদু মাগী মতৌদুদা ঙহাক চঙক্লনা লৈরে। মানা খঙজবা অমা লৈ অঞ্জলি অসি মানা নীংথিবা করিগুম্বা রাকম অমদা হোংউ য়াগন্দে, অহানবদা অফ-ফত্তগী রা তান্নবা মওঙদা হৌদোরক্লবস্নু অকোনবদদি মানা নীংবদুমা তৌগনবা মীনি।

মনেনা মদুগী মরমদা মঙোন্দা রাখল মুন্না খনথিনবা হায়রকই।

"করিগুম্বা মতাংনা য়াদদুনা চংমিন্ননীংঙাই লৈতদুনা চংমিন্নবা তারবদি, মদুদা করি অকায়বা লৈবগে ? মদুদা ফত্তবা ঙাক্তগী ওইনা খনবস্নু চুনদে," অঞ্জলিনা মপুক্নীংদা খল্লকই। অদুবু রাকম

অতুমক ফোংনদি মহাক্না মনেদা হায়রক্রে।

মনে নুংশিতোম্বীনা মাগী পূক্নীংগী ফীবম অতু খঙবগুম তৌনা হায়রকই, "ফরে, করিগুম্বা মতাংনা য়াদতুনা মহাক্না চৎপা তারবসু ঐস্যু নহাক্না লোয়ননা চৎকে। অতুম তৌরবদি নবুংখোয়না করিস্যু হায়দবা য়াই।" (নুংশিতোম্বীনা মহেন্দ্রবু অঞ্জলিগী মপুরোইবখোয়গী তুকান্দা য়াওরিবৈদা মশক য়ুন্না খঙই।)

অঞ্জলিস্যু ব্রাফম অতু য়ারতুনা ব্রারী অতু মতাং অতুরাইদা লোইশিনখ্রে।

অতুবু অঞ্জলি মহাক মথন্তা ঙায়রবা মতমদা ব্রাফম অতুগী মবমদা ব্রাখল মুন্না খল্লকই। ব্রাফম অতু ঙাওথোকখিবদদি ইকোম কোম্না ঙাঙগোকখ্রবসু ব্রাখল মুন্না খন্থরুরগদি অরুবা কয়া লৈ। মনেনা হায়রিবতু অচুম্বনি, মীনা মাবু করি ওইনা ঙাঙনগনি? অতুগা অতুকসু লমচৎ-শাজৎকী মরমদা কিনা খঞ্জখ্রবা মহেন্দ্রদা মানা ব্রাফম অতু হায়রুবদা করি হায়রক্কনি? মহাক য়াম্না নীংজিং মাঙজিংনরকই। অতুবু অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মহেন্দ্রগী পূকচেল চাউবা, মীগী মতেং পাঙ্গনবা অতুগী খুদোংচাবা লৌতুনা অঞ্জলিনা ব্রাফম অতু মঙোন্দা অমুক্তং হায়তুনা য়েংগে হায়না চপ য়ুংনা খল্লে।

নুমিৎ খরনি হৌখ্রে, মাগী তুকান অতু মরক মরক্তা হাংই। নোংমদি মহাক্না হরি থাতুনা মহেন্দ্রবু মাগী তুকান্দা অমুক্তং লাক্নবা হায়হল্লুরে। নুমিৎ অতুগী নুংথিলদা মহেন্দ্র মাগী তুকান্দা লাক্লুনা মাগা উন্নররে। অঞ্জলিনা মঙোন্দা থোকখিবা ব্রান্থবগী থৌদোক, মশা নুংঙাইতবা, চৎনা চৎনা নাবা অসিনচিংবগী মরমদা ব্রারী

লীরকই। অতুদগী মহাক্না খরা হঙ্গোইনা হায়রকই, "ঐনা ওসি অদোম্বু কৌরিবসি ৱাফম অমত্তা হায়জগে হায়তুনা কৌরিবনি।"

"করিনো হায়বীয়্।"

অঞ্জলি মানা নীংলিবা অদু পাক হায়দোকপা ওমদে; মহাক্না অমুক্তং থৌনা অমা ফূদোক্তুনা হায়রকই, "ঐ অমুক্তং লংফৈদা চত্তুনা লায়য়েংথোক্কে হায়না খল্লি। ঐ মী অতৈগা চৎমিন্নবা পামদে, করিগুম্বা অদোম্না চৎমিন্নবা য়াবীরবদি ··· ··· অসিনি।"

মহেন্দ্র মাগী ৱা অদু তাবদা ওক্না থোকই, খঙহৌদনা থরায় ৱাবগুম তৌনা উরকই। মতম কুইনা তিন্নরকপগী অঞ্জলিগী অপুনবা লীপুন অমা মঙোন্দা লৈ, মানা হায়বদা হীক্তোকপা ওমদবা মওঙ অমা মঙোন্দা লৈ; অদুগা অমুকস্তু থোদোক অদুদা মখোয় অনীগী মরমদা মীনা ভাওনগাদবা, মখোয়গী মিংচৎ থীবা শন্দোকখিবা য়াবগী অকিবা মওঙ অদুস্তু মহাক খন্দবা ওমদে। ৱাফম অদুনা মঙোন্দা অচৌবা লাং অমা থাক্লবগুম থোক্লরে।

"করি লমদা চৎকদবনো?" মহেন্দ্রনা হংলকই।

"দিল্লীদা।"

"চিংনত্রা? নৃপা অমতং লোয়নদবা য়াদতুনা তৌবনি। ঐখোয়গী ইনেস্তু য়াওগনি।"

মহেন্দ্র স্বর খজিক্তং হোন্দোরকই।

মহাক্না অঞ্জলিগা চৎমিন্নবগী ৱাফম অদু য়াবে। চৎকদবা তুমিং অদু মঙোন্দা খঙহল্লক্লবা হায়রম্লগা মহেন্দ্র তুকান্দগী হল্লক্লে।

মহাক ময়ুম য়ৌরগা অঞ্জলিগীদমক্তা খনবা হৌরকই। মহাক নহানমখৈদি মাগী মরমদা অস্মুন্না অমুক্তা খনখিদ্রি; অঞ্জলিগী মশাগী ফীবম ফৎলক্তবা অতুগীদমক খনবদা নুংঙাইতবা ফাওরকই। অতুবু মহাক্না অঞ্জলিবু মরূপকুন্না খনবা নত্রগা মতম অমদা মখোয়গী ইমুংগী থবক্তা য়াওরম্বা হন্থবা থাক্কী মী অমা ওইনা মশাবু খঞ্জবা নত্তনা অতৈ রাখল কবিস্থু খল্লুবা ঙমদে। হৌজিকস্থু মহাক্না অঞ্জলিবু য়াম্না ব্যবহার তৌনা খল্লি।

ন্তমিৎ খরনি লৈরবা মতুংদা অঞ্জলি মনেগা মহেন্দ্রগা মখোয় অহুম মাগী লায়য়েংবা চৎমিন্নখ্রে।

১৬

প্রিয়াগী মবোক্তু কুইনা নারম্নবা মতু'দা নোংমা পুন্সীগী অরোইবা য়াহীপ তানখ্রে। মহাক্না শিরমদাইদা হন্না হন্না শোল্লম্মী মহাক মশূন্সী প্রিয়ানা লুহোংবতু অমুক্তং উবা ফংলবদিকো হায়না। অতুবু সংসারগী পোরম খূদিংমকপু মীওইবনা নীংবা মতুং ইন্না করম্না শীনবা ওইথোকপা য়াবগে?

মবোক শিরবা মতুংদা প্রিয়া অঞ্জলিগী মনাক্তা ফনা কুইনা চপ্রে। মবোক্কী শ্রাদ্ধগীদমক অঞ্জলিদা বার্তন তৌবা চংহল্লুবা মীনা মঙোন্দা তম্লকই অঞ্জলিতু হৌজিক ময়ূমদা লৈতে, লংফৈদা চংখি।

অস্লম্না মতম খরা হৌখ্রে। মহাক ময়ূমদা মহৌশাগুম্না লেনবতু ইহৈ হৈনদ্রে, অঞ্জলিগী মনাক্তা লৈরুবা, মাগী তুকান্দা য়াওরুবদগী ময়ূমদা লেনবতু থবক ইরৈ লৈতবগুম তৌরে, ইতন তম্হরে। নোংমা মহাক্না ইম্ফালদা অঞ্জলিগী তুকান্দা চতুনা য়েংলুই, অতুবু মতু থোও লোন্দুনা লৈরম্মী। থংনবা তুকানগী নুপীতুনা হায় অঞ্জলি মশা নাতুনা লায়য়েংবা চংখিবনি মতম খরা কুইনা লৈরকপা য়াই, হল্লকপগী অরেপ্পা মতম খঙবা ঙমদে।

থংনবা তুকান অতুদা নূপীতুগা মাগী মপুরোইবা মশা নোয়বা মবুক কংবা নূপা অমগা মখোয় অনী ফম্মিন্নে। হুমিত্তুদা নূপাতুদি লৈরমদে।

নূপীচু চহী মীয়ায় চল্লবী, ময়াঙ কংবী, মচীন-মখা য়াংবী অমনি, প্রিয়া মহৌশা মাগা ৱারী-ৱাতাই শাতুনা মতম লেনবা য়াওই। মহাক্লা প্রিয়াবু কৌশিন্দুনা ফমহল্লগা ৱারী শারকই, অতুগা অর্থ লৈনা মোমোন নোক্তুনা হায়রকই, "মহাক মহেন্দ্র কৌবা নূপ! অমগা চৎমিন্নখি, মহাক্তু মরক মরক্তা মাগী তুকান্দা লাক্তুনা মাগা ৱারী শাই। ঐনা নোংমা মঙোন্দা ফাগী তৌতুনা মীশক অতুগী মরমদা হংবদা মহাক্লা হায় মহাক্তু মতম অনদা মপুরোইবখোয়গী তুকান্দা য়াওরম্বা মীনি হায়না।"

প্রিয়া শকফম খজিক্তং হঞ্জিন্না তুমিন্না লৈ, করিমতা খুম্লক্তে। মহাক নূপী অতুদা মতুগী মরমদা কুপথনা হংবা পামদে।

মহাক নূপীতুগা ঙহাক অচম্বা ৱারী-ৱাতাই খরা শারগা মাগী মনাক্তগী থোরক্লে। ঙসিদি মহাক্কী পূক্নীংদা নহানমখৈ অমুক্তা খনখিদ্রিবা চিংনবা ৱাখল অমা ফাওরক্লে। অঞ্জলিগা মহেন্দ্রগা চৎমিন্নখি হায়বা ৱাফম অতু মাগী পূক্নীংদা হন্না হন্না নীংশিংলকই। মতুনা খঙহৌদনা মঙোন্দা অৱাবা পীরকই।

ময়ুমদা হল্লক্লগা প্রিয়া কুইনা ৱাখল খন্দুনা মাঙ্গোন্দা ফমতুনা লৈ। মহাক অমুক হন্না অঞ্জলিগী মনাক্তা চৎসিরা নত্রগা চৎলগুম-সিরা হায়না খনবা হৌবকই। অঞ্জলিনা নোংমা মবোক নাবা মতমদা মাগী ময়ুমদা মহেন্দ্রগী মরমদা তম্নম্বা পাউতুদগী নীংহন্নতুনা লৈবগা থোক্লিবা থৌদোক অতুগা মাবু তশেংনা চিংনহন্নবা মরম অমা ওইহল্লে। মহাক্লা অঞ্জলিগী হৌখিবা ৱারী, তৌবা ঙম্বা, মতীক-মগুণ পূম্নমক্তু নীংশিংই, মাবু চন্না খনবা ইঙম ঙমদে।

থা অনীরোমগী মতুংদা অঞ্জলিখোয় দিল্লীদগী হল্লক্লে। কনা কনাগুম্বশিংনা ভাঙনৈ অঞ্জলিনা মহেন্দ্রব্ কোয়পু পুদুনা চৎলিবসিগী অর্থ করিনো, হৌজিক মহেন্দ্র মাগী মপুরোইবা অমগুম্বনি, মাগী মরল-মথুম খুদিংমক্তু পান্নবীনিংঙাই লৈতবদগী মহাক্না মহেন্দ্রবু মাগী মী ওইনবা হোংনরিবনি। মখোয় অনীগী মরক্তা লৈনরিবা অচম্বা মরী অতুদি কনানস্মু খঙদে।

লায়য়েংবা থোরক্লবা মতুংদা অঞ্জলি মশা খরা ফগৎলে, মতম খরা পোত্থারবা মতুংদা মাগী তুকান্দু অমুক হাংলে। মহাক্না হরি থাদুনা প্রিয়াবু অমুক কৌহল্লুই, অদুবু প্রিয়াদি মাগী মনাক্তা লাক্রে।

মনে কুংশিংলম্বীনা মঙোন্দা হায়রকই, "ঐনা নহানমথৈ হায়দ্রা ? মীগী মচাব্ হোংনবা হায়বসি পূম্নমক অরেম্বা তাবনি।"

অঞ্জলিস্না মথরায় নুংঙাইদ্রে, নাবু খুংশিবা মী অসি ইরৈমক লৈত্রবগুম খল্লক্লে। মহাক্না প্রিয়াবু রারোদুনা অমুক হন্না কৌহল্লুদ্রে। তুকান্দু মথন্তা মতম খরা অমুক ফয়ে।

লায়য়েংবা চৎমিন্নরুবদগী থোরক্লবা মতুংদা মহেন্দ্রদু মাগী মনাক্তা নোংমতা লাক্লে। মহাক খঙই মহেন্দ্রনা য়ারিবমথৈ মঙোন্দগী লাপথোকপা পাম্মী, মাগা লায়য়েংবা চৎমিন্নরুবা, মতম খরা লোয়নখিবা অদুনা মীশিংনা মখোয়গী মবমদা চিংনদুনা পাউথোক-খিগনি হায়বগী অকিবদু মঙোন্দা কন্না লৈ।

করিগুম্বদা অঞ্জলি মথন্তা তুকান্দা কম্না কম্না মহেন্দ্রগা লায়য়েংবা চৎমিন্নরুবগী থৌদোকশিংদু নীংশিংলকই। মহেন্দ্রনা মাগী মতেং অদুক্কী মতৌক ফজবা পাংখি, মতম খরা হোটেলদা লৈরিঙৈদা মাগী

সেবা ক্বাওবা তৌখি, থবক খূদিংমক্তা করিমতা চোকথবা লৈতনা মাগীদমক হোৎনখি। অদুগীদমক মহাক মহেন্দ্রগী লমন তোল্লে। অদুবু পূম্নমক অদুদা ফত্তবা ভাবকী ব্রাখল থোইনা লৈখিদে, দরকারগী মতুং ইন্না তৌখিবা ঙাক্তনি। নুংশিনবা হায়বা শীকখ্রবা জগৎ অসিগী ব্রাংমদা ফজরবা ব্রাখলগী তাইবঙ অমা লৈরি। ওইজবা খাদোকপা, মতেং পাংনীংবগী ব্রাখল, মী অমা ওইনা নুংশিবগী ভাব — পূম্নমক অদুনা লমজিংদুনা তৌখিবা থবকনি। মী কয়ানা মশাগী কবিগুম্বা কান্নবা অমা লৈতবা মফমদা পূক্নীং চঙদে, অদুবু মহেন্দ্রদি মতুম্না তৌখিদে।

হোটেলদা লৈবিরৈদা মরু ওইনা মীওইবগী পুন্সীগী হীরম কয়াগী মরমদা ব্রারী শাখি; মখোয় অনী মত কয়ামুক ফোঙদোক্লখি। অঙকপদি মহেন্দ্রগী রাঙাও-শাজৎ অদুমক্তা মনে নুংশিতোম্বী কাংবা শুক্নৎখি। মহেন্দ্রগী অঙকপা ব্রাখল মগল খূদিংমক্তা অঞ্জলিনা হান্নগুম্না ভাব তাদবা চমন্নবা কয়া য়াওখি, অদুবু পূম্নমক অদুদা নুংঙাইবা অমদি য়াওখি। করিগুম্বদা মানা হান্নগুম্না মপূক্নীংদা ফাওখি মহেন্দ্র অসি পুন্সীদা য়াম্না নীংবা কায়বগী মীংয়েনা য়েংবা মীনি, মী অয়াম্বনা লৌনবিবা পুন্সীগী অর্থ, মমল, মচা মশূগী ব্রাখলদা ঙাওনবা কয়াবু মহাক্না হেক হেক করেম্নদুনা নোক্লরিবা কবিগীনো হায়নাখনখি। মতুদা মানা মহেন্দ্রবু য়াম্না ঙক্না থোকখি। নুংঙাইবগী মরমদা মখোয় অনী ঙাওনদুনা য়েংনবদা মহেন্দ্রনা হায়খি, "সংসারদা মীওইবনা নীংলিবা নুংঙাইবগী পান্দম অদু য়োনা ফংখিবা কনা য়াওবগে? মতু তান্ন তান্নবা মপূং ফানা অদুমক ফংখিদবা ঙাক্তনি।

শিগদৌরবা মী অমদা মহাক্না সংসার অসিদা ফংখিবা নুংঙাইবা অদু মপূং ফাগ্রব্রা হায়না হংবা তারবদি মহাক্না মদুদা করি খুন্নকপা য়াবগে ? মহাক মদুগী মপূং ফাবা পাউথুম কৈদৌঙৈদসু পীবা ঙম্লোই ।"

"অদুদি মীওইবনা পুন্সীদা তান্নরিবা নুংঙাইবা হায়বসিগী কান্নবা করিমতা লৈত্রব্রা ?"

"করিগী লৈতদগে ?" মহেন্দ্রনা হায়খি, "মপূং ফাদ্রবসু মদু তানগদবনি। পুন্সীদা নুংঙাইবগী আশাদা মীপুম খুদিংমক্না হিংনরিবনি, নত্রবদি মীওইবনা করম্না হিংবা ঙমগনি ? তৌবতবু মদু তানবগী লম্বী অদুগী রানি। অহানবদা কান্নবা হায়বসিগী মরমদা অমুক্তং খন্নখিসি। মুন্না খল্লুববদি সংসারদা কান্নবা পোং অমতা লৈতে, লৈ হায়না খনবা তারবসু মদুগী অর্থ মরৌ অদু খন্নবা চঙই। অঙাং অমদা শান্নপোং অদু কান্নবনি, হুরানবা মীদা হুরানপোং নত্রগা হুরানশেল অদু কান্নবনি, কারবার তৌবা মীদা কাহেনবা নমথাক্কী শেন্দোং অদু কান্নবনি, জুরাব শান্নবা মীদা অবৌবা শেল অদু কান্নবনি, শেঞ্জা-থুমজা তৌদুনা ফংবা পোং নত্রগা শেল অদু কান্নবনি ; মখোয়শিং অসি নত্তবা মহৈ-মশিং তমদুনা, পাঙ্গলনা শৃদুনা তানবা শেল, মহৈগী জ্ঞান অদুসু কান্নবনি। শম্না হায়রবদা শেল, পোং-চৈ, মাল-চাং, মহৈ মগুণ হেনগৎনবা তৌবা খুদিংমক কান্নবা ঙাক্তনি। অদুগা অমুকসু মী অমনা পীবা কান্নবনা কয়া য়াম্না মীরোল অমদগী লান্থোক্তুনা যুগ কয়া লান্না অমব ওইনা লৈহৌবগে হায়বসি খ্বায়দগী খন্ননীংঙাই ওইবা অমনি। যুগ কয়াগী মীরোলনা কান্ননবগীদমক্তা থম্লম্নবা পোত্তুগী মমলদু কয়াদা

য়ামখ্রবনো ! কান্নবা পীরিবা মী অদুমক তাইবঙপালগী অবতারনি। মখোয়সিনা সমাজদা থবক খরা তৌরম্নবা মীগী রানি। মখোয়সি নত্তবা মী মখল খরা তাঙনা লৈ. মখোয়না সমাজগী থোইদোক হেন্দোকপা থবক তৌদুনা মপালথোংদা উৎলকপা নত্রবস্থু মখোয়না মমল নাইদ্রবা জ্ঞানগী মঙাল পীদুনা সমাজদা অঙকপা শক্তি অমা পীরি, মীওইবা জাতিবু মীকপ থোকহনবা ঙম্বা মগুণ মখোয়দা লৈ। মখোয়না তৌরিবসিগী সমাজগী কান্নবনি। মখোয়গী জ্ঞানগী মহাউ খরদং ওইরবস্থু ফংলবদি মদু কান্নবা ফংলবনি। ঐগী রাখলদদি মীওইবনা অথূবা মীৎয়েংদা মশাগী ভাক্তা কান্ননীংঙাই ওইবা পোৎ-চৈ, মতম খরদংগী ওইবা, মীঙোন্দা অমস্থুং মশাদা অফবা ফল লাক্তবা, ফত্তবা রাখন্না মাঙওইনবা নুংঙাইবা অদুদি কান্নবা নত্তে। ঐনা পনখিবা মাল-চাংগী ভাক্তা ওইবা নত্তবা অফবা রাখল খনবগী, মীওইবগী কান্নবা তৌরম্বদগী ফংখিবা নুংঙাইবা অদু মমল নাইদ্রবনি। মদুগুম্বা মখলগী নুংঙাইবদুনি মীওইবনা তানফম থোকপা।”

মাগী রাঙাও অদুনা অঙলিবু চমম্নবা মওঙদা রাখল য়াম্না খন্থহনখি। ঙসিস্থু অদুগুম্বা রাঙাওশিং অদু নীংশিংবনা মাবু রাখল খন্থহল্লি। মহাক মীয়াম্না লন-থুমগা মরী লৈননা নুংঙাইবনি খনবা পুন্সী থূৎলেনশিং অদুমক ফংখ্রে, অদুবু মদুদা মপূং ফাবদি খক লৈখিদে। হৌজিক্তি মখোয়দু নাঙখিবদা মহাক থোইনা নুংনাংবা তৌদ্রে। চহী মতাংনস্থ ওইবা য়াই, মঙোন্দা ঈখৌলাংবা, অপাম্বা পোকপা রাখলস্থু ফনা য়াম্না হন্থখ্রে ( হৌজিক মহাক চহী কুন্থ্রামঙা গুরে )। অমরোমদা মসি মঙোন্দা নুংঙাইবা অমনি হায়না খল্লে।

অঙাং ওইরিবৈগী নোংলৈ-নুংশিংকুম্বা লাকওম ফাওমত্রবা রাখলশিং অহু হৌজিক্তি মাগী থম্মোয়বু থাদোক্লুনা চৎখ্রে, মখোয়শিং অতুনা মাগী থম্মোয়বু অমুক নৈত্রে। হৌজিক মহাক্না খনবা হায়ববু মাগী মরাং কায়না লাকপা শেল খুদিংমক অহু লৈত-লাইরা দরকার ওইবা মীশিংদা মতেং ওইনা নত্রগা ময়ামগী ওইবা কান্নগদবা থবক থৌরাঙ অমদা শীজিন্নখোক্লগে অসিনি।

পুন্সীদা শুক্মৎয়াইগী মশক ওইরবা কল্পনাগী শক্তি না থন্না লৈরিবৈদা ওইরোইদবা রাখলগী জগত্তা নুংঙাইবা, পীথোকপগী লোইবা নাইদবা নুংশিবনা থম্মোয়দা তুংহুনা লৈরিবৈদা কনাদম্বু পীথোকপা পাম্মদবা—অহুবু পূন্নমক্তু চুম্নতা মতম খরতগী ওইবা, তুংকোইদবা, মতুংদা পুন্সীগী দরকারগী মায়কৈরোমদা য়েংলগা অওইবা অকোকপা শক্তমগা থেংনবগা মখোয়শিং অহুগী অর্থ থোইনা লৈবমদবা—পূন্নমক অসি পুন্সীগী হৌনশানি হায়বহু অঞ্জলিস্তু খঙলক্লে। মহাক্না নুংঙাইবগী কল্পনা কয়া মাঙখ্রবদা পুন্সীগী দরকার ওইবা হক-থেংনবা মশক অহুতনা তেন্না মরু ওইনা লৌরক্লে। মহাক হৌজিক ইচম চন্না হিংনবগীদমক্তা হিংবা ওইনা লেপ্লে. পুন্সীগী মহাউ ফংবা ঈওম ওমদ্রে, অহুবু মহাক্না খজিক্তুং নুংঙাইবা রাখল অমতং ক বা হায়ববু মাগী মরল মথুম অহু করিগুম্বা অকব থবক অমগীদমক শীজিন্নখোক্লগনি হায়বা, মতুনি। নসিগুম্বগী রাফন অসি মনেখোয়না খঙলবদি য়াম্না শাউই পূন্নমক অহু কান্নদবা, মাঙনবা থবকনি হায়তুনা মাবু ভাওই। অঞ্জলিনা খঙই মনেন. মাগী মচা-মশুগী কান্নরোইদবা থবক অমতা তৌ-হন্নীংদে, মাগী মরল-মথুম খুদিংমক মাগী মচা-মশুশিংনা ফংহৌবা পাম্মী।

১৭

মহেন্দ্রনা নোংমা অঞ্জলিগী হকচাংগী ফীবম হংবা ওইনা মাগী তুকান্দা চংলি।

অঞ্জলিনা মাবু উবদা হরাউ-হরাউ কৌশিল্লকই। লায়য়েংবা চংমিন্নরুবা মতুংদা মখোয় অনী উন্নবা অসি ওসিগী অসিনা অহানবনি।

"হকচাংদি অতুম নুংঙাইবীরিদনা?" মহেন্দ্রনা অঞ্জলিগী মনাক্তা স্তুল অমদা ফম্লতুনা হায়রকই।

"উম, খবদি নুংঙাইবগুম তৌই।"

অঞ্জলি মথক্তা লৈবম্বা উবদা মহেন্দ্রনা হংলকই, "প্রিয়াদি অতুম লাক্লব্রা? তুকান য়াওবা তৌরব্রা?"

"লাক্লে, নহানমক ময়ুমদা চংখিবতুদগী অতুন হল্লক্লে, মী থাতুনা কৌহল্লুববনি, অতবু লাকউ হায়বা য়াদ্রে।"

"অতবু হকচাংতুদি য়াম্না রাহনবা ফক্লে, মতম খরা পোথাখিবা ফৈ।"

"য়ুমদা লেনবনা হেন্না রায়," অঞ্জলিনা খজিক্তং নোক্লতুনা হায়রকই, "মসিদি মহৌশাগী অতগুম্না অতুক হাক্লা রাবা নত্তেদা, অসুম পোথাবা মথল অমনি হায়না থন্দুনা তৌবনি।"

মখোয় অনী ওহাক অচম্বা রাম্রী-রাতাই খরা শারকই। মতুদা

মহেন্দ্রনা মাগী হৌজিক্কী ওইরিবা অৱাবা ফীবমগী মরমদা অঞ্জলিদা হাইফেৎ হৌদোরকই।

মহাক্না তাবদা অঞ্জলি লৃকথতুনা ৱাখল খজিক্কুং খল্লকই, অতুগা হায়রকই, "অদোম্না য়ানীংদবগী ৱানি, হৌজিক প্রিয়াস্থ লাকখিদ্রে, করিগুম্বা ঐগী তুকান্দা য়াওবীবা য়ারবদি ...... ।"

মহেন্দ্রনা মপুক্নীংদা খল্লকই, "মহুবু ইকোম কোম্না হেক্তা খনবা য়াব্রা? মীনা করি হায়নখিগনি?" লায়য়েংবা চৎমিন্নরুবা মতুংদা অতুম্না অমুক তুকান্দা য়াওরবদি মখোয়গী মরমদা মীনা অমুক হেন্না ফজদনা ভাওনখিবা য়াই।

মহাক্কী চিংনবা মতৌতু উবদা অঞ্জলিনা হায়রকই, "ফরে, অতুম্না তুকান্দা য়াওবতু পাম্বীদ্রবস্থ, ঐনা অদোমগী করিগুম্বা মতেং পাংবা য়াবা থবক অমতংদি হায়বীয়ু।" (অঞ্জলিনা মওোন্দা য়াম্না তৌবীমল খওবা উৎলকই, লায়য়েংবা চৎমিন্নবদা মহেন্দ্রনা নাগীদমক ৱাখিবা অতুগীদমক মাবু মতেং পাংনীংবগী ৱাখল অমা মওোন্দা কন্না লৈ।)

মহেন্দ্র খুম্ফম খওদনা তৃমিন্না লৈ। অঞ্জলিদগী তশেংনা মতেং নিবা লাকপদোনা তৌবতু মহাক ইকাইবা পোকই।

"থবক অমতংদি তৌনবা থিবা ফৈ, করিগুম্বা শেলগী দরকার লৈরবস্থ ঐহাক অওম্বা মতেং পাংজগে," অঞ্জলিনা অমুক হায়রকই।

মাগী ৱাতু তাবদা মহেন্দ্র য়াম্না পুক্নীং লুম্মী; অতুমকপু মহাক সরকারগী থবক তৌবা য়াবা চহী হেনখ্রে, মহুগী ৱাখলতু থাদোকখ্রে। চুম্না লনাইগী ওইবা থবক অমদা চঙগদবা মঙাই।

অতুবু মতুগুম্বসু মহাক থোইনা থিরুদে।

"মতুগী মতাং লাক্লবা মতমদা হায়জরকে," মহেন্দ্রনা মপূক্লীংদা অঞ্জলিদগী থোইনা মতেং লৌগে খন্দ্রবসু মাগী ফজবা পূকচেল, মতেং পাংনীংবগী রাখল অতুগীদমক মুংঙাইবা উত্তুনা হায়রকই।

অঞ্জলিনা মাগী পূক্লীংগী ফীবমতু খঙবগুম তৌই। মানা মহেন্দ্রদা পৈশা কয়া মতেং পাংবা ঙম্মী, অতুবু মরম চাদনদি মহেন্দ্রনা মখোয়তু করিস্সু লৌ হায়বা য়ারোই। মহাক মী অতৈগা খেন্নে।

মহেন্দ্র অঞ্জলিগী হকচাং ফগৎনবা মতম খরা পোথাত্নুনা নুংঙাইনা লৈনবা হায়রম্লগা হনখ্রে। "অদোমগী করিগুম্বা হকচাং নুংঙাইরক্তবা থোক্লবদি ঐঙোন্দা খঙহনবীরকউ," মহাক্না চৎলমদাই- দা হায়রম্মী।

মহাক চৎখ্রবা মতুংদা অঞ্জলি তূমিন্না রাখল খন্দুনা লৈহৌই।

মতুগী মতুংদা মহেন্দ্র কুইনা মাগী তুকান্দা অমুক লাকখিদ্রে।

থাবল্লৈনা প্রিয়াবু লুহোং-খোঙদোংবগী রাখল কন্না খনবা হৌরকই। মহাক্না মচানূপীবু মহেন্দ্রদা পীনীংবগী রাখল খনখ্রবসু (রাফম অতু ওইথোক্তবদোনা তৌখিবা মওঙ অতুনা) হৌজিক্তি মহাক মতুগী আশা থাদোকখ্রে। মাগা পোৎফম ফম্মিন্নবা কনা- গুম্বী নূপীশিংনা মখোয়গী মচানূপাশিংগীদমক প্রিয়াবু পিনবা হায়রকপা য়াওই। মতুদা থাবল্লৈ য়ান্না মঙল মগুল খল্লি। মানা মচা- নূপীগী অয়াবা য়াওদনা মতু শীনবা পামদে; অতুগা অস্সুম তূমিন্না

লৈবস্তু পামদে, য়ামদ্রবদা প্রিয়াগী মত অমস্থু খঙনীংই। নোংমদি মানা মচানূপীদা রাফম অতুগী মরমদা হাইফেৎ হৌদোরকই।

প্রিয়া মমাগী রাতুদা তূমিন্না মমায় লূকথতুনা লৈ। মহাক মহেন্দ্রগী আশা তৌরুবতু কায়খ্রে, মহেন্দ্রগী আশা থাদোক্কে খনখ্রে। অতুগা অমুকস্থু মহাক অঞ্জলিগা মহেন্দ্রগা মখোয় অনীগী মরীদস্থু মপূক্লীংদা চিংনদবা ঙমদে; মখোয় অনী লংফৈদা লায়য়েংবা চৎ-মিন্নরুবগী রাফম অতুনা মাবু য়াম্না হুংঙাইতবা পোকহল্লি।

থাবল্লৈনা নঙোন্দা মাগা পোৎফম ফম্মিন্নবী নূপী অমগী মচানূপা অমগী মরমদা পম্দুনা হায়রকই, "মহাক্তু সরকাবগী থবক মচা অমা পায়রবা মরম মোকপা নূপামচা অমনি।"

প্রিয়াতু রা করিমতা ঙাঙলক্তে। মহাক মমাগী রাতু তাদবগুম অতোপ্পা রাখল অমদা ইত্তাউ তাউনা লৈ। থাবল্লৈস্থু মচানূপীতু মানা হায়বা রাফম অতুদা য়ারে হায়না লৌরে।

হুমিৎ খরনিগী মহুংদা লুহোংবগী হুমিৎ থুনা লেপ্পরকই। প্রিয়াদি লাইখিগুম্না লৈ, রাখল অমদা ইত্তাউ তাউই, কপ্পনা মমীং-মনায় ইপোম পোমখৎলি ; হুমিদাং থেঙবা ফাওবা হেক হেক তূমদে।

থাবল্লৈনা মী থাতুনা অঞ্জলিদা মচানূপী লুহোংবগী বাত্তোন য়োইনখ্রে।

মতুগী মতুং হুমিৎ খরনি লৈরগা নোংমা অয়ূক অমা প্রিয়াগী ময়ুমদা হরি লাকই। মাগী মখূত্তা পোৎয়োম অমা পায়রকই।

প্রিয়ানা মাবু উবদা কৌশিন্দুনা মাঙ্গোন্দা মোরাদা ফমহল্লে।

"হরি, ইচেম্মা অঞ্জলিতু কমদৌরি? মাগী মরমদা তাখিদবা

কুইরে। মহাক্কী হকচাং খরা নুংঙাইরে হায়ব্রা ? মহাক্না করি করি হায়রকই ;” প্রিয়ানা অঞ্জলিবু তূমিন্না নুংঙাইতবা লৈরবস্থু মহাক্না মতু হরিদদি খঙহন্নীংদবা মওঙদা ইফ-ফজনা হায়রকই।

“মহাক মশা ইঙম ঙমদে, তুকানস্থু মরক মরক্তুদা চংলি, লুহোংবা লাকপা ঙম্নরোই হায়তুনা পোংসিগা চিঠি অসিগা অদোমদা ঐবু খরা পীবীয়ু হায়তুনা থারক্লিবনি,” হরিনা অসি হায়তুনা মহাক্না পায়রকপা, অঙাঙবা ফিতা অমনা চেকশিন্না কিরবা ময়োম অতুগা চিঠি অমগা ফূরিংখাউদগী লৌথোক্লগা প্রিয়াদা পীরকই।

মহাক হনখ্রবা মতুংদা প্রিয়ানা মাগী কাদা চঙতুনা অঞ্জলিনা পীরকপা ময়োম অতু ফম্‌ংদা থম্লে। অতুগা মহাক্না মানা পীবকপা চিঠি অতু হান্না ফাক্তুনা পারকই। মরোলতু মখাগী অসিনি ঃ

“প্রিয়া, ঐ হকচাংসি ইঙম ঙমদতুনা নহাক্কী লুহোংবা লাকপা ঙম্লোইদৌরি, মতুগীদমক নহাক ঐবু য়ারোগনু। লায়য়েংবা থোকক্লবস্থু হকচাংসি ইনুং নুংঙাইত্রি, কোকসি য়াম্না ঙাওই, চথোকপা য়াম্না নুংঙাইত্রি। অতুনা নহাক্কা উন্নতুনা য়ারী-য়া হাই শাবা ঙম্লোইদৌরে। নঙোন্দা ঐগী হায়নীংবা য়া কয়া লৈ, ঐনা থোরক্লবা মতুংদা ইবানি উন্নবগী খুদোংচাবা অমুক্তং ফংলম্লবদি নুংঙাইগদবনি।

“ঐনা মহেন্দ্রদা নওগী মরমদা কবিগুম্ব খরা হায়নীংলম্মী, মতুদা মহাক্কী পৃকচেল শোয়দনা হোংলমগনি হায়না ঐ থাজে। প্রিয়া, ঐদি মহাকপু মুন্না খঙলবনি। ইনেগা ঐখোয় অতুম লংফৈদা লায়য়েংবা চংমিন্নবা মতমদা মহাক্না অতুক্কী মতীক চম্না লোয়নখি,

পৃকচেল চাউবা উৎখি মতুদি ঐনা মাবু অঙকপা মী অমা ওইনা খনখি। করিগুম্বদা মহাক ঐনা হায়বস্ত য়াম্না লৌই। কনাগুম্বনা ঐখোয় অনীগী মরীদা লান্না লৌতুনা পাউথোকপা য়াওই, অতুবু মতু অরেম্বনি। করিগুম্বদা মতাংনা য়াদবদা মী অমনা মী অমগী মতেং পাংনবা হায়বসি থোক্তবা নত্তে। মতুদা করিস্ম ফত্তবা রাখল লৈতে, মতু চুম্নগী অচম্বা মরী অমনি, দরকাবগী মতুং ইন্না মানা ঐঙোন্দা মতেং পাংবতনি—পৃকচেল চাউবা মী অমনা মীওইবা অমদা করিগুম্বদা থৌজালগী থবক অমা তৌবা অতুতনি। মীনা মতুগী মরমদা করিগুম্বদা লান্না হায়নববস্মু ঐ মতুগী মরমদা থোইনা খল্লুবা তৌদে।

“ফরে, হৌখিবা খুদিংমক হৌখ্রে, তৌজিক্তি ঐনা নহাক্কীদমক নুংঙাই য়াইফনবা, নঙগী তুংগী পুন্সীদা অফবতা থোক্লবা ঈশ্বরদা খুরুমজরি।

“নহাক্কী,
“অঞ্জলি।”

চিঠি অতু পাবা লোইরগা মহাক্না ফমুংদা লৈরিবা অঞ্জলিনা পীরকপা ময়োম অতু ফাক্তুনা য়েংলকই। মতুদা মমল য়াম্লবা মুগাগী ঙাওলৈনবা ইন্নফি অমা য়াওরম্মী।

প্রিয়াগী মায়থোঙদা নুংঙাইতবা রাখলগী মমি তাবা হৌরকই। মহাক খঙই অঞ্জলি অসি অশিংবা মীনিনা মহেন্দ্রগা মখোয় অনী লৈনবা মরীদা মানা চিংনরম্বা য়াই খন্দুনা শেংদোরকপা মরোলনি।

প্রিয়া মরাল লৈরবা মীগুম্না হেন্না হেন্না নুংঙাইতবা পোক্লকই, অঞ্জলিগী থম্মোয়দগী ফোঙদোরকপা অচম্বা ৱাহৈশিং অদুনা মাবু হায়ফম খঙদবা করিগুম্বা অৱাবগী ঈপাক অমদা লংথরকপগুম তৌরকই। মহাক মথন্তা অস্থম অস্থম ইকাইবা পোক্লকই। অঞ্জলিনা নাবদা চৎহৌদবা, লায়য়েংবা থোবকপা মতুংদস্থু চৎহৌদবা অদুগীদমক মহাক নীংঙমদবা পোক্লকই।

প্রিয়া খঙহৌদনা মমীত্তা পিরাং শিন্থরকই, নীংঙমদবগী মৈবি অমনা থম্মোয়দা ওমচাক্লনা চাকপা হৌরকই। "ঐনা মাবু কয়াদা লান্না লৌরমখ্রবা!" মহাক্না হন্না হন্না থল্লকই। মহাক খঙহৌদনা অঞ্জলিগা উন্ননীংবগী ৱাখল অমা মশাদা কন্না ফাওরকই।

মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্তা মহাক অঞ্জলিগী মনাক্তা চৎনবা মফি-মরোল শেংলে। মদু উবদা মমানা ঙক্লা হংলকই, "কদায়দা চৎকদৌরিবনো?"

"ইচেম্মা অঞ্জলিগী মনাক্তা অমুক্তা চৎলুগে।"

"করিগীনো অস্থুক কুইবা অসি চৎরগা হৌজিক চৎকদৌরিবা, মাগা উন্নবগী করি কান্নগনি?"

"হুম, ইমা, ঐ মাগা অমুক্কং উন্ননীংই; মহাক মশা ঙমদে হায়নস্থু তায়।" (অঞ্জলিনা পীরকপা চিঠিগী ৱাফম অদুদি মহাক্না মমাদা খঙহন্দ্রে।

মমানা য়ারদুনা প্রিয়া অঞ্জলিখোয়গী ময়ুমদা মাগা উন্নবা লাক্লে।

মহাক্না চঙলকপদা অঞ্জলিদু ফমুংদা হীপ্তুনা লৈরম্মী। মহাক্না

প্রিয়াবু উবদা ঙকপগুম তৌনা য়েংলকই, অদুগা মাবু হরাউ-হরাউ কৌশিল্লকই। অঞ্জলি ফমুংদগী হৌগত্তুনা ফমফমকাদা প্রিয়াবু পুত্থুনা ঙলক্লে, অদুগা মাবু ফমফমদা ফমহল্লে।

"ইচেম্মগী হকচাং ঙমদে হায়বদু খরা ন্নুংঙাইবীদ্রিব্রা?" প্রিয়ানা হায়রকই।

"কন্না ঙমদবদি নত্তে, অস্থুম কোক ঙাওবা মপাল থোকপা কয়া ন্নুংঙাইতবতনি, খরা অস্থুম পোত্থারগা ন্নুংঙাই।"

প্রিয়াদু ন্নুংঙাইতনা উই, মায়থোঙদু মোংহাদে, য়াম্না ঈং-তপ্পী। হাক অঞ্জলিগা ৱারী কয়া শানীংদুনা লাকপনি, অদুবু মাগী খম্মোয়দা লৈরিবা ৱা খূদিংমক অদুদি ইকোম কোন্না পাক হেক থু হাথুনা ফোঙদোকপদি ঙম্নরোই।

"নহাক নহানমখৈ ঐনা কৌবদা লাক্লিবা করিগীনো?" অঞ্জলিনা হংলকই।

প্রিয়াদু খুম্ফম খঙদে, মরাল লৈরবা মীগুম লূকথদুনা ঙহাক ল, অদুদগী খঙহৌদনা মমীত্তা পিরাং চেল্লকই, হায়রকই, "ইচেম্মা, ঐবু ঙাকপীয়ু, ঐনা ইচেম্মবু লান্না লৌরুরে, ঐ অসি পঙলবী মমনি।"

অঞ্জলিনা মাগী ন্নুংঙাইতবা অদু উরকই, মানা তুকান্দা নাকশিদবা অদুগী মবমদা থোইনা মখা শাংথনা ঙাঙলক্লে। অঞ্জলিনা ঙোন্দা মাগী লুহোংবদুগী মবমদা হংলকই। প্রিয়াদু মায়থোঙ মক মকই, মশাদু ৱাখল অমদা ইতাউ তাউনা ন্নুংঙাইতনা উই।

মাগী মত্তৌদু উবদা অঞ্জলিনা হংলকই, "নহাক নশানা য়ানা

লুহোংগদৌরিবা নত্রা ?"

প্রিয়া মথন্তা ফোংদোকফম খঙদবা নুংনাংবা রাখল অমগা লোয়ননা মীকুপ অমতং তুমিন্না লৈরুরগা হায়রকই, "নত্তে, ইচেম্মা, ইমাগী অপান্বা মতুং ইন্ননি।"

প্রিয়াদু মমায় খুমজিন্দুনা কপ্পুনা লৈগ্রে, মীকুপ অমগী মনুংদা মখোল নীক্লা অমুক হায়রকই, "ইচেম্মা, ঐ ঙসিদি ইচেম্মগী নাক্তগী হল্লবোই ।"

মাগী মতৌদু উবদা অঞ্জলি য়াম্না ঙক্লে, হায়রকই, "করি রানো, প্রিয়া ? হৌজিকপু মদু ওইথোকপা য়াবা রাবা, নঙগী লুহোংবা হয়েং হংচিত্তা ঙায়রবা কান্দা ? মীনা করি হায়নগনি ?"

"হায়নীবা অনা হায়নজসনু," প্রিয়ানা থোইনা থৌশাদনা হায়রকই ।

অঞ্জলিনা উরকই প্রিয়া মপূক্নীংদা রা খবদি থূপ্পুনা হায়দোকপা ঙমদনা লৈরে। মহাক্না থৌদুনা হংলকই, "প্রিয়া, করি মরমগী নহাক্না অশুম্না লাক্লিবনো ? ঐচোন্দা শেংনা অমুক্তা তম্মু ।"

হৌজিক্তি প্রিয়া মপূক্নীংদা থোনা অনা লাক্লে, মতিন য়োংখদুনা ইকাইবা খাঙদুনা হায়রকই, "ইচেম্মা, ঐ মহাক্না উন্ননবা অমুক্তা শীনবীবা ঙমগদ্রা ?"

অঞ্জলি অহানবদা 'মহাক' হায়বদু কনানো হায়না হাইফেৎ চঙক্লরুরে, অদুবু থংনবা মীকুপ্তা ভাব খংতা তারকই, হায়রকই, "মহেন্দ্রবু নত্রা ?"

প্রিয়া মমায় খরা ঙাঙনা ইকাইনা খুমলকই, "উম ।"

অঞ্জলিনা মপূক্নীংদা খল্লকই, "নহাক করিগুম্বদা ঐবু অমুক চিংনবকাদি লৈররোইদ্রা ?" অদুবু মহাক মদু ফোঙদি ফোঙদোরক্লে।

প্রিয়াদু মমায় লূকথদুনা লৈ।

অঞ্জলিনা মাগী পূক্নীংগী ফীবমদু খঙই। প্রিয়ানা মাগী দুকান্দা লাকখিদবদু মহেন্দ্র মখোয় অনীগী মবীদা মাবু চিংনদুনা মাবু নুংঙাইত্তবা অমদগী লাকখিদবনি হায়বদু অঞ্জলিনা খঙই। প্রিয়ানা নোংমা মখোয় অনী লংফৈদা চংখ্রবা মতুংদা মাগী দুকান্দা লাক্লম্বদা মাগা থংননা দুকান ফম্বী নূপী অদুগা। উন্নদুনা ৱারী শাখিবদু নূপী অদুনা অঞ্জলি হেক থোরকপগা মঙোন্দা তম্মী, প্রিয়াদু মদুগীদমক নুংঙাই-খিদে হায়বদু মহাক খঙই। মরম অদুননি মহাক্না চিঠিদস্তু ৱাফম অদুগী মরমদা খরা শেংদোকখ্রিবদু। অদুবু নহাক ৱাফম অদুগী মরমদা নৌহৌনা য়াম্না কাঙথোকপদি পামদ্রে, মবনদি প্রিয়া অদু মদুগী অনুতাপ তৌদুনা মশানা লাল্লে হায়জবা লাক্লবনি। নূপী ওইবীগী থম্মোয়দা কয়া য়াম্না থাদোকপা ঙম্বা, কল্লক খনবনবগী ৱাখল কয়া য়াম্না লাপ্না থমখিবা ঙম্বা, অদুগা কূপখ্রবা থম্মোয়গী ওইবা অপাম-নুংশিগী অরোনবা ৱাখলগী ঈনোং অদু করম তৌনা মফম খঙদনা অরেপ্পা নাইদনা ঈথক তৌবগে হায়বদু খঙবা ঙমদ্রে, অদুবু মসিমদি হায়বা ঙম্মী মদুদি অঞ্জলিগী থম্মোয়দা লৈরিবা অনীংবা অমদি থাদোকপা অনীগী মরক্তা লৈবা অওকপা ইথিল অমনা মাবু লোন্না থপ্না মকা ফোংদনা অরাবদি পীররে। অদুবু ৱাখল অদুগী মনিমক্তি মাগী মায়থোঙদা তাদে। মাগী মায়থোঙদু অদুক্কী মতীক ঈং-তপ্পী, চেকশিন্না উই।

অঙ্গলি মীকুপ খরদং রাখল খল্লুরগা হায়রকই, "করে, প্রিয়া, ঐ মাব্ উন্নবা শীনগে।"

মহাক্না প্রিয়াবু অমুক মুংঙাইতনবা হীবম অতুগী মরমদা শাংথনা ঙাঙলক্রে, মহাক খঙই হৌজিক্তি প্রিয়াগী থম্মোয়দা অনুতাপনা পীক থল্লে।

মহাক মশা কয়া ঙমফাত্রবস্ত মফি-মবোল শেত্তুনা মহেন্দ্রগী ময়ুমদা চংনবা থৌরাঙ তৌরে। মহাক্না প্রিয়াবু মাগী ময়ুমদা লৈরম্নবা হায়বম্লগা কার তোংতুনা মহেন্দ্রগা উন্নবা চংখ্রে।

মহেন্দ্র মহাক্না চঙবদা মাঙ্গোন্দা ছাত্র খরা লাইরিক তম্বীতুনা লৈরম্মী। লাইরিক তম্বা অতু লোইশিল্লকপা মতাং ওইবতুনা মহেন্দ্রনা মখোয়বু চংহনখ্রে, অতুগা অঞ্জলিবু তরাম্না কৌশিন্দুনা মাঙ্গোন্দা ফমহল্লকই।

অঙ্গলি অচেংপা শকফম অমগা লোয়ননা মহাক্না হৌদোক্কে নীংতুনা লাক্লিবা রাফম অতু মতৌ কবম্না হৌদোক্কদগে হায়না খনবা হৌরকই। অতুদগী মীকুপ খরগী মতুংদা মহাক্না হায়রকই, "ঐনা ওসি লাক্লিবা অসি অদোমদা করিগুম্ব রাফম অমতা হাযজগে হায়তুনা লাক্লিবনি।"

অঞ্জলিগী চেকশিনবা, রাখলগী মমি তাবা মায়থোঙ অতুদা য়েংলতুনা মহেন্দ্রনা হায়রকই, "করি রানো হেক্তা হায়বীযু।"

"প্রিয়াতু লুহোংগনি হায়না হৌরুরে, অতুবু ... ...।"

"অতুবু কৈদোববা?"

"মহাক মতু ওম্নরোই হায়না ঐগী ইনাক্তা লাকুনা লৈহৌরে।"

মাগী ৱাফম অদু তাবদা মহেন্দ্র ঙক্না হায়রকই, "কদায়, অদুদি করিগী, মতৌ করম্না ?"

"ঐ অদোমগী নাক্তা লাক্লিবসি, অদোম্না করিগুম্বা মহাকপু ... ।"

ৱাফম অদু তাবদা মহেন্দ্র নুংশাথীবগুম শকফম খঙহৌদনা হোংখ্রে। মহাক্না মনাক্তা ফম্লিবী অঞ্জলিগী ফজবা শক্তম, মওং-মতৌ অদুদা চমম্লনা য়েংলকই।

মহাক্না নুংশাথীনা হায়রকই, "করি ৱানো মদুব হেক্তা ওই-থোকপা য়াবা ৱারা ?"

"অদুবু কবিদি তৌগনি মহাক্না করিগুম্বা হল্লু য়াদ্রবদি ?"

মহেন্দ্র ৱাখল য়াম্না খন্থরকই। খঙহৌদনা লাং অমা মমাঙদা থাক্লরবগুম তৌরকই। মহাক অদুক য়াম্না মীনুংশি খঙদবা মীশক নত্তে, প্রিয়াসি নুংশিরবী নূপীমচা অমনি; অদুবু লুহোংবগী মরমদা মাগী হান্নদগী লেপখিবা ৱাখলদু অহোবা অমতা লৈত্রি।

মাগী চমম্লবা মতৌ অদু উবদা অঞ্জলিনা মাবু খরা মুন্না খন্থবীনবা হায়রকই, "নূপীমচা অসিগী মনায় য়েংবীবা ফৈ, নত্রবদি মাগী পুন্সীদা করি ওইখিবা য়াই হায়রবদু কনানা খঙগনি ?"

অঞ্জলিনা ৱাফম অদু মরনাই ওইনা অদুক পুক্নীং চঙনা হায়রিবনা করিগীনো খল্লুবদা মহেন্দ্র ভাব তাদবা পোক্লকই। মহাক ৱাহং অদুগী পাউথুম পাক থুম্বা ঙমদ্রে। ঙহাক ৱাখল খল্লগা মহাক্না হায়রকই, "অদোম ঐগী অনীংবা ৱাখল কয়া খঙখ্রবা নত্রা ? করিগীদমক ৱাফম অদু হৌদোকপীরক্লিবনো ? ঐ মহাক্কা উন্নবদু ঙম্লোইদৌরে, ঐবু ঙাকপীয়ু।"

অঞ্জলিস্সু মরু লৃকথহনা রাখল খন্থরকই। মহাকী পূক্নীংদা চনৈনবা রাখল অমা লাকই, মথন্তা খঙহৌদনা পূক্নীং নুংশিবা পোক্লকই, করিগীদমক্তা অসিগুম্বা থৌরাঙ অহু মহাক্না শীল্লুরিবনো হায়না খল্লকই। মহাক মহেন্দ্রগী মনাক্তগী নুংঙাইতনা হনগ্রে।

মহেন্দ্র রাখন্না ফুম্বংনহনা লৈহৌই, থৌদোক খৃদিংমক অহু মঙোন্দা মঙগুম্না থোকই; প্রিয়ানা অহুগুম্বা মঙঙদা লাক্কনি হায়বহু মহাক্না কৈদৌঙৈদস্সু থাজরুদে। রাখল খল্লুরগা মহাক হেন্না অরাবা অমনা অস্লম খুহুম চল্লকই।

নুমিৎ খরনি হৌখ্রে। মহেন্দ্রগী পুন্সীদা নাইতোম তাবগী নুংঙাই-
তবা চৈনা অমা কন্না ফাওবা হৌরকই। অঞ্জলি নহান নোংমগী
থৌদোক অদুদগী ইকাইদুনা মাগী মনাক্তা লাকখিদ্রে। মাগী
পূক্নীংদা হায়ফম খঙদবা অৱাবা অমনা ওৎলরে। অঞ্জলিনা মাগী-
দমক্তা অদুম্না শীনবৌরিবা করিগীনো? মহাক্কী মপূক্নীংদা ৱাফম
অদুগী মরমদা হেন্না হেন্না চমম্বা ফাওরকই। অদুবু মহেন্দ্র
করিগুম্বা মীকুপ্তা খল্লকপা য়াওরকই মাগী পুন্সীগী খোঙথাং, থৌরাঙ
খুদিংমক অসি তায়য়োন্নরব্রা হায়না। মী হায়বসি অয়াম্বনা ওইজবা
থিবা, মশাগীতা খনবা, অবেম্বদা পঙনা নাপল তৌবা ঙাক্তনি—
পূম্নমক অসিগী মরক্তা চম্না নাইতোম লেনবা হায়বসি হিংবগী
লানফমদা মশা ঙাকথোক্লবা করিনতা লৈত্তবগা চপ মান্নে—মীনা
মাবু হিংলি হায়বা ফাওবা কাউথোকই।

লুহোংবনা মাবু সংসারগী লীপুন খুদিংমক্তা পুনখ্রগনি খল্লুবদগী
মখোঙনা থোংনা লাক্লম্লবী প্রিয়াবু মহাক্তা লৌশিনবা ঙমখিদে।
থৌদোক অদুনা মাবু হেন্না হেন্না অৱাবা পীরকই। থৌদোক
অদুগা মরী লৈননা মাগী পূক্নীংদা লৈরিবা চয়েৎনবা ভাব খুদিং-
মক অদু কনাদশু ময়েক শেংনা হায়দোকপা ঙম্লরোই। অম্ব্ম্না

পূক্নীংদা মেন তাদনা মতম খরা হৌখ্রে।

নোংমদি ইথা থাজদনা অঞ্জলিনা মাবু মাগী তুকান্দা লাক্লবা পাউ অমুক থারকই।

মহেন্দ্র সন্ধ্যাদা অঞ্জলিগী তুকান তান্না চৎলে। অঞ্জলি মাবু হান্নগুম অতুম তরাম তরান্না কৌশিল্লকই। মহাক মহৌশাগুম্না কেনা উই, শাড়ি শংবান্নবা অমা শেৎলি, লৈ মচুগী বিন্দী অমা লাইবক্তা নম্মী, ময়াং কংতুনা মমীৎ খরা কূৎশিল্লি, মীৎপান্দা নোকপগী মমি খরা লৈ—পূম্নমক অতুনা মাবু ফজবা হেনগৎহন-বগুম তৌই।

মহেন্দ্রবু জ্ঞান তানা ফমহল্লগা মহাক্না হায়রকই, "ঐ অদোমগা ব্রা অমতা তান্ননীংতুনা কৌরিবনি।"

"করি ব্রা ওইরবনো?"

অঞ্জলিনা ব্রাখল খল্লগা হায়রকই, "ব্রা হায়ববু অতৈ করিস্থ নত্তে, ঐনা অঙাংশিংগী স্কুল অমা লিংখৎকে নীংলি। মতুগীদমক শঙন-চিংবা শাবা লোইশিল্লক্লে, মতুদা অদোম্না য়েংশিনবীতুনা থবক পুবা য়াওবীয়ু অসিনি।"

অঞ্জলিনা মাবু মহৌশা তুকান্দা য়াওনবা হায়বদা য়াখিদ্রবস্থ মহেন্দ্র ব্রাফম অতু তাবদদি হরাউনা মায়থোঙ মকালাম্না হায়রকই, "মতুদি য়াম্না ফবা ব্রাখলনি, ঐদি মতুগুম্বতু য়াম্না পামজৈ। হৌ-জিক্কী মতমদা অফবা অঙাংশিং শেমগৎপা হায়বসি য়াম্না মরু ওই, মখোয়গীতা ওইবা শেংলবা সংসার অমা শেমগৎপা চঙই।"

অঞ্জলিনা হরাউ মোমোন নোক্তুনা মহেন্দ্রগী অচম্বা মায়থোঙ

অতুদা য়েংলকই, অতুবু মহেন্দ্রদি মমায় হনগৎলক্তে, খন্নরিবা ৱাফম অতুগী মরমদা পূক্নীং চঙনা খন্দুনা লৈ।

স্কুল অতুগী ওইগদবা মওঙ-মতৌ, ফীবমগী মরমদা মখোয় অনী ৱা খন্নবা হৌরকই। অঞ্জলিনা স্কুল অতু মরু ওইনা অশেংবা, আদর্শগী ওইবা, লমচৎনা হেন্না মরু ওইনা তমগদবা মফম অমা ওইহন্নীংই হায়না ফোঙদোরকই। হৌজিক কালগী অঙাং অয়াম্বনা লমচৎ-শাজৎ, ধর্মগী ৱাখল, ফিদমগী ওইবা পোৎ কয়া মশক খঙজিল্লক্রে, মসিগী ফলনা সমাজদা ফত্তবা কয়া থোরকই; মতু মহাক মপূক্নীংদা কন্না ফাওই। মহাক মশামক মাঙলুরবা মী অমনি, হৌগৎলক্লিবা কনাগুম্বা অঙাং অমতবু মহাক্না তৌরুবা অতুগুম্না তৌহন্নীংদে।

অঞ্জলিনা নীংলিবা পূন্নমক অতু মহেন্দ্রনা হেন্না পাম্বা ঙাক্তনি। মহাক্না হরাউ-হরাউ মঙোন্দা শিন্নগদৌরিবা থবক অতু পাঙথোকপা ঙম্নবা হোৎনগে হায়রকই, অতুগা লোয়না লোয়ননা হীরম অতুগী মরমদা মহাক্কী অপাম্বা ৱাখল কয়াস্ত ফোঙদোরকই।

অঞ্জলি অমরোমদা মপূক্নীং হুংঙাইবা পোক্লকই, মরমদি মতম কুইনা মপূং ওইবা থবক অমা পায়দবনা অৱাবা তারবা মহেন্দ্রবু মহাক্না মাগী চপ চাবা থবক অমা পীবা ঙম্লগনি। মহেন্দ্রনা মাগীদমক পাংখিবা মতেং অতুগীদমক মহাক্না মাগীদমক করিগুম্বা খরদি তৌগে নীংহুনা লৈরিবনি।

থৌরাঙ অতুগী মরমদা ৱারী শাবা লোইরবা মতুংদা অঞ্জলিনা খঙহৌদনা হায়রকই, "মহেন্দ্র, মপূং ওইবা থবক অমা পায়রবদি

লুহোংনবা তৌবা ফরে।"

মহেন্দ্রনা অঞ্জলিদা খরা ঙক্লা য়েংলকই, হায়রকই, "করিগীনো রাফম অদু অমুক হৌদোকপীরক্লিবা ?"

অঞ্জলিনা মত্তিন য়োখ্থরগা জ্ঞান তানা হায়রকই, "পুন্সীদা অদোমগী তোঙানবা রাখল-মীৎয়েং কয়া লৈ ; ঐ মখোয়দু খঙই, ঐনা মখোয়বু থাগৎলি, অদুবু মতুদা ঐনা য়ানীংদবা খরসু লৈ।"

মহেন্দ্রদু অঞ্জলিগী রাঙাঙ অদুদা ঙকপগুম তৌনা মংোন্দা মুন্না য়েংলকই অদুগা হায়বকই, "মদু করিনো হায়বীয়ু।"

"নূপা অমগী পুন্সীদা নূপী অমা য়াওদনা চনীং তানা হিংগনি হায়বসি ঐ থাজবা ঙমদে। নূপী য়াওদনা নূপাগী মপুং ফাবা ওইথোক্তে। অদোম্না য়ূম্নানবগী রাখল থৃদিংমকপু হন্তনা য়েংবদু ঐ য়ানীংদে। পুন্সী লম্বী চৎপদা মতুগী য়াবক্তবা কয়া লৈ। য়ূম পান্দ্রিবা মীনা মখোয়দু করম্না খঙগনি ? হায়রুবগী কান্নদে। পুন্সীদা নাইতোম তানা চৎপা হায়বসি অফবা নত্তে।"

মহেন্দ্রদু তূমিন্না লূকথদুনা তাদুনা লৈ।

অদুদগী অঞ্জলিদু নাগী রাদু হায়রগা মশাগী ফীবমদু নীংশিং-লকপগুম তৌনা শকফম খরা হোংখ্রে, মমীত্তা পিগী ঈরা চেল্লক্রে, অদুদগী ফিগী মচীনা মমায় খুমদুনা কপ্পুনা লৈখ্রে।

মহেন্দ্রদু থরায় রাবা পোক্লকই, রাফম অদু করিগীদমক হৌ-দোক্লরক্লিবনো হায়না খল্লকই।

মীকূপ খরদং মখোয় অনী তূমিন তূমিন লৈনখ্রে। সহরগী অরাঙবা মীনিল, গাড়ীগী মখোল অদুনা দুকানগী কা মনুংদা চঙলকই ;

অদুবু মতুনা মখোয় অনীগী পুক্নীংগী ফীবম অদুবুদি করিস্থু য়েখায়বা পীবা ঙমদে। মহেন্দ্র অঞ্জলিনা ঙসিগুম্না থরায় শোক্না কপ্পা অমুক্তা উখিদ্রি।

ঙহাক লৈরগা অঞ্জলি মপি তৈথোক্নগা মমায় হনগৎলকই, অদুগা মপুক্নীং ফাজিনবা মওঙদা অতপ্পা খোনফমদা হায়রকই, "অদোম্না প্রিয়াবু লৌশিনবীখিদ্রিবা করিগীনো?"

"হৌখিবা রাহু ঙাঙনরগা করি কান্নগনি?"

"কান্নবা লৈ, মহাক হৌজিক লুহোংদ্রি।"

রাফম অদুনা মহেন্দ্রবু য়াম্না ঙকহনখ্রে, মহাক্না থাজদনা অঞ্জলিদা য়েংলগা হায়রকই, "করম্না মহুদি?"

"মহাক নোংমা ঐগী ইনাক্তা লাকপা নুমিৎ অদুদগী ঐগী ইনাক্তা অদুম লৈরি। অহল-লমন লাক্কুনা মাবু পুনবা হোৎনবদা অরেম্বা তারে, মাগী মতৌ অদুদা করিগুম্বা ফত্ত-নুংদা থোক্কদ্রা খন্দুনা মাবু নমতুনা পুবা ঙমদ্রে। মতুংদা মখোয়গী মীনা অস্থুম্না তম্মী নুপা ময়ূনগী মীনা মাগী মতৌ অদুদা শাউদুনা অতোপ্পা নুপী অমা থিদুনা লুহোংনবা থৌরাঙ তৌখ্রে।"

মহেন্দ্র তুমিন্না চমম্নবা মওঙদা অঞ্জলিদা য়েংদুনা লৈ। অঞ্জলিগী লাইবক্কী বিন্দী, মীৎথুপ পারপ্পা লৈবা হঞ্জিল্লবা মীৎফম, মমায় খজিক্তং ঙাঙলপ তৌনা পোমখৎপা মতৌ পুম্নমক অদুনা মাগী থম্মোয়দা মফম খঙদনা অরাবা পীবগুম তৌরকই। মখোয় অনীগী মরীদা করিস্থু হোংবা লৈখিদ্রি, ঙসিস্থু লৈত্রি। অঞ্জলিনা মাবু মাগী মথাদা থবক তৌরম্বা মী অমা ওইনা অদুম লুনা তৌই;

অতুগা মহাক্লস্থ অঞ্জলিবু মঙোন্দগী থাক রাংনা লৈবী, মগুণ অমস্থুং লাইরিক-লাইস্থুদা মঙোন্দগী হেনবী, লৌশিং লৈবী, ব্যবহার তৌবা য়াবী অমা ওইনা খন্দুনা হঙ্গোইনা লোয়নৈ। অতুবু কুপ্পবা থম্মোয়গী ওইবা রাফমদা কয়া য়াম্না মতু চাং কক্লা ঙাক্তুনা থম্বা ঙম্লিবগে হায়বা অতুদি ঈশ্বরতনা খঙগনি।

মতমতু সন্ধ্যা ওইশিল্লক্লে। নহানমখৈ অঞ্জলি তুকান থোঙ ঙন্না লোনবনি, অতুবু ঙসিদি ঙহাক থেঙনা মহেন্দ্রগা রারী শাতুনা লৈরে। বাজারদা নুমিদাংরাইরমগী তোপতোপ্পা শক্তম অমা উরক্লে, মী কুংবা হেল্লকই, তুকান অয়াম্বা মৈ থানগৎনরক্লে। চৎলিবা মীয়ামশিংগী মরক্তা মরী অমত্তা লৈতবদৌনা তৌই, চবাঙনবা মরক অতুদা থম্মোয়গী ওইবা রাফম কয়া মাঙখিবগুম উই, পূক্নীংগী ওইবা থোৎনৌবা পূম্নমক মফমতুদা লৈত্তবগুম নীংই।

চৎলিবা মীশিং অতুদা য়েংলগা পূক্নীং চঙদনা রাখল অমা খন্না খন্না অঞ্জলিনা হায়রকই, "ঐনা হায়রিবা রাফম অসিদা করি খন-বীবগে? প্রিয়াবু লুহোংবীয়ু।"

মহেন্দ্রতু খুমফম খঙদনা তূমিন্না লৈ।

অঞ্জলিনা রাফম অতু হন্না হন্না তকশিল্লকই। মহাক্লা মহেন্দ্রগী মতৌ অতু য়েংলগা হায়রকই, "ফরে, অতুদি খনবীখো, নোংমা মতুগী মরমদা ঐঙোন্দা খঙহনবীরকউ।"

মহেন্দ্রনা মাগী তুকান্দগী থোরকপতু পূম্মম মমখ্রে, তুকান খরদি থোঙ লোন্নখ্রে। সিনেমা হোলদগী থোরকপা মীশিংনা সড়ক অতু ক্রক ক্রক ইন্ননা চৎলি। মহেন্দ্রদি মরনাই রাখল

অমদা উংতুনা সড়ক মচী অমদা চংলি। ঙসি মাগী পূক্নীংদা নহাননখৈগা মান্নদবা ৱাখল অমা ফাওরকই, অঞ্জলিনা হায়খিবা ৱাশিং অদু হন্না নীংশিংলুরগা মপূক্নীংদা মওল মওল খল্লকই। "মহাক্না প্রিয়াবু করিগী অস্থুক কন্না লুহোংনবা হায়রিবনো?" মহেন্দ্রনা হন্না হন্না খল্লকই, অদুবু মদুগী পাউখুমদি অমম্বা ৱাখলগী লৈচিল মরক অমদা তিনখি। মপূং ফানা মাঙলুরবী অঞ্জলিনা ঙসিদি মাগী পুন্সীগী আদর্শগী মশক ওইবা মীশক অমা ওইররে। মহাক্না মাগী মম্না লৈরম্বা সংসার অমগী ফীজওদু হাইদোকপীবগুম তৌরকই। মহেন্দ্রনা চংনা চংনা খল্লকই, "মহাক হৌজিক কয়াদা মমল য়াম্লবা মী ওইরবনো!" প্রিয়াগা মাগা লুহোংনবা তকশিল্লকপা অদুনা মাগী ৱাখলদা অৱাবা পীরকই। মহাক্না হন্না হন্না নীং-শিংলকই অঞ্জলিগী মরু ওইবা ৱাহৈ খরদু, "নুপা অমগী পুন্সীদা নুপী অমা য়াওদনা চনীং তানা হিংগনি হায়বসি ঐ থাজবা ঙমদে .... ।" মতম অদুদা অঞ্জলিনা মশাগী ফীবমগী মরমদা খঙহৌদনা নীং-শিংলকপগুম তৌনা থৱায় শোক্না কপখিবদু মহাক্না নীংশিংলকই। মহাক কৈদৌঙৈদস্থু থাজরুদে অঞ্জলিনা অদুম্না থম্মোয় শোক্না মমিত্তুগী পি তাবক্কনি হায়বদু।

ময়ুম য়ৌরবস্থু ঙসিদি মহেন্দ্র চনৈনবা ৱাখন্না থম্মোয়নুংদা পীক থন্না লৈরে। অঞ্জলিনা হায়রকপা মতুং ইন্না মহাক্না প্রিয়াবু লুহোংগদ্রা? মদুগী পাউখুম করি পীগনি? মাগী ৱাহৈশিং অদুনা মহেন্দ্রগী পূক্নীংদা অকনবা ইথিল অমদি পীররে।

নুমিৎ ফনা কুইনা হোখ্রে। মহেন্দ্রনা অঞ্জলিদা মাগী লুহোংবগী

মরমদা আরেপ্পা পাউখুম অমা পীরুবা ঙমদ্রে, অদুবু অঞ্জলিগী ৱাহৈশিংদুনা মাগী পূক্নীংবু খরা হোংহনবগুমদি তৌখ্রে। অস্রুম্না লৈরিবৈদা অঞ্জলিনা লিংখৎলিবা স্কুলগী শঙ অদু শাবা পুম্নোই লোইরে। অঞ্জলিনা মাবু নোংমা কৌরক্লে, স্কুলদুগী মপুং ওইবা থবক পুনবা মঙোন্দা শিন্নরে। মতম অদুদদি মখোয় স্কুলদুগী মরমদা অয়াম্বা পূক্নী' থিংজিনবনা অতৈ ৱারী থোইনা শাবা ঙমদে।

ইম্ফালদগী খরা চৎলগা লৈবা অঞ্জলিগী স্কুল অদু মথোল অনীগী চেক্নী বিল্ডিংনি, অকোয়বদা ইউকেলিপটস, গোলমোহর পাম্বী-শিং হৌই অমদি মন্নুংগী লৈকোন্দা মখল কয়াগী লৈ-শূ থাই। পূম্নমক্কু পূনশিল্লগা য়েংবদা মফমদু থোইদোক্লা ফজবা, ঈংবা, মহৈগী লাইরেম্বীনা লেঙদনা লৈগদবা মফম মাল্লি। অঞ্জলিনা পানজবা মতুং ইন্না মফমদু অশেংবা আশ্রমগী মওঙ মান্না শেম্মী।

হৌনবী মতুং ইন্না ওজাশিং কৌদুনা হাপ্লে, নৌনা মিং চন্নবা অঙাংশিং কৌরে। মিং চন্নবা হৌরে। ক্লাস হৌনবা শঙ্গাবগী অচৌবা থৌরম অমা পাঙথোকই, মদুদা মশক নাইবা মী কয়া য়াওই। অঞ্জলিবু অঙাংশিংনা লৈনচিংবা হূক্তুনা হৌনবী ব্যবহার কয়া উৎলি। নুমিৎ অদুদা মাগী মতীক-মগুণ কয়া থাগতুনা ৱা কয়া ঙাঙনৈ।

মহেন্দ্রনা স্কুলদুগী হেডমাষ্টর ওইনা থবক পুরে। মহাক তলব চাউনা ফংবদি নত্তে, অদুবু শিনফম অদু মহাক্না পামজনদি থোকই। অঞ্জলিনা পাম্বা মতুং ইন্না স্কুল অদুদা অঙাং য়াম্না লৌদে। মদুদা হৌজিক কালগী চৎনরিবা মহে তম্বগী মওঙ অসিদগী ভোঙানবা

মওঙদা আশ্রমগী মতৌগুম ছাত্রশিংগী লমচৎ-শাজৎ তম্বীবা, হৌন-লোনচৎকী জ্ঞান, ধর্ম্মগী পাউতাক পীবা অসিনা হেন্না মরু ওইবা থবক ওইনা পাঙথোক্লবা হোংনৈ। অঞ্জলিনা থাজৈ লমচৎনা জ্ঞানদগী হেন্না মরু ওই। মাগী ৱাখলত্বগা মহেন্দ্রগী ৱাখলগা য়ান্না চানৈ। অস্তুন্না স্কুল অত্ব ফজনা চথবা হৌরে।

অঞ্জলি তোয়না স্কুল অত্বদা চত্বুনা থবক-থৌওঙ খ্দিংমক মশামক্না কৃপ্না য়েংশিল্লি, অঙাংশিংগা নক্না লোয়নত্বুনা, ৱারী-ৱাতাই শাত্বুনা মখোয়গী অৱাৎ-অপা কয়া হংই, মহেন্দ্রগা অনৌবা থৌশিল-থৌওঙ, অফ-ফত্তগী মরমদা ৱা তানৈ। অঞ্জলিনা ফোঙদোরকই মাগী স্কুলত্ব মতম খরগী মত্বংদা বোর্ডিং স্কুল ওইনবা হোংনরগনি, মত্বগী শঙনচিংবা শাবা হৌরগনি। অস্তুন্না মহাক মাগী নৌনা লিংখৎপা স্কুল অত্বদা কন্না পূক্নীং চঙখ্রে।

মহাক্না স্কুলদা চৎলুবা হল্লক্লগা প্রিয়াদা স্কুলত্বগী মরমদা মহেন্দ্রগা মখোয় অনী ৱারী শানরকপগী মরমদা তম্মী, মাগী তুংগী অনীংবা থবক-থৌরাঙ কয়ামুক্কী মরমদা মঙোন্দম্ভু ফোঙ-দোরকই।

প্রিয়া অঙ্গীংবা মায়থোঙ অমগা লোয়ননা তুমিন্না তায়; ৱা করিমতা ঙাঙলক্তে। মহেন্দ্রবু ৱারৌখিবা অত্বনা মহাক মাগী মরমদা শারকপা ৱারী খ্দিংমক্তা নুংঙাইতনা উই।

অঞ্জলিনা মনাক্তগী থোকখ্রবা মত্বংদা প্রিয়া ৱাখল খন্দুনা তুমিন্না ফমহৌই। মহাক মথক্তা ঙায়রবা মতমদা মমীক্তা পিরাং শিন্থরকই, করিগুম্বা নুংঙাইতবা ৱাখল অমনা মাবু ওৎপগুম তৌই।

## ১৯

নোংমা নুংথিল অমদি প্রিয়া মথন্তা ডুকান্দা লৈরিভৈদা মহেন্দ্র ডুকান্দা লাক্লে। ( নুমিত্তু অঞ্জলি মশা কয়া ঙমফাত্তে হায়তুনা ডুকান্দা লাক্কে।) মহাক মহেন্দ্রবু উবদা মায়থোঙগী অহোংবা করিমতা লৈতে, মহৌশা উন্নবগা মান্নদে, হকথেংননা উন্নতুনা ঙাঙ-নখিবা নত্রবস্থু মহাক্না মহেন্দ্রবু নুংঙাইতবতু মায়থোঙদা অতুম নমি তাই।

মহেন্দ্রস্থু মাবু উবদা মহৌশাগুম ইচম চমথোকপা ঙমদে। মহাক্না খরা হঙ্গোইরপ্পা হংলকই, "প্রিয়া, অঞ্জলিদি লৈতব্রা?"

"লৈতে," প্রিয়ানা অসিতমক খুম্নকই।

মহেন্দ্রতু হাইফেৎ খঞ্জাননা লেপ্তুনা লৈ।

"করি হায়বীগদবনো, ঐঙোন্দা হায়বীরম্বা য়ারোইদ্রা?" প্রিয়া-না হান্নগী ইতিং তিংবা মায়থোঙগী মতৌতু করিমতা হোংদনা হায়রকই।

মহেন্দ্রতু খরা ইকাইরপ তৌনা হায়রকই, "স্কুলগী মরমদা ব্লারী অমতং শানীংতুনা তৌবনি।"

মহেন্দ্রনা লেপ্তুনা লৈবা অতুদা প্রিয়ানা হৌনবী ওইনা মাবু স্তুল অমদা ফম্নবা হায়রকই। মহাক মশাদি মিংশেল চনবা অরংবা

লৈতেংগী পোৎ-চৈ হাপ্পা সোবোক্স অমগী রাংমদা লেপ্তুনা লৈ।

মহেন্দ্র স্তুল অতুদা তপ্পা ফমখ্রে।

প্রিয়াদি হান্নগী মফম অতুমক্তদা লূকথতুনা তূমিন্না অতুম লেপ্তুনা লৈ।

"য়ূমদা অমুক্তা চত্ত্রবা ?" মহেন্দ্রনা হংলকই, "ইতৈমা থাবৈল্লেদি কমদৌরি ?"

প্রিয়ানা মপূক্কীংদা খল্লকই, "মতু হংলকপগী করি কান্নবগে ?" মহাক্না ফোংনা অসিতমক খুল্লকই, "চত্তবা কুইরে।"

মহেন্দ্র অতুমক খণ্ডই প্রিয়াগী মপূক্কীংদা মাবু শাউনীংবগী মওঙ লৈরিবতু। মহাক্না মতম খবগী মমাঙদা খল্লুবা রাখল খরা প্রিয়াদা ফোঙদোক্কীলকই, অতুগা অপান্ননা মশাদগী অবেপ্পা পাউ-খুম অমা পাল্লকই। অঞ্জলিনা মঙোন্দা য়ৎবানবগী অমদি প্রিয়াগী পূক্কীং-রাখল কয়াগী মরমদা ফোঙদোকখ্রবা মতুংদা হৌজিক্তি মাগী পূক্কীংতু তপ্পা তপ্পা হোংখ্রে। মহাক্না হঙ্গোইরপ ভৌনা হায়রকই, "প্রিয়া, অঞ্জলিনা ঐঙোন্দা হৌদোকখিবা রাফম অতুগী মরমদা নহাক করি খল্লিবগে ?"

প্রিয়ানা ভাবনা অতুম খণ্ডই মহেন্দ্রনা হায়রক্লিবা অতু মতম খবগী মমাঙদা অঞ্জলিনা শীনখিবা মখোয় অনী লুহোংনবগী রাফম অতুনি; অতুবু মহাক্না হান্নগী অচেংপা মায়থোঙতু করিমতা হোংবা লৈতনা লূকথতুনা হংলকই, "করি রাফম ওইরবনো ?"

মাগী মতৌতু উবদা মহেন্দ্র খরা ইকাইবা পোক্লকই, মাবু য়াম্না নীংবা নুংশিবা মীশক্তি হায়না খল্লুবা প্রিয়াগী মায়থোঙনা অহোংবা

করিমতা লৈতবা মতৌ অদুনা মহাকপু খঙহৌদনা মুংঙাইতবা পোকহল্লকই।

মহেন্দ্রনা খরা লকক তৌনা হায়রকই, "অঞ্জলিনা হৌদোক-খিবা ইবানি লুহোংবগী রাফম অদু।"

প্রিয়া খজিক্কুং হৈনীংদনা কংনা নোক্লকই, অদুগা হায়রকই, "রাফম অদু হৌজিক হৌদোকপীবকপগী করি কান্নবগে?"

মতু তাবদা মহেন্দ্র ইকাইবনা মমায় থমফম খঙখিদ্রে। রাফমদু হৌদোক্লুবদা মঙোন্দা তশেংনা তৌফম খঙদবা অরাবা অমা ওইবে। মহাক্না লং লং তৌনা অমুক হায়রকই, "মতু কবি-গুম্বা নহাক্না য়ানীংদবা লৈত্রবদি ... ... ?"

প্রিয়া খুম্নমদনা তুকানগী থংনবা কা অমদা চঙখ্রে, অমুক থোরক্রে।

মহেন্দ্র ইকাইনা মফমদুদা ওহাক লৈবল্লগা তুকান্দগী থোরক্রে।

মতমদু ইভেন থাগী সন্ধ্যানি, তারমদাই নুমিংকী মঙান্না চাঙলৈননা অতিয়াদা শান্দোকখিতুনা চংলিবা মীশিং, তুকানশিং অমদি পোং খূদিংমক মচু শঙবগুম উই। মাঙদা উরিবা শকখঙদবা মীয়ামশিংদুগী মায়থোঙনা মাবু হেন্না থরায় রাহল্লকপগুম তৌবকই।

মহেন্দ্রনা ময়ুম য়ৌবগা খঙহৌদনা মনথখ্রে। মহাক নুংদাং অতুমা প্রিয়াগী মরমদা খন্দুনা লৈ।

থোদোক অদুগী মতুংদা মহাক অঞ্জলিগা মতম খরা অমুক উন্নদ্রে। মহাক্না প্রিয়াগা শাখিবা রারী অদুগী মরমদা মঙোন্দা খঙহনবা তশেংনা ইকাইবা পোকই।

অতুবু নোংমদি খণ্ডহৌদনা মহেন্দ্রনা অঞ্জলিদগী চিঠি অমা ফংলে। মরোলতুদি মখাগী অসিনি :

"ঐনা প্রিয়াগী মচীন্দগী অদোম্না নোংমা তুকান্দা লাক্কুনা মাগা উন্নতুনা ৱারী শাখিবা অতুগী মরমদা তাজরে। মহাক্না অদোম্বু হৌখিবা থৌদোক্তগী ৱারৌতুনা লৈবনা অদোমগী নুংঙাইতনবা হায়খ্রে। ঐ খণ্ডই মহাক্না অদোম্বু থম্মোয় শেংনা নুংশিজবনি, চুন্না নুংঙাইতবদগী শাউতুনা হায়খিবতনি। মহাক্না হায়খিবা অতুগী-দমক মহাকপু ঙাকপিয়ু।

"করিগুম্বা অচিনবা লৈত্রবদি ঐগী তুকান্দা অমুক্তং চংথাক-পীরকউ। ঐ অদোমগা মতুগী মরমদা ৱারী অমুক্তং শাজনীংই।

"অদোমগী,

"অঞ্জলি।"

চিঠি অতু পাবদা মহেন্দ্র মপূক্নীংদা মণ্ডল মণ্ডল খল্লকই। প্রিয়ানা মাবু শাউখিবা অতু মাগী দোষননি হায়না খল্লকই ; মহাক্না প্রিয়াবু শাউনীংবা পোক্তে, থোইনা হেন্না নুংশিবা পোক্লকই। মহাক প্রিয়াগী থম্মোয়নুংগী গুইবা ৱাখল খুদিংমক করিমতা খণ্ডনবা হোৎনখিদ্রে ; মতুগীদমক মথন্তা অনুতাপ তৌরকই। প্রিয়াগী অচম্বা, অতপ্পা, নুংশিবা মওঙ-মতৌ খুদিংমক অতু হেন্না হেন্না মমল য়াম্বগুম মহাক্না খল্লকই, অকোনবদা মাবু মহাক্কী থম্মোয়নুংদগী থাদোকপা য়াদ্রবী লন অমগুম খল্লকই। মহাক্না অঞ্জলিগা উন্নতুনা প্রিয়াগী

পূক্লীংগী ফীবমগী মরমদা করিগুম্বা খরদি তাখিগে হায়না চপ য়ুংনা লেপ্লে।

মহেন্দ্র নুংথিলদা অঞ্জলিগী তুকান্দা চৎলে। মতমতু থন্নান থানি, ঋতুগী অওনবা শক্তম অমনা মীওইবগী পূক্লীংবু শুন্ধৎলি। উপাল-ন্নাপাল খূদিংমক মনানা পূমশং শংই, নোং লৈতবা অতিয়াতু মচু য়ারুা শংনা উই। মহেন্দ্র ন্নাখল অস্থুম খন্না খন্না লাকপনা তুকান য়ৌরক্লে। প্রিয়াস্থু তুকান্দা লৈরম্মী। অঞ্জলিনা মাবু হান্নগুম হরাউ-হরাউনা কৌশিল্লকই।

প্রিয়া সোবোক্স মরুমদা অতুম লেপ্পুনা লৈ।

মহেন্দ্রনা ফমফমদা ফম্লবা মতুংদা অঞ্জলিনা প্রিয়াগা মখোয় অনীগী মরীগী মরমদা হোদোরকই, অতুগা মখোয় তাইশিন্ননবা ন্না ঙাঙবা হৌরকই।

প্রিয়া ন্না মচেৎ অমতা ঙাঙলক্তে, মহাক লেপ্লম্বা মফম অতুদগী থংনবা কা অমগী মনুংদা চঙতুনা লৈখ্রে।

অঞ্জলিনা প্রিয়া তাদনা মহেন্দ্রদা শোম্থাংননা হায়রকই, "মহাকপু হয়েংমক মমানা লৌবা লাক্লগনি হায়না পাউ পীরকই।"

"মহাকপু তুকান্দা য়াওহল্লরোই হায়ব্রা?"

"মতু খঙবা ঙমদে, মতুগী মরমদদি ঙাঙনদ্রি। অতুবু কনানা খঙগনি মমাগী অনীংবতুদি করি ওইরমগদগে হায়বা?"

মহেন্দ্র ন্নাখল খন্থরকই করিগুম্বা থাবল্লৈনা মচানূপীবু তুকান্দা য়াওহল্লরোই নীংতুনা পুখিবা থোক্লবদি পুন্সী অসিমগী প্রিয়াগা মবানি অতুম উন্নখিদবস্থু য়াই। ন্নাখল অতুনা খঙহৌদনা মাবু

অব্রাবা লাঙতক্লবা ফীবম অমদা তাইল্লকই।

"অদুদি মহাক ঙসিমক ঐগা লোয়ননা চৎখিবা ঙমগদ্রা?"

মদু তাবদা অঞ্জলিগী থম্মোয়দা থুক লাউরকই। হৌজিক্তি মাগী অনীংবা অদু মায় পাক্লগনি, লুহোংবগী মতাংদা মহেন্দ্রগী পূক্লীংবু মহাক্লা ফজনা হোংহনবা ঙমখ্রে খল্লুবদা মহাক নৌহৌনা নুংঙাইবা পোক্লকই।

অঞ্জলি প্রিয়ানা চঙখিবা কা অদুদা চঙখ্রে, অদুগা মখোয় অনী ব্রাবী শাদুনা লৈখ্রে।

মহেন্দ্র মথন্তা ফমদুনা লৈহৌই।

মতমদু সন্ধ্যা ওইরক্লে। তুকান্দা মৈনচিংবা থানগৎনরক্লে। অস্তুম্না কনা কুইনা লৈরবা তু দা অঞ্জলি মখোয় অনী কা অদুদগী থোকমিন্নরক্লে। প্রিয়াদি ব্রা অমতা ঙাঙদে, লুকথদুনা লৈ। মহাক্কী মতৌ অদুনা অস্তুম্না উৎপগুম তৌই মদুদি অঞ্জলিনা মাবু মহেন্দ্রগী পূক্লীংগী ফীবম খঙহন্দুনা নিংথিজনা থেমখ্রে।

অস্তুম্না নুমিৎ অদুদা অঞ্জলিনা শীন্দুনা মখোয় অনীবু চেল্লহনখ্রে।

মখোয় অনী চৎখ্রবা মতুংদা অঞ্জলি তুকান্দা মথন্তা চীক্লা লৈহৌই, খঙহৌদনা থম্মোয়দা নুংঙাইতবা অমা ফাওবা হৌরকই। অচীকপা অদুনা মঙোন্দা পুন্সীগী ওইনা অনৌবা চৈনা অমা পীবা হৌরকপগুম তৌরকই। করিগীদমক্তা মহাক্লা প্রিয়াবু মহেন্দ্রদা পীনবা অদুক কন্না শীনখ্রিবনো? মদু খল্লুবদা মহাক চমম্নবা পোকই, হেন্না হেন্না মপূক্লীংদা অব্রাবা ফাওরকই, স্বর ফুনগৎলকই। মহেন্দ্রবু মহাক্লা মমল লৈনা লৌই, করিগুম্বদা মাবু নুংশিগে তৌরুই,

অতুবু মানা মানী পূক্লীংবু মতম লৈবা খিবিক্তা লাকশিন্নবা হোংনখি। মাগী মগীত্তা অশাবা মীংকী পি শিন্থরকই। থৌদোক অতুনা মহেন্দ্র মখোয় অনী করিগুম্বা মওঙ অমদা শোয়দনা লাপনহনখ্রগনি খল্লুবদা মাগী থম্মোয়দা খঙহৌদনা অরাবা মপৈ মপৈনা নল্লরবগুম তৌরকই।

মুগিং অতুদা অঞ্জলি পূক্লীং ইহন হন্থনা ময়ুমদা হল্লকই।

নোংঙাল্লগা মহেন্দ্রগী ইমুংগী মীনা প্রিয়াগা মখোয় অনী চেনখিবগী পাউ অতু থাবৈল্লেদা হায়দোক্লুরে। থাবৈল্লে মতুদা মপাল-থোংদা শাউবা উৎলবসু থম্মোয়নুংদদি থোইনা নুংঙাইতনা খল্লে, মরমদি মহেন্দ্র অসি মহাক্না মতম কুইনদগী মশক মুন্না খঙলবনি, মতম অনদা মচানূপীবু মংঙান্দা পীনবা ফাওবা শীনখ্রবনি, অতুবু মহেন্দ্রগী থৌশাদবা নানবা মতৌ অতুদা নহাক্না শাউখিবতনি। মতম খরদগী মনুংদা মুমিং লেপ্পতুনা মখোয় অনী লুহোংখ্রে।

লুহোংলবা মতুংদা মহেন্দ্রগী পুন্সীদা অনৌবা অহোংবা অমা লাক্লে। মথন্তা লৈবগী য়াম্না চনীং তাদনা লৈরম্বা য়ুম্বান অদু তৌখিদ্রে; ইমুংগী লৈতেং তৌবা, পোং-চৈ লোইশিনবা, থবক-ইশ্বাং নোম্বা অসিনচিংবা খুদিংমক প্রিয়ানা নিংথিজনা তৌদুনা ফজনা য়ুম্ন পানবা হৌরক্লে। মহেন্দ্রনা খওলকই অঞ্জলিনা হায়খিবা পুন্সীদা নূপী অমগী মরু ওইবা অদু। প্রিয়াগী নিংথিবা শক্তম, নোল্লুকপা, মাবু নীংবা মতৌ, মুমিং চূপ্পা মাগী সেবাদা থরায় য়াওজবা, মাগী য়াথংতা ঙাইদুনা লৈবা—পূম্নমক অদুনা মাগী থম্মোয়বু মপূং ফানা খূদুম চনখ্রে। মহেন্দ্র য়ুম্বানবগী সংসারদা পূক্নীং চওবা হৌরকই।

অঞ্জলিগা মখোয় অনীস্মু ফনা য়াম্না লাপখ্রে, থবক চংলুরবা মতুংদা ময়ুমদা চুমদ্রীং হল্লকপা, মরক মরক্তা বাজারদগী পোং-চৈ খরা লৈবা, য়ুমদা লৈরগা য়ুমগী থবক-ইশ্বাং নোম্বা, য়ুমলৈ-কৈবৈ ফগৎনবা হোৎনবা অসিনচিংবা তৌদুনা লেল্লে, নোংম-ফাদোক অঞ্জলিগী দুকান্দা হাইদোক্লুবা তৌদ্রে। প্রিয়াস্মু লুহোংলবা মতুংদা অঞ্জলিগী দুকান্দা য়াওদ্রে, অঞ্জলিনা মাবু দুকান্দা অদুম য়াওহন-বীনবা হায়খ্রবস্মু মহেন্দ্রনা অদুগুম্বা থবক মওং অদু মাগী নূপী ওইরবা মতুংদদি প্রিয়াবু য়াওহনবা পামদ্রে।

মতুম ঋবা হৌগ্রে।

থাবল্লেম্সু মবক মবক্তা মচানুপীগী মযুমদা লাকই। মহাক্না হিঙ্গোলগী মনা-মশীং, চান থরুবা পোৎ-চৈ বযা মবাং কাযনা পুবকই। হৌজিক্তি মন্নী-মতা অমা ওইবগী মহাক্না মহেন্দ্রবু যান্না লুনা তৌবকই। মচানুপীগা মখোয অনীগী যুম্বাল-কৈবালগী মবমদা মহাক্না পাউ তাক্কচিংবা''কয়া পীত্নুনা ব্রাবী শাই, দবকার লৈববদি মখোযগী থবকচিংবা নোম্বীবম্মী। নোংম ফাদোক থাবল্লে মচানুপীগী মনাক্তা থেঙনা লৈরম্লগা হনখিবা যাএই।

মহেন্দ্র চনীং তানা যুম পাল্লবস্সু মবক মবক্তা অঞ্জলিবুদি নীংশিংই। অঞ্জলিগী কাউবা যাববোইদবা মগুণ কযাশি তু মাগী থম্মোয়দা মনি তাত্নুনা লৈ। প্রিযাস্সু অঞ্জলিবু নুশিনা ৎাউই, অত্নবু নূপী ওইবীগী খনবনবা মওঙদা মহাক্না মপুবোইববু অঞ্জলিগা অমুক নকশিন্নহনবদি পামদ্রে। মহাক্না মপুবোইববু অঞ্জলিগী স্কুল অত্নুদা অস্সুম থবক তৌহন্নীংদ্রে। মাগী অসিগুম্বা ব্রাখল অসি মহেন্দ্রদা নোংমা ফোঙদোক্লবদা মহেন্দ্রনা নোক্লত্নুনা হাযবকই, "কবিগী অত্নম্না খল্লিবনো? নহাকপু অঞ্জলিনা শেম্বীবকপা নত্রা? নঙগী ফনবতা তৌবকপীনি।"

মত্নু তাধদা প্রিযানা ইকাইনা লূকথত্নুনা হাযবকই, "মত্নুনা মখল অমনি।"

মহেন্দ্র প্রিয়ানা খল্লিবত্নু ভাব তাই। মহাক্না অত্নম নোক্লত্নুনা হাযবকই, "মাগীস্সু থবা যেংবীবা কত্রা?"

"করম্বা মওঙদা?"

"মহাক্না লিংখৎলিবা স্কুল অসিদগী ঐ তোকখিবা থোক্লবদি মহাক য়াম্না নুংঙাইররোই, মাগী নীংবা আশা খূদিংমক কায়বা য়াই।"

প্রিয়া রাখল খন্থরকই, মহাক্না অঞ্জলিবুদি য়াম্না নুংশি, মহাক মপুরোইবনা হায়রিবত্থু চুংশী খন্দুনা তূমিন্না লৈখ্রে।

মতম খরা হোৎখ্রে। প্রিয়াগী পূক্নীংদদি মপুরোইববু অঞ্জলিগী স্কুলদগী তোকহন্নীংবগী রাখল অসি মাঙখো হায়বা ইয়া য়াদে। অম্নুম্না লৈরিঙৈগী মতম অসিদা অচৌবা ইন্দষ্ট্রিয়েল সেণ্টর অমগী এসিষ্টেণ্ট মেনেজরগী ফমগীদমক এডভরটিজমেণ্ট অমা তৌরকই। মখোয়না পাম্লিবা মীশক অদু একাউণ্ট অমদি মেনেজমেণ্টকী থবক্তা হৈশিংবা, কারবারগী এক্সপরিয়েন্স লৈরবা. বি. কম, পাস তৌববা মীওই অমা ওইগদবনি হায়না পল্লকই। মদুদা প্রিয়ানা মপুরোইববু দরখাস্ত থানবা কন্না তকশিল্লকই। মহেন্দ্রসু রাখল য়াম্না খল্লবা মতুংদা ফম অদুগীদমক দরখাস্ত থাখ্রে। মহাক অঞ্জলিগী লীপ্লন অমা লৈরিবা অসিদগী পুরা নাম্থোকখিবনা চুমগদমাল্লে হায়না খল্লক্লে।

লাইবক লৈরুবদগী মহেন্দ্র ফম অদুগী চাংয়েংদা খল্লক্লে, ইকুই কুইদনা মাবু থবক অদু পায়নবা খঙহল্লক্লে।

নোংমা অয়ুক অমা মহেন্দ্র থবক তোকপগী চে পুরদুনা অঞ্জলিগী মনাক্তা চৎলে। অঞ্জলি মাঙোন্দা ধুপ থাদুনা লৈরম্মী, মাবু উবদা অঈংবা মায়থোঙ অমগা লোয়ননা নোক্লদুনা কৌশিল্লকই। মহাক্না মহেন্দ্রবু মাগী ফমফমকাদা পুশিন্দুনা ফমহল্লে, মহাক

মশামকস্থু কাতুদা চঙলক্তুনা ফম্নরে।

মহেন্দ্র মানা হায়গে নীংতুনা লাক্লিবা রা অতু হৌদোকপা ঙমদনা ঙহাক তূমিন্না ফমদুনা লৈ।

"ঐগা উন্নগদবা করিগুম্বা মরু ওইবা মরম লৈবীত্রা?" অঞ্জলি-না মহেন্দ্রদা মাগী স্কুল অতুগা মরী লৈননা রা খন্নবা লাকপা ওইনা নীংতুনা হায়রকই।

মহেন্দ্র শকফম হঙ্জিন্না অতপ্পা খোনফমদা হায়রকই, "ঙসিদি ঐ অদোমদা রা অমতা হায়জনীংতুনা লাকপনি।"

অঞ্জলিগী মায়থোঙতু মকালান্না মোমোন নোক্লকই, অতুগা হায়রকই, "হায়বীয়ু, করি রা হায়বীগদবনো?"

মহেন্দ্র মাগী হান্নগী অঈংবা শকফম অতুমক্তদা মাগী অনোবা থবক অমা ফংবা, মতুদা থুনা চঙনবা হায়রকপা, স্কুল থাদোক্লীংবগী রাফম অতু অঞ্জলিদা হায়রকই।

মতু তাবদা অঞ্জলিগী শকফমতু খঙহৌদনা হোংখ্রে, নু ঙাইতবা মওঙদা ঙহাক্তুং তূমিন্না লৈ।

মহেন্দ্রস্থু লূকথতুনা তূমিন্না লৈরে। মহাক্না অঞ্জলিদা তৌ-বীমল খঙদবা মানবা মতৌ অতুগীদমক্তা মপূক্নীংদা য়াম্না নুংঙাইতবা ফাওরকই।

মাগী পূক্নীংদা লৈরিবা চনৈনবা ফীবম অতু অঞ্জলিনা খঙবগুম তৌই। অঞ্জলি মতুগী মরমদা য়াম্না শাংনা ঙাঙলক্রে। মাগী মমীত্তদি পিগী ঈরা চেল্লকই, মায়থোঙদা তমফম থোক্লবা নুং-ঙাইতবা রাখলগী মমি তারকই। অতুবু মহাক্না মহেন্দ্রবু অমুক

খাম্বদি তৌরক্রে, মাগী অনৌবা চঙগদৌরিবা থবক অদুনা হান্নগী-
তুদগী হেন্না ফগৎপা ওইরবদি মাবু অসুম পুন্দুনা থম্বসু চুমদত্রা
হায়না খল্লি। মহাক্না নুংঙাইতবা মায়থোঙ অদুগা লোয়ননা
অসিতমক হায়রকই, "ফরে, কমদৌনি মতাংনা য়াদ্রবদি। ঐদি
মতম থরদংদি লৈহঞ্জনীংবনি!"

মীকুপ খরদং মখোয় অনী তূমিন্না লৈ, ঘড়িগী মখোলনা
অচীকপতু থুগায়রকই।

মহেন্দ্র থবক তোকপগী চে অদু অঞ্জলিদা পীরম্লগা মাগী
ময়ুমদগী থোরক্লে। মহাক লম্বীদা চৎনা চৎনা নীংশিংলকই—
অঞ্জলিনা মঙোন্দা ব্রা ইঙাঙ ঙাঙলক্কবা, মাগী মায়থোঙগী মতৌ
পূন্নমক অদু। স্কুল অদু লিংখৎলকপগী মতাঙদা অঞ্জলিনা মঙোন্দা
থম্লম্বা থাজবা, অচৌবা আশা কয়া অদু মহাক্না মাঙহল্লে, মদুগী-
দমক্তা তূমিন্না থম্মোয়নুংদা হায়ফম খঙদনা নুংঙাইতবা ফাওরকই।
অদুবু হৌজিক্তি কমদৌনি? ফীবমনা য়াদবনা পূন্নমক অদু থোকখ্রে।
তমফম খঙদ্রবা নুংঙাইতবা অদুনা মাবু হুন্না হন্না ওৎপা হৌরকই।

ময়ুম য়ৌরগা মাগী নূপী প্রিয়ানা মঙোন্দা অঞ্জলিগা মখোয়
অনী উন্নরুবদুগী মরমদা হংলকপদা মহাক্না অসিতমক খুম্লকই,
"মহাক্না করি হায়রক্কদগে? মাগী অনীংবা আশা খরা কায়বা
অদুদা নুংঙাইতবা উৎলকপতনি।"

প্রিয়াসু অঞ্জলিগীদমক্তা খনবদা নুংঙাইতবা ফাওরকই, অদুবু
মহাক ব্রাদি মখা তারক্রে।

মহেন্দ্র ক্না মন্নুংদা তুমিন্না চঙখ্রে।

নুমিৎ খরনিগী মন্নুংদা মহেন্দ্র মাগী অনৌবা থবক অদু পায়রে। মদুগী মতুংদা মহাক অঞ্জলিগা উন্নখিদ্রে। নোংমা হান্নগী স্কুল অদুদা ওজা ওইমিন্নরম্বা মীশক অমা থেংনদুনা মঙোন্দা তম্লকই অঞ্জলি হৌজিক দুকান ফম্বা তোক্লে, মাগী দুকান অদু ভারা শান্দোকখ্রে, অদুগা মহাক মশামক্না স্কুল অদু পুরা য়েংশিন্দুনা লৈরে। মীশক অদুনা অসিমম্তু তম্লকই অঞ্জলিনা মাগী মরল-মথুম খূদিংমক অদু স্কুলদুবু শেম-গৎপদা থাদরগনি হায় হায়দুনা। মহেন্দ্র মতু তাবদা থম্মোয়দা নুংঙাইবা ফাওরকই, মাগী পুন্সীদা অঞ্জলিগী অচৌবা পূকচেল, ৱাখলগী থাক অদু কৈদৌউৈদম্তু য়ৌবা ঙম্লবোই হায়না খল্লকই; মহাক্না অঞ্জলিবু মাগী কথোকপা থবক অদুগীদমক মপূক্নীংদা হন্না হন্না থাগৎলকই।





## অইবগী অতৈ লাইরিকশিং :

1. In the Depths of Our Hearts
   ( Short stories in English )
2. পদ্মিনী ( উপন্যাস )
3. ইমুং অমগী ৱারী ( „ )
4. অমৃত ( „ )
5. ইথিল ( „ )